# ꯂꯥꯏꯌꯤꯡꯊꯧ ꯂꯥꯏꯔꯦꯝꯃꯥꯁꯤꯡꯒꯤ ꯋꯥꯔꯤ ꯁꯤꯡꯕꯨꯜ

# লাইয়িংথৌ লাইরেম্মাশিংগী ৱারী শীংবুল্

সাইরেম্ নীলবীর

# ꯂꯥꯏꯌꯤꯡꯊꯧ ꯂꯥꯏꯔꯦꯝꯃꯥꯁꯤꯡꯒꯤ ꯋꯥꯔꯤ ꯁꯤꯡꯕꯨꯜ

# লাইয়িংথৌ লাইরেম্মাশিংগী ৱারী শীংবুল্

ꯁꯥꯏꯔꯦꯝ ꯅꯤꯂꯕꯤꯔ
( Sairem Nilabir )

জিঃএমঃ পব্লিকেসন্স
কৈশামথোং, ইম্ফাল ।




**LAIYINGTHOU LAIREMMASHINGGEE WAREE SHEENGBUL**

*a collection of Stories of Meetei Gods and Goddesses*

by **SAIREM NILABIR**, Khurai Nandeibam Leikai
Imphal, 1999

Price : Rs. 150/- (One hundred fifty)

## ꯂꯥꯏꯌꯤꯡꯊꯧ ꯂꯥꯏꯔꯦꯝꯃꯥꯁꯤꯡꯒꯤ ꯋꯥꯔꯤ ꯁꯤꯡꯕꯨꯜ

## লাইয়িংথৌ লাইরেম্মাশিংগী ৱাবী শীংবুল্


| | | |
|---|---|---|
| অহান্‌ব ফোঙ্‌ব | ঃ | খৃস্তকুম্ ১৯৯৯ |
| অনিশুবা ফোঙ্‌ব | ঃ | খৃস্তকুম্ ২০০৬, ডিসেম্বর |
| অফোঙ্‌বা | ঃ | লোংজম অরুন (সোমোবেন্দ্রো)<br>জিঃএমঃ পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল । |
| লাইবিক মশাং | ঃ | ১০০০ (লীশিং অম) |
| লমায় মশাং | ঃ | ১৮০ (চাম্ম মারিফু) |
| নম্ফম্ | ঃ | মোনিকা প্রিন্টর্স,<br>কৈশামথোং কৈখেল, ইম্ফাল । |
| মমল্ | ঃ | লুপা ১৫০/- (চামযাঙ্খৈ) |
| লাইবিক ফংফম | ঃ | অফোংবগীদ অমসুং<br>ধাজেস বুক ষ্টোর, পাওনা বজার, গর্ভণর লম্বী,<br>ইম্ফাল । |

ꯑꯩꯕꯨ ꯄꯣꯛꯄ ꯍꯦ ꯏꯄꯥ ꯏꯕꯨꯡꯉꯣ !
ꯅꯍꯥꯛꯅꯥ ꯏꯍꯟꯅꯤꯡꯈꯤꯕ ꯁꯥꯏꯔꯤꯛꯇꯨ
ꯄꯥꯡꯖꯗ꯭ꯔꯕ ꯅꯆꯥꯟ ꯏꯗꯤ ꯏꯖꯔꯦ ॥

ꯑꯗꯨꯕꯨ,
ꯏꯄꯥ ꯏꯕꯨꯡꯉꯣ ꯅꯍꯥꯛꯅꯥ ꯅꯤꯡꯕ ꯊꯨꯡꯁꯃꯒꯅꯤ ꯍꯥꯌꯕꯗꯤ
ꯅꯆꯥ ꯑꯩ ꯏꯊꯥ ꯊꯥꯖꯕ ꯎꯃꯖꯗꯦ ॥
ꯅꯤꯡꯕ ꯊꯨꯡꯕꯤꯗ꯭ꯔꯕꯁꯨ ꯀꯪꯆꯔꯤ ꯁꯥꯏꯔꯤꯛꯁꯤ
ꯂꯣꯡꯗꯣꯜ ꯁꯥꯏꯔꯦꯄꯥꯛꯇ ꯂꯩꯈꯕ
ꯏꯄꯥ ꯏꯕꯨꯡꯉꯣ ꯅꯉꯒꯤ ꯌꯥꯏꯕꯤ ꯊꯔꯥꯏꯗꯨꯅꯥ ॥

ꯄꯥꯡꯖꯗ꯭ꯔꯕ ꯅꯆꯥ
ꯁꯥꯏꯔꯦꯝ ꯅꯤꯜꯕꯤꯔ

*ঐবু পোকপ হে ইপা ইবুংঙো !*
*নহাক্না ইহন্নীংখিব শাইরিক্তু*
*পাঙজদ্রব নচান ইদি ইজারে ।*

*অদুবু,*
*ইপা ইবুংঙো নহাক্না নীংব থুংশমগনি হায়বদি*
*নচা ঐ ইথা থাজব উমজদে ।।*
*নীংব থুংবীদ্রবসু কংচরি শাইরিকসী*
*লোংদোল শাইরেপাক্ত লৈখব*
*ইপা ইবুংঙো নঙগী য়াইবী থরায়দুনা ।।*

পাঙজদ্রব নচা
সাইরেম নীলবীর

# য়াওফম্


হীরম্ লামায্

হায্জনীংব ৱাহৈ খবদং

১। লৈশেম্ নোংশেম্লোন্গ মবী লৈনব লাইয়িংথৌ লাইবেম্মাশিং ১
২। লাইয়িংথৌ থাংজীং কোয়্বেল্লাই ১০
৩। লাইয়িংথৌ মাবজীং অমসুং মপারী ইবুংঙো লাইয়িংথৌ লোয়্য়াবাক্প ১৬
৪। লাইয়িংথৌ ৱাংববেল্ অমসুং মপাবী ইবুংঙো খান চাউব লোক্নিংথৌ ২৫
৫। লাইয়িংথৌ কৌব্রু অমসুং লাইরেম্মা কৌনু ৩১
৬। লাইয়িংথৌ নোংপোক্ অমসুং লাইবেম্মা পান্থোইবী ৩৭
৭। লাইয়িংথৌ সোবাবেল্ অমসুং লাইবেম্মা কোন্থৌজম্ লাইবেম্বী ৪৮
৮। লাইয়িংথৌ পুথিব অমসুং মমোম্ লাংলেন্ সৌবোন্ লাইবেম্মা ৫৭
৯। লাইবেম্মা ফৌওইবী ৬৬
১০। লাইয়িংথৌ হন্ব ৭৬
১১। লাইয়িংথৌ পুবৈবোম্ব ৮১
১২। লাইবেম্মা ঈবৈম ৮৮
১৩। লাইবেম্মা ইমোইনু ৯৫
১৪। লাইয়িংথৌ অৱাংব ১০১
১৫। লাইয়িংথৌ ঈকম্ নিংথৌ ১০৫
১৬। লাইয়িংথৌ নাউথিংখোং অমসুং লাইবেম্মা পীতঙ্ঙা ১১০
১৭। লাইয়িংথৌ যাংগোই নিংথৌ ১১৮
১৮। লাইয়িংথৌ চীংজেং নাবল্ পাংগল্ব অমসুং মমা ইবেম্ম পেনু লৈম ১২২
১৯। লাইযিংথৌ চাংখৈ নিংথৌ, মমোম লাংলেন্ লাইবেম্মা পুবিবী অমসুং মপাবী ইবুংঙো লাইযিংথৌ পুবাব ১৩০
২০। লাইয়িংথৌ চোথে থাঙ্ৱাই পাখংব অমসুং লাইবেম্মা খম্লাংতাউবী ১৩৬
২১। লাইয়িংথৌ নোংশাব ১৪৪
২২। লাইয়িংথৌ খম্লাংব ১৪৯
২৩। লাইয়িংথৌ কৌববেল্ অমসুং লাইবেম্মা থৌদ্ নুংনাং লৈম ১৫৪
২৪। লাইয়িংথৌ শামুবৌলাক্প ১৫৯
২৫। লাইযিংথৌ খমুং থোঙ্ঙাবেল্ অমসুং লাইবেম্মা লাইখুবেম্বী ১৬৩
২৬। অপোক অশিগ মবী লৈনব লাইয়িংথৌ লাইবেম্মাশিং ১৭১
মচাক্ তান্ফম্ ওইব লাইবিক্ অমসুং চেফোঙ্শিং (I III)

# হায়্জনীংবা ৱাহৈ খরদং

***লাইয়িংথৌ লাইরেম্মাশিংগী ৱারী শীংবুল*** হায়ন্ মিংথোন্ব লাইরিক্ অসী ইনব হোৎনজবদ ঐহাক্না মমিং লৈরব। শক্লাইরব অখঙ্ অহৈ কয়ান ইবা/ইথোক্প/শিন্দোক্প /খোম্জিনব /লেংব লাইরিক্ কয়া অমসুং চেফোঙ্ কয়াদগী মচাক্ লৌজখি ।। অসীগীসু মথক্তু, অহল্লমন্শিংন তাক্পিরক্প ৱারী, ৱাখুল্ অমসুং পাউতাক্ কয়া লৌশিন্জখি ।। য়াম্ন পুক্চেল্ শেংন হায়্জরবদ হায়্রিব মচাক্শিং অসি ফংজবদগী লাইরিক্ অসী ঐন ইব ঙম্জখিবনি ।। মরম্ অসীন অখঙ্ অহৈশিং অমসুং অহল্লমন্শিং অদুগী মফম্দ শীংব ঙল্লরোইদৌব লমন্ তোন্শিনজরবনি ।। ফূরূপ্ অসীগী শাগোন্নরক্প লাইনীংগ মরী লৈনব লাইয়িংথৌ লাইরেম্মাশিংগী অসীগী মতিক্ ময়াইদি ঙম্খৈ নাইব নত্তে হায়্ন অয়িবন লৌজৈ ।। উমংলাইশিংগী লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা খরদি লৈপাক্কী লৈমাব লৈমাবী ওইরম্ব য়াওরবসু মখোয় অদু চুম্নগী মীওইব খক্ ওইফম্ থোক্তে ।। লাইয়িংথৌ লাইরেম্মাশিংগী লাংওন্ / লাইওল্ / লাইবী / লাইচৎ শোয়্দন ওইফম্ থোক্ই ।। লাইগী মতিক্ ময়াই মঙাল্ লৈব মরম্দগী মখোয়্বু ফূরূপ্ অসীগী পুরোল্ পারোল্ লান্ন চারোল্ সূরোল্ শন্ন ঈরাৎ থৌনি থৌরম্ তৌনরক্পনি হায়্ন অয়িবন লৌজৈ ।। মখোয়্গী থোদোক্ ৱাথোক্তী লাইয়িংথৌ লাইরেম্মাশিংগী তাইবং থৌদোক্ কুম্মৈনি ।। অয়িব ঐন পাঙ্জদবদগী থিজিন্ব, হংজিন্ব ৱাংহৌবদগী লাইবিক্ অসীদ অশোয্ অঙাম্ য়াওবম্বসু যাই ।। অদুগুম্ব অশোয্ অঙাম্শিং অদু কনাগুম্ব পূক্চেল্ চাউব অখঙ্ অহৈশিংনা তাক্পিবল্লবদি পাঙ্জদ্রব অয়িব ঐবু নুংশিবিদুন তাক্পিরক্পনি হায়্ন হরাউ হরাউ লৌশিন্জগনি । অমসুং মথংগী খূৎনম্দ শেম্দোক্ শেম্জিন্ তৌজনবগী খুদোংচাব অম পীবীবনি হায়্ন লৌজগনি ।।

খূবায্ নান্দৈবম্ লৈকাই, ইম্ফাল্ — সাইরেম্ নীলবীর্

২ ৯-৯৯

# অনীসুব খূৎনম পুথোকপগী মতাংদ ৱাহৈ খরদং

'লাইয়িংথৌ লাইরেম্মশিংগী ৱারী শীংবুল' হায়না মিংথোনব লাইবিক অসীগী অহানব খূৎনম অদু খৃস্তকুম ১৯৯৯ দা পুথোকচখিবনি ।। সনামহী লাইনীংগী ওইব লাইয়িংথৌ লাইরেম্মশিংগী ৱারীবু পাম্বীব মরূপ মপাং অমসুং ইচিল ইনাউশিংন লাইরিক অসিবু অনিসুব খূৎনম পুথোকপগী তঙাইফদব লাকখি।। অদুম ওইনমক 'লাইয়িংথৌ সনামহী অমসুং সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ' হায়ব লাইবিক অসী ইদুন ফোঙদোকনীংখিব অমসুং ঈরাৎ থৌরম থৌনিরোল লাইরিক' অসী ইদুন ফোঙদোক পামজরুবদগী লাইরিক অসীগী অনিসুব খূৎনম পুথোকপ ঙমজখিদে । অদুবু চীংঙু খোইয়ুম অসীব লাইয়িংথৌ সনামহীন থৌজানবীবদগী কুমসি চহী খৃস্তকুম ২০০৬ লোইশিল্লকপ অসীদদি ঐগী ইনাউ লোংজম অরুন্ন থৱায় য়াওন হোৎনবীদুন মহাক্কী অচৌব মতেংন লাইরিক অসীগী ২সুব খূৎনম অসী পুথোকপ ঙমজবনি ।। মরম অসীন 'লাইয়িংথৌ লাইরেম্মশিংগী ৱারী শীংবুল' হায়ন মিংথোনব লাইরিক অসীগী ২সুব খূৎনমগী ফংফম থোকপ শরূক পুম্নমক ঐগী নুংশিজরব ইনাউ লোংজম অরুনগী মফমদ খুৎশিন্নজবে ।। ৱাফম অসী হায়জবগা লোয়নন ইনাউ অসীগী মফমদ তৌবীমল খঙব ফোঙদোকচরি ।।


[illegible]

বিতযার্দ প্রিন্সিপাল দি.এম.কলেজ (কম্মর্স) ইম্ফাল

মেম্বর, কংলা ফোর্ত বোর্দ,

চিয়ারমেন, কংলা রিলিজিয়স কমিতি,

চিয়াবমেন, ফাউন্দেশন ফোর দি যুনিভর্সিতি ওফ সনামহী কলচব

# অফোঙবগী ৱারোল

জিঃএমঃ পব্লিকেসন্স, ইম্ফালনা মীয়ামগী মতেংগা লোয়ননা চহী কয়া অসি লমদম অসিগী মরমদা ইবা লাইরিকশিং ফোঙদুনা লাক্লি। মসিগী শরুক অমা ওইনা লমদমশিদা লৈরিবা লাইযিংথৌ লাইরেম্মশিংগী ওইবা ওজা সাইরেম নীলবীবনা ইবা "লাইযিংথৌ লাইরেম্মাশিংগী ৱারী শীংবুল" অনিশুবা খৃৎনম অসি মীয়ামদা ফোঙদোকচরি। মমাঙগী খৃৎনমদি অইবা মশমক্লা পুথোকপিখ্রবনি। লাইরিক অসিনা লমদমশিগী লাইযিংথৌ লাইরেম্মশিংগী মরমদা থিজিল্লিবা মীওইশিং, অপাবশিং, মহৈবোইশিং অমদি রিসর্চরসশিংদা কান্নবা খরমখৈদি ফঙহনবা ঙম্লগনি নীংঙৈ। মসিনা লাইরিক অসি পুথোকচবগী মরুওইবা পান্দম্নি।

লাইরিক অসিবু অনিশুবা খৃৎনম ওইনা ফোঙদোকচনবগী খুদোংচাবা পীবিরিবা পুকচেল চাউববা অইবা ওজা সাইরেম নীলবীরগী মফমদা ইকায় খুম্নবগা লোযননা তৌবিমল খঙবা উৎচরি। লাইরিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিবিবা ডাঃ ৱাইখোম রোমেশ অমদি লাইরিক অসিবু নম্বগী অচৌবা থৌদাং লৌবিবিবা মোনিকা প্রিন্টসগী ইচিল- ইনাও পুম্নমক্কী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

ইম্ফাল,

২৫-১১ ২০০৬

লোংজম অরুন

# লৈশেম্ নোংশেম্লোন্‌গ মরী লৈনব লাইয়িংথৌ লাইরেম্মাশিং

অৱাংব কোবৌ নোংদোল্ নোংলিংদ্রিঙৈ, অনেম্ব মালেম্ লৈপাক লৈশেমদ্রিঙৈ, কোবৌ নুমিৎ, লোইদাম থাজ থোর্ক্লএঙৈ তেংবান্‌ব অসী ইচাঙ্ হাঙ্‌লিঙৈ মতম্‌দ তেংবান্‌বগী মপু ওইবগদব চীংঙু খোইয়ুম্ যাইবীবেল্ 'শিদব অথোইব লাই মহাক্ মতোম্‌তমক্ তবক্ তবক্ লৈবম্মী ।। অসুম্ন মতম্ কয়া লৈবক্লবগী মতুংদ চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব মহাক্ল তেংবান্‌ব শেম্লগে, কোবৌ মালেম্ অনীমক্ লৈহল্লগে, তাইবং মওং ওইহল্লগে, তাইবং কুম্মৈ শান্নবগে হায়্‌রে পাম্‌মে নুংদ নীংখল্লবগী মনুংশাবু 'হুম্' হায়্‌ন কামজাওখি ।। শিদব মপ মহাক্ল শাইবোঙ্ মক্‌গুম্ন তাশিন্দুনা 'হুম্' হায়্‌ন কাম্‌জাওখিব মনুংশাগী পনীংদ চোয়্‌নৌ ফম্লাল ওইন ফমদেংখি ।। 'উম্' হায়্‌ন পায়্‌ম পীবুক্লুংদ নীংখল্‌খি ।। লৈতৌ নোংহৌগী থৌবম্ পবীং যাৎখি ।। হুংগ নিংগ অনীগী মতিক্ ময়াই পুম্ন লৈবক চীংঙু খোইয়ুম শিদব মহাক্ল তেংবান্‌বগী মমা ওইগদবী লৈমবেল শিদবীনু পায়্‌ম উনকোয়্‌নুংদ হীবীকোন্দুন পুশিল্লে ।। চেৎন থাগোল্লে ।। যোইবু খোহনোম্ লাইবেম্মা লৈমবেল্ শিদবীগী মহকচাংদগী অতিংকোক শিদবনে, অতেয়া শিদবনে, কোনজিল তিংথোকপনে মপাবী অহুম্মক্‌পু মথং মথং শাগোংলল্লে ।। মপাবী অহনব অতিংকোক শিদববু যেংন মপন্ পন্থৌ চীংঙু খোইয়ম শিদব মপুন যাথাং পীখ্রাখি — ইপাগী অতিংকোক্ শিদব নঙনু [illegible] । অতেয়া শিদব পুথাখিদুন কোবৌ নোংলেং-ও ।। মালেম্ লৈশেম ও ।। [illegible] হৌলাইবগাদমক্‌প চাংঙু অতিংকোক শিদববু অশাব ও হায়্‌না [illegible] ।। মপাবী চীংখোঙ্ অহনবা মসু মপন পন্থৌ মাগী যাথাং পাউখ্রাযথোনবু [illegible] পক্লীং লপ্ন নাতাববগীদুন চোয়্‌থারে ।। তৈইগুম্, খোইয়ুম অশাবদ [illegible] লৈশেম নোংশেমগদগে থনবদ পায়্‌ম পুক্লীং ঈবৈ চল্লে ।। [illegible]

মপন পন্থৌ মাবু নীংজবে ॥ পন্থৌ মপা মান উন্বী পূব্রীং পেল্লবগী লৈবী লোংলৈ. লৈত্রৌ লোংহৌ পূম্মমক্পু খোইযুম্ চানগোয় মযা লাওল্ কাথোক্লুন চেংলৈ মীংথিংহল্লে ॥০॥

খোইযুম অশীব মহাক্ত ১) লৈযিকোন, ২) অহাংকোন, ৩) লংবকোন, ৪) নুংনাংকোন্, ৫) কোবৌকোন্, ৬) অশিকোন, ৭) ... কৌব কোবৌ নোংলোন তকেংমকপু নোংলিংলে ॥ নুমিৎ, থা, শানাপ, থাবা, থাযাং, থাদোন্, ওক্পুবোই, তাউহইনেং, থব্রানমিচাক অপান্ব ... মমকপ শাংশেল্লে ॥ কোবৌ লোংলিং নোংলোই হাবু মপন্ পন্থৌ চাংঙু খোইযুম শানদ পাংথেনে ॥ চাংঙু খোইযুম্ যাইবীবেল শিদবন মপাবী অশীববু যেংনবক যাথ পাউহায়বে -- ইপাবী কোবৌ নোংলিংব-ও । মালেম লৈশেম্ ও ॥ মপন পন্থৌ মাগী যাথং থৌশীখোনবু নাতাববগী খোইন্দুম কোবৌ ... মহকচাংদগী লাইজ ঈশিং পুথোক্লে ॥ মালেম লৈশেম্ব হৌবে ॥ ... বাইবীলীন তৌগুম্ পনীং লাংশঙ্ হল্লে ॥ কাবনে, কথানে, ...খুবনে, লোংদমহনবনে (পিশাতাউ) মবিমক্পু মালেম মথৈক মবি ...হল্লে ॥ তৌইগুম্, চাংখোঙ্ অতোনব কোনজিল থিংথোকপন ... লৈথিনগাযবে ॥ মবম্ অসীগীবু কোনজিল্ তিংথোকপ মাবু হবাব ... ও হাযন মিংগৌবে ॥ খোইযুম্ অশীবন মপন পন্থৌদ বাকৎলে ॥ ... খোইযুম শিদবন মপাবী অশীবদ —'লৈপী তোমশোন নপ্ফা' হাযন ... মালেম লৈশেম্মু — হাযন যাথং পাউমেল্লে ॥ থব্র, চেংঙা, যুচেং, ... কৌব লাই মবিমকপু মালেম চিথেক্ মবি লৈঙাক্তন্দুন অশীবন মালেম্ লৈশেল্লে ॥ তৌইগুম্, হবাব লৈথিন্গায়ন হন্ন হন্ন অমুক্ মালেম্ লৈথিনগাযবে ॥ খোইযুম্ অশীব অশাউ থাম্বী মৈহৌবে ॥ মনাউ কোনজিল্ থিংথোকপবু থিংলগে হাযন পায্ম নুংদ চপ্ যুংন নীংথল্লবগী মশাগী খোঙ্বী খোঙলক্লগী নুবা তাথোক্লগ মশা পান্ব পাইঙম্ব লাংগোই শগোল্ অমবু শামদোন্ অযাঙ্ব ও কৌন পুথোক্লে ॥ থোক্লগদব থৌদোক্তু মমা লৈমবেল্ শিদবীন উববগী মপাবী অতোনববু তাংজ লিল ওল্লো হায্ন ওন্হল্লে ॥ শামদোন অযাঙবগী মখোঙ হৃজীন্ন নেৎপদ তাংজ লিন্দু মতোক লীশীং পাল্লক্লে ॥

তৌইগুম্, চৈনাখোন্দি ফাওরে ॥ শামদোন্ অয়াঙ্বন তাংজ লিল্ মাবু তান্ন তান্ন নেৎপদ মালেম্ লৈমায় উফুল্ তারে ॥ তাংজ লিল্গী মকোক্ অপাকপ অদুবু হৱাই থাঙ্পাক্ক চাংদম্নদুন পোইরৈ চাদোল্ ৱাংঙম্ সৃদোন্ন -— হৱাই থাঙ্পাক্ মথাঙ্পাক্ ঢেবী লোইয়া মবোইয়া -— হায়ন শৈশক্রৌবে ॥ শামদোন অযাঙব মাবু ফানব লৈমবেল্ শিদবীন লাইরেম্বী তবেৎ পুথোক্লে ॥ মখোয তবেৎমক্ক খুজেং হংজি লাক্ক শামদোন্ মাবু কোয্শীল্লে ॥ কোন্জিল্ চিংখোকপ কোংলৌতোন্ লৌথিবন হাওমুক্ক লেংফাইচল্ মোংব তাজীল্ খুবো যেঙন মমৈ মশা পায্ন শামদোন্ অযাঙব মাবু ফাখি ॥০॥

মপাবী চীংখোঙ্ অহনব অশীবন অমুরক্ মপন্ পস্থৌগী চোযনৌ মখুযাদ ৱাতম্লে ॥ চীংঙু খোইয়ুম্ যাইবীবেল শিদবন মপাবী চীংখোঙ অতোনববু চিংথোক্লগে খল্লবগী মশাগী খোয্বুঙ্দগী খোযনৌ নুঙা অম চংথোক্লে ॥ মীৎনহাগী মশক্ লৌ মীৎলৃদগী পুথোক্লে ॥ মৌবিন চিংজেৎনবা চেংলৌ শক্কোয্ হেনবী নুজাদু নোংথাঙলৈম-ও কৌন মখুৎনিংথৌদ শোকহল্লে ॥ মপাবী অহনবন মালেম্ লৈশেম্বদ লৈথিনগায্বিব মপাবী অতোনব হবাব লৈথিনগাযবু থেম্তোক্লু-ও হায়্ন যাথং পাউহায্বে ॥ নোংথাঙলৈম খোঙদোযখ্রে ॥ নোংথাঙলৈমন উজরসনু হায়্বগী হবাবগী মীৎমাঙদ থেক্ক থেক্ নৌগ নৌ, মীৎচিন খোই খোই সনানু, পুল্লাং নাক্ত থম, হেদো হেনাউ কা, ঌবৈ মকা ফোং, থৌদু চেংজা নূংনল্লে ॥ লৈমগী মতৌ উবদ হবাব লৈথিনগাযদ্ অপাম্ নুংশি ঈখৌ লাংবন পায্ম পক্লীং লৈতাদ্রে ॥লৈতুম হুন্ন পাউশাবদ লৈম মাগী পুল্লাং কায্বে ॥ লৈম মানসু পাউশা ঈশৈ শক্লে - হে নহাব অপিশক ! লৈকু মকম্ খোইজোপ্প, লৈবাই মকম্ খোইহাইব, লৈতুম্ হুন্ন পাউশাব, ইপনগী পুল্লাং কায্রেদো, শিংবীবোইব্ হায্ববা ॥ শিংবীযু শিংবীযু মশিংবীযুদা ॥ হো যা-যা হো যা ॥ হবাবন পাউহল্লে — পেম্ম নঙবু হুন্দেদ, লৈপাক্শঙদ লৈবীদে, মনম্ নুংশা যাইবীদো, লৈতুম্ হুন্ন পাউশাইযে ॥ নপন পুল্লাং কায্বাদ কুম্শি মপাল্ শাবগ নোংমৈ মহৈ যাল্লগ শিংবীগে শিংবীগে মশিংবীগেদা ॥ লৈম মান পাউওক্তুন খুল্লে — হে ইবুং নহাব ! যাবৌদগী শাঙাইন মচি কেক্ল থোকর্তব, ললহাম্বুঙ্গী কাকফৈন মনা হুম্মাই শাদবি ॥ তোকপমগী ঙমুন্ খোইজ্র

তোংলোং চিন্দরি ॥ কোংবদগী ঙাখান পোলাং কানক্ নক্করি ॥ শুক্র মহৈ মান্দরি ॥ য়াংকোক্ক মপাল্ শাদবি ॥ লৌজখিরোই-ও লৌজখিরোই ॥ অসুম্ব হৱাব লৈথিন্গায়গ নোংথাঙ্লৈমগ পাউশা ঈশৈ শৰ্কমিন্নবিঙৈ চিংঙু খোইয়ুম্ ইশাবন লৈশাতাউ, নোংশাতাউ, লৈখোম্তাউ, নোংখোম্তাউ কৌব লাই মাবমক্পু মালেম্ মায়কৈ মবি লৈঙাক্হল্লগ ১) মালংকোন্ ২) মালৈকোন্ ৩) পোংলৈকোন্ ৪) লৈনুংকোন্ ৫) লৈখাকোন্ ৬) খমলৈকোন্ অমসুং ৭) খম্লুংকোন্ কৌব মালেম্ লৈবোল্ তরেৎমক্ লৈশেম্ব লোইখি ॥ মপাবী অহনবন মালেম্ লৈশেম্ লৈরোয় ৱাবু মপন্ পঙ্গৌদ ৱাতম্খি ॥ তেংবান্ব মপু মানা কোয়ন কোয়ন চত্তুন মীৎয়েং শান্খৈবদ কংন ইনাং পল্লম্ব লৈমায় অম থেংনাখ ॥ লমলেন্দুবু কংলৈনুংনাংপাল্-ও হায়ন মিংহন্খি ॥ লমলেন্দুদ লৈনবগা ওতৈবং কুম্মৈ শান্নরগে হায়ন অথোইব লাই মান পায়ম নুংদ নাখেলশা ॥৩॥

চিংঙু খোইয়ুম্ যাইবীরেল্ শিদবন — মালেম্ লৈশেম্ লৈরোম্ববদি মালেম্ লৈমায় লৈতেম্-ও — হায়ন মপাবী অহন্বদ য়াথং পাউহায়রে ॥ ঐশাবন লোংপোক লৈহৌচীং খোঙ্গারে ॥ লাইবুংথৌ মাপল্মক্ যাওন থেঙ্গৌ শাদুন মালেম লৈতেম্খি ॥ ১) অকাও থেঙ্গৌ শাদুন কাওন কাওন লৈনেৎখি ॥ ২) লৈফান থেঙ্গৌ শাদুন ফন্ ফন্ চোংন লৈনেৎখি ॥ ৩) লৈচাই থেঙ্গৌ শাদুন চোংথোক চোংশন্ লৈনেৎখি ॥ ৪) নোংযন্ থেঙ্গৌ শাদুন চোংশিল্ চোংশল্ লৈন লৈন লৈনেৎখি ॥ ৫) লৈকক্ থেঙ্গৌ শাদুন শিক্ল শিক্ল লৈনেৎখি ॥ ৬) লৈনেৎ থেঙ্গৌ শাদুন চোংথোক্ চোংথোক্ লৈন লৈন লৈনেৎখি ॥ ৭) অতান্ থেঙ্গৌ শাদুন চোংন চোংন নিক্ল নিক্ল লৈনেৎখি ॥ ৮) লাংকক্ থেঙ্গৌ শাদুন চোংশল্ চোংশল নিক্ল নিক্ল লৈনেৎখি ॥ ৯) অবোইবদ, অথম্ থেঙ্গৌ শাদুন মালেম্ লৈমায় লৈতেম্ব লোইখি ॥ লাই নুরা তরেৎমক্সু যাওন লৈতাই নোংদাই জগোই শাদুন লেবোত লোংলোই ঈশৈ শৰ্কখি ॥ মালেম্ লৈমায় লৈতেম্ব মপুঙ ফারে কংলৈশা হায়বগাবু কংলৈপুং ও হায়ন মিংলেন্ মিংথৈ মিংহন্খি ॥ অসুম্ব মালেম ইশা শেম্ব লোইরবে হায়বগী অশা কৌবে ॥ লৈপাক্ ফাওববু কদায়দ লোববগে হায়ন হৈন য়েংলে হায়বগী হৈয়েং কৌরে ॥ হৈন য়েংলবসু হৱাবগী

মশাইয়োল্ নুংশিং মাদি অদুম্ শিংলি হায়বগী হৈয়েংশিং হংচিং কৌবে ॥ লৈথিন্গায় নোংলৈ নুংশিং মান হুম্‌দোকপ ঙম্‌দনব চুপ্-শেল কাপ্পু থায়্এ মকাপ্ কৌরে ॥ মায়্‌কৈ ঙাকপ লাইশিংন কন্ন লৈঙাক্লবদ লৈথিন্গায়্‌বদি ঙম্‌দ্রে শিংপদি মশিংলি হায়্‌বগী মশিং কৌরে ॥০॥

চীংঙু খোইয়ুম্ অশীব কোরৌ নোংলিংব মালেম্ লৈশেম্বন 'হুং' হায়্‌ন শোন্দুন লাইজ ঈপাক্ত কোঙ্গোল্ থোক্‌হল্লে ॥ কোঙ্গোল্‌দগী ঈশং, ঈশংদগী কঙ্‌নাউ কঙ্‌বী, শীংউৎ শীংনাং, ৱাপাল্ উপাল্ মথং মথং শান্‌শেম্‌লে ॥ মবম্ অসীগীবু চীংঙু মালেম্ লৈশেম্ব মাবু কঙ্‌বী কঙ্‌নাউ কঙ্‌পোক্পা, পামেল্ উপাল্ উরিংব-ও হায়্‌ন মিংহুন্‌খি ॥ অসীগী মতুং তাবদ, চীংঙু খোইয়ুম্ য়াইবীরেল্ শিদব মান লৈরোল্ নোংলোল্ চেৎশিন্নবগী মপারী চীংখোঙ্ অহন্‌বগী মহী ময়াইবু শন্দোক্‌হল্লো হায়্‌বে ॥ মপন্ পন্থৌগী য়াথং পাউহায়্‌খোন্‌বু নাতারবগী চীংঙু মালেম্ লৈশেম্ব মান 'হুং শেৎ' হায়্‌ন শোন্দুন থিরেল্ মহক্‌চাংবু পোক্‌থায়্ চাউখায়্‌হল্লে ॥ মনম্ম মালেম্ ওইরে ॥ মপুক্ক নোংথৌ ওইবে ॥ মমিৎ য়েং ওয্ অনীমক্ক নুমিৎ থাদ চঙ্‌খ্রে ॥ কাপ্‌থোক্‌খিব তুরিক্ক নোংদোল্ থক্ত লংলিব থৱান্‌মিচাক্ অপক্‌মাশিংদ চঙ্‌খ্রে ॥ খোইয়ুম্ মাগী ঈন লাইজ ঈশিং ওইখ্রে ॥ মনুংশান মালং নুংশিং ওইখ্রে ॥ মশিংখান খাম্বী মৈ ওইখ্রে ॥ মতু তুহাউন নাপী শীংবী উপাল্ ৱাপাল্‌দ চঙ্‌খ্রে ॥ কোরৌ নোংলিংব মালেম্ লৈশেম্ব অশীব কৌব লাই মাগী মহী ময়াইন কোরৌ নোংলোল্ মালেম্ লৈরোল্ সন্ন লৈখ্রে ॥ মাগী মহী ময়াইন পূম্নমক্তগী হেল্লে ॥ লেল্ ওইবে ॥ সন্নমহী (সনামহী) মহীবেল্ ওইরে ॥০॥

হয়েংঙৈদ তাইবং খুল্লিংলক্লবদ মপারী করম্বন নমু পোংনিংথৌ ওইরগদগে, মপাবী করম্বন খোইয়ুম্ লাইনিংথৌ ওইরগদগে হায়্‌ববু খঙ্‌হল্লগে হায়্‌বগী লাইগী লাই অথোইব চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব মান মপারী অহুম্মক্‌পু য়েংন য়াথং পাউহায়্‌রে — ইপারী নুংচান্‌ব অহুম্মক্-ও ! কোরৌ নোংখোঙ্‌দুম্ কোয়্-ও ॥ নপন্ পন্থৌ ঐগী ইফল্লাংদ হান্ন ৱায়্‌থুংলব ইপারী মাঙোন্দ চোয়্‌নৌ তাংবল্ ফম্বাল্লাংবু শমু খুৎশিন্নগে ॥ অসী ৱাবু নাতারবগী মপারী চীংখোঙ্ অহন্‌ব শোইরেল্ লৈখে হান্ন হুন্‌ব চীংঙু খোইয়ুম্ অশীব সনামহীদি কোরৌ

নোংখোঙ্ কোয়খ্রে ॥ মপারী চীংখোঙ্ য়াইমবা অতিয়া শিদবস্ু খোঙ্শান্খ্রে ॥ তৌইগুম্, মপাবী চীংখোঙ অতোন্ব কোন্জিল্ তিংথোক্পদি শমু মপাঙ্গল্ শোন্বন নোংখোঙ্ কোয়ঙম্লোই নীংখল্লবগী পলেম্ মমা লৈশিরেল্ লৈপুন্বী লৈমরেল্ শিদবীগী পাউমেন্ পাউতাকখোন্বু লুবেল কোক্ত থোংন মপন্ পন্থৌ মাগী চোয়নৌ ফম্বাল্লাংবু তবেৎলক্ কোয়রগ মপন্ পন্থৌ মাগী চোয়নৌ মখূযা খাদবু খুকম্ লৈপায়বে ॥ — ইপাবী অতোন্ব নঙ্দি নপন্ পন্থৌ ঐগী ইতীক্ লাইজ ঈবেল্ পুঙ্গুম্ববু কবম্ শান্খঙ্বনে — হায়ন মপাবী কোন্জিল্ তিংথোক্পদা চোয়নৌ ফম্বালবু শমু খূৎশিল্লে ॥ মপাবী চীংখোঙ্ অতোন্ব মাবু তেংবান্ব মপু ওইবিব মপন্ পন্থৌ মাগী মতীক্ অবববু খঙ্ই হায়বগী কোবৌ অদু নোংদগী পাখংব ও হায়ন কোলোয মিংহুর্লাখ ॥ মপাবী চীংখোঙ্ অহনবস্ নোংখোঙ্ কোয়কুববগী ব্রায়থুংলবে ॥ মপন্ পন্থৌ মাগী চোয়নৌ ফম্বাল্লাংদা মশানৌ অতোনবন ফমদেংদুন লৈবম্ববু চেংলৌ শক্উববদ চীংমায খোন্ন চাক্প খম্বী লমৈগুম্ মৈজাও হৌন শাউবে ॥ চীংখোঙ্ যাইমব অতিয়া শিদং মাস্ ব্রায়থুংলবে ॥ চীংঙু খোইযুম্ অশীব সনামহী মনা মশানৌ কোন্জিল্ তিংথোক্প পাখংববু চোয়নৌ ফম্বাল্লাংদগী চিংখগে হায়বগী অশাউ খাম্বী মৈহৌন চঙ্শিল্লে ॥ তৌইগুম্, লাইনুবা তবেৎন খূংশম্লদুনা চীংখোঙ্ অহনব মাবু খৎলে ॥ ক্রে ক্রে কেক্ মোক্ মোক্ ! খাংগেন্ শম্ব শ্যাও শ্যাও ! কৈগ যেনগ, তোক্পগ কাম্বগ ॥ যেন্খোং হন্তে চাশিল্লো ॥ লাইগী যোন্ন চাফদে — হায়ন ক্রে ক্রে কেক লীবোল্ শক্লে ॥ খোইযুম্ অশীব লাইযিংথৌ সনামহীদু পাঙ্গল্ থোক্প্ যাদ্রে ॥ লাইনুবা তবেৎমক্পু চেংলৌ শক্যেংলগ তাক্লৌ শিদং শোন্ন মালেম্ লৈদ অশাউ খোঙ্থীল্লে ॥ মান শেম্জব মালেম্সী মাঙ্হল্লগে হায়বগী শেংগম্ ফৈবেং লেপ্তুন মালেম্সী অব্রাংলোম্দগী খাবোম্দ চেপ্লে ॥ মালেম্ শেক্লীং পায়বে ॥ লংখাইবগে তেম্শীংলে ॥ মপন পন্থৌ তেংবানব মপু অথোইব লাই অদু চোংথোক্তব যাবক্লে ॥ চোংথোক্লে ॥ মপাবী যেংন হায়বে — হে ইপাবী অহনব ! কোবৌ নোংব খোন্ব ॥ মালেম্ লৈবু লূম্ব ॥ ইপাবী নঙ্বু থোইব চীংঙু কনা লৈর্বিবগে ॥ পলেম নমা লৈশিবেল লৈপুন্বী মান মপাবী খোইমৈতোন্বু হেন্ন নুংশিববদগী থৌওং অসীব্ ওইখ্রে ॥ শাউবগন্ — হায়ন থেল্লে ॥ মপাবী অহনব থেম্ব যাদ্রে ॥ চেংলৌ মমায্ হাওবৈ খা

পাংন লাব খোঙকাপ্ কাম্জাও হুন্খ্রে ॥ পলেম্ মমা লৈশিবেল্ লৈপুন্বী যাওন মপাবীবু তযাঙ্ খোঙ্দান্নবে ॥ পলেম্ মমা লৈশিবেল্ লৈপুন্বী থনুং শীংন মীবক্প্রে ॥ কান্নুংগী মপাবী অতোনবদ পাউতাক্ পাউমেল্লবগে হায়্ন মদোম খোয়্থীংলে ॥ মপাবী অতন্ববু কপ্প কপ্প খোঙ্দান্নবে ॥ পলেম্ মমাগী চেংলৌ মতৈ উবদ অশাউ খান্বী মৈমুংলে ॥ মথম্মোই পেংলক্কে ॥ তৌইগুম্, মথম্মোই লেন্দবন থবৌ পুক্রৈন ব্রাংন ব্রাংন চোংথত্তুনা কোয়্ন কোয়্ন যেংলে ॥ লম্লেন্দুবু তুংলমচংবী তাইবংনা ব্রাঙ্গোই ও হায়্ন কোলোনহৌবে ॥ লম্জেনা ব্রাঙ্গোইদ লৈমবেল্ শিন্দবীন মপ বাবু তনফংজদে ॥ লৈমবেল্ শিদবীনা মপাবি অহন্ব খোইয়ুম্ অশাব মনামহৈবু — ইপাবী চাংখোঙ অহনব, খেবে পুংগুম তগুপ্প, খোইবা লাইহৈ নাইদব, শেক্মোম্ কাইবীলাগুম্ পবীং লাংশঙ্ হল্লবপ, যাইবা যেলহৌবৈগী অমম্ লৈশা হাল্লক্প, কোবৌ নোংলেল্ নোংলেংব, মালেম্ লৈবেন্ লৈশেম্ন, নিংথম মালেম্ লৈতেইব নপুক্ক কোবৌ নোংথইব মনামহৈ মহৈ লৈ । পায়্ম পীবুক্ শাউবগনু হায়না মাগী মতিক্ মযাই লৈখানা খাউখেল্লে । মপানা পন্থৌ তেংবান্ব মপু মানসু মপানা চাংখোঙ্ অহনবন্ ইপাবা শাইবেংন লৈখৈ হায়্ন হুন্নব ও । ইপাবী নঙ্দি হযেং, তাইবং খুল্লংলবদ খোইয়ুম্ লাইগী লন থৌ লাইনিংথৌ ওই-ও নোংদম্বনে ॥ ইপাবী নঙ্দি নপং পন্থৌ ঐংন ॥ নপন পন্থৌ ঐসু ইপাবী নঙনে ॥ নঙ্বু খোইব লাই অম লৈংতুবে ॥ তাইবং যুম্বম্ খুদীংগী নিংথৌ ওই ও ॥ নমু তাইবং পুম্নমক্পু অযুক্ ঙন্ন কোন্থোক্পি-ও ॥ নুমিদাং ঙন্ন কোন্শিন্বী-ও ॥ অপোক অশি নোংদম্ব থমুং যাইথোঙ্ শিন্সুব ওই ও ॥ নঙবু নীংজব মহাক্তি নুংঙাই যাইবা মবাং কায অবান খুডম্ ফংসুনু ॥ ইপাবী অহন্ব নঙ্দি নোংদম্ব ঐগী যাইবীনি ॥ নঙ্গী নহী নযাইন কোবৌ মালেম্ শল্হন্গে নপা ঐন শীন্বনি ॥ পলেম্ নমা লৈমবেল্ শিদবী মহাক্সু ইপাবী নঙন লৈব মফম্দ নাউযোক্ নাউকোন্ লৈগনি ॥ খোয়্বুং কবিগী শাউবগে ॥ কংলৈপুঙ্মযোন্দ হল্লসী — মসুম হায়্ন মখুজেং পাল্লোইনন পুদুন কংলৈপুঙ্মযোন্দ হল্ব্রাইবক্কে ॥ তেংবান্ব মপু মান মপাবী অতোন্ব কোন্জিল তিংথোক্প পাখংনবু যেংন — ইপাবী চাংখোঙ অতোনব ও । হযেং নমু তাইবং খুল্লংলবদ ইপাবী নঙন লাংগল তৌ মীনোংথৈ নমু তাইবং পোংনিংথৌ লৈঙাক নিংথৌ ওই ও — হায়্রে ॥

মপাবী চীংখোঙ্ যাইমব অতিয়া শিদবদি মপন্ পন্থৌ মাগ তেথোক্ তেশীন্নন লৈগদবনে হায়ন পাউতাক্পীববগী মপন্ পন্থৌ তাইবংমপু চীংঙু খোইযুম্ যাইবী বেল শিদবগ তেথোক্ তেশিন্নন লৈখি ।।০।।

তেবান্ব মপু চীংঙু খোইযুম্ শিদবন তাইবং কুমৌ শান্নবগে হায়ন পাযম নুংদ নীংখল্লবগী মপাবী অহন্ব যেংন হায়্বে — পাবী কোন্বৌ লোইলিংব, মালেম্ লৈশেম্ব ও । মালেম্ লৈমায়থক্ত তাইবং খুল্লিংনবগী নমু পাংশেম ও ।। তাইবং মীপোক্ ও ।। মপন্ পন্থৌগী থৌশীবান্ব নাত্তববগী মালেম্ লেশেম্ব সনামহীন নমু তাইবং মীওইববু শান্শেন্নগে হায়ন নীংখল্লবগী "০" হায়ন শোন্দুন লাইজ ঈপাক্ত ঈবীক্ কোন্নোন থোক্হল্লে ।। ঈবাক লৈশোন্দুন নমু পোংবু মিতম্লে ।। যাইবীবেলদ কংশিল্লে ।। কযাং শব্দ পল্লিব চৌ লৌ শল্লাইনব অসীনব্ কবম্ন নমু তাইবংমী ওইঙম্গদগে হায়ন মপন্ পন্থৌ মান যাইবী মথব্রায্ হাপ্লীবগ তিন্বী তিন্থোক্ কৌন মালেম্ লৈহাউ শেম্বব মালেম লৈযোন্ চান হিংলসুনু হায়ন মালেম লৈমায়দ থাদোকখি ।। খোইযুম অশীব মহাক্ল মথং অমুক্ মিতম্লে ।। পন্থৌ মপাদ কংশিল্লে ।। তাইবং মশক থোক্লে ।। ওইব যাবোই তাক্পীবে ।। যাইবী থব্রায্ হাপ্লীবে ।। লেমলৈ চম্ কৌদুন লাইজনুংদ থাদোক্লে।। হযেং নমু তাইবংগী অয়া অনা পুদুন উশান্ তাবু ওইবসনু — তাক্পীবে ।। অম অমুক্ মিতম্লে ।। মখোঙ্ মখুং পাল্লে ।। চৈইগুম্, তাইবংমশক্তি ওইঙম্দ্রে ।। যাইবী মথব্রায্ হাপ্লিবে ।। হংঙোই হায়ন কৌদুন লাইজ ঈপান্দ থাদোক্লে ।। হযেং তাইবং লাক্পদ ইঙা কুম্দম্মু, ইঙেন্ কুম্থায়য়ু — তাক্পীবে ।। খোইযুম্ অশীব মান মথং অমসু শানশেল্লে ।। মপন্ পন্থৌদ কংশিল্লে ।। ওইব যাবোই তাক্পীবে ।। যাইবী থব্রায্ হাপ্লিবে ।। চেক্লা মকু কৌদুন মালংদবু থাদোক্লে ।। হযেং তাইবং লাক্লগ খম্নুং পাউজেল্লু খম্নৈ পাউতাক্উ — তাক্পীবে ।। অম অমুক্ মিতম্লে ।। তাইবং মশক্ ওইঙম্দ্রে ।। যাইবীবেল্ শিদব মান যাইবী মথব্রায্ হাপ্লিবগ তেক্পী ওক্লেন্ কৌদুন কংফাল্দবু লৈহল্লে ।। হযেং নমু তাইবংমীগী ঈবাৎ থৌবম্ লাক্পদ শবেল্ শাবু ওইবো — হায়ন যাথং পাউহায়্বীবে ।। মথং অমা মিতম্লে ।। ওইঙম্দ্র খন্জবে ।। অমুক্ হন্ন কংশিল্লে ।। ওইবা যাবোই তাক্পীবে ।। মথব্রায্তবু হাপ্লিবে ।।

কোলোয় খুব্রা যোংবু কৌদুন উমংদবু থাদোক্লে ।। হয়েং নমু তাইবংন খুবা যোং মাবু উবগ নমু পোংশেম্লোন্বু নীংশিংলসনু — তাক্পীবে ।। অসূম্ম, হন্ন হন্ন শান্শেন্নবসু নমু তাইবং মীগী চেংলৌ শক্ফম্ ওইঙম্দ্রবদ চীংঙু খোইযুম্ অশীব সনামহী মাদি পায়ম ঈবৈ চল্লবগী করম্ম নমু পোংশেম্গদগে হায্ন মপন্ পন্থৌ য়াইবীরেল্ শিদব মঙোন্দ পাউহংলে ।। মপাবী অহন্ব যেংন মপন্ পন্থৌ চীংঙু খোইযুম্ যাইবীবেল্ শিদবন হায্বে — ইপাবী অশেম্ অশাব-ও ! নমু তাইবংমী মাগী চেংলৌ শক্ফম্দি থোইন হেন্ন ফজনি ।। মাগী পূক্লীং ব্রাখল্দি মতীক্ মঙাল্ লৈগনি ।। মরম্ অসী লৈবগীবু নপন্ পন্থৌ ঐগী ইমিসীবু য়েংন নমু পোংশেম্-ও ।। মপন্ পন্থৌ মাগী চীংশাং খোইবেল্হীগুম থুম্থোইব পাউতাক্ ব্রাহৈখোন্বু নাতাববগী চীংঙু খোইযুম্ অশীব সনামহীন তেংবান্ব মপু মাগী মমি যেংন নমু পোংশেম্খি ।। মপন্ পন্থৌ মাগী চোয্নৌ খূয়ারেল্দ কৎশিন্খি ।। চীংঙু খোইযুম্ য়াইবীরেল্ শিদব উন্বী পূক্লীং পেল্লে ।। যাইবী মথবায্ হাপ্পিবে ।। তেংবান্ব মপু মান তাইবং কুম্মৈ শান্নবগে নীংখল্লবগী নমু তাইবংমী মাবু তাইবং খুল্লিংনবগী মালেম্ লৈমায়্দবু থাদোক্লে ।। তাইবং মী শেম্খি হায্বগী চীংঙু খোইযুম মালেম্ লৈশেম্ব মাবু নমু পোংশেম্ব- ও হায্ন কোলোয় মিংহুন্ তম্খি ।।০।।

তাইবং খুল্লিংলবদ মপাবী চাংখোঙ্ অতোন্ব কোন্জিল্ তিংথোক্প পাখংবন মৈন ব্রায্ তাংন শম্ চক্ খূদীংমক্ত তাইবংমী ওইন লাংওন্দুন নমু পোংনিংথৌ ওইখি ।। হয়ি চক্ত পাখং য়োইবেল্ তোম্পোক্প ওইন, হয়াচক্ত তাংজ লিল্হা পাখংব ওইন, খুনুং চক্ত লোলাং পাখংব ওইন অদুগ লাংব চক্ত তুবী যোইনোংদা নোংদা লাইবেল্ পাখংব ওইন লাংওল্খি ।। মপাবী চীংখোঙ্ অহন্ব চীংঙু খোইযুম্ অশীব সনামহীন লাইনিংথৌ ওইদুন তাইবং যুম্লুম্ খূদীংগী শম্লোং পাংব কাচিন্দ শম্লোং নিংথৌ অপান্ব লাইনিংথৌ সনামহী ও কৌন তাইবং মীওইববু অযুক্ ঙন্ন কোন্থেক্পী নুমিদাং ঙন্ন কোন্শিন্বী লাংবল্ কাওবেল্ শন্শেন্বগুম্ ঙাক্পী শেন্বীদুন লৈখি ।। মমা লৈমবেল শিদবীসু অদুঙৈগী ব্রাবু ব্রাকাউদন মপাবী চীংখোঙ্ অহন্ববু নাউয়োক্ নাউকোন্দুন তাইবং যুম্লুম্ খূদীংদ লৈখি ।।০।।০।।

# লাইয়িংথৌ থাংজীং কোয়্রেল্লাই

লাইয়িংথৌ থাংজীং কোয়্রেল্লাই মহাক্তি কেগে কাসারেল্, মোইরাং লাংপুম্ অবিব, নূংমু তুম্দব খোঙ্নেৎনব, নূংবী শিদব খুদানব, কেগে শস্থোং মোরিব, শস্থোং মপু নিংথৌব, শানম্ কান্ব মহারাবা, চাউবসু কোয়্রেল্, শাংবসু কোয়্রেল্, ৱাংবসু কোয়্রেল্, কোয়্রেল্ অহুম্মক্ত ফম্ফম্লক্প লাইয়িংথৌনি ।। লাইয়িংথৌ মহাক্তি ফেন্চী নোংহুম্ লম্, মালং মথোঙ্জীল্, খম্গোন্ মরাক্চীন্বু তান্ন খন্ব, খুয়োল্ ফক্তোম্ ফম্ব, থাঙ্গ তোল্বল্ নিংথৌ, কেগে লৈশাবুঙ্ মোইরাং কাসারেল্ নামুংব, য়াইবী পল্লোয়্ তান্ব, খারম্ মোন্থৈ ঙম্ব, চীংলেন্ নাপোম্ অতোঙ্বদ ফম্ফম্ব লাইয়িংথৌনি ।। লাইয়িংথৌ মার্দি লোইদাম্ শজীবু থাদ কোরৌ নোংমাইজীং নুমিৎকী ৱাংলেন্ পুঙ্গোয়্ মতম্ ফবদ মশানৌ ইবেম্ম কোয়্রেল্ লৈমগ মপারী ইবুংঙো তম্পাক্ নিংথৌবগ কাংগ্রু লৈহৌ পোক্পীদগী ঙাংখ খুন্য়ায়্ খায়্ন মদোম্ খুন্ফাওরক্প, কেগে খুস্থোঙ্ লেপ্ল মোইরাং খুন্দা হাল্লক্প, ঈমু ঈঙৌ পান্ফব, লোক্তাক্ ঈশা মাপল্ ফাংবন চেংলৌ শক্য়েং মিয়েংশেল্ ওইনরিব লাইয়িংথৌ-ও হায়্ন শৈথানব লাইয়িংথৌনি ।।০।।

চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব নোংদম্ব মপু মান তাইবং কুম্মে শান্নরগে হায়্ন পায়্ম নুংদ নীংখল্লবগী চীংঙু খোইয়ুম্ কোন্জিল্ তিংথোক্প পাখংবগী লাইওল্ লাইচৎ ওইরিব লাইয়িংথৌ থাংজীং কোয়্রেল্লাই মাবু অৱাঙ্ব কোরৌ লাইরৈপাক্তগী মালেম্ লৈমায়্থক্ত খুন্গুম্হল্লক্লে ।। মালেম্গী করম্ব য়াইফ নুংঙাইগদব মফম্দ লাইয়িংথৌ মাগী মশাইকোন্ ওইরসীগে হায়্ন চেংলৌ মায়্থোঙ্ কোয়্ন কোয়্ন লৈন লৈন য়েংলব মতুং থাংজীং চীংগী চীংদোন্দ অহান্ব ওইন খুন্দারে ।। লাইয়িংথৌ মাবু ১) পোল্তে, ২) পোলাং,

৩) ঈপুন্লেন, ৪) ঈতাইরেন্, ৫) ঈকাংলেন্, ৬) নূংচোংব ৭) নূংকাব, ৮) নূংকাচেং, ৯) লাইকাচেং, ১০) রান্তৌব, ১১) রান্ঙৌব, ১২) রান্মুব, ১৩) চারিশেন্ব, ১৪) মকুকুরোল্, ১৫) শারুং লাইতাং, ১৬) লাংচেন্শেন্ অমদি ১৭) লৈনাই কৌব লাই ইবুংঙো অথৌব লাইবুংথৌ তরা তরেৎন থৌগল্লে ॥ ঙৌব কৌব শরোয়্ লুচিংব মান লুচিংদুন শরোয়্ হুম্ফুমাথোইমক্ত লাইয়িংথৌ মাগী তুংইল্লে ॥ অসূম্ন চহী কুম্জা কয়া থাংজীং চীংগী চীংদোন্দ খুন্দা লৈতা খুন্বাল্ লৈপান্দুনা লৈবক্কুবদ নোংমগী কোরৌ নুমিৎ অমদদি লাইয়িংথৌ মান কেগে মোইরাংপুঙ্গী খুনয়ায়্দ লাইয়িংথৌ মাগী মশাইকোন্ অম থল্লগে হায়্ন পায়্ম নুংদ নীংখল্লবগী লোইদাম্ শজীবু থাগী কোরৌ নোংমাইজীং নুমিৎ অমদ পাম্ন কৈরেল্ অঙৌব কৈয়াঙ্থক্ত তোংলদুন চুঙ্ পে খান্ন, লৈশং লৈঙৌ খাউরোন্নন মশানৌ ইবেম্ম কোয়্রেল্ লৈম ঈবীক্ কোংপাল্ নিংথৌচনু, তুবেল্ লাইজ ঈরাইখম্বী, খোঙ্চৎ লৈমায়্ হন্বী, ঙাংখ লম্মিৎ চুম্বী, অযাঙ্ লম্কা হৌবক্পী, কাংগ্রু লৈহাউপোক্পীদ থাউমৈ মাপল্ থান্বী, ফান্ত্রা মৈমাং ফম্বী, পশোৎ লম্লোই তান্বীগ মপারী ইবুংঙো তম্পাক্ নিংথৌবগ ঙাইবোয়্নন ঙাংখ খুন্যায্ খায্ন খুন্গুম্লক্খি ॥ অসূম্নবু লাইয়িংথৌ মান কেগে খুন্থোঙ্ লেপ্খি ॥ মোইবাং খুন্বান্ লৈপান্খি ॥ মবম্ অসী লৈবগীবু লাইয়িংথৌ থাংজীং মাবু কেগে খুন্দা হাল্লক্প, মোইবাং যূম্লেপ্ লিংলক্প, ঈমু ঈঙৌ পান্ফব, লোক্তাক্ ঈশা মাপল্ ফাংবন চেংলৌ শক্য়েং মিযেংশেল্ ওইনবিব লাইয়িংথৌ-ও হায়্ন কোলোয়্নবনি ॥০॥

থাংজীং চীংগী চীংদোন্দ লাইয়িংথৌ থাংজীং কোয়্রেল্লাইগী খুভম্ লৈ ॥ **চীংলোন্ লাইহুই** পুয়ান হায়্ — থাংজীংগী চীংদোন্দ থাংজীং কোয়্বেল্ নিংথৌগী খুভম্ লৈবনে ॥ সঙ্গাই ইম্ফম্ লৈবনে ॥ মনাক্ত লাইফম্ লৈবনে ॥ নুঙ্ অহুম্ থাবিবনে ॥ নুঙ্ অমদি থাংজীংগী য়াই নল্লিবনে ॥ নুঙ্ অমদি সনাগী কাংচুপ্ অম, সনাগী থাঙ্ অম, সনাগী চৈশু অম অসী নল্লিবনে ॥ অমদি সনা, লুপা পোক্প নুঙ্নে ॥ মনাক্ত উ শিদব উপাল্ হৌবিবনে ॥ সনা খোংনাং অমসু হৌরিবনে ॥ মনাক্ত লাইজ ঈকোম্ লৈবনে ॥ ঈশিং থোক্পনে ॥ সিদব উপাল্দি মচুম্ তাবনে ॥ মশা লোঙ্বনে ॥ মনা তরেৎ পান্বনে ॥ মনাক্ত নুঙ অঙৌব অম, অঙাঙ্ব অম থাবিবনে ॥ অঙৌবদি সোবারেল্গী খুভম্নে ॥

শামু অঙৌব পোক্‌প নুঙ্‌নে ।। লাইমক্লান ।। মমিংদি নোংদ্রেন্‌খোম্ব কৌএ ।। অঙাঙ্‌ব নুঙ্‌দি থোংনাং নিংথৌগী খুভম্‌নে ।। নোংশা পোক্‌প নুঙ্‌নে ।। থাংজীং নিংথৌগী চীংদোন্দি মতোন্‌ তরেৎ শুবনে ।। সনাগী শাঙ্গাই লৈবনে ।। চীংদোল্‌ অমদ নুঙ্‌গী তাঙ্‌বল্‌ লৈবনে ।। মদুগী মথক্ত থাংজীং নিংথৌন মমায়্‌ নোংচুপ্‌ লাইজী পাংন ফম্‌দুন লৈরিবনে ।। মমাঙ্‌দ উথুম্‌ হৌরিবনে ।। মদুগী মখা পাংন নুংশিৎথোঙ্‌ অহুম্‌ লৈরিবনে ।। অমদি চীং মখা থংবদ লৈবনে ।। নুঙ্‌ যাংকোক্লুম্‌ কোয়্‌ব অমন কুপ্‌লিবনে ।। মথং চীংদোল্‌ অমদ নুঙ্‌ পুখম্‌গুম্বন কুপ্‌লিবনে ।। মথংগী চীংদোল্‌ অমদ নুঙ্‌গী থুম্মুক্ল কুপ্‌লিবনে ।। নুংশিৎথোঙ্‌ অহুম্মক্তী অসীনে খঙ্‌-ও ।। কোয়্‌রেল্‌ লৈমগী সনা সঙ্গাইরেল্‌ মনাক্ত লাইজ ঈয়োক্‌ কাম্‌ অম লৈবনে ।। ঈকোম্‌ অদুগী মচীন্দি মোইবুংগী মচীন্‌গুম্বনে ।। মদুদগী চেন্‌থবক্‌প ঈশিংন মোইবাং তুরেল্‌গী মরু ওইবনে ।। থাংজীং লাইকোন্‌ অসীগী থোঙ্‌ মরি লৈবনে ।। অৱাংগী থোঙ্‌ অসীদি সনা থোঙ্‌মান্‌বী কৌএ ।। তখেল্‌ লম্‌নে মাগী থোঙ্‌ চৎকনো ।। নোংচুপ্‌কী থোঙ্‌সু চৎকনো ।। নোংপোক্‌ থোঙ্‌লোম্‌দ চৎলবদি লাইকোন্‌ ফংগদবনে ।। লেপ্প খঙ্‌-ও ।। চীংদোল্‌ মাপল্‌মক্‌ চপ্‌ মান্নবনে ।। লাইফম্‌ মশক্‌ হোংদবনে ।। লাই মাপল্‌মক্কী মফম্লে খঙ-ও ।। লাইয়িংথৌ থাংজীংগী মমিংদি সনানোংনিংথৌ তরেংব কৌএ ।। থাংজীংগী নম্‌খাংদ সনা থম্বাল্‌ শাৎপনে ।।০।।

কংলৈপুঙ্‌ময়োল্‌গী কংলা মনুংদ লাইয়িংথৌ লাইবেম্মা কয়াগী খুভম্‌ লাইফম্‌ লৈবগুম্‌ লাইয়িংথৌ থাংজীং মাগী লাইফম্‌ খুভম্‌ কয়াসু লৈ ।। নুংলোন্‌ পৃযান হায়্‌ — হী য়াই নুঙ্‌ ।। লাই পোক্‌প ।। মখোয়্‌ন লৈব মফম্‌ খঙ্‌নব তায়্‌গে ।। নবুক্‌ তপ্প তাউ-ও ।। হে মীওইবশিং ও ।। অচেৎপ ৱানে ।। খঙ্‌নব তাথবক্কে ।। থাংজীংগী নুঙ্‌ তরেৎ থোক্লে ।। মচু ঙাঙ্‌এ ।। য়াই কৌএ ।। লৈমরেল্‌ শিদব মপু অনীমক্ল লৈ হায়্‌বগীবু কংলৈপুঙ্‌ময়োল্‌ ।। ময়ায়্‌ সুম্‌দোংপান্‌ কংলা থোন্‌তবেৎ থোল্লাংমৈ ।। মীরেল্‌ তোংমুরাবা চীং ।। লাংশঙ্‌ চীংময়োল্‌-ও কৌএ ।। মথং কাদ য়াই কৌব নুঙ্‌ অম লৈএ ।। মশক্তি মীগী মশক্লে ।। মচু ঙাঙ্‌এ ।। মমায়্‌ মোইবাং পাংএ ।। মহাক্তি খূক্‌উ খুদক্ল লৈএ ।। মমিংদি থাংজীং কৌএ ।। কংলাগী মোইবাং চিথেক্ত চৌরিপুঙ্‌ কৌব লৈবনে ।। য়াই কৌব নুঙ্‌ অম লৈবনে ।। ঙাক্লাএ ।। মমিংদি থাংজীং কৌএ ।। ঈরাক্তি ঈ অমন লাৎ-ও ফৈএ ।। মীবু ঙম্‌এ ।।

থাখোংদগী মখা পাংন খূদুপ্ চনীগী মতম্দ নুংশিৎপুঙ্ কৌব থাপুঙ্ লৈবনে ॥ মদুদ য়াই কৌব নুঙ্ অম লৈবনে ॥ মশক্তি লাইশক্রে ॥ মচুদি ঙাঙ্এ ॥ মমায় মোইরাং পাংএ ॥ মমিংদি থাংচীং কৌএ ॥ নুংশিৎ কল্লবদ ঈ অমন লাৎ-ও ফৈএ ॥০॥

নমু তাইবং মীওইবগী শমু হক্চাংনুংদ য়াইবী থৱায় মঙা লৈ ॥ থাংজীং কৌব য়াইবী থৱায় মাদি শমু হক্চাংগী খোয়দৌগীন মখা ঈশিং থোঙ্গীন মথক্ পীরাইদ লৈ ॥০॥

**লাইয়িংথৌ থাংজীংগী ৱারী অম ঃ** লাইয়িংথৌ থাংজীংগী মশানৌ লৈম অয়াঙ্লৈম কৌবীসী ঈরীক্ কোংপাল্ নিংথৌগী মমোম্নি ॥ লাইয়িংথৌ এলাংব কৌব মহাক্ৰ চেংলৌ শক্কোয় হেন্বী মায়থোঙ্ লম্ঙান্বী অয়াঙ্লৈম মাবু মশানৌ তাল্লোয় ওইগে হায়ন পায়মনুংদ চপ্ য়ুংন নীংখল্লবগী মনাই মশন্ অঙম্ অথৌ কয়া থারক্তুন ঈরীক্ কোংপাল্ নিংথৌ মাগী মকাদ হায়জ চৎচররে ॥ অয়াঙ্লৈম মাগী মপন্ পন্থৌনসু য়ারবগী লাইয়িংথৌ এলাংবন কাওরেল্ শন্জাউ চাম, তেক্পী ওক্চাউ চাম, চাম চামন খূজিং ওই লৈম মাগী কাওজ মমল্ ওই পুরক্লে ॥ তৌইগুম্, চীংঙু খোইয়ুম্ নোংদম্ব মাগী কুম্মৈদি কায়ব য়াদবন চীংঙু খোইয়ুম্ কোন্জিল্ তিংথোক্প পাখংবন মাগী লাইওল্ লাইচৎ ওইরিব লাইয়িংথৌ থাংজীং কোয়রেল্লাই য়েংন হায়রে — চীংঙু খোইয়ুম্ কোন্জিল্ তিংথোক্প ঐগী লাইরি লাইচৎ ওইরিব থাংজীং কোয়রেল্লাই কৌব-ও ॥ নোংদম্ব মপু মাগী ফাৎলম্ কুম্মৈ কায়গদৌরে ॥ য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা নোংথাঙ্লৈম কৌবী মাগী লাইরি লাইচৎ ওইরিবী ঈরীক্ কোংপাল্ নিংথৌ মাগী মমোম্লোয় অয়াঙ্লৈম মাবু নশানৌ তাল্লোয় শীংদবু চন্শিল্লো ॥ চীংঙু খোইয়ুম্ কোন্জিল্ তিংথোক্প মাগী য়াথং পাউহায়খোন্বু নাতারবগী লাইয়িংথৌ থাংজীং মান কাওরেল্ শন্জাউ অম ওইন ৱাংলেন্ মীৎকুপ্ অদুমক্ত শাইয়োল্লে ॥ ৱাংলেন্ অদুমক্তি লাইয়িংথৌ এলাংবদি অয়াঙ্লৈম মাগ লুহোঙ্লগনি হায়বগী লুহোংফম্বাল্লাংদ ফম্লে ॥ অয়াঙ্লৈম মাসু অঙাং নাউৱা ওইরিঙৈদগী লৈরক্লব মপন্ পন্থৌ মাগী ইম্কোন্ চাইগোই নুংবু মোম্নু নুজা ওইবী মপোক্ ওইবগী হৌনশা থাদোক্তব য়াদবনিন থাদোক্লম্দাই মতম্দ নুজা মান থারম্ব তাউজিং হৈরাং হৈপাম্বী, শীংঙেল্

লৈরাং লৈপাম্বীবু লাইজ ঈশিং অমুত্তুং চাইরমগে হায়ন ইমনিংথোঙ্লোম্দ মপান্ থোক্লকই ॥ মপন্ পন্থৌ মাগী হৈরাং হৈকোল্ লৈরাং লৈকোল্ য়ৌরক্লবদ চেংলৌ মীৎফম্ হোঙ্ঙম্দন নীংথিজরব কাওরেল্ শন্জাউ অম উরে ॥ কাওরেল্ শন্জাউদুন লৈম মাবু উবদ তপ্প তপ্প নুংশি মীৎয়েংন য়েংদুন চঙ্শিল্লক্লে ॥ লৈম মানসু কাওরেল্ মাগী চেংলৌ শক্তমদু নুংশিরুবগী শমু মখূৎন নান্বীরুরে ॥ কাওরেল্ মান লৈম মাগী শমু খূৎশানৌদুবু চীন্গোয়্ ময়ান তাপ্ চীক্ মশা পূন্নমক্ পীবুক্লুংদ য়োৎশিন্খ্রে ॥ মসীগী মতুং লাইয়িংথৌ থাংজীং মাগী মশাইয়োল্ ওইবিব কাওবেল্ অদুন মোইরাং খুগা নান্বী তুরেল্ য়ৌন অয়াঙ্ খোঙ্জেল্লক্লে ॥ নান্বী তুরেল্ লাইজ ঈরাল্থোক্লক্লবদ কাওরেল্ শন্জাউদুগী চীন্গোয়্ মখৌনাউনুংদগী অয়াঙ্লৈম মাবু ওথোক্লক্লে ॥ লৈম মাসু মতু তুবুম্ অমফাওব তত্তন থোক্লক্লে ॥ লাইয়িংথৌ থাংজীং কোয়্রেল্লাই মাসু মাগী অশেংব খোইয়ুম্ লাইগী চেংলৌ শক্ফম্দ হন্জিল্লে ॥ লাইয়িংথৌ মান মশানৌ অয়াঙ্লৈমগী শমু মখূজেং পায়্দুন মাগী মশাইকোন্ য়াইকোন্নুংদ খোঙ্লাক্লে ॥ অসূম তৌন, লাইয়িংথৌ থাংজীং কোয়্রেল্লাইগ লাইরেম্মা অয়াঙ্লৈম কোয়্রেল্ লৈমগ অনীমক্তি পূন্ন লৈমিন্নরক্খি ॥০॥

লাইয়িংথৌ থাংজীং কোয়্রেল্লাই মাগী তাল্লোয়্ লৈমদি লাইরেম্মা অয়াঙ্লৈম ইবেম্হল্তন মদোম্দে ॥ অয়াঙ্লৈম ইবেম্তোন্সু লাইয়িংথৌ মাগী লৈমনি ॥ লাইয়িংথৌ মাগী মচাদি পূন্ন তরেৎনি ॥ লাইয়িংথৌ মাদি পোইঁরৈ লৈনিংথৌ ৱাংঙম্ লৈমাবন লৈঙাক্ ফম্বাল্ কাবদ লুপাগী তেংগোৎ কত্তুন নিংথৌ মাগী চোয়্নৌ ফম্বাল্ চেৎনব পুন্সি নুংশাংনবগীবু ঈরাৎ থৌরম্ তৌনরক্প লাইনি ॥ কুম্দম্ব লাই অমসু ওইরিব লাইয়িংথৌ মাদি লোত্তাক্ ঈপাক্ মনাক্ত মরাল্ য়ূম্ওইবন লাইজ ঈৱাত্তন লৈরি হায়্ন পায়্মনুংদ নীংখন্বগীবু লাইয়িংথৌ মান কুম্দম্ব কুম্দি লাইজ ঈকং থোক্লল্লী ॥ কুম্কাংগল্লী ॥ মরম্ ঙসী লৈবগীবু পোইঁরৈ ইপা ৱাংঙম্ ইপুশিংন — লাইজ ঈয়োক্কোম্ তৌদুন লাইজ ঈয়োক্-ও ॥ লোইমোম্ ফৌসু পুংহুল্ হুল্-ও ॥ থাংয়ি লৌলিংনু-ও— হায়্ন পাউহায়্নরক্ই ॥০॥

লাইয়িংথৌ থাংজীং কোয়্রেল্লাই কৌব লাই মাবু লৈশেম্ঙৈদ নোংলম্ চিথেক্ মায়্কৈ ঙাক্হন্খিব থৱা কৌব লাই মাগী মহুৎ শিন্ন শজীবু চৈরাউবগী,

লম্‌তা থাংজগী, লোইদাম্ কালেন্ থাদ পাঙ্‌থোক্‌প চক্‌প ফয়েংগী খুম্ভোঙ্ লাংপ থৌরম্‌গী, উমংলাই হরাউবগী অমসুং অতৈ শরোয়্ খাঙ্‌বগী থৌরম্ কয়াদ ঈবাৎ থৌরম্ তৌনৈ ।। মোইবাং, থাঙ্গমোইরাংথেম্, ঙাংখ খুল্, কুম্বী শম্ভোং, ঈথিং, থম্নাপোক্‌পী, তেরাখোঙ্‌শাংবী, কৈরেল্‌ফাবী, ফৌগাক্‌চাউ, ঈথায়্, সগাং শম্ভোং, মোইরাংখুন্নৌ, লৈমপোক্‌পম্ সিফাই, অংথা, মান্তক্, তোরোংলাউবী, কৈবুল্লম্‌জাউ অমসুং থীনুংগৈ অব্রাং লৈকাইগী খুঞ্জাশিংন লাইয়িংথৌ মাগী উমং লাইকোন্নুংদ হরাউ শক্‌শেম্‌তম্ থৌদোক্ কুম্মৈ শান্নদুন খূঞ্জাউ লৈচাউনব চাক্‌হোঙ্ ঙাহোঙ্‌নবগী ঈরাৎ থৌবম্ তৌনৈ ।। লাইরেম্মা অয়াঙ্‌লৈম্ ইবেম্‌হল্‌বু মোইরাং খোয়াংবম্‌ন অদুগ অয়াঙ্‌লৈম ইবেম্‌তোন্‌বু মোইরাং মোইবাংথেম্ন থৌজাল্ লন্‌কুবীনবগী মৈন ব্রায়্ তাংন শম্ ঈরাৎ থৌবম্ তৌনরক্‌ই ।।০।।০।।

# লাইয়িংথৌ মারজীং অমসুং মপারী ইবুংঙো লাইয়িংথৌ লোয়্য়ালাক্পা

লাইয়িংথৌ মারজীংগী মপুঙ্গা কোলোয় মিংলেনদি লাইয়িংথৌ তংখাই ফাইরেল খাঙবগী মাব হনবা ও হায়না মিংহুরে ॥ লাইয়িংথৌ মাদি লাই লেপ্পী লাইরেম্বং চংলম্ব, শানেল থাংগম যাদ চীকপ, কাঙ্‌ইজে হুমদং নাবেং মশ, মাবৌ লোং শগোল তপাইনা, লাংগোই ডৌব অহেনব, লাংগোই মশা মশী পম্বব, হৈবাড় পাঙ চাওব, সুমাঙ ব্রাইপুঙথক্ত, নোংলেন মবাঙ্‌ হৌবদ, লাংগোই হম্পা চইনা লৌদে, লাংগোই খোঙ্গুল থাদব, লাংগোই মোতশা অমাঙ্‌বনু খোঙ্‌ইংলেনব, চাং ছু ওংজা চিংমাব, ওক্লেন্ন যাকানব, লাইবেন লেপ্পী হৈনব, মশা কয়া চম্ব, খমুং যাব, লৈবাক্‌ মাইবহনব বাতেম্ব, নিংথৌ মাইবাংনব, বালনব, চিংখোঙ্‌ পোইবৈতোন্ন বাযেল থৌদা তম্‌দ্রইঙে ব্রাযেল থৌদা তম্বব, থৌদু নুঙ্‌পাক্‌থক্ত ব্রাযেন্‌ব, লাংগোই শগোল্‌ অপাইবদু পাইনদুনু হায়না মখোঙ মশা থেক্ল বাবক্‌ থৌবাউ তম্বীব, মশানৌ খোইমোম লাইবেম্মা চাংলোই তম্‌লোইবীবু লুম্নব লাইযিংথৌনি ॥৩॥

চাংঙু খোইযুম্‌ শদব তেংবান্‌ব মপু মাগী থৌশীব্রাবু লুবেল কোকথোংনা মপাবা চাংখোঙ্‌ অহনব চাংঙু খোইযুম্‌ অশীব সনামহীন মালেম লৈশেম্বদ মংাউ উনৌ কোন্দে কোন্ন হুন্‌ব কোন্‌জিল্‌ তিংখোক্‌প পাখংবা হঞ্জিল্‌ হঞ্জিল মালেম্‌ লৌথনগোয্‌ববদ মশানৌ অতোন্‌ববু থিংলগে হায্‌ন পাযমন্‌দ চপযুংন নাংখল্লবগী চাংঙু খোইযুম্‌ অশীবন মশাগী মখোঙ্‌বী খোঙ্‌লক্লগী নুবা তাথোক্লগ মশা মাব পান্‌ব পাইওম্ব লাংগোই শগোল্‌ অমবু শামদোন্‌ অযাঙ্‌ব ও কৌন শানশেম্‌খি॥ শামদোন্‌ মান খা-লাই থঙ্‌দন অযাঙ্‌






খোঙুংচেল্লবদ লাংগোই মাবু ফানবগীবু লাইয়িংথৌ মাগী মশক্ ... মবী চীংথোক্খি ।। চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব মাগী চেংলৌ মশক্ মান্ন লাইবুংথৌ মাবজীং মাবু শান্শেম্খি ।।০।।

কংলৈপুঙময়েল্গী হাওবৈ অৱাংথংব লম্দম্বু থাঙ্ৱাই-ও হায়ন্ কৌই ।। অদুগুম্ পাই হাক্তক্ত নুংবান্ ৱামিংথু খুৎহৈবগ লুৱাং ৱাংমনাউ শিলহৈবগ টনৌ শোইনৌ থিন পামেল্ তংখায় লৌবদ থাঙলেন্ খৃত্তগী কাউবল্লবগী অনৌব খাঙলেন্ নীংন তেন লৌকুই হায্বগী লমলেন্সীবু থাঙ্ৱাই লম্মহন্ ও হায্ন কৌই ।। অৱাং থাঙ্ৱাই লৌহন্চীং হন্চীং লম্লুংশিদি থাঙ্ৱাই মাবনিংথৌ খোইয়ুম ওংজা চীংমাব মাগী মবমখৈনি ।। অদুগীবু লাইযিংথৌ মাগী লাইকোন্নুং অযাম্বদি থাঙ্ৱাই লম্দ লৈ ।। লাইযিংথৌ মাগী তাল্লোয্ লৈর্মদি তবেৎনি ।। তৌইগুম্, চীংলোই তমলোইবী কৌবী মান লৈমলক্তগী অথোইবীনি ।। তোলোংখোম্ব হার্যাবব লাইযিংথৌ অসী লাইযিংথৌ মাবজীংগী মপাবীনি ।। তোলোংখোম্ব মাবু নংঠাবাক্প, লেম্লৈলাক্প, ৱায্ব শামাঙ্ লেপ্প, হুইয়েল্ লান্জঙ থৌব লাইযিংথৌ- ও হায্ন শৈথানৈ ।। লাইযিংথৌ মান লাইযিংথৌ কৌবুগী মমোম লাংলেন্ থৌদু নুংথেল্ লৈমবু লুহোংখোঙ্দোংদুন পুন্সি লৈপুন্ শেম্খি ।। লাইযিংথৌ কৌবু মান মপাবী শক্ক নাউয়োক্ নাউকোন্দুন লৈখি ।। লোইজীং লোয্যা ঙাক্হন্খি ।। অদু নোংগীবু লাইযিংথৌ মাবজীংগী মপাবী তোলোংখোম্ব মাবু লোয্যালাক্প-ও হাযন কোলোয মিংহুন তম্খি ।। মরম অসীগীবু লোয্যালাক্পগ থৌদু নুংথেল্ লৈমগ অনীমক্তি লাইযিংথৌ কৌবু অমসুং লাইবেন্মা কৌনুগ অযাম্ব উমং লাইকোন্নুংদ পুন্ন লৈমিন্নবনি ।।০।।

লাইযিংথৌ অৱাং যোইবেল্ থাঙ্ৱাই মাবহন্ব মাবজীং মাগী থৌগল্লোয্ লাই ইবুংঙো অথৌবা লাইবুংথৌ কুন্ লৈ ।। লাইবুংথৌ কুন্মক্তগী কোলোয্ মমিংদি ১) নেম্তে, ২) সোইতে, ৩) ঙাইনংশিং, ৪) ঙাইকন্লাক্, ৫) থেপা, ৬) ওংসন্, ৭) পুংসন্, ৮) কাংসন্, ৯) চাবোং কান্মু, ১০) চীবোংলম্হৈ, ১১) চীবোং লম্সন্, ১২) পোংসু, ১৩) পোংলেন্ শাংব, ১৪) খুন্মা, ১৫) খুন্চিক, ১৬) চর্নবপা, ১৭) চাবিপী, ১৮) খোম্লেন্ মৈনাইব, ১৯) নূংশংব, ২০) তোলমৈন ও হায্ন কৌই ।।০।।

চীংঙু খোইয়ুম্ যাইবীবেল্ শিদবন লাইযিংথৌ মাবজীং যেংন হায়্রে – ইপাবী চীংখোঙ যাইমব অতিযা শিদবগী লাইওল্ লাইচৎ ওইবিব অৱাং যোইবেল্ থাঙ্‌ৱাই মাবহন্‌ব নঙবু তাউ-ও ॥ পোইবৈ নবম্লেন্ ৱাংঙম্ নশাইকোন্‌গী নোংপোক্ হানম্ পাংব লম্‌খৈবু খা-লাই লীশাং খোঙ্‌চৎ-ও ॥ খোইযুম্ নঙ্‌গী শাইযোল্ লাংওল্ হৌ-ও ॥ লাইজ ঈবেল্ পুঙ্‌গুম্ব চীংঙু নঙ্‌গী নতৌব মান উঙম্‌দব নমু মান খঙ্ঙম্‌দব নতীক্ নযাই শল্-ও ॥ থোইবেল্ থোইব নোংদম্ব মপু মাগী থৌশীৱাবু নাতাববগী লাইযিংথৌ মাবজীংন লোইবী চাংজাউ চীংমায্ কয়া কা লোকচাউ লোক্‌মায কয়া লান্ন চৎ লমলেন্ হুন্দুংদ নোংপোক শেল্ অপান্‌ব ও কৌন শাইযোল্‌খি ॥ লম্লেন হুন্দুংদগী লাইযিংথৌ মান খম্নক শমু মমায্ খাবম ওল্ লমলেন তুম্মু মোবেবোম্‌দ খোঙ্‌চৎখৈদুন কোনদোন লাইবেম্বীগী মশাইকোন্ লোমদ বায্‌থুংখি ॥ লম্লেন্‌শিদ লৌবঙে লাইযিংথৌ মাবু কোন্‌খাং লাইজাউ-ও হায্‌ন পোইবৈ চাদোল ৱাংঙম সৃদোন্ন হুৎনখি ॥৩॥

শবোয্‌খাঙ্‌বগী থৌবম্‌দ মায্‌কৈঙাক্‌প লাই মবিবু ঈবাং থৌনব চানবসীদি পাথাঙ পুথাঙ্ লান্ন লাক্লব চাথাঙ্ সৃথাঙ্ শন্ন চৎথবক্‌প চৎনবীনি ॥ লমতা থাংজ অহান্‌বগী, থাংজ অৱায্ অখূমগী, শজীবু চৈবাউবগী শবোয্ খাংবদ অদগ চকপ ফযেংগী খুন্‌থোঙ্ লাৎপগী থৌবম্‌দ ঙাক্‌পী শেন্‌বীনবগীবু মায্‌কৈ ঙাক্‌প লাই মবিগী মফম্‌দ ঈবাং থৌবম্ তৌবদ অদুডৈ চীংঙু খোইয়ুম্ অশীব সনামহীন মালেম্ লৈশেম্‌ঙৈদ মীৎলম্ চিথেক্ ঙাক্‌হনখীব চেংঙা কৌব লাই মাগী মহুৎওইবিব লাইযিংথৌ মাবজীং মাবু ৱাৎহৌব যাদে ॥ মীৎলম্ চীংখৈ মায্‌কৈ ঙাক্‌লিব লাইযিংথৌ মাবজীং মাগী শবোয্ হুম্‌ফুমাথোই লৈ ॥ লাইযিংথৌ মাগী শবোয্ লুচিংবগী কোলোয্ মমিংদি পসি পুকোক্ লান্থাব ও হায়্‌ন কৌই ॥ মৈদিংঙু লোযযুম্ব মান পাল্লৈঙৈগী মতম্‌দ পোইবৈ লৈপাক্ শন্ন ৱাংঙম্ মীযাম্ থুংন — চেংলৈ পাবিযাং অমাইব নঙ্‌দি লাইযিংথৌ মাবজীং মাবু লাৎ-ও হায্‌ন যাথং পাউহায্‌খি ॥৩॥

লাইযিংথৌ অৱাং থাঙ্‌ৱাই মাবহন্‌ব, নোংপোক্ ৱাইবং অতাম্বদ চীংঙু মতে হৈব, খোইযুম্ শাইযোল্ যাম্ব, শাবেল্ তাংগম্ যাদ চীক্‌প, কাঙ্‌জৈ হুম্‌দং

নারেংশূব, নোংপোক্ ব্রাইরং হেম্মোই হৈব, লাংগোই মোইশা অযাঙব খোঙ্নেৎনব লাই মাদি লাংগোই শগোল্ অমসুং কাঙ্জেগী মপুওইব লাইনি ।। অব্রাং যোইবেল্ পাখংব লাইয়িংথৌ সোরারেল্গী মপারী ইবুংঙো খোয়্বীফাববু খোইযুম্ লাই কয়া চঙ্ন নাউথেম্ব ঙম্লক্রবদ লাইয়িংথৌ মাবজীং মান — পাবী ইবুংঙো কপ্লগনু ।। থাঙ্ব্রাই মারহন্ব ঐন ইপারী নঙোন্দ লাংগোই শগোল্ অঙৌব পীগে ।। কাঙ্জৈ কাঙ্হু, কাঙ্ক্রম্ পীগে — হায়্ন নাউথেম্খি ।। পোইবৈ পারম্ ব্রাংঙম্ পুরম্ কায়্দন নিংথৌ লৈমাব ফম্বাল্ কাব মতম্দ নিংথৌ মান নিংথৌ খুভম্ চেৎনবগীবু মায়্কৈ ঙাক্প লাই মরিদ সনা লুপান শাব পোৎশক্ কৎনৈ ।। লাইযিংথৌ মাবজীং মাঙোন্দদি লুপান লাংগোই শগোল্ শাদুন ঈবাৎ থৌনিনৈ ।। নমু তাইবং মীওইবগী শমু হক্চাংদ যাইবী থব্রায্ মঙা লৈ ।। মাবজীং কৌব থব্রায্ মাদি থবাক্ত লৈ ।।০।।

কংলা মনুংদ পাথাঙ্ পুথাঙ্ লান্ন লাক্প পারম্ পুবম্চৎকী ওইব লাইযিংথৌ কযামুক্কী খুভম্ লৈবগুম্ লাইয়িংথৌ থাঙ্ব্রাই মাবহন্ব মাবজীং মাগী খুভম্সু লৈ ।। নূংলোন্ পুয়ান হায্ — লাইপোক্পা ।। মখোয়্ন লৈব মফম্ খঙ্নব হায়্গে ।। নবুক্ তপ্ন তাউ-ও ।। অচেৎপ ব্রানে ।। খঙ্নব হায্বক্কে ।। মাবচীংগী নূং তরেৎ থোক্লে ।। মচুন ঙাঙ্ন লাংএ ।। যাই কৌএ ।। লাইচিংগী সুম্দ যাই কৌব নূং অম লৈ ।। মশক্তী মীগী মশক্লে ।। মচু ঙাংযেক্নৈএ ।। মমিংদি মাবচীং কৌএ ।। যুশৌপুঙ্গী মৈরম্দ খূদুপ্ তরুক্কী মতম্দ মাবচীং পুঙ্ লৈবনে ।। মদুদ য়াই কৌব নূং অম লৈবনে ।। মশক্তি লাইশক্লে ।। মচু ঙাঙ্এ ।। মমায়্ লাইজী পাংএ ।। মমিংদি মারচীং কৌএ ।। সনা কৈথেল্গী নোংচুপ্লম্ খূদুপ্ তবাগী মতম্দ মাইব লোয্শঙ্নে ।। মদুদ য়াই কৌব নূং অম লৈপনে ।। মশক্তি লাইশক্লে ।। মমিংদি ওক্মরেল্ শিদব মাবচীং কৌএ ।।০।।

লাইযিংথৌ অব্রাং থাঙ্ব্রাই মাবহন্ব মারজীং মাদি খুঙ্গং লৈকাই কযাবু কোন্বীব ঙাক্পী শেন্বীব উমংলাই অম ওইবতন মদোম্দে ।। লাইয়িংথৌ মাদি মাক্কৈ ঙাক্প লাই তবাগী মনুংদসু অদুগ মায্কৈ ঙাক্প লাই মবিগী মনুংদসু মীৎলম্ ঙাক্প লাই অম ওইব লাইয়িংথৌনি ।। লাইয়িংথৌ মাগী মতীক্ মযাইদি অসীনসু মদোম্দ্রি ।। লাইয়িংথৌ মাদি উমং লাই হবাউব — হবাউ শকশেম

তম্ থৌদোক্ কুম্মৈ শান্নবগী থৌবম্দ চিংথ নাম্থৈহেদ্রব উমংলোন্গী উমংলাই মাপল্গী মনুং চনব লাইনি ॥ নমু পোংওইব তাইবং সোরাবেল্ পোইবৈ নিংথৌ পাংঙম্ লৈমাব মাগী লৈঙাক্ থৌ তেঙ্বাংনবগীবু উমং লাই মাপল্মক্ক পাংখক্ ওইব খুল্পাংথৌ মাপল্ লৈনবক্ই ॥ খুল্পাংথৌ হিযাংলোয্হঞ্জবগী ফম্নু লাইযিংথৌ মাবজীং মাগ পাংখক্লি হায্ন মৈন ৱায্ তাংন শম্ পোইবৈ চাদোল্ ৱাংঙম সূদোন্ন থাজনবক্ই ॥০॥

**লাইয়িংথৌ মাবজীংন মপারী তোলোংখোম্ন ফংজবগী ৱারী অম ঃ**

লাইযিংথৌ মাবজীং মাদি মপাবী শাত্তন মমেম্ ফূইদন লৈবক্প চহী কুম্জা যাম্নলক্লে ॥ তৌইগুম, নোংদম্ব মপু মাগী নোংদম্ব খোইযুম কবম্ব তাইবং কনান ঙঙম্বনো ॥ তেংবান্বেগী মপু চীংঙু খোইযুম শিদব নোংদম্ব লাই মান মপাবী অহনব পাংঙু খোইয়ুম্ অশীব সনামহি। যেংন যাথং পাউহায্খি — ইপাবী চাংখোও অহন্ব ও ॥ ইপাবী নঙন অৱাং থাঙ্লাই মাবহনব মাগী মপাবী অমবু ব লেন মীংকুপসীমক্ত থৌজাল্ লন্কুবী ও ॥ নাউৱা মান চাউব লেপ্তুম ফাবগ কৌব মপু মাগী মশাইকোন্দ মপাবী শক্ল লৈসনু ও ॥ তাইবং কুম্মৈ শান্নহল্-ও ॥ অসী ৱাবু নাতাবাবগী চীংঙু খোইযুম্ অশীব সনামহীন ৱাংলেন মীংকুপ অদুমক্ত কবম্নবু মাবজীং লৈম মাগী শিযোম্নুংদ চং নাউনৌহনগ বনো হায্ন পাযম্ খন নুংবংখি ॥ তৌইগুম, মপন্ পন্থৌ মাগী যাথং থৌশীৱাদি শোয্যাদবন ৱাংলেন্ মীংকুপ অদুমক্ত মাবহন্ব মাবু থৌজাল্ লন্কুবীবগে হাযন লাইযিংথৌ অশীব সনামহীন পাযম পীবুক্ লেপ্লে ॥ ৱাংলেন্ মীংকুপ্ অদুমক্ত মাবজীং লৈম মাগী খোম্লেন্ মঙ্লান্দ শন্থোং নিংথৌ অপান্ব চীংঙু খোইযুম্ লাইযিংথৌ সনামহীন লাইযিংথৌ মাগী কাদ লৈবিব শন্থোং ৱাখায্চেং অবিব ফম্বাল্ থক্তগী শমু খোঙলেঙ্থবক্ অঙাং নাউৱা অপীশক্ অমবু ফৈবম্নন্ পম্ মাবজীং লৈম মাবু যেং থৌজাল্ লন্কু পাউহায্খি —— অৱাং থাঙৱাই মাবহন্ব মাগী মশানৌ লৈম কাসা লাইবক্ ফবী-ও ॥ নাউৱা অঙাং অসীবু নপাবী ওইন ফংজবো ॥ লাইযিংথৌ সনামহীন শামু খূৎশিন্নবিব অঙাং নাউৱাদুবু লৌশীল্লগে হায্ন মাবহন্বী মান শমু মখূৎ তিংথোক্প ৱাংলেন্ মীকুপ্ অদুমক্ত 'হুং-আ' হায্ব অঙাং নাউৱা অমগী মীকপ্খোল্ন লৈম মাগী খোম্লেন মঙ্ফাওনহল্লে ॥ খোম্লেন

মীৎকপ্ থোক্লে ॥ হিঃ করি মতৌনো — হায়ন পায়ম পূক্নীং শোর্ংকিনে ॥ মথংলেন্ থাঙ্‌ব্রাই মাবহন্‌ব মাবু খোম্লেন্ তুম্‌খুল্ তান্‌বদগী হৌদোক্লে ॥ মাবহন্‌ব মানসু অঙাং নাউব্রা মাগী 'হুং-আ' মীকপ্‌খোল্ নাতারে ॥ মাবহনব হন্‌বী অনীমক্ল ইম্মাঙ্ থোঙ্‌জাউ পৌরোল্ শৎ থোঙ্‌লেন্ থোঙ্‌জাউ হাং মখূক্ত উচাল্ মৈরা পায় ইম্নংদগী সূমাঙ্ মথৌবুংদ থোক্লক্লে ॥ নাউব্রাদুন মীকপ্‌লিব লাংগোই শগোল্ শঙ্ যৌন খোঙ্‌জঙ্‌শিল্লে ॥ লাংগোই শগোল্লক্ত খোযবীন খাউওন্ন নাউযম্ন মোম্পাক্ ওই পলেম্ শিযোম্নুংদগী নাউনৌবদ ঙায়্‌বিব য়েংকী লম্‌দাঙ ওই্‌ব নাউব্রা অপীশক অম শমু মখোঙ্ মখূৎ কাওন হাইন মীকপ্‌লিববু চেংলৌ শক্‌উরে ॥ লৈম মান খোম্লেন্ মঙ্‌লান নীংশিংলে ॥ মারহন্‌বী মাগী থীক্লেন্ খোম্লাং লাইজ ঈহৌরে ॥ লৈম মান মথংলেন্ য়েংন হায়্‌রে — ইশাবী-ও নঙ্‌বু তাউ-ও ॥ নাউব্রা অপীশক্ মাবু ইপারী ওইন ফংজগে ॥ চাংঙু খোইনুম্ শিদব নোংদম্ব মপ মান মপাবা লৈতববু লৈজবো হায়্‌ন থৌজাল নোংদম্বীবর্বান নংখল্লবগী লাইযিংথো অব্রাং থাঙ্‌ব্রাই মাবহন্‌ব মান তপোং অনৌবিব অঙাং নাউব্রা অপীশক্ মাবু শমু মখূৎ অনাচঙ্‌ন পম্‌খংলে ॥ মশানৌ মাবজা, লৈমদ শমু খূৎশীন্নরে ॥ মশানৌ মানসু নাউব্রা মাবু — ঙসী কোরৌ নোংগী য়াইফ ব্রাংলেন্ মীৎকুপসিদগী ইপারী অম ফংজরে — হায়্‌ন শমু খূৎশোক্ল লৌবে ॥ লৈম মথানুংদ চেজেৎ থাগোল্লে ॥ ফৈরা তাজীল্‌থক্ত পম, খজাই লেংওল্ চূপ, শম্লাং তোন্‌গা নাল্ মপাবী নাউব্রা মাবু খোম্লাং লাইজ ইল্লে ॥ নাউব্রা মাবু তোলোংখোম্ব-ও হায়্‌ন কোলোয্ মিংহুন্ তম্‌খি ॥০॥

লাইযিংথৌ অব্রাং থাঙ্‌ব্রাই মাবহন্‌ব মাগী মপারী তোলোংখোম্ব মাদি চাউব লেপ্তুম্ ফাবক্লে ॥ কন্‌বদ মপা তাম্‌লক্লে ॥ থৌবদ লাম্বা শাম্‌লক্লে ॥ নোংমগী কোবৌ নুমিত্ত তোলোংখোম্ব মান লাংগোই শগোল্ তোংদুন শাবল্ লম্‌থোক্লক্‌প কোংলৌ লময়েংলক্‌প থাঙ্‌ঙ লৈকাই কোয়্‌রক্‌পদ কৌবপুঙ্ যৌবক্‌খি ॥ অসূম্ন লম্‌থোক্লক্‌পদ লাইয়িংথৌ কৌব্রুগী মমোম্ লাংলেন্ যোইবু খোইমোম্ লাইবেম্মাগী লাংওল্ ওইবিবী থৌদু নুংথেল্ লৈমন মতাবোয্ তরেৎমক্ক লোয়্‌নন শাবল্ লম্‌থোক্লক্‌প কোংলৌ লময়েংলক্‌পদ লম্‌ওক্লখি ॥ চেংলৌ শক্‌খঙ্‌নখি ॥ নুংশি চেংলৌ মীৎচানখি ॥ পায়ম খোয্‌জঙ্‌নখি ॥ তিল্লাং খোয়্‌দানখি ॥ পলেম্ পম্ভৌ চেংলৌ শক্তাক্লখি ॥০॥

চাউব লেপ্তুম্ ফাববী চেংলৌ শক্কোয় হেন্বী নুংশি মতৌ লৈবী মমোম্বু লুহোংখোঙ্দোঙ্তম্ তাইবঙ্ যুম্বাল্হল্লগে হায়্ন পায্ম নুংদ নীংখল্লবগী কৌব মপু মান — কৌব তাদব তাহৌবো, লোইজীং খঙ্দব খঙ্হৌবো ॥ হযেং ইনুং ঙাম্বদ কৌব মপু ঐগী কংলৈ ইসূমাঙ্দ পাখং নহা শাফব তম্ব ওইব পূম্নমক শমু পাঙ্গল্ চাংযেংননি ॥ কন্নদ মপা তাম্ব, থৌবদ লাম্বা শম্ব পাখং নহা শাফব মাঙোন্দ ইমোম লাংলেন্ থৌদু নুংথেল্ লৈমবু লুহোংখোঙ্দোঙ্তম্ খাজনি - হায্ন নোংমগী কৌবৌ নুমিত্ত যাথং পাউথাং পাউজেল্খি ॥ নোংদম্ব মাগী থৌশীন্ন নহাবাক্প তোলোংখোম্ব মাসু কৌব লৈকাই কোয্বক্পদ লাইযিংথৌ কৌব্রু মাগী যাথং পাউজেল্খোম্বু নাতাখি ॥ ইনুং ঙাম্বগ শাফি লান্ফি থোন্দুন কৌব মপু মাগী কংলৈ মসূমাঙ্দ বায্থুংখি ॥ পাখং নহা শাফব পূম্নমক্ শমু পাঙ্গল্ চাংযেংর্নখি ॥ মুক্না শান্নবে ॥ পৌ চিংনবে ॥ চেঞ্জোং মাঙ্জোং চোংনবে ॥ লমথেল চেন্নবে ॥ তিমেন তান্নবে ॥ লীকাপ্ তেনকাপ্পাবে ॥ লোইজীং নিংথৌ যাওন পাখং নহা শাফব কনানসু তোলোংখোম্ব মাবু মাযথী পীঙম্দ্রে ॥ কৌব্রু মাগী কংলৈ মসূমাঙ্দ থম্লিব কৌব পাখং নহা শাফব তনেংন চিংলক্প থৌদু নুংপাক্ নুংজাউদুদি অকন্ অথৌ নহা শাফব কনানসু হুনঙ্শ্বাদ লায্বদুন মচি যাওব লেঙ্ঙম্দ্রে ॥ তৌইগুম্, বায্ব শামাঙ্ লেপ্প, হুইযেন্ লান্জঙ্ থৌব তোলোংখোম্ব মানদি থৌদু নুংপাক্ নুংজাউদুবু শমু মখূৎপাক্ যেৎথংবদ খূদোঙ্নন হাপ্লগ লংবদদি হুং লাউন পামেল্ উজাউ উতোল্ লান্ন পাইখিদুন লোইবী লোক্থা যৌখ্রে ॥৩॥

তোলোংখোম্ব মাগী মতিক্ মযাই খঙলবগী লাইযিংথৌ কৌব্রুন মমোম্ নুংথেল্ লৈমবু তওৎ চাম, তমং চাম, চাম চামন খূজিং ওই অওং অউন্ তম্ চাম্লৌ লাতোন্দ লৈহাপ্প লৈবোং লাইদ কৎপগুম্ লুহোং খোঙ্দোং থাজখি ॥ তৌইগুম্, নোংদম্ব মপু মান তর্মাখিবন মপন্ পন্থৌ অরাং থাঙ্রাই মাবহন্ব মাগী মরাল্যাইদগী তোলোংখোম্ব মাদি মশানৌ থৌদু নুংথেল্ লৈমগ ঙাইবোয্নন লাইযিংথৌ কৌব্রুগী মশাইকোন্ কৌবপুঙ্দ খোঙ্গাবক্লে ॥ লাইযিংথৌ কৌব্রু মানা মপাবী শক্ল নাউযোক্ নাউকোল্লে ॥ হাওবৈ খান পাংবলম্ লোইজীং লোইযা লৈঙাক্হল্লে ॥ মবম্ অসীগীবু নহাবাক্প

তোলোংখোম্ব মাবু কৌব্র মাগী মশাইকোন্দদি লোযযালাক্প-ও হায্ন কোলোয্ মিংত্তন্ তম্খি ॥০॥

কুম্দস্ব লাই মবি লৈ ॥ লাই অহুম্দি লাইযিংথৌনি ॥ লাই অমন লাইবেম্মানে ॥ লাইযিংথৌ লোয্যালক্প মাদি লাইযিংথৌ থাংজীংন তম্ব নোংলমগ লাইবেম্মা কৌনুন তম্ব হাওবৈ নোংচুপ্ পাংবগী অবাংথংব শন্দ্রক অনীগী মবক্ত লৈব হাওবৈ নোংচুপ্ মায্কৈগী খাথংব শরুকতগী কুম অমগী নোং তম্বাবক্প লাইযিংথৌনি ॥ লাইযিংথৌ থাংজীং কোয্বেল্লাইগ লাইবেম্মা কৌনুগ অনীগী মবক্ত লৈবব লাইযিংথৌ লোয্যালাক্প মান তম্ব কুমদি নহা বাহল্ ওইবগী অথাক অবাও কল্লি ॥ নোং নুংশিৎ কল্লি ॥ মদু যত্নবগী থম্ব নহুম নেম্ব শাই ॥ পোইবৈ অখণ্ডব হাংগুম অহল্শিন মোংব মবাল থুমগী যম্না অশোন্ব যুম্থক্ ই অমনবব শেমাজন শাজিনৈ ॥০॥

লাইযিংথৌ লোয্যালাক্প মাদি মায্কৈ ঙাকপ লাই ওবগী মনুংদ হাওবৈ খোংনম নোংচেপ্ মায্কৈবু ঙাক্প লাইনি ॥ মবম্ অসি লৈবগাব লাইযিংথৌ মাবু - হে লাইযিংথৌ ! খোংনাং চাংবু তান্ন খন্ব, খোংনাং মান্লৈচাং, লৈন্দ্ যাংতেকচাং, মেন্দো নিংথৌ শাবাব মেন্দো নুঙ্গোইচাং, নান বৈশিচাং, লৈখাম সুমদোমপোক হাওনু লাঙৌবা লাঙৌব ফানচাং, মাংখোম্লোক হাওবেন লাইবেনচাংবু তান্ন খন্ব লাইযিংথৌ, হাওমবোক্লৌ কন্থ মান্ব, থৌদ্ নুংপাক লেঙ্গ লাইযিংথৌ ও হাযন - মতীক্ মযাই শৈথানৈ ॥০॥

মকওইব লাইযিংথৌ লাইবেম্মা কযাগী খুওম্শিং কংলা মনুংদ লৈবগুম লাইযিংথৌ লোযযালাক্প মাগী খুভম্সু কংলা মনুংদ লৈ ॥ মমিংন নোংপোক্ কৌব মিংখৈদি মিকতোংব কৌব যাই অদুন লৈবিব কা অদুগী মথং কাদ লাইযিংথৌ লোযযালাক্প লৈ ॥ **নুংলোন্** পুযান হায্ — মথং কাদ লোয্যলাক্প কৌব যাই অম লৈবনে ॥ মশক্তি লাইশক্রে ॥ মচু মেমাল্লে ॥ ঈবাত্তি ওক্র লাং ও ॥ মমিংদি লেন্খোম্ব-ও কৌএ ॥০॥

অব্রাং থাঙ্ব্রাই মাবহন্ব লাইযিংথৌ মাবজীং মাদি চীংখৈ মীংলম চেথেক্ ঙাকপ লাই অম ওইবতন মদোমদে ॥ লাইযিংথৌ মাদি উমংলাই অম ওইন চাংমৈবোং, হৈওাঙ্, পাঙ্গৈ, খুন্দ্রাকপম্, অহল্লুপ্, খাবম্, অচানবাগো,

মোংজম্, মাইবখুল্, কায়্বঙ্, থোমিদোক্, কোন্থা, লাইফম্খুন্নৌ, শন্ঙাক্ফম্ অর্মাদ তিংগ্রি কৌব খুঙ্গং লৈকাইশিংদ লৈবিব খুঞ্জা মচা মনাইশিংন লাইয়িংথৌ মাবু হবাউ শক্শেম্তম্ থৌদোক্ কুম্মৈ শান্নদুন ঈরাৎ থৌনি তৌনৈ ।। লাইযিংথৌ মাগী উমংলাইকোন্‌শিংদ মশানৌ ইবেম্মা লাইরেম্মা চীংলোই তম্লোইবী মান ওয্বম্ ফম্বাল্লাংন লৈ ।। লাইয়িংথৌ মাৱজীংগী লাইকোন্দদি লোয্যালাক্প অমসুং থৌদু নুংথেল্ লৈম অনীমক্পু লাইযিংথৌ তোলোংখোম্ব অমসুং লাইবেম্মা নুঙ্গাইলৈম নত্ত্রগ লৈম নুঙ্গাংবী-ও হায্‌ন কোলোয্ মিংগৌনৈ ।।০০।।

## লাইয়িংথৌ ৱাংবরেল্ অমসুং মপারী ইবুংঙো
## লাইয়িংথৌ খানচাউব লোক্‌নিংথৌ

ৱাংনু লৈম খোংজোম্ফাবীচাগী মপারী ৱাংবরেল্ কৌব লাইয়িংথৌ মাদি লাইজ ঈমৈ খৈব, ঈমু হংজৈ সূব, ঈঙৌ হংথোঙ্ লোন্‌ব, লেম্‌লৈ ঙাথোঙ্ থিংব, নমু পোংথোঙ্ লোন্‌ব, থৱায় অপক্‌মা পুম্নমক্‌পু থবৈ কুম্‌হল্লোই লেম্‌লৈ তাহল্লোই হায়্‌বগী লাইজ ঈখোং শীন্ন থৌখার্ম্লিব খোইয়ুম্ লাইয়িংথৌনি ।। লাইয়িংথৌ মাদি অনাল্ খুন্থক্‌চনু, মরৈবুঙ্ খুন্দোল্ চনু, হৈখা লম্‌কাংচনু, লোইবী থাকুপ্ চনু, মারেম্ থৱায় চনু, মহৌ তোন্‌শেম্ চনু, খাবুঙ্ খুল্লেন্ চনু, তরাউ চনু অমসুং ঙম্‌রা খম্‌চিংনুবী কৌবী লৈম কয়াগী মথংলেন্নি ।। লাইয়িংথৌ মাদি লৈম মাপল্‌মক্‌পু লুম্নবনি ।। লাইয়িংথৌ মাবু খাপুংলেন্ খানিংথৌ হায়্‌নসু কোলোয়্‌নৈ ।। খম্ হিঃ চিঃ হায়্‌নসু মিংখৈনৈ ।। মহৌ নিংথৌ হায়্‌বগসু লাইয়িংথৌ মাবু খঙ্‌নৈ ।।০।।

লোক্‌নিংথৌ কৌব লাইয়িংথৌ মহাক্তি লাইয়িংথৌ ৱাংবরেল্‌গী মতীক্ চাউব মঙাল্ নাইব মপারীনি ।। লাইয়িংথৌ লোক্‌নিংথৌ মাগী অতোপ্প কোলোয় মিংলেন্দি মরিংজেল্ খায় হায়্‌বগী খান চাউবা-ও হায়্‌নসু মিঙ্গৌনৈ ।। লাইয়িংথৌ মাগী মিংখৈদি নৌসূব মিহিংচি-ও হায়্‌ন কৌই ।। লাইয়িংথৌ খান চাউব লোক্‌নিংথৌ মাগী মচাদি তরেৎনি ।। মায়্‌কৈ ঙাক্‌প লাই তরাগী মনুং চল্লিব লাইয়িংথৌ মাদি খা মায়্‌কৈ ঙাক্‌প খোইয়ুম্ লাইনি ।।০।।

চীংঙু খোইয়ুম্ লাইয়িংথৌ ৱাংবরেল্ মহাক্তি মচা মনাই নমু পোংওইবশিংবু থৌজাল্ লনকুবীগে হায়্‌বগী অৱাঙ্‌ব কোরৌ নোংদোল্‌থক্তগী খুন্‌গুম্বীবক্‌পনি ।। লাইয়িংথৌ মান চোয়্‌নৌ সনাগী ৱাক্‌য়ৈ হিবেল্ থক্ত তোং,

লুপাগী খুমু নৌবেল্ খূত্ত পায্ হিবেল্ মাবু হোন্দুন লাইজ ঈপাক্ ঈরেল্, তুরেল্ তৃখূল্, ঈরম্ খোংলম্ পূম্নমক্পু শীন্ন থুংন চত্তুন নমু পোংওইবশিংবু ঙাক্পী শেন্থীব খোইযুম্নি ।।০।।

চীংঙু খোইযুম্ অশীব সনামহী কৌব লাইযিংথৌ মাগী লাইওল্ লাইচৎ ওইবিব লাইযিংথৌ ব্রাংবরেল্ মান নহান্ঙৈগী ব্রাবু ব্রাকাউদন নমু তাইবং মীওইবগী ফত্তব তিন্থুং লাইথুং, লাইনা তিন্না, তিন্মু লাইমু পূম্নমক্পু মাঙ্হন্গে হায্বগীবু লাইযিংথৌ মাগী কংলৈ মসৃমাঙ্দ খোইযুম্ লাইগী মশাইযোল্ ওইব পাম্ব কৈবেল্ মপী মচা অনীমক্পু যেংন যাথং পাউহায্খি — হে পাম্ব কৈবেল্ মপী মচা অনীক্- ও । কৈবেল্ নমা নচা অনীমক্তী চেংলৌ নমায্ অরাং মায্কৈ পাংন নযা কাবাক্ খন্গুম্ লাওন কান লৈ ও ।। পোইবৈ অমাইব ব্রাংঙম্ অমাইবীশিংন তাইবেল্ লোংন্ পায্ পোংফাই উপ্ল লৌ লাইজ খীকফেন্ চাইন নিনথকপ লাইনা তিন্না, তিন্থুং লাইথুং, তিন্মু লাইমু পূম্নমক্পু নমা নচা অনীমক্কী নচিঙাক্ ওইজৈ- ও ।। নমা নচা অনীমক্কী নীন্দগী পাথখিব মখোযদুন চীংনুংহুত্ত তাখিসনো ।। লাইযিংথৌ ঐন ঈমু হংজৈ সুগে ।। ঈঙৌ হংথোঙ লোন্গে ।। যাইবী থব্রায্ পূম্নমক অমং থরৈ কূম্হল্লোই এ ।। খম্বং শব্রা তানহল্লোই এ ।। লাইযিংথৌ মাগী যাথং পাউহায্খোন্বু নাতাববগী পাম্ব কৈবেল মপী মচা অনীমক্তি লাইযিংথৌ মাগী কংলৈ মসৃমাঙ্দ মমায্ অব্রাং ওন থৌদু নুঙ্পাক্থক্ত ফম্ন মযা কাবাক্ খন্গুম্ কাথোক্ল মচীঙাক্ ঙাইন লৈখি ।। মবম অসী লৈবগীবু কুম্গী শবোয্ খাঙ্বদ — কুমাসি কুম্গী লাক্কদব লাইনা তিন্না, ফত্ত হাওখি পূম্নমক্তি লাইযিংথৌ ব্রাংবরেল্গী কংলৈ মসৃমাঙ্দ থৌদু নুঙ্পাক থক্ত মনম্ নুংশা য়াইদুন লৈবিব পাম্ব কৈরেল্ মপী মচা অনীমক্কী মযাদ তাহন্বীখ্রো ।। অবেম্ অপা অদুন লম্লেন্ চীংনুংহুত্ত হাইথবীখ্রো ।। অমুক্ হল্লক্তনবগী নুঙ্গী পৌরোল্ লোন্বীরো — হায্ন লাইযিংথৌ মাঙোন্দ থৌনিজৈ ।।০।।

লৈশেম্ঙৈদ মৈবম্ ঙাক্প লাই ওইখিব যুচেংগী মহুৎশিন্ব লাইযিংথৌ ব্রাংবরেল্ মাগী শরোয্ ৬১ (হুমফুমাথোই) লৈ ।। মখোযশিং অদুগী মনুংদ মরুওইব শবোয্ মঙাগী মমিংদি ১) ওক্সুব, ২) কামুব্, ৩) লৈত্রেংব,

৪) লৈখন্ব অমদি ৫) অতোংব-ও হায্‌ন কৌই ॥ শবোয্‌ লুচিংব মাগী কোলোয্‌ মিংলেন্দি লংমুনুবী-ও হায্‌ন কৌই ॥ লাইযিংথৌ মাবু লম্‌তা থাংজ, শজীবু চেবাউব, খুঙ্গং লৈকাইগী উমংলাই হবাউবিগৈ মনুংগী শবোয্‌ খাঙ্‌ব অমদি লোইদাম্‌ কালেন্‌ থাদ পাঙ্‌থোক্‌প চক্‌প ফযেংগী খুম্লোঙ্‌ লাংপ কৌব থৌবম্‌ অদুদসু মৈবম্‌ মায্‌কৈবু ঙাক্‌পী শেন্‌বীনবগী ঈবাৎ থৌনিনৈ ॥০॥

লাইযিংথৌ ব্লাংববেল্‌ কৌব লাই মহাক্তি লাইযিংথৌ কৌববেল্‌ অহনবগী মপাবীনি ॥ লাইযিংথৌ মান মচা মনাই নমু তাইবংম্বী পূম্নমকপু যাইফ থৌজাল্‌ লনকুবীগে হায়ন পায্‌মনুংদ নীংখল্লবগী ইমফাল্‌ তুবেল্‌ তুখূল্‌ ইন্ন হাওবৈ যান পাংব লম্‌দ খুন্‌গুম্লগে হায্‌ন পায্‌ম পীবুক্‌ লেপ্লে ॥ মশানৌ ঈবৈম লিশংনু শাফবীসু মথংলেন্‌ মান খাবম্‌ খুন্‌গুম্বদ নীংন তেন তুইনজগে হাযবে ॥ লাইযিংথৌ মানসু মশানৌগী চংনীংব মতৌ উ হোয্‌যাবীবে ॥ পায্‌ম পীবুক হবাউজমন্‌বগীবু মশানৌ মান — নশানৌ ঐদি যাংদৌ লম্‌খাঙ্‌দ ঈশাবী নঙব্‌ ঙাইবমগে - - হায্‌দুন লাইযিংথৌ মান ব্লাক্‌য়ৈ হি থৌবাংলিগৈ ঈবৈম মাদি ইম্‌ফাল্‌ তুবেল্‌ তুখূল্‌ ইন্ন মশাবীবু ঙাইন ঙাইন মাঙ্‌জিন্‌ থান খোঙ্‌শানখ্রে ॥ মশানৌ মান ঙাইন ঙাইন অসুম্‌ অসুম্‌ চৎখিবন খাব মচীন্‌ মনাউন কাওবেল্‌ শন্‌শেন্‌ব চৎপদ লান্‌থোক্‌ লান্‌শিন্‌ ওইব থোং শন্‌শেন্‌থোং যৌশিল্লক্লে ॥ মশাবীগ লোয্‌নন ব্লাক্‌যৈ হি অমদ পূন্ন তোং খাবম্‌ খুন্‌গুম্‌নি যনবদ পায্‌ম পীবুক্‌ লাঙ্‌তক্র মশাবী মবু ঙাইব ওই মকে শেমগে খল্লে ॥ মৌবী বান শাব তুবেল্‌ খাবাখণ্ড চেঙ্‌হী শম্বাল্‌ লাং ঈক শাদেংখি ॥ তৌইগুম্‌, লাইবেন্মা মান চেংলৌ মায্‌থোঙ্‌ লূক্ল চেঙ্‌হী শম্বাল্‌ থাদোক্লিগৈ লাইযিংথৌ মান হেন্তোক্‌খিব উহৌদ্রে ॥ ব্লাংলেন্‌ ফন কুইন মথংলেন্‌বু ঙাইজবে ॥ লাইযিংথৌ ব্লাংববেল্‌ মানসু মশানৌ মাদি মাবু ঙাইন ঙাইন অসুম্‌ খোঙ্‌চৎখ্রমাল্লে হায্‌ন পায্‌ম পীবুক্‌নুংদ নীংখল্লবগী তপ্ন তপ্ন ব্লাক্‌যৈ হিহোন্ন চৎথখ্রে ॥ লাইযিংথৌ মান মবাক্‌মন্দ্রব অদুদদি — মশানৌ ঐন চেংহী শম্বাল্‌ লাংলিগৈ লাইযিংথৌ মাবু চেংলৌ শক্‌উহৌদ্রমাল্লে — হায্‌ন নীংখল্লবগী লাইবেন্মা ঈবৈম মান লাইযিংথৌ মাবু ইম্‌ফাল্‌ তুবেল্‌ মাগী লম্‌লেন্‌ শীংজমৈ ওইনাম্‌ হিদেল্‌ যৌন অযাঙ্‌খোঙ্‌জেল্‌ খোঙ্‌দান্নখি ॥ লাইয়িংথৌ মাবু চেংলৌ শক্‌থেংনদ্রবদ

লাইবেম্মা মান শাইযোল্ অম লৌদুন ওইনাম্ শাগৈদ চঙ্ লাংহৈ কুম্শীং তবেৎ লৈবক্লগ নোংমগী কোবৌ নুমিৎ অমদদি হৈবাং অম শমু মখুত্ত পায্ ওইনাম্ হিদেলগী ঈবেলদ ঈরুপ্খি ॥ লাইজ ঈবোন্নুংদ খোঙ্গুম্খি ॥ অদু নোংদগী হিদেল্ মাবু ঈবৈম হিদেল্-ও হায়ন মিংহুন্খি ॥ হৈবাং খুত্ত পায্ন লাইবেম্মা মান ঈবোন্নুংদ খোঙ্গুম্খিব থৌদোক্তুবু নীংশংন লোইদাম্ থৌরাল্ থাদ হৈবাং হৈকর্লে ॥ পোৎচঙ্ চৈজঙ্ যাওন ঈবাৎ থৌনি থৌবম্ পাঙ্থোক্ই ॥ থৌরাল্ হৈকৎপ থৌবম অসীবু কোন্নঙৈদ থৌরাল্ পোৎলাক্প-ও হায্ন পোইবৈ চাদোল্ বাংডম্ সূদোন্ন খঙ্নখি ॥ ঈবাৎ থৌনি থৌবম্ অসীবু পাঙ্থোক্লবদি কুম্ অদগী ওইন অঙাং নাউরা কনাসু লাইজ ঈশিংদ তাদুন থরায্ নোংমন্দে ন ঈজ ঈশিংদ লাইন লৌদে হায্ন মৈন রায তাংন শম্ থাজনবক্ই ॥ লাইনিংথৌ বাংববেল মান কৌববেল্ অহন্বগী মশাইকোন্দগী খাবম্ পাংন খোঙ্গুমলকপগী বাবাবু থৌবাল পোৎলাক্প থৌবম্ম নীংশিংহল্ল ॥৩॥

লাইনিংথৌ রাংববেলন মচা মনাই নমু তাইবং মীওইববু থৌজাল্ পনকুবাগে হায্বগীব বাংববেল্ চীংগী চীংদোন্দ শঙ্গাই শঙ্লেন্ শাদুন লৈখি ॥ চীংলোন লাইহুই পুযান হায্ — রাংববেল্গী চীংদোন্দ লাইনিংথৌ মাগা নুঙ্গী শঙ্গাই লৈবনে ॥ লাইজ ঈকোম অনীসু লৈবনে ॥ লোইবী চীংদোল্ অসীদ থৌদু নুঙ্গী তাঙ্বল অম লৈবনে ॥ মনাক্ত উমংলাই মাপল্গী ওইব থৌদু নুঙ্গী চাঙ্চল মাপল লৈবনে ॥ মনাক্ত লাইজ ঈকোম্ অম লৈবনে ॥ যোৎন কোয্ন খাবনে ॥ লাইনিংথৌ রাংববেল্গী তাঙ্বল্দি মমায্ অবাং ওন্বনে ॥ থৌদু নুং অশংবন নমঙা ওইবিবনে ॥ শঙ্গাই মনাক্ত থৌদু নুঙ অহুম্ থাবিবনে ॥ মমুব অনান্ব অর্দদি লেম্লৈ ঙাবেল্ পোক্প নুঙ্নে ॥ অঙৌবগুম্ তবংব নুং অর্দদি লেমলৈ শবেংনে, ঙাতোন্নে, ঙাহৈনে অহুম্মক্ পোকপ নুঙ্নে ॥ অশংবগুম্ অচাংবগুম তগুপ্ তগুপ্প অর্দদি ঙাথী মুক্রাং, ঙানোয্, পেঙ্বা অযাম্ব পোক্প নুঙ্নে ॥ লাইনিংথৌ মাগী শঙ্গাই মমাঙ্দ অশিথোঙ্ অচঙ্থোঙ্ অনীমক্ লৈবনে ॥৩॥

মাতক মঙাল লৈব লাইনিংথৌ লাইবেম্মা কযাগী খুভম্শিং কংলাদ লৈবগুম লাইনিংথৌ বাংববেল্গী খুভমসু কংলাদ লৈ ॥ নূংলোন্ পুযান হায্

— তাইবংপান্‌বগী মপু শিদব অমসুং লৈমরেল্‌ শিদবীন লৈরিব লাংশঙ্‌গী, লাইয়িংথৌ থাংজীংন লৈরিব কাগী মথং কাদ য়াই কৌব নুঙ্‌ অম লৈএ ।। মাগী মশক্তি নমু তাইবংমীগী মশক্কে ।। মচু মুইএ ।। মমায়্‌ মৈবম্‌ পাংএ ।। কোলোয্‌ মমিংদি ব্রাংবরেল্‌-ও হায়্‌ন কৌএ ।। কংলা ওক্‌শঙ্‌গী মৈরম্‌গী সূম্‌দ হী কৌব থৌদু নুঙ্‌ অম লৈএ ।। মাগী মওংদি লেম্‌লৈ ঙাগী মওংনে ।। চেংলৌ মশক্তি নমু তাইবংমীগী মশক্কে ।। মচুদি লৈচিন্নে ।। মমায্‌দি ঈগুম্‌ ঙাঙ্‌এ ।। মমায়্‌ মৈরম্‌ পাংএ ।। ব্রাংবরেল্‌-ও হায়্‌ন কৌএ ।। তেক্‌পী ওক্লাবন ঈবাৎলবদি নিংথৌ পুন্সিএ ।।০।।

পাবম্‌ পুরম্‌গী চৎনবী তুংইন্ন মৈদিংঙু মান কংলা ফম্বাল্‌ তোংবা নিংথৌ লৈমাব মাগী ফম্বাল্‌ ফম্‌চেংনবগীবু মায়্‌কৈ ঙাক্‌প লাই মবিমক্ত সনা লুপান পোৎশক্‌ কয়া শাদুন কৎনৈ ।। মৈরম্‌ চিথেক্‌ ঙাক্লিব লাইযিংথৌ ব্রাংবরেল্‌দদি চোয্‌নৌ সনাগী ব্রাক্‌য়ৈ হি শাদুন কৎনৈ ।।০।।

নমু তাইবংমীগী শমু হক্‌চাংদ য়াইবী থব্রায়্‌ মঙা লৈ ।। কৌব্র কৌব থব্রায্‌ন লুবেল্‌ লেম্‌ফুদ, মাবজীংন থবাক্ত, অপান্‌বন খোয়্‌দৌদ, থাংজীংন পীবাইদ অদুগ ব্রাংবরেল্‌ কৌব থব্রায় মান ঈশিংথোঙ্‌দ লৈ ।। থব্রায্‌ পোম্বী মান লাংগী মশক্‌ ওইরব শমু হক্‌চাংবু থাদোক্লম্‌দাই অমন্‌ যাইথোঙ্‌ কুম্‌লম্‌দাইদ মিহুল্‌ থাহুল্‌ পূম্নমক্‌ খাবোম্‌দ লৈব য়াবক্ত্রবগী 'ইমা ইমা' কৌন ব্রাংববেল্‌ কৌব থব্রায্‌ন লৈরিব মফম্‌ ঈশিংথোঙ্‌দ চেন্‌খৎলক্‌ই ।। মফম্‌দুদ খাঙ্‌দুন লৈব য়াবক্ত্রবদ ব্রাংববেল্‌ন মিহুল্‌ থাহুল্‌ পূম্নমক্ক লোয়্‌নন থাংজীং কৌব থব্রায়্‌ন লৈরিব মফম্‌ খোয়্‌দৌ মখা পীরাই য়ৌন চেন্‌খৎলক্‌ই ।।০।।

লৈশেম্‌ঙৈদ মৈরম্‌ চিথেক্‌ লৈঙাক্‌খিব য়ুচেং কৌব মায়্‌কৈ ঙাক্‌প লাই মাগী মহুৎশিন্দুন মায়্‌কৈ ঙাক্‌প লাই অমসু ওইরিব লাইয়িংথৌ ব্রাংববেল্‌ন উমং লাই অম ওইন খুঙ্গং লৈকাই কয়াবুসু ঙাক্‌পী শেন্‌বীবি ।। থৌজাল্‌ লন্‌কুবীরি ।। অব্রাং শেক্‌মাই, শুগুনু, ব্রাঙ্গৈই, ব্রাংঙু, খেক্‌মন্‌, ময়াং ইম্ফাল্‌, চবুংকম্‌পানি, নুংঙু, ফৌগাক্‌চাউ, শীংজমৈ ব্রাংম খেত্রি লৈকাই অমসুং মশানৌ লাইরেম্মা ঈরৈমন লৈব উমং লাইকোন্নুংশিংদ লাইয়িংথৌ মাগী খুভম্‌ লৈ ।। লাইরেম্মা ঈরৈমগী উমং লাইকোন্নুংদি চজীং, করাম্‌, হাওরৈবী, শামুরৌ,

ওইনাম্ থিংঙেল, ওইনাম শওম্বুং, খাইদেম্, লাইফ্রাক্পম্, ঈরম্ সিফাই, খাগাই, চোংথাম কোনা, ফীবৌ, মুতুম্ ফাবৌ, মাইবম্, খোলাখোং, উচিব্রা, শনথাম্, হৈয়েল্, খোঙাম, লয়ূপাং, কোম্লাখোং, নোংমাইখোং, অয়োং, ঈথাম, ব্রাংঙ্, শন্দংখোং, চাইবেল্, তাংজেং, পোম্বীখোক্, খেক্মন্, ফূবালা, কাকৈথেল্, ঙানশ্লী খোঙ্, ব্রাংখৈ কোংব, লমাবম্, থৌবাল ঈপোং তাব খৌনম, নাউবেমখোং, চমংকম্পানি অমসুং লাইযিংথৌ বাংবরেল্‌ন লৈব খুঙ্গং লৈকাই পূম্নমক্ত লৈ। খুঙ্গং লৈকাইশিং অসীগী খুঙ্গাংশংন লাইয়িংথৌ লাইবেম্মা হনীং কংং হনা শকশেম্ তম্ থৌদোক্ কুম্মৈ শাংদন ঈপাং থৌবম তৌনৈ ॥ চীংঙু খোইয়ুম অশাব নংগাংথৌ সনামহীগী লাইবি লাইচৎ ওইবব লাইযিংথৌ লোক্যাংথৌ খান চাউবগী উমং লাইকোন্নুংদি শুগুনু, তাংজেং অমসুং পোম্বীখোক লৈ ॥৩০॥৩॥

# লাইয়িংথৌ কৌব্রু অমসুং লাইরেম্মা কৌনু

চীংঙু খোইয়ুম্ অতিয়া শিদবগী লাইওল্ লাইচৎ ওইরিব কৌব্রু কৌব লাই মাদি অৱাং কৌব্রু অসুপ্পা, লাইয়াম্ খুন্দা অহান্ব,চরীক্ মপান্ থাবীব,নোংথ্রৈ মউ লিংবীব,শাম্মু অঙৌব তোংলক্প,ইঙা কুম্দম্ব ,ইঙেল্ কুম্থাইব, উন্ তরুক্ ঈবিব, ৱাউ তরুক্ ঈথাব,মচা মনাই নমু তাইবং মী ওইববু চাক্কোন্ নাউকোম্বীগে,থৌজাল্ লন্কুবীগে হায়্বগীবু অৱাংব কোরৌ নোংদোল্ লাইবৈপাক্তগী খোঙ্গুম্বীবক্প লাইয়িংথৌনি ।।০।।

নহাল্নোং চীংঙু খোইয়ুম্ অশীব সনামহী কৌব অথোইব লাই মহাক্ক মালেম্ লৈশেমঙৈদ নুংশিংলম্ ঙাক্হন্খিব য়ুহা কৌব লাই মাগী মহুৎশিন্ব খোইয়ুম্ লাই ওইরিব কৌব মপু কৌব্রু মহাক্তি কৌনু লাইরেম্বীগী মথংলোন্নি ।। লাইয়িংথৌ মাগী মচা মাপল্নি ।। মমোম্ লাংলেন্ থৌদু নুংথেল্ লৈম কৌবী মহাক্তি ঈরোক্ লৈম তাইবং ঙান্বীনি ।। মমোম্ লাংলেন্ মহাক্পু মপন্ পন্থৌ লাইয়িংথৌ কৌব্রুন লাইয়িংথৌ অৱাং থাঙ্ৱাই মারহন্ব মাবজীং মাগী মপাবী ইবুংঙো ৱায়্র শামাঙ্ লেপ্প, হুইযেন্ লান্জঙ্ থৌব, নহাবাক্প তোলোংখোম্বদ কাওজন্খি ।। তৌইগুম্, তোলোংখোম্ব মাবু লাইয়িংথৌ কৌব্রুন মপারী শক্ক নাউয়োক্ নাউকোন্খি ।। লোইজীং লোয়্যা ঙাক্হন্খি ।। মরম্ অসীগীবু তোলোংখোম্ব মাবু লোয়্য়ালাক্প-ও হায়্ন মিংহুন্খি ।। লোয়্যালাক্প মাদি নোংচুপ্ হারম্ পাংবলম্বু লৈঙাক্ই হায়্বগীবু থোংনাং নিংথৌ-ও হায্নসু কোলোয়্নৈ ।।০।।

**লাইয়িংথৌ কৌব্রুন মমোম্ থৌদু নুংথেল্ লৈম ফংজবগী বারী অমঃ** লাইয়িংথৌ কৌবু অমসুং লাইবেম্মা কৈনুন থৌদু নুংথেল্ লৈমবু মমোম্ ওইন ফংজবগী ৱারী অম লৈ ।। য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা লৈমবেল্ শিদবীন

মাগী লাংওল্ কুম্মে শান্নরগে হায়্‌ন উন্‌বী পীবুক্ত নীংখল্লবগী লাইয়িংথৌ কৌব্রু অসুপ্পগ লাইরেম্মা কৌনুগ অনীমক্কী মমোম্ লাংলেন্ ওইন শাইয়োল্‌খি ।। নোংমগী কোরৌ নুমিত্ত লাইয়িংথৌ কৌব্রুন য়োৎলৈ নোংথাঙ্ শাগে, মালেম্ লৈকন্ তৌগে, তেংপাক্ হারু কাঙ্গে হায়্‌বগীবু মশানৌ কৌনুগ ঙাইরোয়্‌নন পাম্‌লৌ কৃম্লক্‌ই ।। ঙরাং অহিং খোম্‌লেন্ মঙ্গলান্দ শজিক্কুম্ মঙান্ নাইব থৌদু নুঙ্‌যাই অম ফংখিব খোম্‌লেন্ মঙ্গী ব্রারীদু মশানৌ কৌনুদ মথম্মোই মরাঙ্গহৌ মপৃক্লীং মনিল্‌নাই পাউদম্মী ।। তরা চাক্‌ঙন্ চান য়োৎলৈ নোংথাঙ্ শারক্‌পন কোরৌহন্‌ব মাগী মৈশান খৌরীচরম্ কংলবগী লাইজ ঈশিং খৌরাংলে ।। ঙসী কোরৌ নুমিৎসী কোরৌ অতৈগ মান্নদে করি মতৌ কৌবগে — হায়্‌ন পায়্‌ম পীবুক্ত নীংখল্লি ।। মশানৌ কৌনুন লাইজ থন্ন পুরক্‌প শাংথোই চাউথোইরব তুন্বাদুসু লাইজ ঈরিক্ অমফাউ য়াওরম্‌দ্রে ।। করম্ব খোইয়ুম্ লাইগী শংলৌ মথৌবাংনো হায়্‌ন পায়্‌ম খৈন ঙক্লে ।। তৌই্‌গুম্, লাইজ ঈখৌ লাংবন খৌবী চরম্ কংশিল্লক্লবদ লোক্কী লাইজ ঈফুত্তগী লাইজ ঈথক্লুবগে হায্‌বগী লোক্‌খাদ খোঙগুম্লক্লে ।। চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব নোংদম্ব কৌব লাই মাগী শংলৌ থৌশিল্ অঙক্‌পনি ।। লোক্কী লাইজ ঈফুৎ মনাক্ত লৈরিব থৌদু নুঙ্‌পাক্তুগী মথক্ত পোক্‌পকুইদ্রিব অঙাং নাউব্রা অম খোয়্‌রীন খাউওন্ ওই.নাউফম্ন মোন্‌পাক্ ওই 'হুং-আ' খোঞ্জেন্ন কৌব লোক্‌চাউ নিন্ন শমু মখোঙ্ মখূৎ কাওন হাইন লৈবদুবু চেংলৌ শক্‌উরে ।। নাউব্রা অপীশক্ অদুবু — পলেম্ পম্ভৌ কনাগী মচানো — হায়্‌ন কোলোয়্ মপাউ অহুম্‌লক্ লাউরে ।। খোঞ্জেন্দুন খোম্বাং য়ৈ ঈথক্ ঈপোম্ নাইন চীংমায়্ অমদগী চীংমায়্ অম, লোক্‌মায়্ অমদগী লোক্‌মায়্ অম মথং মথং তাংথক্ নাইন শন্দোক্‌খ্রে ।। তৌগুম্, তাইবং কনাগী খোঞ্জেল্‌সু খোইয়ুম্ কনাগী মপাউসু তাদ্রে ।। কৌনু লাইরেম্বীন — তেংবান্‌ব মপু চীংঙু খোইয়ুম্ নোংদম্বন পীবীরবনী ।। হে ইশাবী-ও ! নঙ্গন পীক্লিব নাউব্রা অঙাং অসীগী পম্ভৌ পোক্‌মাব শক্র নশানৌ ঐঙোন্দা শমু খুৎশিন্নবীরো ।। নশানৌ ঐন নাউব্রা মাগী পলেম্ পোক্‌মাবী শক্র শমু খূৎথেংনন লৌজরগে — হায়্‌ন কৌব মপুদ হায়্‌রে ।। লাইয়িংথৌ কৌব্রুন ঙরাং অহিংগী খোম্লেন্ মঙ্গলান্‌বু পায়্‌ম পীবুক্কুংদ নীংশিংলক্লে ।। চীংঙু খোইয়ুম্ নোংদম্বন থৌজাল্ লন্‌কুবীরবনি হায়্‌ন নীংখল্লবগী নাউব্রা মাবু থৌদু নুঙ্‌পাক্তগী লৌখৎলে ।।

মশানৌ কৌনুদ — ইশানৌ ইবেম্ম কৌনু কৌবী-ও! নমোম্ অসী চবৈ থাগোন্ন কৌশিল্লু ।। খোল্লাং লাইজ পীথকউ — হায়ন শমু খূৎশিন্নরে ।। মশানৌ কৌনু মাগী থীক্‌লেন্ খোল্লাং লাইজ ঈহৌরক্লে ।। চবৈ থাখুম্ চোৎলে ।। ফৈরা তাজীল্ থক্ত থম্ নাউৱা মাবু খোল্লাং ইল্লে ।। চবৈ নাহোংশান নাউৱা মাবু কৌনু লাইবেম্বী মান মনমদ পোরে ।। লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা অনীমক্ল মঙগী ৱাবু পায়্ম পীবুক্লুংদ নীংশিং নীংশিং মবাল্‌যাইদ হল্‌ৱাইবক্লে ।। লাইজ ঈশিং খোরাংখিদ্রে ।। নীংবু নীংশিংখিদ্রে ।।০।।

লাইযিংথৌ কৌৱুগ লাইবেম্মা কৌনুগ অনীমক্ল মমোম্ লাংলেন্ মাগী কোলোয্ মমিংদি লাইজ ঈফুৎ লৈব লোক্তগী ফংবনি হায্‌বগীবু ঈবোক্ লৈম-ও, থৌদু নুঙ্‌পাক্‌থক্ত থেন্দুন লৈবম্বী মমোম্‌নি হায্‌বগী থৌদু নুংথেল্ লৈম্-ও, মশক্ মতৌ চঙ্‌খোন্‌বী মতিক্ মঙাল্ লৈবীনি হায্‌বগী তাইবংঙান্‌বী-ও হায্‌ন কোলোয্ মিংহুন্ তম্‌খি ।।০।।

মমোম্ লাংলেন্ ঈবোক্‌লৈম থৌদু নুংথেল্ লৈম মহাক্তি লৈহাউ লৈব লোক্ত হৌব চাম্‌লৌ লুফু লেম্লাগুম্ হম্ হম্ চাউবক্লে ।। চাউব লেপ্তুম্ ফাববী চেংলৌ হেন্‌বী মায্‌থোঙ্ মতৌ লৈবী নুংথেল্ লৈমবু লুহোং খোঙ্‌দোংব কাওজন্‌ব মতম্ ওইবক্লে ।।০।।

নোংমগী কোবৌ নুমিত্ত থৌদু নুঙ্‌থেল্ লৈমন মতাবোয্ তবেৎমক্ক ঙাইবোয়্‌নন শাবন্ লম্‌থোক্লক্ কোংলৌ লম্‌যেংলক্‌ই ।। চীংঙু খোইযুম্ নোংদম্ব লাই মাগী নোংদম্‌খোন্ন কন্‌বন অৱাং থাঙ্‌ৱাই মাব হন্‌ব লাইযিংথৌ মাবজীংগী মপাবী নহাবাক্‌প তোলোংখোম্বন লাংগোই শগোল্ তোংদুন কৌব লৈকাই কোয্‌রক্‌পদ নুংথেল্ লৈম মাগ চেংলৌ শক্‌উনবে ।। নুংশি চেংলৌ মীৎচানখি ।। পায্‌ম নুংজঙ্‌নখি ।। নূবা পাথং অনীমক্ থম্মোই কিশি কিনখি ।। পলেম্ পন্থৌ চেংলৌ শক্‌তাক্লখি ।।০।।

তোলোংখোম্ব মাগী মতিক্ মযাই খঙ্‌লবগী লাইযিংথৌ কৌৱুন মমোম্ নুংথেল্ লৈমবু চাম চামন খূজিং ওই অওং অউন্ তম্ চাম্‌লৌ লাতোন্‌থক্ত লৈহাপ্প লৈবোং লাইদ কৎপগুম্ কাওজল্লে ।। লুহোং খোঙ্‌দোং তল্লে ।। তৌইগুম্, কোবৌ শীংবুম্ খবানগী তুং তোলোংখোম্ব মাদি মপ্‌ন পন্থৌ

মাবর্জাংগী মবাল্য়াইদগী নুংথেল্ লৈমগ ঙাইরোয়্নন লাইয়িংথৌ কৌব্রুগী কৌব মরাল্য়াইদ খোঙ্গাররক্লে ॥ লাইয়িংথৌ কৌব্রুন মপারী শক্ল নাউয়োক্ নাউকোল্লে ॥ হাউরৈ খান্ পাংবলম্ লোইজীং লোয়্য়া লৈঙাক্হল্লে ॥ অদুগীবু নহাবাকপ তোলোংখোম্ব মাবু কৌব্রু মাগী মশাইকোন্দদি লোয়্য়ালাক্প-ও হায়্ন কোলোয্ মিংহুন্ তম্খি ॥০॥

লাইয়িংথৌ কৌব্রুন কৌরৌ নোংদোল্ থক্তগী মালেম্ খোঙ্গুম্লক্পদ অহান্ব মাগী লৈফম্দি কৌব্রু চীংদোন্নি ॥ চীংলোন্ লাইহুই পুযান হায় — কৌব্রু চীংদোন্দ কৌব্রু লৈবনে ॥ মনাক্ত ঈকোম্ অম লৈবনে ॥ মনাক্ত শঙ্গাই যুম্ফম লৈবনে ॥ নুঙ্গী কাংথোল্ লৈবনে ॥ নুঙ্গী শুম্বল, য়াংকোক্, শুক্ লৈবনে ॥ ঈকোম্ মপান্দ খোংনাং অম হৌবনে ॥ নোংচুপ্ লম্দ নোংথৌ কোংঙাগী চাক্লীক্ মপান্ হৌবনে ॥ নোংপোক্ পাংন নুঙ্ থারিবদো মিরেল্ পন্যান্ফম্নে ॥ মনাক্ত লাইখুন্ লৈবনে ॥ মদুগী নোংপোক্লম্দ মতোন্ তুম্ব অর্দাদ সোবাবেল্গী খুভম্নে ॥ মতোন্দ ঈশিং থোক্পনে ॥ কৌব্রুগী মমিংদি মীহিংলেন্ মীপোক্প কৌএ ॥ মিংথৈদি ঙৌব কৌএ ॥ লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা অনীমক্পু পোৎয়াও চৈযাওসুন ঈবাৎলবদি মী শিদবনে ॥ লৈম নিংথৌ পুন্সিএ ॥০॥

কংলাগী মনুংদ মক ওইব লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা কয়াগী খুভম্ লৈবগুম্ লাইয়িংথৌ কৌব্রু, লাইরেম্মা কৌনু অমসুং লাইয়িংথৌ লোয়্য়ালাক্পগী খুভম্ লৈ ॥ নৃংলোন্ পুয়ান হায় — কংলাগী লীক্লম্গী সৃম্দ য়াই কৌব নুঙ্ অম লৈএ ॥ মশক্তি শামুগী মশক্লে ॥ মওংদি মীনে ॥ মখোঙ্ কাবল্ ফম্লিএ ॥ মচু মুইএ ॥ মমিংদি কৌব্রু কৌএ ॥ ঈী কৌব নুঙ্ অম লৈবনে ॥ মশক্তি লাইশক্লে ॥ মমায়্দি লীক্লম্ পাংএ ॥ মমিংদি কৌনু কৌএ ॥ উশোয়্গী লীক্লম্দ ঈী কৌব নুঙ্ অম লৈবনে ॥ মশক্তি লাইশক্লে ॥ মসীসু মমায্ লীক্লম্ পাংএ ॥ মমিংদি কৌব্রু কৌএ ॥ উন্ তরূক্ ঈরীব, ব্রাউ তরূক্ ঈথাব লাইনে ॥ ফি ফৌবসু মানে ॥ ইরোই অঙৌবন লাৎ-ও ॥ লৈপাক্ নুংঙাইএ ॥ নিংথৌ পুন্সিএ ॥ লোয়্য়ালাক্প কৌব য়াই অম লৈবনে ॥ মশক্তি লাইশক্লে ॥ মচু মেমাল্লে ॥ ঈরাত্তি ওক্ল লাৎ-ও ॥ মমিংদি লেন্খোম্ব-ও কৌএ ॥০॥

লাইবুংথৌ মাপলগী মনুংদ অম ওইরিব লাইয়িংথৌ কৌব্রুগ পাংখক্ ওইব খুন্পাংথৌদি চোংখান্ব হঞ্জবনি ॥ লাইয়িংথৌ কৌব্রু, লাইরেম্মা কৌনু অমসুং লাইয়িংথৌ লোয়্য়ালাক্প অহুমক্তি কুম্দম্ লাইনি ॥ নুংশিৎলম্গী কুম্দম্ব লাইদি লাইয়িংথৌ কৌব্রুনি ॥ লাইয়িংথৌ মান কুম্দম্লবদি নোং য়াম্না তাগল্লি ॥ লাইজ ঈশিং মরাং কায়্বন ঈশিং ঈচাউ থোক্কল্লি ॥ লৌউ-শীংউবদা পাৎলৌ লৌউবদি মায়্পাক্কন্দে ॥ পাম্লৌ কাংথক্লৌদি মায়্পাক্কল্লি ॥ হাওরৈ নোংচুপ্ পাংবগী অৱাংথংব শরুক্ত লাইরেম্মা কৌনুন কুম্দম্মী ॥ লাইরেম্মা মান তম্ব কুম্দি নোং চিফেৎ চিফেৎ তাগল্লি ॥ লাইজ ঈশিং ঈচাউ থোক্কন্দে ॥ পাৎলৌ পাম্লৌ অনীমক্ থৌজাল্ লন্কুবী ॥ হাওরৈ নোংচুপ্ মায়্কৈগী মথা থংব শরুক্তি লাইয়িংথৌ লোয়্য়ালাক্পন কুম্দম্মী ॥ লাইয়িংথৌ মান তম্ব কুম্দি অখাক্ অবাউ, নোং নুংশিৎ কল্লী ॥ পোইরৈ পারম্ ৱাংঙম্ পুরম্গী থাজনবী তুংইন্ন মৈদিংঙু মান চোয়্নৌ ফম্বাল্ কাবদ ফম্বাল্ ফম্চেৎনবগীবু চোয়্নৌ সনাগী লৈহাউ কত্তুন লাইয়িংথৌ কৌব্রু মাবু ঈরাৎ থৌরম্ তৌনৈ ॥৩॥

অদুগুম্বগুম্ লৈশেম্লৈঙৈদ নুংশিৎলম্ লৈঙাক্হন্খিব য়ুহা কৌব লাই মাগী মহুৎশিন্ব মায়্কৈ ঙাক্প লাই অম ওইরিব লাইয়িংথৌ কৌব্রু মাবু শজীবু চৈবাউবগী, লম্তা থাংজগী, উমংলাই হরাউবদ শরোয় খাঙ্বগী থৌরম্শিংদ অমসুং চক্প ফয়েংগী খুন্থোঙ্লাৎপগী থৌরমদ ঈরাৎ থৌনি থৌরম্ তৌনৈ ॥ লাইয়িংথৌ মাগী তুংইন্ব শরোয় হুমফুমাথোই লৈ ॥ মখোয়গী মনুংদ মক ওইব শরোয় মঙাগী কোলোয় মমিংদি ১) চান্তেব, ২) খোংতেংব, ৩) মোরিয়াব, ৪) য়েন্বী কাপ্প অমদি ৫) য়েন্বী লুংব-ও হায়্ন কৌই ॥ লাইয়িংথৌ মাবু উমংলাই অম ওইনসু খুঙ্গং লৈকাই কয়াদ হরাউ শক্শেম্তম্ থৌদোক্ কুম্মৈ শান্নদুন ঈরাৎ থৌরম্ তৌনরক্ই ॥ ময়াং লাংজীং মমাঙ, ময়াংলাংজীং মনীং, অৱাং খুন্নৌ, সেঞ্জম্, চিরাং, লোইতাং খুন্নৌ, তিংগ্রী, কৌক্রক্,অৱাং পোৎশংবম্, সাইরেম্ খুল, কমেং, শরৌথেল্, লাইরেল্ শজিক্, লাইরেল কাবী, হৈবোংপোক্পী, নোংচুপ্ শন্জেন্বম্, তাউথোং, হাওরং কৈরেল্, হাওরং শাবল্, কা সিফাই, নারেল্কোঞ্জিল্, থম্নাপোক্পী, অৱাং শেকমাই, লৈশ্রাম্, ফূম্লৌ কৈরোয়্, ফূম্লৌ সিফাই, পোৎশংবম্ থৌরীফি, শামুশঙ্,

কৈনৌ থোংথক্, খোঙ্‌হাম্‌পাৎ, অখাম, মোবোক্ ইংখোল্, লম্বাল্ খুল্, যথেং, হাউজোংবন্, অৱাং কৈঙম্, খুকখুল, লৈকিন্‌থবী কৌব খুঙ্গং লৈকাইসিং অসীদ লাইযিংথৌ মাগী লাইকোন্নুং খূভম্ লৈ ॥ লম্‌লেন্ লম্‌দম্‌শিং অসীদ লৈব মচা মনাইশিংবু লাইযিংথৌ মান লাংবল্ কাওবেল্ শন্‌শেন্‌গুম্ শেন্‌বীদুন ঙাকপী শেন্‌বীবি ॥ থৌজাল্ লন্‌কুবীবি ॥ লাইযিংথৌ মাগী লাইকোন্নুংদ লাইবেন্মা কৌনু, মমোম্ লাংলেন্ লাইবেন্মা থৌদু নুংথেল্ লৈম অমসুং মপাবী শক্র নাউকোন্‌খীব মমাক্ ইবুংঙো লাইযিংথৌ লোয়্যালাক্‌প অহুম্মক্‌সু যাওন অযাম্ব মফম্‌দ লৈ ॥০॥

লাইযিংথৌ লোয়্যালাক্‌পবু উমংলাই ওইন হবাউ শকশেম্‌তম্ থৌদোক কৃশ্ম শাগ্নদুন ঈবাৎ থৌনিব খুঙ্গং লৈকাইশিংদি — খাইদেম্, কবোবাকচীং, পর্নাম্‌খুল্, ঙাইবাংবম্, মাইব লোক্‌পচীং, হৈক্রুজম্, থিনুংগৈ, কাংঙম্ মেস্লাম্, কাংঙমুং খুজাই, তাউবুংখোক্, কাংঙমু, তোংব্রম্, খা যুম্নাম্ খুগী, হেনৌপোকপী, কাংঙমুং সিফাই, শামুশঙ্, ঙাইখোং, চোথে, লৈশ্রাম্, তবাখোংশাংবা, বর্মাদিযাব মনিং লৈকাই, মাক্‌লং, খা লৈশ্রাম্, কৌদ্রুক্, কেনৌ থোংথক্, লোইতাংখুন্নৌ, তাংলৈ হাদাব ওইনাম্, লম্বাল্ খুল্, হাউজোংবন, হৈবোংপোক্‌পা, খোঙহাম্‌পাৎ খুল্লেন্, লাইবেন্‌কাবী, হাউবং কেবেল, হাউবংশাবন্, কমেং, তিংগ্রি, থৌবীফি পোৎশংবম্, নাবেল্ কোঞ্জিল্ অমসুং ফয়েংনি ॥ খুল্ লৈকাইশিং অসীদ লাইযিংথৌ মান মশানৌ লাইবেন্মা থৌদু নুংথেল্ লৈমগ লোয়নন মচা মনাই তাইবং ওইবশিংবু ঙাক্‌পী শেন্‌বীদুন লৈবীবি ॥০॥

মৈন বাধ্ তাংন শম্ পাথাং পুথাং লান্ন চাথাং সূথাং শন্ন চৎনবক্‌প থাংউবোল্‌গী মতু-ইন্না নমু তাইবংমীগী যাইবী থৱায্ মান শমু হক্‌চাং থাদোক্লম্‌দাই মতম্ থৌবক্লবদ থবাক্ত লৈব মাবজীং কৌব থৱায্ মান লুচিংদুন মিহুল্ থাহুল পূম্নমক্ কৌব্র কৌব থৱায্ মান লৈবিব লুবেল্ লেম্ফ্ যৌন চেন্‌খৎলক্‌ই ॥ কৌব্র মাগী লৈফম্‌দ মিহুল্ থাহুল্ পূম্নমক লোয়নন থৱায্ মঙামক্র উনবব মতুংদ লাংগী মশক্ ওইবব তাইবং হক্‌চাংনুংদ পোম্বীগুম্ লৈবস্ব যাইবী থৱায্‌ন চেক্লাগী মতৌগুম্ তাইবং হক্‌চাং থাদোক্‌খি ॥০॥০॥

# লাইয়িংথৌ নোংপোক্ অমসুং লাইরেম্মা পান্থোইবী

লাইরেম্মা পান্থোইবী কৌবী য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা নোংথাঙ্লৈমগী লাইওল্ লাইচৎ ওইবী লাইবেম্বী মাদি তম্ফা পাম্ব কৈবেল্ ফাবী, কৈরেল্ কৈজাউ তোংবী, খিক্লোই মপাল্থক্ত লাংগোই শগোল্ খৌবদ লাংগোই খোঙ্গুল্ তাদবী, খম্কোন্ খোঙ্নেৎনবী, মালং চৈবোয়্নবী, নুংনাং খুদানবী, নোং চুদন শাইচোৎপী, নুংশা শাদন ফৌকংবী, তম্ফা কোবৌ অব্রাংবী, মালেম্ লৈবু লূম্বী, কোরৌ নোংবু খোন্বী কোরৌ মতে যাম্বী, ব্রাংবল্ মতৌ যাম্বী লাইবেম্বীনি ।। য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা পান্থোইবী মাদি চীংঙু তুবী লাইরেল্ তাউরোইনাইগ য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা লাই নামুং নামুংবীগ অনীমক্কী মদোম্ য়াওজবী মমোম্নি ।। লাইরেম্মা মাদি মবুং তবেৎমক্কী ইনুংঙাল্লম্দাই শজিক্নি ।।০।।

ঙাংযেক্ চনু ব্রাংঙম্লোন্ পান্থোইবী মাদি চাউব লেপ্তুম্ ফাবে ।। চেংলৌ শক্কোয্ হেন্বী মায্থোঙ্ মঙাল্ নাইবী, পায়্ম নুংজঙ্বী পান্থোইবী মাদি থীক্লেন্ হৈবাং মচী ফন্ন নীংথিরে ।। নুজা মাবু উবদ পাখং ওইব কনানসু মীৎযেং নাকোয্ চৎঙম্দ্রে ।। পায়্ম পীবুক্ হূরে ।। কাব্রং ফিন থাখুম্ ওইবী,হিদেল্ খূদীং ঈরুবী, লৈতোঙ্ খূদীং মীয়েংবী, ঙাংয়েক্ নিংথৌ চনু, য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মাগী লাংওল্ ওইবী মাবু তাল্লোয্ লৈম ওইহন্নিংদব মতিক্ মঙাল্ নাইব নমু তাইবঙ্ তম্ব কনা লৈত্রে ।। পিতিংকোয্ লাম্বীচা নিংথৌ শাপায্বন সূমাঙ্ উরোং খিন্দ্রিবী, য়ূম্জি কাক্ফৈ থাদ্রিবী, পামেল্ উবাই হক্ত্রিবী ব্রাংঙম্লোন্ পান্থোইবী মাবু মাগী লৈমশীংদ চন্নিংলবগী তাউজিং হৈরাং হৈপোৎ কোক্থোং, শিংঙেল্ লৈরাং লৈপোৎ লথোংন মোম্নু নুজা ওইবী মাবু হায্জরু-ও হায্বগী মদাইরেম্ হাওরাবাবু থারক্লে ।। তৌইগুম্,

থোয়্চংনবী নাপল্ চাউবী পান্থোইবী মান য়াদ্রে ।। মাই, পাম্জদে — হায়্রে ।। অসীগী মতুং তাবদ, কংলৈ নিংথৌ খাব শোক্চোম্বন মনাই শন্শেল্লোয় অনীখক্পু কাওরেল্ শন্য়াম্ পুহল্লক্কুন পামেল্ উরাই হক্ত্রিবী পান্থোইবী মাবু নিংথৌ মাগী মপারী তরম্ খোইনুচাগীদমক্ত তাল্লোয় লৈম ওইনবগীবু হায়্জরু-ও হায়্ন থারক্লে ।। থোয়্চংনবী লাইরেম্মা পান্থোইবী মাগী মবুং তরেৎ মক্ল খাব শোক্চোম্বগী মদাইরেম্ অনীমক্ত — নবুংঙো কংলৈ নিংথৌ লৈমাব খাব শোক্চোম্বদ হায়্-ও ।। তাউজিং হৈবাং নিংথিব, শিংঙেল্ লৈরাং ফজব হৈপোৎ লৈপোৎ চাম চামন খূজিং ওই পুবক্ ও ।। পন্থৌ ঈপা ঙাংয়েক্ নিংথৌ তুবী লাইরেল তাউরোইনাইগ পলেম্ ইমা লাই নামুং নামুংবীগ অনীমক্ত হায়্জরো লাক্ ও ।। শাগৈ শলাই চৎলম্ লূতিন্ মংকৎ, তরেৎ শেন্কৎ পুরক্-ও ।। মদোম্ ঙান্বী ঈচল্ ইনুংঙাল্লমদাই শজিক্ মাবু খাব নখোয়্গীনি খঙ্নব তৌজবো লাক্-ও — হায়্বে ।। অসী ব্রাবু নাতাববগী খাব শোক্চোম্বগী মদাইরেম্ অনীদু পায়্ম মবাঙ্হৌন খোঙ্লৈ থুন লাংগোই শগোল্ মান তৌবগুম্ খাব মবাল্যাইদ হল্ব্রায়্খি ।।০।।

তুবী লাইরেল্ তাউরোইনাই মাগী মবাল্যাইদ খাব কাঙ্বু ব্রায়্থুলরে।। কাওবেল্ শন্জাউ লাব অনী য়াওন তাউজিং হৈরাং হৈপোৎ, শিংঙেল্ লৈরাং লৈপোৎ কয়া চাম চামন খূজিং ওই পান্থোইবী মাগী কাওজ মমল্ ওইন হৈজিং খরায়্ পুরক্লে ।। পলেম্ মমাগ মবুং তরেৎমক্কন থোয়্চংনবী পান্থোইবীদ — খাব শোক্চোম্বদি কংলৈ নিংথৌ লৈমাবনি ।। তরম্ খোইনুচাদি মতিক্ মঙাল্ নাইব শাগৈ ইমুংগী মপারীনি — হায়্রবদ পান্থোইবীন নমু তাইবং লাংওন্দ পোল্লবগীবু পলেম্ মমাগ মবুংশিংগন হায়্ব পাউমেন্ ব্রাবু হোয়্য়াগদবনি নীংখল্লবগী লুহোং খোঙ্দোং তাইবং য়ুম্বাল্ তম্ববু হোয়্য়াখি ।। তৌইগুম্, নাপল্ চাউবী পান্থোইবীন — ঐগী লুহোং খোঙ্চৎপদ লান্নবগীবু তুরেল্ ঈপাক্থক্ত করি থোং শারবগে — হায়্ন পাউহংলে ।। নশাবী নথংলেন্ ওইগদব তরম্ খোইনুচাগ নমান্ ওইগদব নিংথৌ সোক্চোম্বগ অনীমক্ল তম্ফা পান্থোইবী নংগীদমক্ত অবংব কদেং য়োৎন থোংখোঙ্ ওই, অঙৌব লুপান থোংপাক্ ওই, চোইনৌ সনা য়াইঙাঙ্বন পাম্বে ওই থোংলেন্ থোংজাউ অমবু শারে — হায়্ন

পাউখুম্‌লে ।। তম্ফা মাসু পায়্‌ম পীবুক্‌ পেল্লবগী উন্‌বী পূক্নীং পূক্‌থুংলবগী হোয়্‌যারে ।। য়োইবু খোইমোম্‌ নোংথাঙ্‌লৈমগী লাইওল্‌ লাইচৎ ওইবী তম্ফা মান — নমোম্‌ ঐগীদি মতিক্‌ মমল্‌ লৈব তরেৎ শেঞ্জা য়াম্ব পোৎলম্‌ করি উন্‌বীনু ।। তরা চাক্‌ফূ অথন্‌ব অমগ, য়ারৌ শা অথোংব ৱালোং ইৱান্‌ অথন্‌ব অমগ, ৱাংলৈ য়ু খরুং অথন্‌ব অমগ অসীতবু পোৎতম্মী-ও হায়্‌রে ।। মমোম্ম হায়্‌ব পোৎতমক্‌ মউল্লে ।। মচন্ন নীংবত মতম্লে ।। তম্ফা মাগী মতারোয়্‌ তরেৎ,মবুং তরেৎ, হনুবী চাম,হনুব চামন কোরৌ অৱাংবী মাবু খাব মবাল্‌ য়াইদ থিল্লে ।।০।।

খাব মশাইকোন্দ ৱায়্‌থুংলরবদ হোইদোন্‌কোক্‌পম্‌ নিংঙোল্‌ মনু তেকঙান মহুইবোই তম্ফা পান্থোইবী মাবু খরায়্‌ থোঙ্গান্দ ইম্‌কোন্‌ কোন্‌থোঙ্‌ লাওন হাং খাম্বী শাংচেপ্‌ মৈরা চাউন থান্‌ ওক্‌লম্লে ।। ঙসাইগৈগী তবা চাক্‌ফূদু লৈপাক্‌ মীয়াম্‌ হৌন চাবদ তরা চাক্‌লোইব নাইদ্রে ।। তরা চাক্‌লেম্‌খাক্র অমুক্‌ শৌগৎলে ।। তবা চাক্‌নৌ ওইরে ।। অসূম্নবু, এন্‌শাং এন্‌লেম্‌খাক্র এন্‌শৌরে।। ৱাংলৈ য়ুরেম্‌খাক্র য়ুশৌবে ।। মবম্‌ অসীগীবু য়োইবু তম্ফা লাইরেম্মা মাবু নমু চাদোল্‌ তাইবং সূদোন্ন — তরা চাক্‌নীংখাক্র চাক্‌শৌবী, শংলৌ এন্নীংখাক্র এন্‌শৌবী, ৱাংলৈ য়ুনীংখাক্র য়ুশৌবী-ও হায়্‌ন কৌনবনী ।।০।।

নোংপোক্‌ লৈহৈচীংলোম্‌দদি চীংঙু খোইয়ুম্‌ অশীবগী লাইওল্‌ লাইচৎ ওইরিব নোংপোক্‌ নিংথৌ কায়্‌নৌ চীংশোম্ববু চীংঙু খোইয়ুম্‌ নোংদম্ব কৌব লাই মান লাংওল্‌ কুম্মে নীংশিংহল্লে ।।০।।

নোংমগী কোরৌ নুমিত্ত হিদেল্‌ হোংন হোংন ঈরু শাদেংবী মশানৌ পান্থোইবী মান তুরেল্‌ লাংমৈপুঙ্‌দ ঈরু শাদেংলিগৈ লাইয়িংথৌ অঙৌব নোংপোক্‌ মালং হুম্মোইবন চেংলৌ শকউরে ।। নোংপোক্‌ মান মশানৌ মাবু ফৈবা তাজীন্‌ থোং, ঙকথী লুম্লাং কোন্‌, খজাই লেংওল্‌ চূপ্‌, শম্লাং তোন্‌গা নান্ন — যোইবু খোইমোম্‌ লাইরেম্মাগী লাংওল্‌ ওইবী ইশানৌ নঙ্‌বু তাউ-ও ।। নথংলেন্‌ কায়্‌নৌ চীংশোম্ব ঐগী শেল্লোই চীংজাউদ চৎলসী ।। ইশানৌ নঙ্গীদমক্ত ৱাংলৈ অয়াক্‌পা হাউদৈ অথুম্ব তুম্বা খোম্‌থন্ন লৈহৌই ।। নোংদোল্‌ পক্র ৱাংব শেল্লোই লংমাইচীংদ চেক্কা লম্‌খুনু মতে মনাউগুম্‌ সেগ

মাইগ তাথোক্ তাশিন্ পান্‌মিন্নরুসী — হায়ন পাউথেল্লে ॥ পান্থোইবী মান — ইশাবী নোংপোক্ মালং হুম্মোইব-ও ! নশানৌ ঐদি নমু তাইবং লাংওন্দ পোক্লবগী তাইবং মাগী চৎনলোন্‌বু করম্ নম্দ হুন্‌ঙম্‌গবনো ॥ খাব মরাল্ য়াইদ পান্থোইবী ঐন য়াঙ্গোইরক্প কোরৌ শীংবুম্ মঙানি শুদ্রি ॥ ঐবু খাব ঙান্‌ব কাঙ্‌বুন থৌওই ৱাওইদন তৌদ্রি ॥ মতিক্ লৈব ইবুং তরেৎমক্কী ৱাবু পান্থোইবী ঐন করম্ হিক্‌তোক্কদবনো ॥ খাব ঙান্‌বন নশানৌ পান্থোইবী ঐবু থৌওই ৱাওইবক্তব কোরৌ নুমিৎ ঙাইসী — হায়ন পাউমেল্লে ॥ পান্থোইবী মান — ইশাবী কায়নৌ চীংশোন্ব-ও ! হয়েং কোরৌ নোংদি চীংগোই তুরেল্ মবিল্ থযোংলোক্‌চাউ লাইজ ঈশিংদ ঈরু শাদেংব খোঙ্‌দোইরক্কে ॥ চেংলৌ শকউনসী — হায়ন পাউহায়বে ॥ নোংপোক মাসু হোয়্য়ারে ॥ সেল্লোই মশাইকোন্ লংমাই মরাল্‌যাইদ হল্‌ৱাইখ্রে ॥০॥

মথংগী কোরৌ নুমিৎনি ॥ যোইবু খোইমোম্ লাইরেম্মাগী লাংওল্ ওইবিবী ৱাংঙম্‌লোন্ ঙাংযেক্ চনু মান লেম্‌লৈ ঙাচঙ্ তাল্লুগে হায়নবু শমু মখৃত্ত লেম্‌লৈ ঙাখোল্ লোং পায় মখুৱাঙ্‌দ লেম্‌লৈ ঙাহাপ্ তুঙ্গোল্ য়ান্ হাওরে নোংপোক্ পাংন চীঙ্গোই মরিল্‌দ খোঙ্‌দোইরক্লে ॥ মশাবী নোংপোক্ক চেংলৌ শক্‌উনবে ॥ নহালমুক্কী মপোক্ লাংওল্ নীংশিংন নোংপোক্ মান — খাব মবাল্‌যাইদ হন্‌থ্রনু — হায়রে ॥ মথংলেন্ মমান্‌মচা মপুরোইববু শমু নম্‌দ হুন্ন লম্‌কেৎ লম্‌হাইন চৎখিবীনি — হায়ন লৈপাক্ খুন্নাইন পান্থোইবী মাবু ৱাতা থীহৌগনি হায়বগীবু যাদ্রে ॥ মশাবী মালং হুম্মোইবদ — তাওব হূইহংব হেম্বা পাখং শাদুন খাব মবাল্‌য়াইদ খোঙ্‌দোইরক্‌উ — হায়রম্লগ ঙাংয়েক্ চনু মাদি হল্‌ৱাইরক্লে ॥ খাব মবাল্‌য়াই য়ৌরবদ মনেম্ মনু তেক্‌ঙান — ইহুইরোই নঙ্গু কবি লেম্‌লৈ ঙাফারক্‌পগে — হায়ন লেম্‌লৈ ঙাহাপ্ তুংগোল্‌নুংদ য়েংলুবদি অঙাং নাউৱাগী শমু মকোক্‌ঙাক্তবু য়াওরম্লে ॥ কোরৌ নুমিৎ অদুদগী পান্থোইবী মাবু খাব ঙান্‌ব কাঙ্‌বুন পায়ম পীবুক্ হংগোই শোংকিনবে ॥ মথংলেন্ তবম্ খোইনুচান পান্থোইবী মাবু ফম্মুং তোপ্ন য়াহিপ্‌হল্লে ॥ হিদেল্ খৃদীং ঈকবী থোয্‌চৎনবী পান্থোইবীদু পায়ম খোয়বুঙ্ থীৎন অশাউ থাম্বী মৈহৌরে ॥ খাব মরাল্‌য়াইদ য়াঙ্গোইরক্প কোরৌ নুমিৎ শীংবুম্ মঙানি সুদ্রি ॥

তৌইগুম্, মশানৌ ওইরম্ ঙান্বী ঐবু তরা চাক্লেম্ চাক্লম্থীগুম্ তাথী তাওইবীরে ॥ থৌওই ৱাওইবীদ্রে ॥ নশানৌ ঐন হান্ন পায়্ম পীবুক্ ওন্খি হায়্নু — হায়্ন ৱাতা থীরে ॥ মথংগী কোরৌ নুমিত্ত হয়েংঙৈদ নমু চাদোল্ তাইবং সূদোন্ন ফিশুখোং-ও হায়্ন কৌনরগদব খোংদুদ পাম্থোইবী মান চরৈ ফিশূব শাদুন নোংপোক্ অঙৌব মাবু ঙাইখি ॥ তৌইগুম, লম্লেন্ লম্ফম লম্শোয়্নখিবদগী চেংলৌ শক্উনখিদে ॥০॥

মথংগী কোরৌ নুমিৎ অমদ খম্কোন্ খোঙ্নেৎনবী, মালং চৈরোয়্নবী ৱাংঙম্লোন্ মান লিন্দু লৌখোং পাত্ত লেম্লৈ ঈন্ চিংদুন মশাবী নোংপোক্পু ঙাইখি ॥ অসূম্নবু মশাবী মাবু ঙাইরিঙৈ কোরৌ মচা ঈ ৱাংবল্ মনাও ঈন নোংদোল্থক্তগী লাইজ ঈহৈথবক্লবদ পাম্থোইবী মাগী চরৈ নম্থাং থীক্লেন্ হৈরাং থাখুম্ফি য়াওন চোৎলবগী লৌথোক্তুন চরৈ ফিফৌদোক্লিঙৈ মশাবা কায়্নৌ চীংশোম্বন মচা তাংখুল্ পাখং শান লাক্লে ॥ মশাবীন মশানৌগী চরৈব খোংদব শমু মহক্চাংদ মীৎতারে ॥ পাম্থোইবী মাদি তাংজ মায়্খোঙ্ লুক্ল ইকাইবে ॥ অঙৌব লংমাই নিংথৌ মান মশানৌ মাবু ঙক্থি লুম্লাং কোন্, শম্লাং তোন্গা নান.খজাই লেংওল্ চূপ্ন পোম্বীগুম্ চীল্ওক্ল চেক্লাগুম চীন্দিন্নখি ॥ লম্লেন্দুবু তুংলম্চৎত কংদ লৌরেম্ব-ও হায়্ন কৌথি ॥ অসূম্ন শাবী শানৌ অনীন চেংলৌ শক্উনরবগী তুং ঙাংয়েক্ চনু মাসু খাব মবাল্যাইদ হল্ৱাইরক্লে ॥ কায়্নৌ চীংশোম্ব মান খোইমু খ্বাংচেংব ওইন শাইযোন্দুন মশানৌগী তুং ইল্লক্লে ॥ কোবৌ অদু নোংগী ইনুংদি পাম্থোইবী মাদি তরেং হুংশোল্ লৈ, থাপ্লৌ মরিল্ শিং মীৎশেন্ খাঙ্ন লৈখি ॥ খোম্লেন্ তুম্খুল্ তান্দে ॥ মকু মমান্ খাব শোক্চোম্বন মহুইবোই তম্ফা ৱাংঙম্লোন্ মাদি তম্ফা মতিক্লব ৱাংঙম্ মপানব তম্ব কনাগুম্ব হৈরাং লোন্জানব লৈরাং লোন্জিন্নব লৈরব্র হায়্ন মদোম্ শোন্জখি ॥০॥

ইনুংঙাল্লবদ পাম্থোইবী মান মমান্ নিংথৌ শোক্চোম্বগী চাম্লৌ লফু লাকোন্দ লাপেংলুগে, লোইমোম্ ফৌগৈদ থৌশুরুগে ॥ ঙাংয়েক্চনু মান হল্ৱাইবক্পদ লোইমোম্ ফৌগং পুরক্লে — হায়্রে ॥ থৌখাম্ ৱাখাম্ য়াদবী ৱাংঙম্লোন্ চৎখ্রে ॥ তম্ফা মান লোইমোম্ ফৌগং ফৌপোৎ লূথোংনন পুরগ

খাব মরাল্ য়াইদ হলব্রাইরক্প য়াংদৌ লম্খাঙ্দ মশাবী চীংশোম্বগ চেংলৌ শক্উনরে ॥ তম্ফা মান নোংপোক্ত — খাবন তম্ফা ঐবু ইতিক্ ইপানব তম্ব কনাগুম্বগ তাউজিং লোন্ন হৈজামিন্নব শিংঙেল্ লোন্ন নৈচিন্মিন্নব লৈরবর হায়্বগী পায়্ম পীবুক্ চিংনরে ॥ নশানৌ ঐদি খাব মরাল্য়াইদ কুইন লৈঙল্লরোই ॥ ইশাবী নরাল্য়াইদ খোঙ্জেল্লক্লগে — হায়্রে ॥ কায়্নৌ চীংশোম্ব মানসু উন্বী মনিন্নাই পায়্ম মরাঙ্ হৌন হোয়্য়ারে ॥ খাবন চেংলৌ শক্উদনবগীবু হাওরৈ নোংচুপ্ পাংবলম্ লাঙ্গোল্ চীংগী চীংথাঙ্ লোম্দ খোঙ্জেল্লক্উ ॥ নশাবী ঐদি মচী তাংখুল্ শাদুন ইশানৌ নঙ্বু ঙাইরম্গে ॥ তম্ফা নঙন খোঙ্জেল্লক্পদ খোইমোম্ লাইগী শাইয়োল্ লৌদুন লাক্-ও — হায়্ন মশানৌদ পাউমেল্লে ॥ নোংপোক্ মাগী পাউমেন্ব্রাবু উন্বী পীন নাতারবগী ঙাংয়েক্চনু লম্হাইবী মাদি খাব মরাল্য়াইদ হল্ব্রাইরক্লে ॥০॥

খাব মরাল্য়াইদদি মহুইরোই তম্ফা ব্রাংঙম্লোন্ মাগী মতৌ য়েংগে মতিক্ খঙ্গে হায়্বগীবু মমান্ খাব শোক্চোম্ব মাদি তিঙ্য়িগুম্ শিশিন্নরে ॥ লৈশনম্ মনাদ থেৎচিন্দুন নম্থিহল্লে ॥ লপ্লেন্ কাদ চরৈ মায়্খল্ তোপ্ন শেল্লে ॥ তেৎনৌ য়োৎতেক্ খীংলে ॥ ইম্কোল্ শম্বল্ থুদেক্লে ॥ অশি লম্বী ফাৎলে ॥ লাইজ ঈরাংপুন্ তোপ্ন থম্লে ॥ তোংচেং কৃমায়্ চল্লে ॥ অশি লম্বেল্ পাক্লব খম্নুং শৈশক্লে ॥ ব্রাংলেন্ পুঙ্য়ৈরে ॥ শরিক্ খীংলে ॥ চরোৎন কুপ্ন খাংপোক্ য়ুম্শারে ॥ মনেম্ মনু তেক্ঙান শমু মখোঙ্ থীন্ন কোরৌ খোংগুম্ ব্রাংবল্ লাউগুম্ তেংথান মীকপ্ মীরাউরে ॥ মহুইরোল্ পান্থোইবীন মরাল্ য়ুম্জঙ্লক্লবদ মনেম্ মনু তেক্ঙান — ইহুইরোল্ নঙ্দি নমান্ হেদো নাহে চল্লব, শমু মহক্চাং ঈরববু নম্দ হুন্ন শাবল্ লম্থোক্ই থৌওই ব্রাওইদে — হায়্ন মীচৈ থীরে ॥ নমান্ মাদি খম্নুং শব্রা তাল্লে ॥ অমন্ য়াইথোঙ্ কৃম্লে ॥ কোরৌ নোঙ্গা তাল্লে — হায়্রে ॥ মনেম্ মনু তেক্ঙাগী মীচৈ ব্রাবু নাতারবগী তম্ফা মান মনেম্ য়েংন — নহুইরোল্ পান্থোইবী ঐদি নমু তাইবং লাংওল্ ওইবী য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা অপোক্ অশি নোংদম্বী, খম্নুং য়াইথোঙ্ শিন্গুবী, খম্নুং কৈকোই লৌওন্বী, নুরা পাউথেম্ হৈবী, থোঙ্ঙাক্ অশি থেন্দ য়াইবী থব্রায়্ পূম্নমক্পু ব্রায়েল্লিবীনি ॥ অশিব চাম চামন ফক্লোং নাকন্দ য়েপ্ন

থম্মু, লন্থী চৎপদ ইমান মাবু য়াওবদি নহুইরোল্ ঐন চেংলৌ মীৎউদে ।। ইমান্ মাদি য়াঙ্দৌ কদোল্লম্ খোঙ্চৎলবগে — হায়ন পায়ম খোয়্বুঙ্ থীৎন শাউরে ।। মমান্ শোক্চোম্ববু তশেংন নোংমল্লব্র য়েংলগে হায়্বগী মমান্ মাগী শমু মহক্চাংদ কুপ্লিব চরৈ ফিদু হাংলগ তম্ফা মাগী শমু মখুত্ত পায়্রিব তরেং য়োৎ চিন্দুম্ব অদুন মনাকোঙ্দ খংথিন্ হেক্ থিল্লে ।। মমান্ মান খংপ্রেক্ খংন — হয়ু পলেম্ — হায়ন খংলাউরক্লে ।। অশি শিশিন্নবগী মরৌ চাউববু খঙ্লবগী তম্ফা মাদি থাম্বী মৈরি থোক্ক শাউরে ।। তম্ফা ঐবু খাব নখোয়্ন থৌওই ৱাওইদবনি ।। নহুইরোল্ ঐদি নমু পোংওইন লৈঙম্লরোই ।। তম্ফা ঐন নীংব মতুং ইন্ন ইথৌ তৌরগে — হায়্রে ।। খাব পূম্নমক্ হৌন ঙান্ব পূম্নমক্ তিন্ন তম্ফা মাবু পাউথেম্বদ য়াদ্রে ।। খাবী অমাইবীগুম্ ঙাওন ফৈন হুমাং তান শাউরে ।। হামৈ চাগে হামৈ পীয়ু — হায়্রে ।। মনেম্ মনু তেক্ঙান — ঙাঙ্নিংবগী মঙাঙ্থোক্নি থল্লবগী থাংজি উগী উপী মৈতাল্ অরাবদু খুবাম্ থন্ন হাপ্লীরে ।। মাবু মপাম্দ হল্লো হায়্ব মনেম্গী মথৌরাংবু খঙ্লবগী পাম্হোইবী মান মৈবুল্ মৈরাগী শাইয়োল্ লৌরে ।। তম্দল্গুম্ন খাব মরাল্য়াইদগী নোংচুপ্ মায়্কৈরোম্দা পাইখ্রে ।। কোরৌ অদু নোংদগী পাম্হোইবী মাবু নোংচুপ মৈরা পোন্জেন্বী-ও হায়ন নমু তাইবংমীওইবন খঙনখি ।।০।।

হাওরৈ নোংচুপ মায়্কৈরোম্দ লাইগী শাইয়োল্ লৌদুন পাইখ্রবী পাম্হোইবীন মশাবী নোংপোক্পু থিব হৌরক্লে ।। খাব ঙান্ব পূম্নমক্নসু মহুইরোল্ তম্ফাবু থিব হৌরক্লে ।। মান চৎখিব লম্বী মতুংইন্ন খোঙ্গুল্ লীন শমু খোঙ্দান্নরক্লে ।। কোরৌ অৱাংবী পাম্হোইবীন মশাবী কায়্নৌ চীংশোম্ববু করি লম্লেন্দবু লৈবনো হায়ন মীৎয়েং শান্খৈরক্ই ।। মশাবীনসু মশানৌ কোরৌ অৱাংবীবু করি লম্লেন্দবু লৈরিগবনো হায়ন মীৎয়েঙ্ শান্খৈরক্পদ লম্লেন্ মফম অমদবু মশানৌ মাবু চেংলৌ মীৎথিংলে ।। চেংলৌ পূন্ন শক্উনরে।। মশানৌ মানসু মশাবীবু চেংলৌ মীথিংলে ।। লম্লেন্দবু লাইমীৎথিৎ-ও হায়ন কৌনখি ।। চাদোল্ সূদোন্ন লম্লেন্দুবু লাইরিক্য়েং-ও হায়ন ৱাথৈখি ।। অসূম্ন লম্লেন্ লাইমীৎথিৎ কৌব মফম্দ তম্ফা মাগ মালং হুম্মোইব মাগ অনীমক্ক চেংলৌ শক্উনরব তুং খাব ঙান্বন তন্ফংখ্রগনি

হায়বগীবু পান্থোইবী মাবু — মশ্নী লোক্ত লোত্তুন লৈয়ু নোংপোক্ ঐদি কবোমচা খুনুথেম্ব শাদুন কৌব্রুচীংলোমদ ঙাইবম্‌গে ॥ চেংলৌ শক্উনসী — হায়ন মশানৌদ পাউমেল্লল্লগ মালং হুম্মোইব মাদি মালং নুংশিং ওই থম্‌কোন্ নোংলৈ ওইন পাইখ্রে ॥ পান্থোইবী মান মশ্নী লোক্ নাথুপ্চীংদ শানথুপ্লম্বদগী লম্‌লেন কৌব্রু চীংলোম্দ মবুংঙোবু থিব হৌবক্লে ॥ লম্‌লেন্ চীংমৈবোংগী মনাক্ নাক্ল তুবেল্ তৃখুল্ মপান্দ পান্থোইবী মান নোংপোক্ মাবু কবো খুনুথেম্ব শান খুনুবোন্ লেংদ থোংন ঙাইবম্ববু চেংলৌ মীংথিংলুবে ॥ ঙাংযেক্চনু পান্থোইবী মান লোইদাম্ লাংবল্ থাগী ব্রাতোন্দ তোংবী চেক্লো লম্‌খুনু লৈচেং মানবী মথীব্ লাংবীবু ওইন শাইযোল্লগ খুনুবোন্ মনুংদ চঙ্খ্রে ॥ খাব ঙান্‌বন তানফংখিগদ্র হায়্‌বগী নোংপোক্ পান্থোইবী অনীমক্ল সেল্লোই লংমাই চীংগী অকোযবদ কোয়ন কোয়ন চৎলে ॥ নেংমগী কোবৌ নুমিৎ অমদি তম্ফা কোবৌ অরাংবী পান্থোইবী মান থযোং লোকচাউদ সবম্ তাংখুল্ নূবাবীগী শাইযোল্ লৌদুন মনম্‌দ হাউশম্ যান মখুত্ত লৈতৌ যোৎ পায্ যোৎলৈ নোংথাং শা, মালেম্ লৈকন্ তৌ, তেম্‌পাক্ লালু শোই, ফোইদিং হাবুং ফূক্ পাম্‌লৌ লৌযাল্লম্মী ॥ নোংপোক্ নিংথৌ অঙৌব মাশু তাংখুল্ হুইতোক্ পাখঙ্ ওইন শাইযোল্ তৌ মশানৌ পান্থোইবীগী খোঙ্গুল্ লীবম্মী ॥ নোংপোক্ মানা হুইতোক্কী লম্‌দ পাম্‌যান্ লৌতাবিব কবিগীনো হায়ন শাউববগী শবম্ নূবাবী মাব তেন্ন কাপ্তুন নোংমন্‌হল্লগে হায়ন তেন্‌শীংলে ॥ পান্থোইবী মানা মাগী শাইযোন্দু ওক্তবা যাবক্লবদ নোংপোক্ত তাক্লে ॥ নোংপোক্লসু মাগী শাইযোন্দু মশানৌ পান্থোইবীদ তাক্লবগী শাবী শানৌ অনীমক্ চেংলৌ শক্খঙ্নববদা পায্‌ম পীবুক্ কপ্নীংন নুংশ চেংলৌ শক্যেংনখি ॥ নোংমগী কোবৌ নুমিৎ অমসু 'হদেল্ খূদাং ঈকবী ঙাংযেক্চনু ব্রাংঙম্‌লোন্ মান থৌবাল্ তুবেল্গী হিদেল্দ চবৈ মকা ফোং থেক্ক থেক্ নৌগ নৌ ঙানু খবান শাগল্ তুফাঙ্ খপ্প ঈফূ নাদুন শান্নবঙুম্ শানবম্মী॥ মশাবী কায়নৌ চীংশোম্বন মশানৌগী খোঙ্গুল্ লীবক্পদ শকউববগী পান্ব কৈজাউ ওইন শাইযোল্লে ॥ পান্থোইবী মাবু তুবেল্ লাইজ ঈশিং ঈযাযদ শমু মহক্চাংবু থাগোন্ন ফাবগে থৌশীংলবদ মতিক্ লৈবী শাইয়োল্ যান্নী পান্থোইবী মান পায্‌ম খৈন শাউববগী পান্ব কৈজাউ মাবু ঙক্থী লুপ্লাং চপ্প শফাবে ॥ পান্ব কৈযাঙ্থক্ত তোংখৎলে ॥ লাংগোই খূকুপ্ থৌগুম্ পান্ব

কৈরেল্ মাবু লুশম্ মশোং চেৎপায়্ন শাজৈ তোয়্ফূন শাথৌরে ।। পান্থ শাইয়োল্লব নোংপোক্ মালং হুম্মোইব মাসু কোরৌ নোংদোল্, মালেম্ লৈমায়্থক্, পামেল্ উতোল্ মরোল্ অহুম্মক্পু ফাওন কৈরেল্ খূমাঙ্ তোংন খূদুং কাওন পাইরে ।। চেল্লে ।। পায়্ম পীবুক্ শাউগন্বী, থোয়্চৎনবী য়োইবু খোইমোম্ পাঙ্গন্বী মানা পান্থ কৈজাউ মাবু লম্কেং লম্হাই চায়্বগী খোঙ্নন্ তৌদু নুঙ্ন শমু খুৎপায়্ চেৎন পান্থ মাগী লুরেল্দ হকথাথোক্ল শুবদ পান্থ মকোক্ কায়্খি ।। অসীগীবু পান্থোইবী মাবু পান্থ কৈজাউ ফাবী, কৈরেল্ কৈজাউ তোংবী, খিক্লোয়্ মতোন্দ লাংগোই শগোল্ থৌবদ লাংগোই খোঙ্গুল্ তাদবী ও হায়্ন নমু চাদোল্ তাইবং সূদোন্ন খঙ্নখি ।।০।।

নোংমগী কোরৌ নুমিৎ অমদি লাইয়িংথৌ নোংপোক্ মান কৌর্ চীংলোম্দ মশানৌ লাইরেম্মা পান্থোইবীবু ঙাইখি ।। মশানৌগ চেংলৌ শকথেংনরবদ লাইয়িংথৌ মাগী চাদা নাউদা শন্ন থাঙ্বু লাইরেম্মা মাগী লোইবা লোকচপ্প লৈব থৌদু নুঙ্পাক্ত ফেঙ্খি ।। থৌদু নুঙ্গা কদেং থাঙ্গ অনীগী মবক্ত লাইজ ঈঙৌ ঈচেন্থবক্খি ।। অদুগীবু লম্লেন্দুবু ঈঙৌরোক্-ও হায়্ন কোলোয়্ মিংহুন্ তম্খি ।। অসূম্ন কোরৌ নুমিৎ শীংবুম্ কয়ানি পোইরৈ থুংন য়াংঙম্ শন্ন কোয়্লোৎ কোয়্চৎনরবগী তুং নোংপোক্ মাগী লংমাইজীং চীংজাউ কারক্লে ।। নোংপোক্ পান্থোইবী অনীমক্ল লংমাই চীংদোন্দ য়ায়্থুংলবদ ঙাংয়েক্চন্ মাগী পন্থৌ পোকমাব লাইবেল্ তাউরোইনাইগ পলেম্ পোক্মাবী লাই নামুং নামুংবীগ অনীমক্সু মমোম্ লাংলেন্ চেংলৌ শকউনবগীবু খোঙ্গারক্লে ।। খোইমুম লাই পূম্নমক্ল লংমাইজীং খোঙ্গবক্লে ।। খান্বী মৈনিংথৌ, লাইজ ঈনিংথৌ, মালং নুংশিৎ নিংথৌ অহুম্মক্সু য়াওবক্লে ।। পান্থোইবীগী মবুং তরেৎ, মতাবেম তবেৎ মক্সু য়াইথুংলবে ।। লাই হনুব চাম,লাই হনুবী চামসু য়াওরক্লে ।। নোংপোক্ পান্থোইবী অনীমক্ল শঙ্গাই যুম্ফম্দ ফম্বাল্ তোংন ঙাম্থোইরে ।। থরা, চেংঙা, য়ুচেং, য়ুহান চোয়্নৌ ফম্বাল্ ফান্খোঙ্ মবি ওই, থাংজীংন চোয়নৌ তাঙ্বল্ ওই, মারজীংন খোঙ্নেৎ ওই, কৌব্রুন নম্ঙা ওই, য়াংববেলন খুদা ওই, লৈচিন্ন থাক্কন্ ওই, থবী শেন্কোইরেল্ অপান্বন ফূঙ্গা মৈরিংগুম্ মৈবুল্ চাইজাউ থান্, লোইদাম্ থাজ ১২ ন থাক্কল্ ফিরাল্ অথোন্ব য়াংথোইব ওই পাল্লে ।।০।।

খাব ঙানৱ কাঙ্বুনসু তম্ফা লাইরেম্মা পান্থোইবীগ লাইয়িংথৌ নোংপোক্ চীংশোম্বগ অনীমক্কী মতীক্ ময়াই খঙ্লবগী লাইরেম্মা পান্থোইবী মাগী চরৈ ফিমন্ লৈরাং লৈমন্ খোম্‌ন খুভম্ শেম্‌লে ॥ নোংপোক্ পান্থোইবী অনীমক্ল কোরৌ নোংদোল্‌দগী খম্বাংনন লীয়েৎনদুন মালং নুংশিৎ, খম্‌কোন্ নোংলৈগুম্ খাব ঙানৱ মরাল্‌য়াইদ খোঙ্গুম্‌লক্লে ॥ খাব ঙানৱ পুন্নমক্ল নোংপোক্ পান্থোইবী অনীমক্‌পু ঈরাৎ থৌনিখি ॥০॥

যোইবু খোয্‌মোম্ লাইবেম্মা নোংথাঙ্লৈমগী লাংওল্ ওইবী লাইবেম্মা ৱাংঙম্‌লোন্ ঙাংযেক্‌চনু পান্থোইবীগী লাইফম্ লাইকোন্নুংদি কৈনৌ, চিংবাই, উকপ্, কিযাম্‌গৈ মখা লৈকাই, উচেক্কোন্, লৌমান্‌বী, কাজীপাৎ, কৈবাউ,কেক্রু, নাউবেম্ লৈকাই, নাউরেম্ থোং, নাউরেম্ চাব্রৌ, ঈশোক্, নম্বোল্, তখেল্ খুল্, খুম্বোং, লংদুম্, যাইবীপোক্ খোয্‌রোম্, থৌবাল্, ৱাংজীং, ঙাইবাংবম্, পল্লেল্, শল্লুংফম, হৈস্নাম্, পুংদোংবম্, লাংমৈদোং, লাইফ্রাক্‌পম্, ঈঙৌবোক্, লাংমৈথেৎ, কক্‌ময়াই, ক্বাথা, চাইরেল্, লাইমনাই, নোংপোক্ শবম্, উখোংশাং, উৎলৌ, যাইস্কুল্,যাইরীপোক্ তোপ্, তুমুখোঙ্ মোইবাংপুবেল্, ফৌদেম্, হৈব্রু, উয়ান্, থৌবাল্ তোমজীং, তেন্থা হৈবুং, শমবাম্, খেক্‌মন্, ৱাইথৌ অমসুং লাইয়িংথৌ নোংপোক্কী লাইকোন্নুং লৈবা খুঙ্গং লৈকাইশিংদ লৈ ॥ অদুগ মায়্‌কৈ তবাগী মনুংদ নোংপোক্ মায়্‌কৈ ঙাক্‌প লাই অমসু ওইবিব লাইয়িংথৌ নোংপোক্কী লাইফম্‌দি নোংমাইজীং, ৱাংখৈ কোংব, নিংঙেল্, তখেল্‌খুল্, যাইরীপোক্, সন্‌ত্রোক্, খন্ত্রোক্, ৱাংখৈ মোন্‌খাং লম্বী, অংথা, খোইবোম্, চীংমৈরোং, চন্দ্রখোং, চবাংপাৎ মনিঙ্, চবাংপাৎ ময়ায়্, অন্দ্রো, শাল্লুংফম্, ফৌদেম্, উখোংশাং, উৎলৌ, লাইরেঞ্জম্, লাংপোক্, মৈজ্রাও, থৌনাউজম্, শন্‌জেন্‌বম্, ফাঞৌখোং, য়াইরীপোক্, কেক্রু, কৈনৌ, লাঙথেল্, মযেংলম্‌জাউ, ঈঙৌরোক্, হৈরোক্, লাংমৈথেৎ, থৌচোম্, শেক্‌মাই, চিরাংখুল্, থিয়াম্, কাঙ্ঙাবুঙ্, লাংগোন্‌জম্, শজিরোক্, খুম্বোং, তাংলৈ হাদার ওইনাম্, মাইবখুল্, মোঙ্জম্, কায়্‌রং, ক্বাথা অমসুং লাইরেম্মা পান্থোইবীগী লাইফম্ লৈব খুঙ্গং লৈকাইশিংদ লৈ ॥ লাইয়িংথৌ নোংপোক্ অমসুং লাইরেম্মা পান্থোইবীগী খুভম্ লাইফম্ লৈব খুঙ্গং লৈকাইশিংদ

লাইয়িংথৌ লাইবেন্মা অনীমক্পু উমংলাই ওইন হবাউ শক্শেম্তম্ থৌদোক্ কুম্মে শান্নদুন লম্দম্ অদুদ লৈরিব মচা মনাইশিংন খূঞ্জাও লৈচাউনব চাক্হোঙ্ ঙাহোঙ্নবগী ঈবাৎ থৌবম্ তৌই ॥ হৌজিক্তি লাইবেন্মা পান্থোইবী মাবু কুম্ অমগী লোইদাম্ মেরা থান লাক্লবদ খুঙ্গং লৈকাইশিংদ মতম্ মতম্গী ওইন লাইযিম্ লাইশঙ্ শাদুন ঈবাৎ থৌরম্ তৌনবে ॥ মহুইবোই পান্থোইবীবু যোইন্ন খোইমোম্ লাইবেন্মানি হায্ন খঙ্লবগী যাইফ থৌজাল্ লন্কুবীনবগীবু অহান্ব ওইন ঈবাৎ থৌবম্ তৌজখিবী খাবা হুইদোন্ পোক্পী মনু তেক্ঙাগী খুভম্ লাইফম্দি য়ুবেম্বম্, উরীপোক্, ইবেংবম্, শম্বে অমসুং হুইদোন্পোক্পম্দ লৈ ।।০।।০।।

# লাইয়িংথৌ সোরারেল্ অমসুং লাইরেম্মা কোন্থৌজম্ লাইরেম্বী

লাইয়িংথৌ সোরাবেল্ কৌব লাইমাদি মায়কৈ তরাগী মনুংদ অব্রাংব কোরৌ নোংদোল্বু ঙাক্প লাইনি ॥ লাইয়িংথৌ মাবু কাসা নোংথৌ সোরারেল্, ব্রাংব নিংথৌ তেল্হৈব, খাক্প নিংথৌ পাঞ্জুম্ব, কাসা পাউতাক্ হৈব, অব্রাং থাঙ্ব্রাই যোইরেনব্, কোরৌ থক্ত থৌদাব, ব্রাংবল্ থক্ত ব্রাতেম্ব-ও হায়্ন মচা মনাই নমু তাইবং মীওইবন শৈথাদুন থৌনিজব মতিক্ লৈব মঙাল্ নাইব লাইয়িংথৌনি ॥০॥

চীংঙু খোইয়ুম অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীগী লাইওল্ লাইচৎ ওইরিব কোরৌ থক্ত থৌদাব, ব্রাংবল থক্ত ব্রাতেম্ব লাইয়িংথৌ সোরারেল্ মান নমু তাইবং মপোক্ত পোক্লবী চনু নিংঙোল্ অমত্তংবু তাল্লোয্শীংদ চল্লগ মপারী অমত্তং ফংলগে ॥ অব্রাংব কোরৌ লাইরৈপাক্ক অনেম্ব মালেম্ তাইবংপান্গ তৎনদব মরীবু পোইবৈ চাদোল্ ব্রাংঙম্ সূদোন্গী পায়্ব পীবুক্লুংদ কাউহল্লরোই হায়্ন খোইয়ুম্ পীবুক্ ব্রারেপ্লে ॥ মালেম্ তাইবংপান্দদি হাউরোক্ অরেম্ব কৌবগ মাগী তাল্লোয়্ লৈম শম্থোং হুইমু লৈম কৌবীগ অনীমক্তি মমীত্ত মপারী মমোম্ উরক্তব লাংহৈ কুম্শীং য়াম্লক্লে ॥ হাউরোক্ অরেম্ব মান মপারী মমোম্ অমতং ফংজগে হায়্ন চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব তেংবান্ব মপু মাবু মমীত্ত পিরাং শীন্থন নীংজরে ॥ মচা পীনৌ নিজরে ॥ তেংবান্বগী মমা ওইবী লৈমরেল্ শিদবীন হাউরোক্ অরেম্বগী মতৌ য়েংঙম্দ্রে ॥ লৈমরেল্ শিদবীন — ইমোম্ তুবী চীংলাই লৈমবু হাউরোক্ অরেম্বগী মমোম্ ওইন লাংওন্হল্লসী — হায়্ন চীংঙু খোইয়ুম্ শিদবদ মাম্বী খূৎদপ্প মুক্মু লৈতোন্ কোন্ন হায়্জরে ॥ চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব মানসু হোয়্য়াবীরে ॥ মমোম্ তুবী চীংলাই লৈমন অব্রাংব কোরৌ নোংদোন্দগী মালেম্ খোঙ্গুম্খ্রে ॥ মদাইরেম্ হাউরোক্ অরেম্বগী শমু মহক্চাংনুং

খোঙ্‌চঙ্‌খ্রে ।। সম্লোং হুইমু লৈমগী পীবুক্ লিন্‌কোইনুংদ খোঙ্‌দাখ্রে ।। সম্লোং হুইমু লৈম নাক্‌লু ফিয়াল্লে ।। নোংমগী কোরৌ নুমিত্ত সম্লোং হুইমুলৈম নোংজবেংয়াম্বী মাগী খোম্‌লেন্ মঙ্‌লান্দ খাক্‌প নিংথৌ পাঞ্জুম্ন লাইযিংথৌ সোবাবেল্‌ন — হে সম্লোং হুইমু লৈম কৌবী-ও ! লৈম নঙ্‌গী পীবুক্কুংদ নাউপুবিব নাউৱাদু অৱাং কোবৌ নোংলৈম ওইহন্‌গে ।। তবা চাক্‌মাং চাগনু ।। ৱাংলৈ যুমাং থক্কনু ।। সাবল্ লম্‌থোক্কনু ।। চীংঙু খোইযুম্ ঐদি অৱাং কোবৌ নোংনিংথৌ লাইযিংথৌ সোবাবেল্‌নে -— হায়ন খোইয়ুম্ লাইপাউ লাউবর্কখ ।। অসুম্নবু হাউবোক্ অবেম্নগী মমোম্‌বু পলেম্ পীবুক্কুংদ লৈবিঙৈ সুমাঙ্ উবোং খিনখ্রে ।। যুম্‌জি কাক্‌ফে থাখ্রে ।। পামেল্ উবাই হক্‌খ্রে ।।

মকুম্ মথা শুববগী শম্লোং হুইমু লৈমদু মমোম্ অম নাউনৌবে ।। কোলোয্ মমিংথোন্দি তম্ফা হাউবোক্ লৈশং শাফবী-ও হায়ন মিংহল্লে ।। তম্ফা মান লেইদাম্ থাবুম তবা শুদ্রিঙৈ নোংথৌ সোবাবেল্ মান মাল শিং ও খম্‌কোন্ নোংলে ওইন লাউথবক্লে —— হুইমু লৈম নোংজবেংযাম্বী ও । নমোম মাবু তবা চাক্‌মাং পীজগনু ।। ৱাংলৈ যুমাং পীথক্কনু ।। ইঙা লৌকুম্‌হন্‌গনু ।। ইঙেল্ লৌতাহন্‌গনু ।। শাবল্ লম্‌থোকহন্‌গনু ।। অৱাং নোংনিংথৌ মাগী যাথং পাউহায্‌খোল্বু ৱাওই থৌওইন মমোম্বু হাউবোক্ অবেম্নগ শম্লোং হুইমু লৈমগ অনীন নাউযোক্ নাউকোন্‌খি ।। অসুম্ন নাউযোক্ নাউকোল্লক্‌পন তম্ফা হাউবোক্ লৈশং শাফবীদু চাউব লেপ্তুম্ ফাবক্লে ।।০।।

নোংমগী কোবৌ নুমিত্ত তম্ফা মান মমান্নবী মতাবোয্‌শিংগ ঙাইবোয্‌নন লেম্‌লৈ ঙাফা যাম্বী লোং পায্, হবাউ মীনোক্ তম্, হেদো হেবাউ কা লেম্‌লৈ ঙাচঙ্ তানব চংখী ।। ৱাইবৌ তুঙ্গোল্ ঙাক্কক্ থর্নাদ্রিঙৈ ৱাংবল কোবৌ লম্‌দগী মালং নুংশিং ওই পাউমেল্লক্‌এ — হে যোইবুনাই পেম্ম-ও ! নঙ্‌দি নঙ্গী পলেম্ পীবুক্নুংদগী ঐন পামেল্ উবাই হক্ক হৈনা নাউকল্লৱবনে ।। ঐদি অৱাং কোবৌ নোংনিংথৌ সোবাবেল্, অৱাং পাখং যোইবেন্‌ব চীংঙু মীংযেং পান্‌জুম্বনে ।। নঙ্‌দি কবিগী অৱাং নোংনিংথৌ ঐগী ৱাবু ৱাকোইনবনো ।। নঙ্‌ব পোক্‌পী পলেম্ হুইমু লৈমদ হায্-ও — হযেং কোবৌ নুমিৎ মঙ্গান শুবদ ঐদি কোবৌ নোংলাং পান্দগী মালেম্ তম্পাক্ খোঙ্গুম্‌লক্কে ।। মোম্‌নু মান খুবাক

লাইথন্ শান যেংববু তাইবং কনাগী চেংলৌ শক্উদে ॥ ঝাইবৌ তুঙ্গোল্ ঙাথন্দন তম্ফা মাদি মবাল্ হল্‌ঝাইরক্লে ॥ পলেম্ মমাদ নোংনিংথৌ মাগী পাউহায্ ঝাবু বাতম্লে ॥০॥

কোবৌ নুমিৎ মঙানি শুবদ হাউবোক্ হৌন কোন্থৌ তিন্ন চীংঙু নোংথৌবেল্ মাবু তবা চাক্লাং চাদন ঝাংলৈ যুমাং থক্তন ঙাইবে ॥ অঝাং পাখং যোইবেনব চীংঙু কোন্খৈ অতাম্বন লাংগোই কোক্লেন্ অনী পান্ব খোড়ওইনন কোবৌ নোংলাংপান্দগী খোঙ্গুমথবক্লে ॥ হাউবোক্ মাগী কংলৈ মসুমাঙ্দ ঝাইথুংলবে ॥ চীংঙু নোংথৌ সোবাবেল্ মান — হাউবোক্ ঈশেন্ ঙাইব কোন্থৌ ইবাই ঙাইবশিং-ও ! নমোম্ অসীবু অঝাং কোবৌ নোংলৈম ওইনগে ॥ চীংঙু ইযুম্হৈ কবি কুবিযুগে হায্ন পাউহংলে ॥ কাওবেল্ শংযাম্সু পাম্জদে ॥ তেক্পী ওক্যাম্সু কল্লগে ॥ হাউবোক্ ঐখোয্বু শিদব ॥ কোনথৌ পুম্নমক্ নাদব ॥ সুমাঙ্ চাবান্ থাদববু লন্কুবীবম্-ও — হায্ন হাউবোক্ কোন্থৌন থৌনিজবে ॥ হাউবোক্ নখোয্ নাবনু-ও ॥ কোন্থৌ নখোয্ শিবনু ও ॥ লেম্লৈ ঙাতান্ব চৎলবসু লেম্লৈ ঙাপোৎ ফাব ॥ যাবৌ শাদাল্লবসু যাবৌ শাযাম্ ফাব ॥ খাবৈ লৌবোক্লবসু লোইমোম্ ফৌন ফৌগে থন্ব লন্কুবীবম্গে ॥ হযেং হাউবোক্ নখোয্ন লোইমোম্ ফৌবোক্পদ খাবৈ লৌন চাউ, নমু পোংন ঝাৎলবদি কোবৌ থক্ত যেংন পাউমেন্খৎলক্ ও ॥ নমোম্ চেংলৌ শক্উহন্দন থৈবৈ তেংবাংহল্লক্কে — হায্ন থৌজাল্ লনকুবীবম্লগ মশানৌ চিন্ফুবোল্ হাউবোক কোন্থৌ চনুগ ঙাইবোয্নন লাইথিংথৌ সোবাবেল্ মাদি কোবৌথক্ত খোঙ্গাখ্রে ॥০॥

মালেম্ তমপাক্ত পোক্চবী নমু তাইবং চনু তম্ফা হাউবোক্ লৈশং শাফবীদু অঝাং কোবৌ নোংলৈম ওইবে ॥ অঝাং কোবৌ নোংনিংথৌ লাইথিংথৌ সোবাবেল্গ মখোয্ অনীমক্তী লৈখোক্ অমত্তদ শাৎপ লৈবাংগুম্, ঙাবাগুম্ খাচিক্ল, ঙাতিন্গুম লীযেৎন পাযম পীবুক্ তিন্নন লৈমিন্নবে ॥ নোংলৈমদু নাক্ল ফিযাল্লে ॥ মকুম্ মথা শুববগী মপাবী অম নাউনৌবে ॥ কোলোয্ মাগী মমিংথোন্দি খোযবীফাব-ও হায্ন মিংহুল্লে ॥০॥

নোংমগী কোরৌ নুমিত্ত হাউরোক্ অকন্ব কোস্থৌ অথৌবশিংন য়ারৌ শাদান্ব চৎপদ চীংঙু নোংথৌ সোরারেল্ন লনকুবীরম্ব কোরৌ থৌশী হূই, ৱাংবল্ পাউহন্ হূইদু তাংজ লিন্ন চীক্তুন নোংমল্লে ॥ হাউরোক্ কোস্থৌ কাঙ্বুন তাওব হূইদু নোংমন্বগী ৱাংলেন্ পুঙ্হৌরে ॥ হাউসী মংথিল্লে ॥ ৱাংলেন্ পুঙ্খোল্ তারবদ হাউরোক্ কোস্থৌ চনু নোংলৈমদু অৱা হুইশোন্ লাংলে ॥ মথম্মোই নুংহিক্লরে ॥ মীৎলু পিরাং ঈরা চেল্লে ॥ ঈপল্ হাউরোক্ কেম্হল্লোই, ইদু কোস্থৌ নোংমন্হল্লোই হায়্বীখিব কাউরবরা — হায়্ন ৱাংবল্ নোংনিংথৌ সোরারেল্দ ৱাকৎলে ॥ চীংঙু সোরারেল্ মান — নপল্ হাউরোক্ কনা কেম্দে॥ নদু কোস্থৌ কনা নোংমন্দে ॥ নশাবী ঐন লনকুবীরম্ব তাওব হূইদুবু নোংমল্লবগী ৱাংলেন্ পুংহৌবনে ॥ হাউসী মংথিন্বনে — হায়্ববু তম্ফা মান য়াদ্রে ॥ কোস্থৌ চনু নোংলৈম মাদি মপারী নাউৱা খোইরীফাববু তরা চাক্পুম্ শায়্ন, লেম্লৈ ঙাতোং শীৎন নাউয়োক্লিবীনি ॥ অদুগীবু তরা চাক্মাং চারুব, ৱাংলৈ য়ুমাং থক্লুব য়াদে মালেম্ খোঙ্গুম্ফবোই — হায়্ন পাউমেন্ববু ময়াদ্রে ॥ ইপল্ কনা কেম্বগে, ইদু কনা মন্বগে পাউহংলুগে ॥ মালেম্ খোঙ্দাজরোই ॥ কোরৌ নোংলোল্ ৱাংবল্ মরোল্ অমদগী হল্ৱাইজরক্কে — হায়্ন তম্ফা মান মুক্মু লৈতোন্ কোন্ন মশাবী য়েংন হায়্রে ॥ তরা চাক্মাং চাফরোই ॥ ৱাংলৈ য়ুমাং থক্ফবোই ॥ ৱাংবল্ মরোল্ অমদগী হল্ৱাইরক্-ও — হায়ন লাইযিংথৌ মান পাউমেল্লে ॥ চোয়্নৌ কৈরাক্ থাবীরে ॥ নোংলৈম মাবু খোঙ্গুম্হন্খ্রে ॥০॥

চীনফৃরোল্ নোংলৈম মান ৱাংবল্ মরোল্ অমদ লৈরগ ইপল্ কনা কেম্লবগে ইদু কনা নোংমল্লবগে — হায়্ন পলেম্ মমা হূইমু লৈমদ পাউহংলে ॥ পলেম্ মমান মমোম্ তম্ফাদ তাওব হূই নোংমন্বগী অচুম্ব ৱাবু ৱাতল্লে ॥ তৌইগুম্,— হাদ ইমোম্ ইবেম্ম-ও ! নঙ্বু চীংঙু নোংথৌ সোরারেল্ কোনখৈ অতাম্বদ কাওজন্খিবন ইমোম্গী চেংলৌ শক্উরক্তব চহী কুম্জা য়াম্লক্লে --- হায়্ন পিরাং চদুম্ চদুম্ তান হীক্ হীক্ মীকপ্খোন্গ লোয়্নন মমোম্ য়েংন হায়্রে ॥ পলেম্ মাগী নুংশি মীৎকপ্খোন্গ মশাবী মাগী পাউমেন্ ৱাবকখোনগ অনীগী মরক্ত তম্ফা নোংলৈম মাদি হা-ওইরে ॥ কোরৌ মালেম অনীমক্ত

মালেম্ চনু নোংলৈম মাগী মথম্মোইদু অনীথোক্ত চীংখায়্রে ॥ তৌইগুম্, ৱারক্ পাউমেন্খোল্ মাঙোন্দগীদি তেংথা মীৎকপ্খোল্ মান লূম্লে ॥ ৱাংবল্ মরোল্ অমদগী তম্ফাদু মালেম্ খোঙ্দারক্লে ॥ পলেম্ হূইমু লৈম নোজরেংয়াম্বীন মমোম্নু ফৈরা তাজিন্ থোং, ঙকথী লুন্নাং কোন্, খজাই লেংওন্ চূপ, শন্নাং তোন্গা নান্ন তরা চাক্হাউ চাখো, হাউদৈ অথুম্ব থক্খো — হায়্ন পাউথেম্লে ॥ লাইরেম্বী মানদি — লাইয়িংথৌ সোরারেল্ মাগী পাউমেন্ ৱাবু লৈএ ॥ অৱাং কোন্খৈ অতাম্ব মীৎয়েং পান্জুম্ব মাবু শোংকিজৈএ — হায়্ন ফন ময়াজদে ॥ তৌইগুম্ পলেম্ মমা হুইমু লৈমন অৱাং নোংনিংথৌ মীৎয়েং পান্জুম্ব মাবু উদনবগী চাম্লৌ লারাক্ লারোল্ তরেৎ, চরৈ ফীরোল্ তরেৎ নোংখৌথক্ত খল্লে ॥ তৌরাং ফক্লোং তরেৎন কোয়্রে ॥ মমোম্ তম্ফা হাউরোক্ লৈশং শাফবীবু তরা চাক্মাং পীজগে ৱাংলৈ য়ুমাং পীথক্কে হায়্বগী খৌরাংলে ॥ তম্ফা মাসু পলেম্ মমাগী থম্মোই নুংশি পাউথেম্ ৱাবু খাঙ্ঙমদবগী তরা চাক্মাং য়াতোন্ তংলগে, ৱাংলৈ য়ুমাং লৈতোন্ তংলগে হায়্বগী শমু মখূৎশা মঙামক্পু তিংথোক্লকপদ লাইয়িংথৌ চীংঙু সোরারেল্ন চেংলৌ মীৎউরে ॥ লাইয়িংথৌ মান চরৈ ফীরোল্, চাম্লৌ লারোল্, তৌরাং ফক্লোল্ ফাওন তিল্লাং ফেন্শিংনরক্লে ॥ তিন্ফুরোল্ হাউরোক্ কোন্থৌ চনু মহাক্ত মাগী পলেম্ মমাবু ৱারৌ পূক্লৌন মীৎয়েংলগ — নমোম্ ঐন অসাইঙৈদ চীংঙু মীৎয়েং পান্জুম্বনি ॥ খোইয়ুম্ নাকোঙ্ নাচুম্বনি হায়্ন ৱাকন্জবদি অসী নত্তববা — হায়্ন ৱাতা থীরে ॥ তম্ফা মান পায়্ম পীবুক্ ৱান থম্মোই নুংশা থীন চরৈ ইন্নফিবু হাইন হাইন কোরৌ খোঙ্গাখি ॥ নোংলৈম মান — ইপল্ হাউরোক্ কেম্-ও ॥ ইদু কোন্থৌ মল্-ও — হায়্ন শমু মখূৎনিংথৌদগী মখূৎদোম্প্পু লংথরম্খি ॥ খূৎদোপ্ মান তাংজ লিল্ ওইন তারক্খি ॥ লাইয়িংথৌ সোরারেল্ন চোয়্নৌ কৈরাক্ চিংখৎখ্রে ॥ কোরৌ থোঙ্লেন্ থিংখ্রে ॥ ৱাংবল্ পৌরোল্ লোন্খ্রে ॥ নোংলৈম মাদি কোরৌ মশাইকোন্দ চংশী চঙ্ঙমদ মালেম্ লৈদ হন্সী হন্ঙমদ ৱাংবল্ মরোল্ অমদ লম্দন্দুন লৈখি ॥০॥

কোরৌ নোংদোল্ লাইরৈপাক্তদি পলেম্ মমা পোক্মাবীবু কোরৌ নূমিৎ শীংবুম্ কয়ানি চেংলৌ শক্উরক্লবদ চীংঙু খোইয়ুম্ অসীব লাইয়িংথৌ

সনামহীগী লাংওল্ লাইচৎ ওইরিব নাউৱা খোয়্রীফাবদি কোরৌ খোংগুম্ খোং ৱাংবল্ লাউগুম্ লাউ মীকপ্পুন লৈরে ।।। মপন্ পন্থৌ লাইয়িংথৌ সোরারেল্ন চরৈ নাহোং শা নম্দ পো খোরীফাব মাবু নাউথেম্বদ নাউথেম্ঙম্দ্রে ।। অৱাং পাখং য়োইরেন্ব মান খোইয়ুম্ লাইবংথৌ চীংঙু মঙাইরোয় কয়া কৌদুন মপারীবু -- হোয়া হোঃ নেনে — হায়্ন পাউথেম্হল্লে ।। পাউথেম্ঙম্দ্রে ।।০।।

কায়্নৌ চীংশোম্বন নাউথেম্গে হায়্বগী খোঙ্লাক্লে ।। লাইয়িংথৌ নোংপোক্ মান নাউৱা খোয়্রীফাব মাবু ফৈরা তাজিন্ থোং, ঙক্থী লুম্লাং কোন্, খজাই লেংওন্ চূপ্, শল্লাং তোন্গা নান্ন শমু মখুত্ত তাওব হূইমৈ মান্ব শিংঙেল্ লৈশং পায়্ন — হোয়া হোঃ নে-নে — হায়্ন নাউথেম্লে ।। শিংঙেল্ মাবু উবদ নাউৱা খোয়্রীফাবন কপ্প তোক্খ্রে ।। খেক্ল খেক্ল নোক্খ্রে ।। কোরৌ অদু নোংদগী শিংঙেল্ মাবু লৈশং খেক্ৱাই নীংথিব খোয়্বীফাব নাউথেম্লৈ-ও হায়্ন মিংহুন্খি ।।০।।

নাউৱা খোয়্রীফাবদু চহী কুম্জা তরেৎ শুরক্লে ।। পলেম্ মমাগী খোঙ্গুল্ লীরগে হায়্ন মপারী খোয়্রীফাবন ৱাওইনবু হায়্রবদ মপন্ পন্থৌ লাইয়িংথৌ সোরারেল্সু হোয়্য়ারে ।। তৌইগুম্, — ইপারী-ও নঙ্ন পলেম্ নমা থিঙম্গে হায়্রবদি তিন্মু ফত্তব লাইমু তম্থিবন ইপারী নঙ্বু লাক্চ খূদুম্ চন্ঙম্দনবগী নপন্ পন্থৌ ঐগী কাঙ্জৈ কাংহু হুইরেল্ থাদব অসীবু পীরবনি — হায়্ন শমু খূৎশিন্নরে ।। নাউৱা খোয়্রীফাবন কাঙ্হু হুইরেল্ থাদববু শমু লেঙ্দ থোংন পলেম্ মমা থিবগে হায়্বগী অৱাংব কোরৌ নোংদোল্দগী মালেম্থক্ত খোঙ্গুল্লক্লে ।।০।।

নাউৱা খোয়্রীফাবন মালেম্ খোঙ্গুল্লক্প অহিং তাংলৌ অথেঙ্বদ লাইয়িংথৌ য়াঙ্গোইনিংথৌগী মশাইকোন্ য়ৌরক্লে ।। কোরৌ নুমিৎ অদুমক্তি লাইয়িংথৌ য়াঙ্গোই মাগী মশাইকোন্দি নমু মীতোপ্, খোইয়ুম্ লাইতোপ্ চঙ্ব য়াদব কোরৌ নামুংব নুমিৎনি ।। নাউৱা খোয়্রীফাববু চেংলৌ শক্উরবদ থৌওই ৱাওইদে হায়্বগী য়াইবী হিংন ফারগে খল্লবগী য়াঙ্গোইনিংথৌ মান শমু মখুত্ত চহী কুম্জা তরেৎকী লম্তা থাংজ তরেৎ চঙ্ন শাখ্রব লোংশা তরেৎ পান্ব লোঙ্লেন্ পায়্দুন অয়াঙ্ খোঙ্দান্নরে ।। নাউৱা খোয়্রীফাবন খম্গোন্ মালং

নুংশিৎ অকনবগী মাঙথান শমু পাঙ্গল থেক্ল অযাঙ্ খোঙ্জেনখ্রে ॥ খূবায্ খুন্‌ফম্‌লেন্ যৌশিল্লক্লে ॥ লাইযিংথৌ পুথিব মাগী মশাইকোন্ নক্‌শিল্লক্লে ॥ লাইযিংথৌ পুথিবগী মবাল্‌যাই চঙ্খ্রগনি খল্লবগী লাইযিংথৌ য়াঙ্গোই মাগী শোয্‌নাইদ্রব লোঙলেন্ মাবু নাউৱা খোয্‌বীফাব তম্ন লংলে ॥ লোঙ্‌লেন্ মান খান্বী মৈবী তবেৎ লোঙ্জীন্ তবেত্ত কাম্‌থোক্ল পাইশিনখ্রে ॥ নাউৱা মান মপন্ পন্থৌ মাগী পাউমেন্ ৱাবু নীংশিংলে ॥ মাগী কাঙ্জৈ কাঙ্হু হিংজন্ন লোঙ্‌লেন্ মাবু খোম্‌তংলে ॥ থবায পান্ব অমব্ নোংমন্‌হন্দব যাদ্রব শোয্‌নাইদ্রব লোঙলেন্ ওইবন লোঙলেন মান পাইথোব্‌বদুন মনাত্ত লৈবন্বী তুবী লাইবেল্ পৃক্কংবা অমদ লোঙ্‌পাল্লুবে ॥ নাউবা মান হাওম্নক্লা লোংফাইচল্ তাজীল্ খুবৌ যেংন যাঙ্গোই নিংথৌ মাবু লৈমায্‌থত্ত লংথবে ॥ যাঙ্গোই মান কবম্ব খোইযুম লাইগী মশাইযোলনো হায়ন চেংলৌ মীৎথোৎলিঙৈদ নাউৱা মাদি লাইযিংথৌ পুথিবগী যাউবোংবু তম্ন অযাঙ্ খোঙ্জেনখি ॥ নাউৱা খোয্‌বীফাবদি লাইযিংথৌ পুথিব মান মপু থিবকপদ থেংনববগী মপুনি খঙ্ন মবাল্‌যাইদ পুশিনখ্রে ॥ কোবৌ নুমিৎ শীংবুম্ খবনি নাউবা খোয্‌বীফাববু লাইযিংথৌ পুথিবন মপাবী শক্ল নাউকোন্দুন লৈখি ॥ লাইযিংথৌ পুথিব মান নাউৱা মাবু ফন লুন চান্ন নাউকোল্লবসু পলেম্ মমা উনিংবগী মৈচাক্ল মথম্মোই খান্বী মৈহৌবে ॥ নাউৱা মাগী পীবুক্ খঙ্লবগী লাইযিংথৌ পুথিব মান হাউবোক্ কোন্থৌ চনু মাগী মপাম্ লম্‌দম মায্‌কৈ লমতাক্‌পীবে ॥ নোংমগী কোবৌ নুমিৎ অহিং তাঙ্‌লৌ অথেঙ্‌বদ নাউৱা খোয্‌বীফাবন লাইযিংথৌ পুথিবগী মশাইকোন্ খূবায্ খুন্‌ফম্‌লেন্বু খাদোক্‌লম হা পলেম্ ইমা অপোক্‌পী । নপাবী খোয্‌বীফাবন কৌবসী তাদ্রবোই ॥ পলেম্ ইমা নঙ্বু মফম্‌কৈদ লৈবগে — হায্‌ন কৌন কৌন লাকপন হাউবোক মশাইকোন্ কোন্থৌ মবাল্‌যাই যৌবক্লে ॥ নাউৱা মাগী মীকপ্‌খোল্‌বু হাউবোক্ কোন্থৌ পূম্নমক্ল নাতাবে ॥ খোম্‌লেন্ মীৎকপ্ খোক্লবে ॥ তম্ফা পোক্‌পী শন্থোং হূইমু লৈমদু খোঙ্‌লৈ থুন খোঙ্‌চেল্লক্লে ॥ মসূ খোয্‌বীফাববু ফৈবা তাজীন্ থোং,ঙকথী লুম্‌লাং কোন্, খজাই লেংওন চূপ্, শল্লাং তোন্‌গা নান্ন — ইশু নাউৱা চাউদ্রিব নঙ্বু পলেম্ নমাগ কবম্ন লম্‌থাইনবক্‌পনো — হায্‌ন পাউহংলে ॥ কোবৌথক্ত যেংন মমোম্ নোংলৈম মাবু কৌন তেংথা মীকপ্‌লে ॥ হাউবোক্ কোন্থৌ পূম্নমক্‌সু পূন্ন হৌন লাউন

মীকপ্লে ।। চিন্ফুরোল্ হাউরোক্ লৈশং শাফবীদু মীকপ্খোন্বু নাতাববগী মালেম্ লৈমায়্দ মীৎয়েং শাংখৈরকপদ মপারী খোয়্রীফাববু চেংলৌ শক্উরবকী কোবৌ নোংলোন্ ব্রাংবল্ মরোল্ অমদগী মালেম্ খোঙ্গুম্লক্লে ।। মপারী খোয়্রীফাববু ফৈরা তাজীন্ থোং, ঙকথী লুম্লাং কোন্, শম্লাং তোন্গা নান্ খজাই লেংওন্ চুপ্লীখি ।।০।।

তম্ফা লাইরেম্বী মান মপাবী খোয্বীফাববু হাউরোক কোম্হৌ মপাম্ লম্দম্দ নাউযোক্লে ।। চাউব লেপ্তুম্ ফাবক্লে ।। নোংমগী কোবৌ নুমিত্তি খোবীফাব মান ঈরুম্ নিংথৌগী মযোম্লোয়্ য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা নোংথাঙ্লৈমগী লাইবি লাইচৎ ওইবী চংনিং লৈমবু তাল্লোয়্ শীংদ চন্ ঙাইবোয়্নন পুরক্লে ।। চংনিং লৈম মান — নশানৌ ঐদি মালেম্ তম্পাক্ত ইরাল্ য়ুম্ওইনিংদে ।। লোইবী চীংথক্পু খোয়্দাই-এ — হায্বদগী ফোইজীং চীংগী চীংদোন্দ লৈখি ।।০।।

নোংমগী কোরৌ নুমিত্ত নোংপোক্ নিংথৌ কায়্নৌ চীংশোম্ব মালং হুম্মোইবন লাইয়িংথৌ সোরারেল্গী মফমদ — কাসা নিংথৌ লাইয়িংথৌ, অব্রাং য়োইরেল্ পাখংব, খাক্প নিংথৌ পান্জুম্ব-ও ! নশানৌ চিন্ফুরোল্ হাউবোক্ কোম্হৌ চনু নোংলৈম মাবু কদৌনোংগী মপাম্ য়ুমদাংহন্দুন মালেম্ মখল্ অমদ খোঙদাহন্বনো ।। মশানৌ ওইবী মাদি তরা চাক্মাং চাখিদ্রি, ব্রাংলৈ য়ুমাংসু থক্খিদ্রি — হায্বে ।। লাইয়িংথৌ নোংপোক্ নিংথৌ মাগী পাউমেন্ ব্রাবু নাতাববগী লাইয়িংথৌ সোবাবেল্ মাদি উন্বী পূক্লীং ওল্লে ।। মশানৌ নোংলৈম মাবু কোরৌ খোঙ্গাহল্লক্লগে হায়্ন নীংখল্লবগী লাইয়িংথৌ মাদি মালেম্ খোঙ্গুম্খ্রে ।।০।।

লাইয়িংথৌ সোবাবেল্ মাবু চেংলৌ শক্উবদ হাউবোক্ কোম্হৌ পূম্নমক হরাউ মথোই কারে ।। লাইয়িংথৌ মান মশানৌ চিন্ফুবোল্ নোংলৈমগ মপাবী খোয্বীফাবগ অনীমক্পু য়েংন হায্রে — ইশানৌ নোংলৈম নঙ্সু, ইপাবী খোয়্রীফাব নঙ্সু নখোয়্ অনীমক্পু কোরৌ খোঙ্গারসী ব্রাংবল্ খোঙ্দোগবসী হায্বগীবু নোংনিংথৌ ঐন মালেম্ খোঙ্গুম্লক্পনি ।। কোবৌ থোঙ্জাউ হাংলে ।। ব্রাংবল পৌরোল্ শৎলে ।। ইশানৌ-ও নঙ্সু, ইপারী-ও নঙ্সু লাইজ

ঈরূ ঈশেংন ঈরু শাদেংলো ।। নোংনিংথৌ মাগী পাউহায়্খোন্বু নাতারবগী পলেম্ মমা মচা অনীমক্ত ঈরু শাদেংলে ।। চরৈ ফীঙৌ হোংলে ।। লাইয়িংথৌ সোরারেল্ মান শমু মখূৎ য়েৎন মপারী খোয়্রীফাববু পায়্রে ।। শামু মখূৎ ওইন মশানৌ হাউরোক্ কোন্থৌ চনুবু পায়্রে ।। অসূম্নবু চীংঙু খোইয়ুম্ লাইয়িংথৌ শোরারেল্গ য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা কোন্থৌজম্ লাইরেম্বীগ অনীমক্তী মপারী খোয়রীফাবগ ঙাইরোয়্নন চরৈ ফীনা হাইন হাইন কোরৌ খোঙ্গাখি ।। ব্রাংবল্ খোঙদোইখি ।।০।।

লাইয়িংথৌ সোরারেল্ মাগী উমং লাইকোন্নুংদি নাচৈ, কোদোম্পোক্পী, মোইরাং কোঞ্জেংবম্, হাওব সোরারেল্, মৈত্রম্, খুরায়্ সোইবম লৈকাই, শগোল্বন্ লোংজম্ লৈকাই, কোঞ্জেংবম্ লৈকাইদ লৈ ।। মশানৌ ইবেম্মা লাইরেম্মা কোন্থৌজম্ লাইরেম্বী মাগী উমং লাইকোন্নুংদি কোন্থৌজম্ অমসুং কোদোম্পোক্পীদ লৈ ।। অদুগ মপারী ইবুংঙো লাইয়িংথৌ খোয়্রীফাবগী লাইকোন্নুংদি নম্বোল্, মৈত্রম্, কক্চীং, কোদোম্পোক্পী, নম্বোল্ কোন্খাম্, মোইরাং ফেলেম্, লাইরেঞ্জম্, ইরেংবম্, ফোইজীং, হৈনৌপোক্, দিবোং (জিরি), দিবোং খুন্নৌ (জিরি) অমসুং হোজায়্দ লৈ ।। ফোইজীং অমসুং ইরেংবম্দদি মশানৌ ইবেম্মা লাইরেম্মা চংনিং লৈমগী লাইকোন্নুংসু লৈ ।। লাইয়িংথৌ সোরারেল্, লাইরেম্মা কোন্থৌজম্ লাইরেম্বী অমসুং মপারী ইবুংঙো লাইয়িংথৌ খোয়্রীফাববু উমংলাইকোন্নুংশিংদ হরাউ শক্শেম্তম্ থৌদোক্ কুম্মৈ শারদুন মচা মনাই খুঞ্জাশিংন খূঞ্জাউ লৈচাউনব, চাক্হোঙ্ ঙাহোঙ্নবগীবু ঈরাং থৌরম্ তৌনৈ ।।০।।০।।

# লাইয়িংথৌ পুথিব অমসুং মমোম্ লাংলেন্ সৌবোন্ লাইরেম্মা

চীংঙু খোইয়ুম্ অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীগী লাইচৎ লাইওল্ ওইরিব লাইয়িংথৌ পুথিব মান মচা মনাই নমু পোংওইবশিংবু থৌজাল্ লন্কুবীগে হায়্বগী খুন্দা লৈতাফম্ অম থিরক্লবদ তান্ফংলবগী খুরায় খুন্ফম্লেন্দ খুন্বান্ লৈপান্দুন লৈখি ।। লাইয়িংথৌ মান লৈবদগী লম্লেন্ খূরায় খুন্ফম্লেন্দি কাওরেল্ শন্ন শঙ্গোল্ থন্, তেক্পী ওক্ল ওক্লোন্ পা, লোইমোম্ ফৌন ফৌগে চোন্, চাক্হোঙ্ ঙাহোঙ্ন হোঙ্ন চাউন খূন্বান্ লৈপান্খি ।। মরম্ অসী লৈবগীবু খূবায় খূন্ফম্লেনবু খূরায় অহোঙ্পুঙ্-ও হায়্ন কোলোয় মিংহুন্ তম্খি ।।০।।

লাইয়িংথৌ পুথিব মাদি মপারী পোক্তে ।। লাইয়িংথৌ মাগী মোম্নু তাল্লোয় য়াইবী লৈম কাঙ্লৌতোন্ শাফবীন মমোম্ অনী শাৎলি ।। মমোম্ লাংলেন্ অনীমক্কী কোল্লোয় মমিংলেন্দি — হান্ন শাৎপী লৈরাং অহন্বী মাগীন সৌবোন্ য়াইরেল্ চনু-ও হায়্ন অদুগ কোন্ন ফূইবী লৈরাং অতোন্বী মাগীন সানম্ ঙাইথিংতোন্ অতোন্বী-ও হায়্ন কৌই ।।০।।

মপারী পোক্তবগী হৌনশা লাইয়িংথৌ পুথিব মান কুম্গী খারৈ লৌতাব মতম্ য়ৌরক্লবদ নোংমগী কোরৌ নুমিত্ত মমোম্ সৌবোন্ য়াইরেল্ চনুগ সানম্ ঙাইথিংতোন্ অতোন্বীগ অনীমক্পু লম্লেন্ চেংলৈ উনুংতাদ খারৈ লৌতারু-ও, মালেম্ লৈকন্ লৈতৌরু-ও হায়্ন পাউমেন্খি ।। মমোম্ লাংলেন্ অনীমক্ল মপন্ পন্থৌ মাগী থৌশী পাউমেন্বাবু লুরেল্ কোক্ত থোং, তেৎনৌ য়োৎপাক্ লেংদ থোং খারৈ লৌতাব মালেম্ লৈতৌব চৎলি ।।০।।

শানৌ তথোৎপী মোম্ম নুজা ওইবী মচীন্ মনাউ অনীমক্ল খুব্রাংচেৎ মচি লাং, তেৎনৌ য়োৎপাক্ খাংতপ্ পায়, খূৎপাক্ তিল্লাং মেন্ মালেম্ লৈকন্

তৌ, তেম্পাক্ লাল্লু কাঙ্, য়োৎলৈ নোংথাঙ্ শাই ।। থৌরৈ থৌপাঙ্নবগীবু যোইময়াই লাইবেল্ তাউদন্ব থবী শেন্কোয়রেল্ অপান্ব মাদি খীং খীং খোঙ্গাবক্লে — হায়ন খাগী নহা শাফব নুমিৎ মাবু তেংথান শানৌ মচীন্ মনাউন খোন্দিল্ খোন্মান্নন শৈশক্ই ।।০।।

কোবৌ মঙানিশুব নুমিৎনি ।। কোবৌ নুমিৎ অদুসু শানৌ মচীন্ মনাউন অযুক যেন্খোং অহান্বদগী য়োৎলৈ নোংথাঙ্ শাই ।। মালেম্ লৈকন্ তৌই ।। তেম্পাক লৈতুম্ কাঙ্ই ।। য়োইময়াই লাইবেল্ তাউদন্ব থবী শেন্কোইবেল্ অপান্বাদি খীং খীং খোঙ্গারক্লে — হায়ন শানৌ মচীন্ মনাউন খোন্দিল্ খোন্মান্নন শৈশক্লিঙৈ লাংগোই শগোল্ অপাইববু খোঙ্ওইনন নোপোক্ খাগী নহা শাফব যোইময়াই তাউদন্ব খোঙ্গাবক্লে ।। অপান্ব মান চেংলৌ শক্লোয্ হেন্বী, মায্থোঙ্ মঙাল্ নাইবী শানৌ মচীন্ মনাউ য়েংন — শৌবোন্ যাইবেল্ চন্ন শানৌ নচীন্ ননাউন কোবৌ নুমিৎ মঙানিবু মালেম্ লৈকন্ তৌ, যোৎলৈ নোংথাঙ্ শা খাবৈ লৌতাবাদি তেংপাক লৈতুম্ কযা শুববগে --- হায়ন পাউহংলে ।। শানৌ মচান্ মনাউদি খাগী নহা শাফব মাগী বাহংবু পাউখুমংম্দবগী তাংজ মায্থোঙ্ ইকাইবে ।। তাংজ মক লুক মালেম্ খোঙ্বা লৈতক্লে ।। খাগা নহা শাফব মাদি নীংন তেন খোঙ্দোইখি ।।০।।

শানৌ মচীন মনাউন মবাল্যাইদ ব্রাইথুংলবদ মপন্ পন্থৌ লাইয়িংথৌ পুথিবন মমোম্ অনীমক্ত — ইমোম্ লাংলেন্ অনীমক্-ও ! ঙসী কোবৌ নুমিৎ কবিগীবু চেংলৌ মায্থোঙ্ মক্ল থারৈ লৌকা যাঙ্লক্পনো — হায়ন পাউহংলে ।। মপন্ পন্থৌ মাগী পাউহংখোনবু নাতাববগী মমোম্ অনীমক্ল খোন্মান্নন -- হোয্দ, ইপন্ পন্থৌ-ও ! শানৌ ইচীন্ ইনাওন কোবৌ নুমিৎ মঙানি মালেম্ লৈকন্ তৌববু তেংপাক্ লৈতুম্ কযা শুরবগে হায্নবু খাগী নহা শাফবন পাউহংলে ।। নমোম্ ওইবী অনীমক্ল পাউখুম্ পীঙম্দবগীবু তাংজ ইকাইববগী খারৈ লৌকা যাঙ্লকপনি — হায়ন পাউখুম্লে ।। লাইযিংথৌ পুথিব মান মমোম্ অনীমক্পু যেংন — ইপাগী ইমোম্ অনীমক্-ও ! নপন্ পন্থৌ ঐবু নোংমান্দ্র-এ ।। পায়ম পীবুক্ ব্রারুনু ।। হযেং ইনুং ঙাল্লগ খাগী নহা শাফব মান ইমোম্ অনীমক্কী খারৈ লৌবুক্ত খোঙ্দোইরক্লবদ — হোয্দ,

য়ৌইময়াই তাউদনৱ খাগী নহা শাফব-ও ।। নঙগী লাংগোই শগোল্ অয়াঙ্বন খূরূপ্ থৌন কোরৌ নোংদোল্ খোঙ্জেনববু কোরৌ নুমিৎ মঙানিদ লাংগোই শগোল্ তাংজ মখোঙ্কাপ্ কয়া শুরবনো হান্ন পাউখৈ শেংবীয়ু ।। মোম্লু নুজা ওইবী পায়্ম লৌশিং থেন্‌বী শানৌ ইচীল্ ইনাউদি কোন্ন পাউখৈ শেংজগে — হায়নবু পাউখুম্লো হায়্রে ।।০।।

মথংগী কোরৌ নুমিৎনি ।। চীংখৈ ফিদুপ্ হুল্লক্লে ।। চরোয়্ন তেতু খোংলক্‌লে ।। ক্বাক্ল লান্‌বাউ চেল্লক্লে ।। লাইয়িংথৌ পুথিব মাগী মমোম্ লাংলেন্ শানৌ তথোৎপী মচীন্ মনাউ অনীমক্ তেৎনৌ য়োৎপাক্ লেংদ থোং চেংলৈন উনুংতাদ খারৈ লৌয়ানৱ চৎলে ।। মপন্ পাস্থৌ মাসু মমোম্ লাংলেন্ অনীমক্কী তুংইল্লে ।। খারৈ লৌবুক্ যৌরবদ লাইয়িংথৌ মাদি খাগী নহা শাফবগ মমোম্ লাংলেন্ অনীগগী পাউহায়্ পাউখুম্ নাতাগে হায়বগী খারৈ লৌরী কাচিন্দ য়েন্‌খ্রুংন শমু মহক্‌চাং কুপ্‌শিন্ শান্‌থুপ্‌তুন লৈরে ।। য়োইময়াই তাউদনৱ খাগী নহা শাফবন লাংগোই শগোল্ অপাইব শাদোংদুন খোঙ্হৌরক্‌পন খারৈ লৌবুক্ যৌবক্‌লে ।। শানৌ তথোৎপী মচীন মনাউ অনী য়েংন — ঙরাং পাউহংখিব বাহংগী পাউখুম্ পাউহায়রো — হায়্রে ।। সৌবোন্ মচীন্ মনাউন চীন্‌গোয্ খোন্‌মান্নন — হোয়্দ, যোইময়াই তাউদনৱ খাগী নহা শাফব-ও ।। নঙগী লাংগোই শগোল্ অয়াঙ্বন কোরৌ নোংদোল্ খোঙ্জেনববু কোরৌ নুমিৎ মঙানিদ লাংগোই শগোল্ তাংজ মখোঙ্কাপ্ কয়া শুববগে হান্নদুম্ পাউখৈ শেংবীয়ু ।। মোম্লু নুজা ওইবী পায়্ম লৌশিং থেন্বী শানৌ ইচীন্ ইনাউদি কোন্ন পাউখৈ শেংজগে — হায়নবু পাউখুম্‌লে ।। শানৌ মচীন্ মনাউগী পাউখুম্‌খোন্নু নাতারবগী য়োইময়াই তাউদনৱ থবী শেন্‌কোয়্রেল্ অপান্‌বন— মোম্নু নুজা অনীসীবু পায়্ম লৌশিং থোইএ ।। উন্‌বী মচাক্ হোম্‌এ — হায়্ন নীংখল্লবগী কোরৌ নোংদোল্ থক্তগী লাংগোই খূরূপ্ থৌন মালং চৈরোয়্নন মালেম্ লৈতারক্‌লে ।। তৌইগুম্, অপান্‌ব মান চেংলৌ মীৎথিত্ত মীৎয়েং শান্‌খৈহৌদবগী লাংগোই মখোঙ্নবু খারৈ লৌরী কাচিন্‌দ শান্‌থুপ্‌লিব লাইয়িংথৌ পুথিবদ খোঙ্নেৎলে ।। লাইয়িংথৌ পুথিব মাদি ঈঙাঙ্ পাক্‌তক্লবে ।। ঈমু পাম্‌ফেন্নরে ।। তুরেল্ খ্বাইখুবীচাগুম্‌লে ।। মমোম্ লাংলেন্ অনীমক্ল শমু

মখুৎ শম্ন ঙক্লী লুম্নাং কোন্ন — ইপন্ পম্থৌ নঙ্বু করি মতৌনো ।। নমোম্ ইচীন্ ইনাউসু পম্থৌ নঙ্গী অমন্ থবে তুংইনগে ।। কোরৌ নোঙ্গা য়াওগে — হায়ন তেংথান মদোম্ নোংমল্লগে হায়্বগী থৌরাংলবদ খাগী নহা শাফব মান শিদয়াই নাদয়াই পুথোক্কুন খোইয়ুম্ লাইমিং শোল্লে ।। লাইয়িংথৌ পুথিব মাদি ঙসাইঙৈগী চেংলৌ শক্ফম্নাংদ অমুক্কক্ হন্‌জিল্লে ।। খাগী নহা শাফবন লাইযিংথৌ পুথিব মাবু যেংন — ইমান্ নিংথৌ পুথিব-ও! নংগী মাক্লৌবেল্ কোবৌ নোংলাংপান্দ নোংশারিব ঐদি ইদোম্ থৌনায়ে ।। চীংঙু ইহুৎ শিন্নব খোইযুম্ ইবেং শিন্নব কনা লৈতে ।। পায়ুম অব্রা পোৎথাফম্ উন্‌বী নুংশি হিথাঙ্গম্ অমত্তবু লৈতেযে ।। নমোম্ অতোন্‌বী সানম্ ঙাইথিংতোন্ অতোন্‌বী মাবু খাগী নহা শাফব ঐঙোন্দবু কাওজন্‌বী-ও ।। কোবৌ নোংলাংপান্দ পান্‌মিংগে ।। মালেম্ তম্পাক্ লৈতান ইমান্ নবাল্‌যাইদ তাল্লোয্ তুয়িন্ ঙমলোইএ ।। ইমান্ নঙন থৌজাল্ লন্‌কুবী-ও — হায়্বে ।। য়োইময়াই তাউদনব খাগী নহা শাফব মাগী চেংলৌ মতৌ উববদ লাইয়িংথৌ পুথিব মান মাগী নহান্‌ঙৈগী মপোক্ লাংওল্ অমগী ব্রাবু মদোম্ নীংশিংলে ।। নহান্‌মুক্কী চক্ক চীংঙু খোইযুম্ নোংপোক্ শিদবন হাযখিব পাউহায্‌খোন্‌বু নীংশিংলে -- হে নিংথৌ মচিব ও ।। হযেং চক্কী লাংওল্ অমদ নহাক্ক নিংথৌ পুথিব কৌন লাংওল্-ও ।। নমোম্ অনী শাৎ-ও ।। হান্ন শাৎপ নমোম্ মাদি চীংঙু খোইযুম্ নোংপোক্ শিদব ঐগী তাল্লোয্ লৈম ওইগনিএ ।। কোন্ন ফৃইব লৈবাং অতোন্‌বী মাদি যোইমযাই তাউদনব খাগী নহা শাফব মাগী তাল্লোয্ লৈম ওইগনিএ ।। অসী ব্রাবু নীংশিংলবগী লাইযিংথৌ পুথিব মান মমোম্ লাংলেন্ কোন্ন ফৃইবী ঙাইথিংতোন্ অতোন্‌বীবু চাম্‌লৌ লাতোন্‌থক্ত লৈহাপ্ল লৈবোং লাইদ কৎপগুম্ যোইমযাই তাউদনব মঙোন্দ পীবে ।। খাগী নহা শাফব মান মশানৌ তথোৎপী সানম্ ঙাইথিংতোন্ মাবু লাংগোই শাযাঙ্‌থক্ত হাপ্ কোবৌ নোংলাংপান্দ খোঙ্গাখি ।। লৈম ঙাইথিংতোন্ মাদি নুমিৎ লৈম-ও কৌন কোবৌ নোংলাংপান্দ পান্‌খি ।।০।।

লাইয়িংথৌ পুথিব মান মমোম্ অহল্ সৌবোন্ যাইবেল্ চনুবু শমু মাঙ্‌দ থান মবাল্ যাইদ ব্রায্‌থুংলববদ য়াইবী লৈম কাঙ্‌লৌতোন্ন মমোম্ সৌবোন্

য়াইরেলবু ঙক্লী লুম্লাংকোন্, শম্লাং তোনগা নাল্ — ইমোম্-ও ! নশানৌ ঙাইথিংতোন্ অতোন্বীদী করম্নবু কোরৌ নোংলাংপান্দ য়াংগোইখিবনো ॥ কল্লক্এ ॥ পলেম্ নমা ঐন ইমোম্ মাগী চেংলৌ শক্উররোই-এ — হায়্ন মীকপ্খি ॥০॥

কোরৌ নোংলাংপান্দ য়োইময়াই তাউদন্ব মাগী তাল্লোয় লৈম ওইন নুমিৎ লৈম-ও কৌন সানম্ ঙাইথিংতোন মান পাল্লবদ মকুম্ মথা শুরবগী লৈম মাগী পীবুক্ লিন্কোইনুংদগী মরূম্ ৭ কোক্খি ॥ মচা ৩০ ওন্খি ॥ মদুন অমুক্লক্ মরূম্ ১২ ওইখি ॥ মচাদি ১ ওইখি ॥ মশা মরেং ৬ লোঙ্খি ॥ মনা ৩৬৫ পান্খি ॥ অঙক্প মতৌসী চেংলৌ শক্উবদ খাগী নহা শাফব মান অদুঙে খাবৈ লৌবুক্ ৱাগী থৌদোক্ ৭ নীংশিংখি (১) লংমাইজীংগী চীংদোন্দগী খাগী নহা শাফব মান খোঙ্হৌবক্খি ॥ (২) নিংথৌ মান কোরৌ নোংদোল্থক্ত খোঙ্গাবক্খি ॥ (৩) মালেম্ লৈপাক্ত অমুক্ খোঙ্গুম্লক্খি ॥ (৪) মরাল্ ইম্শাবগুম্ য়েন্খুম্ন কুপ্শিন্দুন শান্থুপ্লিব মমান্ পুথিববু চেংলৌ শক্উহৌখিদে ॥ (৫) অদুগীবু লাংগোই শগোল্ন য়েন্খুং থক্ত চেন্খিদুন তাংজ খোঙ্নেৎখি ॥ (৬) লাইয়িংথৌ পুথিবগী মশাদু ঈঙাং পাক্তক্লখি ॥ ঈন লাইজ ঈপাক্লুর্মখি ॥ (৭) থাঙ্লেন্ থাঙ্জাউন য়ান্বগুম্ মমান্ মাগী শমু মহক্চাংদ্ লাংগোই মখুজীন্ন শোক্খি ॥০॥

নোংমগী কোরৌ নুমিত্ত খোইয়ুম্ ইঙৌ পান্ব চীংঙু নোংপোক্ শিদবন চীংঙু লাইমিং শোন্ব, খোইয়ুম্ লাইবু নীংব, কম্লাক্ কূরূ কাবব, নাপ শেন্দ্রানবব, চেংলৌ মীৎয়েং শাম্লব নমু পোং হনুব অমগী শাইযোল্ লৌ, কোঙ্য়াং চৈশু পায়্ লাইয়িংথৌ পুথি মাগী মশাইগোন্দ ৱায়্থুংলরে ॥ চীংঙু খোইয়ুম্ লাইনীংব অহল্ হনুব মাবু লাইয়িংথৌ পুথিবন লাংশঙ্ শঙ্লাংচান্দ নুংঙাই যাইবী মবাং কায়্ন লৈহল্লে ॥ মমোম্ সৌবোন্ য়াইরেন্চনু মাবু থৌগল্ লাংগন্হল্লে ॥ লাইনীং অহল্ মাগী তরা চাক্থোং লুক্লোয় হৌহল্লে ॥০॥

নোংমগী কোরৌ নুমিত্তদি মমোম্ লাংলেন্ মাবু লুহোঙ্ য়ুম্বাল্ তম্হল্লগে হায়্ন উন্বী নুংদ নীংখল্লবগী লাইয়িংথৌ পুথিব মান পোইরৈ শীন্ন ৱাংঙম্ থুংন — হয়েং কোরৌ নুমিত্ত য়ারৌ শাদান্ব চৎকনি ॥ য়ারৌ শাশীং

চাম ফাঙন্ব তম্ব মাগী মফম্দ ইমোম্ লাংলেন্ সৌবোন্ যাইরেল্ চনু মাবু কাওজন্গনি — হায্নবু কোলোয্ মযাথং লাউথোক্লে ।। পায়্ম পীবুক্ ফবী, চেংলৌ শক্কোয্ হেন্বী শানৌ তথোৎপী সৌবোন্ মাবু তাল্লোয্ শীংদ চন্নিংব পোইবৈ অথৌব ব্রাংঙম অকন্ব পুম্নমক্ লমলেন্ থুম্বী লৈহৌ চাংলোম্দ যাবৌ শাদান্নবগীবু খোঙহৌ খোঙ্শাল্লে ।। কন্নাক্ কুক্ক কাবব লাইনীং অহল্ মাসু যাবৌ শাদান্ব খোংচৎকন হায়বগীবু তবা চযোম্ খাউ, লাইজ ঈহাপ্ তুম্বা, লীক্কং তেন্ পুন অকন্ অথৌ খুদুংইন খোঙ্শান্খ্রে ।।০।।

কোবৌ অঙানবন নোংচুপ্ চীংযা খাংলক্লবদ লাইযিংথৌ পুথিব মাগী ফম্দৌ মঙাইবোয পোইবৈ অকন্ব ব্রাংঙম্ অথৌব পুম্নমক্ মবাল্ ইম্দাল্লসী হায্বে ।। চিংঙু নোংপোক্ শিদবগী মশাইযোল্ ওইবিব লাইনীং অহল মান মাগী মতিক্ মযায্ খঙ হল্লগে হায্বগী অকন্ অথৌ পুম্নমক্পু যেংন — পোইবৈ অকন্ব ব্রাংঙম্ অথৌবশি'-ও । মমোম্ লাংলেন্ সৌবোন্ যাইবেল্ চনুন তবা চাব্যোল্লকপ লাইজ ঈহাল্লক্প লৈযে ।। তবা চাক্তংখির্সী লাইজ ঈথক্খির্সী — হায্বে ।। লাইনীং অহল্ মান অকন্ অথৌ যাবৌশাদান্ব মীযাম্ পুম্নমকপু মাগী তবা চযোম্ খাউদগী তবা চাক্যেন্বদ চযোম তংখায্ চন্বীদে ।। লাইজ ঈহাপ্ তুম্বাদগী লাইজ ঈযেন্বদ তুম্বা খাঙ্তপ্ যৌবীদে ।। পোইবৈ লৈপাক্ বাংঙম্ মীযাম্ পুম্নমক্ লাইনীং অহল মাবু কবি মতৌ লাংওন্নো হায্ন পায়্ম খৈন ঙকর্নখি ।। পোইবৈ অকন্ব ব্রাংঙম্ অথৌব তম্ব কনানসু যাবৌ শাশীং চাম ফাঙম্দ্রবগী লৈপাক্ হৌন ফাব যাবৌ শাশীং চামবু লীফা লীপুন্ তমদুন পাবোৎ লেংথোং পুব যাও, ব্রাচপুন চিংব যাও লাইযিংথৌ পুথিব মাগী যাইকোন্নুংদ ব্রায্থুংলবে ।।০।।

লাইযিংথৌ পুথিব মাগী যাইকোন্নুংদ যাবৌ শাদাল্লুব পুম্নমক্ ব্রাইথুংলববদ চীংঙু খোইযুম্ নোংপোক্ শিদবগী মশাইযোল্ ওইবিব লাইনীং অহল মান — যাবৌ শাশীং চাম শাফাজবক্লে — হায্ন মাগী তবা চাক্হাপ্ খাউদগী যাবৌ শামৈ অককপ মৈতোন্ চামগ যাবৌ মনা অককপ মতোন্ চামগ লাইযিংথৌ পুথিব মাগী শমু মখোঙ্দ হৈথদুন কৎলবে ।। লাইযিংথৌ পুথিব মান — যাবৌ শাশীং চাম অদুবু চেংলৌ শক্উগে — হায্ববদ লাইনীং অহল্

মান —— ঐন শাফাব য়ারৌ শাশীং চামদুদি লৈপাক্ হৌন পুরক্পা য়ারৌ শারক্ত য়াওরে ॥ মমৈ মৈতোন্ য়াওদব মনা মতোন্ শোয়্দৎপ য়ারৌ শারম্ পূন্নমক্ ঐগী শানি— হায়্ন পাউখুম্লে ॥ সৌবোন্ য়াইরেল্ চনু মাগী মপন্ পন্থৌ মান য়ারৌ শারক্ চঙ্ন চেংলৌ মীৎথীৎপদদি য়ারৌ শাশীং চামদুগী মমৈ মৈতোন্ য়াওরম্দ্রে, মনা মতোন্ কক্লম্লে ॥ য়ারৌ শাফারক্পা পোইরৈ অবন্ব ৱাংঙম্ অথৌব পূন্নমক্তি পায়্ম খোয়্বুঙ্ থীৎন শাউরে ॥ চীংঙু নোংপোক্ শিদব মান খোইয়ুম্ লাইনম্লরোই নমু মীনম্লরোই হায়্ন নীংখল্লবগী চীংঙু নহা শাফব খোইয়ুম্ চেংলৌ শক্হেন্ব ওইনবু শাইযোল্লে ॥ চীংঙু নোংপোক্ শিদব মান লাইনিংথৌ পুথিব য়েংন — ইমান্ নঙবু নহাল্ঠৈগী লাংওল্ ৱাবু উন্বী পীন নীংশিং-ও ॥ ইমান্ পায়্ম লৌশিং চাউব-ও ॥ য়াবৌ শাশীং চাম ফাঙন্ব তন্ব মাগী মকাদ নমোম্ লাংলেন্ সৌবোন্ য়াইবেল্ চনুবু কাওজন্গনি হায়্ব য়াথং পাউহায়্ ৱাবু বাঙাক্লবগী চীংঙু নঙাইরোয্ ওইব খোইয়ুম্ ইঙৌপাথ্ব নোংপোক্ শিদব ঐন য়াবৌ শাশীং চাম শাকৎপনি — হায়্ন পাউহায্রে ॥ লাইযিংথৌ পুথিব মান নহান্ঠৈগী লাংওল্ নীংশিংলে ॥ লাংব চক্ত থৌদোক্ কুম্মৈ শান্নগে, তাইবং চাদোল্ নমু সৃদোন্ন কাউদনবগীবু তাইবং চৎনলোন্ অহক্পা নমু হৌনলোন্ অফব তম্বীগে হায়বগীবু নমু পোংওইন লাংওল্লক্পগী ৱাবু ৱানীংশিংলবগী পায়্ম পীবুক হবাউন চেংলৌ শক্লেন্ মঙান্নাইন লাইরেম্মা লাইখুবেম্বীগী লাংওল লাইচৎ ওইবী মমোম্ লাংলেন্ সৌবোন্ য়াইবেল্ চনু মাবু চীংঙু খোইয়ুম্ নোংপোক্ শিদব মঙোন্দ চাম্লৌ লাতোন্থক্ত লৈহাপ্প লৈবোং লাইদ লৈকৎকুম্ কাওজল্লে ॥ চীংঙু খোইয়ুম্ নোংপোক্ শিদব মান— ইমান্ পুথিব কৌব-ও ॥ নঙদি পোইরৈব নচা ৱাংঙম্ ননাই পূন্নমক্পু নুঙাই যাইবী মরাঙ্ কায়্ন লাংহৈ চহী কুম্শীং চাতরেৎ নাউয়োক্ নাউকোল্লম্লগ কোবৌ নোংলৈবাক্ত খোঙ্গাবক্-ও — হায়্ন থৌজাল্ লন্কুবীবম্লগ মশানৌ সৌবোন্ যাইরেল্ চনু তথোৎপী থারৈ লৌকুম্ লৌতা হৈবী মাবু শমু ওইবম্ থম্ খৃজেং পাল্লোইন নোংপোক্ নোংলেন্ লৈহৈচীংদ খোঙ্গাখি ॥০॥

লাইযিংথৌ পুথিব মান পোইরৈ চাক্হোংন ৱাংঙম্ ঙাহোংন খুন্বান্ লৈপাল্লবদ নোংমগী কোরৌ নুমিৎ অহিং তাংলৌ অথেংবদ অৱাং য়োইরেল্

পাখংব, চীংঙু কোন্খৈ অতাম্ব, খোইযুম্ মীৎযেং পান্জুম্ব লাইযিংথৌ সোবাবেল্গী মপাবী নাউৱা চাউদ্রিব খোয্বীফাব কৌবন কোরৌ নোংদোল্থক্তগী নোঙ্গুম্লক্তুন মালেম্ তাইবংদ পলেম্ মমা হাউবোক্ কোন্থৌ চনুগী শমু মখোঙ্গুল্ লীবক্খি ।। লাইযিংথৌ যাংগোই নিংথৌন নাউৱা খোয্বীফাববু চেংলৌ শক্উববদ ফাবগে হায্ন খোঙ্জেল্ কন্ন তান্নবক্লবদ নাউৱা মাদি শমু মমায্ মীৎলম্ পাংন মালং নুংশিৎ অযাঙ্ব খম্কোন্ নোংলৈ অকন্গী মমাঙ থান অযাঙ খোঙ্জেল্লক্পন খূবায্ অহোঙ্-পুঙ্ যৌবক্লে ।। লাইযিংথৌ যাংগোই নিংথৌ মান খোয্বীফাববু যাইবী মথৱাই লৌবগে হায্বগী মাগী মখূৎসূ লোঙ্লেন্ লোঙ্শা তবেং পান্বন লংলক্লবদ লাইযিংথৌ সোবাবেল্চা মহাক্ল কাঙ্জৈ কাঙ্হু হিংজন্ন শম পাঙ্গল্ ফূক্ল থোম্তেক্লে ।। হাওমুক্লা লেংফাইচল তাজিল খুবৌ যেৎন মালেম্ লৈমায্দ হাইহৎলমলগ লাইযিংথৌ যাংগোই মান ৱানথবিঙৈ নাউবা খোয্বীফাবন লাইযিংথৌ পুথিব মাগী যাইকোন্নুং নম্ন অযাঙ খোঙজেল্লক্খি ।। ৱাংলেন্ পংযম অদুমক্তি লাইযিংথৌ পুথিব মান নাউবা খোয্বীফাববু মপানি খঙ্ন থিবকপ মতমনি ।। লাইযিংথৌ যাং নাউবা মাবু চেংলৌ শকউববদ মপানি খঙ্ন লাইযিংথৌ মাগী যাইকোন্নুংদ প্লাশন্দন মপাবী শক্ল নাউযোক্ নাউকোনখি ।। লাইযিংথৌ পুথিব মান ফন নুংশি চান নাউকোল্লবসু নাউবা খোয্বীফাবদি পলেম্ মমাগী চেংলৌ শকউনাংবগী মেচাক্ল মথম্মোই থাম্বী মৈহৌবে ।। নাউবা মাগী পাযম পীবুক খঙ্লবগী লাইযিংথৌ পুথিব মান পলেম্ মমা হাউবোক্ কোন্থৌ চনু মাগী মপাম্ লমদম্ মাযকৈ তাক্পিবে ।। নোংমগী কোবৌ নুমিৎ অহিং তাংলৌ অথেঙ্বদ অৱাং যোইবেল্ পাখংব, অৱাং নোংনিংথৌ লাইযিংথৌ সোবাবেলগী মপাবী নাউৱা খোয্বীফাবন লাইযিংথৌ পুথিবগী মশাইকোন্ খূবায্ অহোঙ্ পুঙ্ থাদোক্লম হাউবোক্ কোন্থৌ মায্কৈ তম পলেম্ মমাবু তান্ফংগে হায্বগী অযাঙ্ খোঙ্জেনখি ।।০।।

লাইযিংথৌ পুথিব মাগী উমং লাইকোন্নুংদি লম্লেন্ খূবায, অৱাং যুমনাম খূন্নৌ, ৱাক্চীং কৈ, নুঙ্গোয্, পৌবাবী, কৈব্বী, মোংশাংগৈ, তাউথোং, ৱাইতোল্, গোবিন্দ গ্রাম, চজীংমাইবেল্খোংদ লৈ ।। লাইযিংথৌ মান কোন্ব

খুল্ লৈকাইদ লৈব খুঙ্গাশিংন লাইয়িংথৌ মাবু হরাউ শক্শেম্ তম্ থৌদোক্ কুম্মে শান্নদুন খূঙ্গাউ লৈচাউনব চাক্হোঙ্ ঙাহোঙ্নবগীবু ঈরাং থৌনি তৌনৈ ।। লাইয়িংথৌ মান মচা মনাই খূঙ্গাশিংবু অয়ুক্ ঙন্ন কোম্হোক্পী, নুমিদাং ঙন্ন কোন্শিন্বী ।। লাংবল্ কাওরেল্ শন্শেন্গুম্ ঙাক্পি শেন্বীরি ।। লাইয়িংথৌ মাগী মমোম্ লাইরেম্মা সৌবোন্ লাইরেম্বীগ লাইরেম্মা সানম্ ঙাইথিংতোন্ অতোন্বীগ অনীমক্কী লাইফম্দি খূরায় অহোঙ্গে, ঈশিখা অমসুং অরাম্বম্দ লৈ ।।০।।০।।

# লাইরেম্মা ফৌওইবী

লাইরেম্মা ফৌওইবী মাদি য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা য়াংমোম্ মহুই লোইনাই ।। লোইমোম্ ফৌওইবী ।। তরা চাক্ওইবী ।। পোইরৈ খুন্য়োক্পী ।। তয়িম্ নাইয়োক্পী ।। লৈনুং ফাইবী ।। তেরা কোন্লাং নাশিনবী ।। থাংয়ি অহোঙ্বী ।। লোইমোম্ অচৈবী ।। থাংয়ি মমিং য়াম্ ।। লোইমোম্ ফৌমিংহক্পী-ও হায়্ন তেংথা শৈথানব লাইরেম্মানি ।।০।।

তেংবানবগী মপু অথোইব লাই চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব মান নমু পোংওইবশিংবু চাক্কু লন্কুবীগে হায়্ন পায়্মনুংদ নীংখল্লবগী য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা লৈমরেল্ শিদবী য়েংন য়াথং পাউহায়্রে — তেংবান্বগী মমা ওইবী য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা লৈশিরেল্ লৈপুন্বী নঙ্বু তাউ-ও ।। নচা ননাই ওইরিব নমু তাইবঙ্ মীওইবশিংবু নুংঙাই য়াইফজনবগী লোইমোম্ ফৌ চরোং, মহৈ মরোং চুম্লবগীবু লাইরেম্মা নঙ্ন নমোম্ লাংলেন্ য়োইবু খোইমোম্ লাইবেম্মা নোংথাঙ্ লৈমবু লোইমোম্ ফৌওইবী থাংয়ি অহোঙ্বী ওইন মালেম্ তাইবংদ লাইওল্ লাইচংহল্-ও ।। তাইবং কুম্মৈ শান্নহল্-ও ।। তেংবান্ব মপু মাগী য়াথং থৌশীখোন্বু নাতারবগী য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা লৈমরেল্ শিদবীন তুংগী ৱাবু উ মমোম্ লাংলেন্ য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা নোংথাঙ্ লৈমবু মালেম্ তাইবংদ লাংওল্দ্রিঙৈ লাইয়িংথৌ সোরারেল্গী মমোম্ ওইন লাইওল্ লাইচংহল্লে ।।০।।

নমু তাইবং মীওইবশিংন লোইমোম্ ফৌচরোং চুম্হন্বীয়ু, তরা চাক্হোঙ্হন্বীয়ু, চাক্কু লন্কুবীয়ু হায়্ন ঈরাৎ থৌরম্ তৌন অৱাং য়োইরেল্ পাখংব, ৱাংব নিংথৌ তেল্হৈব, খাক্প নিংথৌ পাঞ্জুম্ব, কাসা পাউতাক্ হৈব,

কোরৌ থক্ত থৌদাব, ব্রাংবল্ থক্ত ব্রাতেম্ব লাইয়িংথৌ সোবাবেল্ মাঙোন্দ থৌনিরক্লে ।। মচা মনাই ওইব নমু তাইবং মীওইবশিংগী ঈবাং থৌনিবোল্বু নাতাববদ লাইযিংথৌ মান মচা মনাইশিংবু থৌজাল্ লন্কুবীবগে হায়ন পায্মনুংদ নীংখল্লবগী মমোম্ লাংলেন্ যেংন হায্বে — ইপাগী ইমোম্ লাংলেন্ নঙ্বু পায্ম পীবুক্ পীন নাতাউ-ও ।। নমু পোংওইবশিংগী ঈবাং থৌনিখোল্বু নাতাবদ নপন্ পন্থৌ ঐগী উন্বী পীবুক্ পেল্লে ।। ইপাগী ইমোম্ নঙ্বু নমু তাইবং মপোক্ত লাংওল্লু-ও ।। তাইবং কুম্মৈ শান্নরু-ও ।। নমু তাইবং মাবু থৌজাল্ লন্কুবী-ও ।। মহৈ মবোং চুম্হল্-ও ।। লোইমোম্ ফৌথোক্ হেল্হল্-ও ।। মপন্ পন্থৌ মাগী য়াথং থৌশীব্রাবু লুবেল্ কোক্থোংনন মমোম্ লাংলেন্ মান লম্লেন্ চক্প পুঙ্দ চক্প তেল্লোই হন্জব লৌমীলাক্পগী মমোম্ চবৈ ফিশাবী ওইন তাইবংদ লাংওল্লক্লে ।। চক্পবম্ খূঞ্জাউ লৈচাউবে ।। লোইমোম্ ফৌন ফৌগৈ চোল্লে ।। কাওবেল্ শন্ন শঙ্গোল্ থল্লে ।। তেক্পী ওক্র ওক্লোন্ পাবে ।। কায্বৈ যেন্ন য়েন্গোন্ চন্দ্রে ।। নোংমগী কোবৌ নুমিত্ত লৌমীলাক্পগী মমোম্ চক্প নিংঙোল্ শাফবী চবৈ ফিশাবী মান শাবল্ লম্থোক্লক্ কোংলৌ লম্যেংলক্পদ চক্প লাইববগী মপাবী খঙ্সুনহা শাফব ব্রাংলেন্ পুঙ্দিংবগ চেংলৌ শক্উনবে ।। নুংশি মীৎচানবে ।। পায্ম খোয্জঙ্নবে ।। তিল্লাং খোয্দানবে ।। পলেম্ পন্থৌগী চেংলৌ শক্তাক্রবে ।।০।।

নোংমগী কোবৌ নুমিত্ত চক্প পাখঙ্ খঙ্সুনহা শাফব ব্রাংলেন্ পুঙ্দিংব মান চেংলৌ শক্কোয্ হেন্বী মায্থোঙ্ মতৌ লৈবী চবৈ ফিশাবী যেংন হায্বে — শানৌ মোম্নু নুজা ওইবী পায্ম ঐগী নুংচান্বী নঙ্বু তাউ-ও ।। শানৌ নঙবু তাল্লোয্ লুম্দিন্ন পুন্সি লৈপুন্ শেম্মিন্নসি ।। শানৌ নঙ্গী পায্ম ফীগৈ শেংবী-ও ।। খঙ্সুনহা শাফব মাগী অপাম্ নুংশিখোন্বু নাতাববদ চবৈ ফিশাবীন চেংলৌ মায্থোঙ্ লৈখাখোল্ — ঈশাবী নঙবু উন্বী পূক্লিং পীন নাতাবী-ও ।। নশানৌ ওইবী ঐদি চীংঙু খোইযুম্ নোংদম্ব মপু মাগী নোংদম্ মথৌবাংবু হিক্তোক্ঙম্দে-এ ।। শাবী নঙ্ন লোইবী চীংজাউ কান ব্রাং কৌব পামেল্ মাবু যান্দুন ব্রাংলেন্ পুঙ্জাউ তিংবী-ও ।। কোবৌ অদু নুমিত্ত শানৌ ওইবী ঐসু খ্বাঙ্দিং চবৈ ফিহৌগে ।। শানৌ ওইবী ঐন চবৈ ফিশা লোইবগ শাবী-ও নঙ্ন ব্রাংলেন্ পুঙ্দিং লোইবগ ব্রাংলেন্ পুঙ্ফম্ চপ্ মান্নববাদ শাবী-ও

নঙ্‌বু চক্‌প চরৈ ফিশাবী ঐগী ইথংলেন্নি খঙ্‌জগে — হায়রে ।।০।।

খঙ্‌সুনহা শাফব ব্রাংলেন্ পুঙ্‌দিংব মান লোইবী চীংজাউ কা, পামেল্ ব্রাংবু য়াল্ ব্রাংলেন্ পুঙ্‌দিংব হৌরে ।। লৌমীলাক্‌প মাগী মরাল্‌য়াইদসু মমোম্ চরৈ ফিশাবীন খ্বাঙ্‌দিং চরৈ হৌ, তেম্‌হাই নোংথাঙ্ কুপ্ চরৈ ফিশারে ।। চরৈ ফিশাবী মাসু চরৈ ফিশা লোইগদব লংলা অমত্ত মঙায়্‌রে ।। ব্রাংলেন্ পুঙ্‌দিংব মাসু ব্রাংলেন্ পুঙ্‌দিং লোইগদব পুঙ্‌লী অমত্ত মঙায়্‌রে ।। চরৈ ফিশাবী মানসু মশাবীন কোন্‌হৌগদ্র, ব্রাংলেন্ পুঙ্‌দিংবনসু মশানৌন কোন্‌হৌগদ্র হায়্‌ন পায়্‌ম লুংদ মিহুন্ থাহুন চোংন ঙাইনরিঙৈ নেংদম্ব মাগী নোংদম্‌খোন্ন কন্‌খিবন চরৈ ফিশাবী মাগী মতারোয়্ অমন — চরৈ ফিশা লোইহৌরে — হায়ন্ ব্রাংলেন্ পুঙ্‌দিংবদ পাউদল্লে ।। ব্রাংলেন্ পুঙ্‌দিংবন অব্রাৎপ পুঙ্‌লী ফাজিল্লে ।। 'দ্রঙ্ দ্রঙ্' হায়্‌ন লোইবী চীংলোন্ খোম্বাং য়েন ব্রাংলেন্ পুঙ্‌জাউ থীল্লে ।। তৌইগুম্, চরৈ ফিশাবী মাদি চরৈ ফিকক্‌হৌদ্রে ।। ব্রাংলেন্ পুঙ্‌দিংবন হান্‌খ্রে ।। চক্‌প পাখং খঙ্‌সুনহা শাফব ব্রাংলেন্ পুঙ্‌দিংবন মশানৌ মাগী মরাল্‌য়াইদ মথম্মোই মকা লাম্, মায়্‌থোঙ্ মঙাল্ নাই ব্রাইথুংলরবদ মশানৌ চরৈ ফিশাবীন মীৎলু লাইজ পিবাং শীন্‌থন মশাবী মাবু চেংলৌ মীৎথিৎন য়েংলগ — ইশাবী ব্রাংলেন্ পুঙ্‌দিং হৈব-ও ! নশানৌ ঐন চরৈ ফিশা হৈত্‌বগীবু ইশাবী নঙোন্দগী কোন্‌হৌরে ।। ইশাবী-ও নঙ্‌ন ব্রাংলেন্ পুঙ্‌দিংবন হাল্লে ।। নশানৌ ঐদি অতোপ্প তম্ব ওইব অমগ পুন্সি লৈপুন্ শেম্ তাইবং খোঙ্‌চৎকী খোঙ্‌বুরোয়্ ওইগদবগী শরুক্‌পুদি চীংঙু নোংদম্ থীবী কাশা লাইবক্ চাউবী নশানৌ ঐদি ইদোম্ নোংমন্‌জরগে ।। শাবল্ পুঙ্‌দ বু ওইন হৌরগে ।। মপোক্ লাংওল্ অমদ রায়্‌থুংনসী — হায়্‌রল্লগ নিংঙোল্ মাগী চবৈ ফিশা তেম্ন মথম্মোই ফীরাক্ খায়্‌ন মদোম্ নোংমন্‌খ্রে ।। মশানৌ মাগী চেংলৌ শক্‌ফম্ উবদ চাম্‌লৌ লারাক্ শেৎকুম্, কোঙ্‌য়াং ব্রাপুম্ খায়্‌গুম্ মথম্মোই শেগাক্ কায়্‌বব ব্রাংলেন্ পুঙ্‌দিংবন — ইশানৌ নঙ্‌ন লাংওন্‌ব শাবল্ পুঙ্‌থক্কী বু মনাক্ত নশাবী ঐসু লাং ওইন হৌরগেকো — হায়ন হায়্‌রল্লগ শমু মখুৎসূ পুঙ্‌হুৎন মাগী মথম্মোই থিন্‌তত্তুন মদোম্ নোংমন্‌খ্রে ।। লৌমীলাক্‌পগী মমোম্ চক্‌প নিংঙোল্ চরৈ ফিশাবীন লাংওল্লক্‌প শাবল্ পুঙ্‌থক্কী বূ কৌব পাম্বী মাগী মনাক্ত চক্‌প লাইরবগী

মপারী খঙ্সুনহা শাফব ৱাংলেন্ পুঙ্দিংবন লাং পাম্বী ওইন লাংওন্দুন বৃগ লাংগ হৌমিন্নখ্রে ।। চক্প পুঙ্গী নুজা পাখং লৌকুম্ লৌকান শাবী শানৌ অনীগী অপাম্ নুংশি ৱারীবু শৈশক্লুহৌখি ।।০।।

কোংলৌ শাবল্থক্ত বৃগ লাংগ ওইন লাংওল্লবগী তুং ৱাংলেন্ পুঙদিংবগ চরৈ ফিশাবীগ শাবী শানৌ অনীগী য়াইবী থরায়্ন লাইয়িংথৌ থোঙ্ঙারেল্গী মরৈপুঙ্ খম্নুং অশি-লৈপাক্ খোঙ্গুমখ্রে ।। তৌইগুম্, খম্নুং নিংথৌ মান — শাবী শানৌ নখোয়্ অনীমক্কী তাইবং কুম্মে লোইদ্রি ।। মালেম্ তাইবংপান্বদ খোঙ্গারুখো ।। লাংওল্ কুম্মে শান্নরুখো — হায়্রবগী তাইবংদ অমুক্ খোঙ্গারক্লে ।।০।।

য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা নোংথাঙ্লৈমগী লাংওল্ চঙ্খোন্বী লাইরেম্মা লোইমোম্ ফৌওইবী থাংয়ি অহোংবীন লাইয়িংথৌ থোঙ্ঙারেল্গী মশাইকোল্ খম্নুং লৈবাক্তগী হল্ৱাইরক্লে ।। মতারোয়্ তরূক্মক চেংলৌ শক্উনরে ।। লোইমোম্ ফৌওইবী মাগী মতারোয়্ তরূক্মক্তি লাইজ ঈবাল্ থোক্লুন থোংনাং লম্দ খুন্থোক্খ্রে ।। তৌইগুম্, লাইরেম্মা ফৌওইবী মাদি পোইরৈ মরৈপুঙ্ ৱাংঙম্ মরাল্য়াইদ চেংলৌ মায়্থোঙ্ ওল্লক্লে ।। হন্ৱাইরক্লে ।। লোইবী চীংদোল্ অৱাংবা খোঙ্গারে ।। মশাবীবু ফৌরুংব-ও কৌন চেংলৌ শক্উনরে ।। মশাবী ফৌরুংবগ চেংলৌ শক্উনখি হায়্বগীবু লোইবী চীংদোন্দুবু লাইমতোন্ ফৌরুংব-ও হায়্ন পোইরৈ চাদোল্ ৱাংঙম্ সৃদোন্ন কোরৌ অদু নোংদগী মৈন ৱায়্ তাংন শম্ খঙ্নহৌরে ।। লাইমতোন্ ফৌরুংবগী চীংদোল্থক্ত লাইরেম্মা ফৌওইবীন মশাবী ফৌরুংব য়েংন হায়্রে — ইশাবী-ও নঙ্দি কেগে মোইরাংপুঙ্দ মোইরাং নিংথৌ পু-লিক্লাইগী মদাইবেম্ অকোংজাম্ব-ও কৌন নমু তাইবং ওইন লাংওল্লম্-ও ।। হয়েং নয়ুম্ কেগে মোইরাংপুঙ্দ লোইমোম্ ফৌথোক্লব তরা চাক্তাঙ্লবদ তেক্পী ওক্মোম্ অমুবী কায়্রৈ য়েন্মোম্ অমুবী য়াওন্ ঈরাৎলগ নশানৌ ঐবু কৌরক্উ ।। নশানৌ ঐন ইশাবী নংগী নখোঙ্গল্থু নীংন তেন লীরক্লে - হায়্ন নুংশি পাউমেল্লন্নগ লোইমোম্ ফৌওইবী মাদি চেংলৌ মায়্থোঙ্ অৱাং পাংন চক্প পুঙ্লম্দ নোংফাইরুগে হায়্বগী খোঙ্দোইবক্লে ।।০।।

ফৌরুংব মাদি কেগে মোইরাংপুঙ্দ থোইয়া লৈমগী মপারী মোইরাং অকোংজাম্ব ওইন লংওন্খ্রে ।। মোইরাং অকোংজাম্ব মাদি পাখং মথোক্লক্, লাংজেং মকারক্, চাউব লেপ্তুম্ ফারক্লে ।। শমু পাঙ্গল্ চাউরক্লে ।। কন্বদ মপা লৈরক্তে ।। থৌবদ লাম্বা শাম্লক্লে ।। খোঙ্ৱাই মতম্ অসীদ কেগে মোইরাংপুঙ্ অৱা তেংথাখোল্ন নিল্লে ।। লোইমোম্ ফৌগৈদ ফৌরৈত্রে ।। তরা চেঙ্ফুনুদ চেঙ্লৈত্রে ।। কেগে তরা চাক্তাঙ্লে ।। তাউজিং হৈপাল্দ হৈপান্দ্রে ।। শীংঙেল্ লৈপাল্দ লৈশাক্তে ।। তৌইগুম্, অকোংজাম্ব মানদি নমু তাইবং মীওইপোক্ ওইবন মশানৌ লোইমোম্ ফৌওইবী মাগী ৱাবু পায়্ম পীবুক্লুংদ নীংশিংদ্রে ।। কেগে লৈপাক্ হৌন, মোইরাং মীয়াম্ তিন চীংঙু খোইয়ুম্ লাইয়িংথৌ থাংজীং কোয়্বেল্লাই মাগী খোইয়ুম্ লাইপাউ তানবগীবু খাবী অমাইবীন শরীক্ চূম্জাউ খীংন লাইয়িংথৌ লাইমাঙ ফম্লে ।। লাইয়িংথৌ থাংজীং কোয়্বেল্লাই ।। কেগে পোক্প কাশারেল্ ।। মোইরাং লাংপূম্ অবিব মাগী খোইয়ুম্ লাইপাউ চেল্লক্লে --- নবুধৌ ঐঙোন্দ য়ারৌ শাবম্ চাম শরেল্ কৎলু ।। কেগে চাক্হোঙ্হন্গে ।। মোইরাং ঙাহোঙ্হন্গে ।। খূঞ্জাও লৈচাউহন্গে ।। মোইরাংপুঙ্গী লৈমাব পু-লিক্লাই মান খোইয়ুম্ লাইপাউ তাববদ কেগে অথৌব মোইরাং অকন্ব কনান য়ারৌ শারম্ চাম ফাদুন লাইয়িংথৌ থাংজীং মাগী লাইমাঙ্দ শরেল্ চন্ঙম্গবনো হায়্ন পায়্ম পীবুক্লুংদ হক্ন নীংখল্লবগী চেংলৌ মায়্থোঙ্ খেগুম্ লাংশিল্লে ।। কেগে অথৌব মোইরাং অকন্ব পূন্নমক্ল চেংলৌ মায়্থোঙ্ মালেম্ লৈখাখোন্ন চেক মোক্ লাউদন লৈনববদ থোইদিংজম্ নিংঙোল্বী থোইয়া লৈমগী মপারী মান নিংথৌ পু-লিক্লাই মাগী নাক্ত চঙ্শিন্খ্রে ।। — ঐবু লোইব লৈমাব ননাইবু লোইব লাইয়িংথৌ ।। মোইরাং নিংথৌ পু-লিক্লাই-ও ! ইনিংথৌন নোংদম্বীরবদি ননাই অকোংজাম্বন ইবুধৌ থাংজীংগী লাইমাঙ্দ শরেল্ চন্নব য়ারৌ শারম্ চাম শাফাজগে — হায়্রে ।। মোইরাং নিংথৌ পু-লিক্লাইন পায়্ম পীবুক্ পেল্লবগী মদায়্রেম্ অকোংজাম্বদ — য়ারৌ শাফা ঙম্জরো — হায়্ন য়াথং লন্কুবীরে ।। মোইরাং নিংথৌ পু-লিক্লাই মাগী থৌশী ময়াথংবু লুরেল্ কোকথোংনন থোইয়া লৈম মপারী অকোংজাম্ব মাদি তোববুঙ্ শাদান্ব খোঙ্চৎখ্রে ।।০।।

চক্প মপুঙ্‌ঙয়ায়্দ নোংফাইখিবী য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা মীওই লাইওইবী লোইমোম্ ফৌওইবী থাংয়ি অহোঙ্‌বীন অদুঙৈ লাইমতোন্ চীংদোন্দ রাশক্ পরৈনখিব রাবু পায়্ম পীবুক্কুংদ নীংশিংলে ।। তৌইগুম্, মশাবী অকোংজাম্বনদি লাইরেম্মা মাবু মকৌরক্রুবদ চেংলৌ মায়্থোঙ্ হাওরৈ খা পাংন কেগে মোইরাংপুঙ্‌দ মখোঙ্‌ন থোংন খোঙ্গুম্‌লক্লে ।। লাইরেম্মা মান খোঙ্গুম্‌লক্পদগী কেগে মোইরাংপুঙ্ চাক্‌হোঙ্ ঙাহোঙ্‌লে ।। তাউজিং হৈপাল্দ হৈপাল্লে ।। শীংঙেল্ নৈপাল্দ নৈশাংলে ।। লোইমোম্ ফৌগৈদ লোইমোম্ ফৌনিংখাক্র ফৌশৌরে ।। তরা চেঙ্‌ফুনুংদ তরা চেঙ্‌নিংখাক্র চেঙ্‌শৌরে ।। লাইরেম্মা ফৌওইবীন অমোংপ চরৈ ফিশেংনবী লাইর অতোন্ তারবী মোম্ম নুজা ওইন শাইয়োল্ তৌ মশাবী অকোংজাম্বগী মরাল্‌য়াইদ খোঙ্‌জঙ্‌লক্লে ।। লাইরেম্মা মান মশাবী অকোংজাম্বগী পলেম্ পোক্‌মাবী থোইয়া নৈম য়েংন — পলেম্ মান্‌বী ইমা-ও ! ইবুং অকোং নৈব্র — হায়্‌ন পাউহংলে ।। পাউহং খোন্‌বু নাতারবদ থোইয়া নৈম মান — লম্‌লেন্ কৈদগী লাইর চূতংনবী পায়্ম রাখল্ চোইজাইনবী লম্‌জানো ।। কেগে অঙম্ব মোইরাং অথৌব ইপাবী মাগী কোলোয্ মিংলেন্‌বু পনজবসাই ।। খোঙ্‌লৈ থুন রাংলেন্ মীংকুপ্ অসীমক্ত অয়াঙ্ খোঙ্‌চংখ্রো — হায়্‌ন তান্‌বীরে ।। লাইরেম্মা থাংয়ি অহোঙ্‌বী মান — থবী মতাং তেল্লক্লে ।। ঙসী ইনুং অসীতদি মাঙ্গোল্ খেঞ্জোংলাংদ য়ায়্‌বেক্‌চগে' ।। তবা চাগে হায়্‌জরোই ।। চরৈ ফিসু নিজরোই — হায়্‌রে ।। থোইয়া নৈমন হোয়্‌য়াদ্রে ।। কাওরেল্ শন্‌গোন্দ য়ায়্‌রেক্‌চগে — হায়্‌রে ।। কাওরেল্ শল্লাই তানি য়ায়্‌রেক্‌ফরোই — খুম্লে ।। তেক্‌পী ওক্‌কোন্দ যায়্‌রেক্‌চগে হায়্‌রে ।। তেক্‌পী ওল্লাই তানি লেক্‌ফরোই ।। কায়্‌রৈ য়েন্‌গোন্দ য়ায়্‌রেক্‌চগে ।। কায়্‌রৈ য়েল্লাই তানি য়ায়্‌রেক্‌ফরোই ।। ফৌসু কোন্দ য়ায়্‌রেক্‌চগে ।। শূক্ক সূম্বল্‌গ খংননি য়ায়্‌রেক্‌ফরোই ।। য়েন্নখাদ লেক্‌চগে — অমুক্ হায়্‌রে ।। শেন্দাং মরূম্ মানি য়ায়্‌রেক্‌ফরোই ।। কদাইদগী লাইর চূতংনবী পায়্ম রাখল্ চোইজাইনবীনো — হায়্‌ন তিল্লাং হাইশিংন শমু খোঙ্‌থীন্ন — চংখ্রো চংলো — হায়্‌ন তাল্লন্নগ ইম্মুং চঙ্‌খ্রে ।। থোঙ্‌জাও পৌরোল্ লোন্‌খ্রে ।।০।।

ইনুংব সোরা তৈরক্লে ।। থোইয়া নৈমন — ইপারীসু য়াবৌ শাফা তম্‌খিবদগী হল্‌রাইরক্লি ।। অমোং চরৈ ফিশেংনবী অরাং নোংগী মোম্ম নুজা

ওইবীদুবু খম্লুং কৈকোই লৌওনবী নূরা পাউথেম্ হৈবীরা — হায়্ন নীংখল্লবগী শমু মখূত্ত হামুক্ য়াইঙঙ্ পায়্বগ থোঙ্জি নাতৈ কাঙ্ন থোক্লক্লে ।। লোইমোম্ ফৌওইবী মান য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা ফৌওইবীনী হায়্ব চেংলৌ মশক্ খঙ্হল্লগে নীংখল্লবগী কায়্রৈ যেন্গোন্নুংদগী থোক্লক্লগা থোইয়া লৈম য়েংন হায়্রে — ইবুং অকোংজাম্বগী পলেম্ মমা পোক্মাবী-ও ! পায়্ম পীবুক্কুংদ নমু তাইবং ওইবগী মীনুংশি থম্মোই ঈরিক্ চেন্দবী-ও ।। নবেম্মা ঐদি য়োইবু খোইমোম্ লাইবেম্মা লোইমোম্ ফৌওইবী থাংয়ি অহোঙ্বীনী ।। লোইমোম্ ফৌয়েফক্ ফক্লেন্ ফক্চাউ পুথোক্চবক্উ ।। লোইমোম্ ফৌগী চীংদুম্ শাবীগে ।। থোইদিংজম্ নীংঙোল্বী থোইয়া লৈম মান খোইয়ুম্ লাইর নমু তাইবং মীর খঙ্লগে হায়্ন নীংখল্লবগী সূমাঙ্ মথৌবুঙ্দ ফৌয়ৈ ফক্লেন্ তিংথোক্লে ।। লাইবেম্মা মান ফক্লেন্থক্ত খোঙ্গাখ্রে ।। নম্থাং অমুক্ কন্বদ ফক্লেন্ ফৌমায্ চোল্লে ।। খূব্রাংচেং অমুক্ কন্বদ ফৌন চীংদুম্ শারে ।। লোইমোম্ ফৌজীং ফৌদোন্দ ফম্বাল্ ওইন ফম্দেংলগ থোইয়া লৈম য়েংন হায়্রে — থোইদিংজম্ নিংঙোল্বী থোইয়া লৈম ।। পায়্ম পীবুক্ ফত্তবী-ও ! নবেম্মা ঐদি লোইমোম্ ফৌওইবীনি ।। ইবুং অকোংজাম্ব মান হল্ব্রাইরক্লবদ নশানৌ লোইমোম্ ফৌওইবীন অহিং ইনুং নোংফাইন ঙাইরম্মী হায়্ন তম্জৌ-ও — হায়্ন য়াব্রা পাউমেল্লম্লগ চেক্লা খোইনীংমান্বী ওইন শাইয়োন্দুন ফৌদোন্দগী শাগল্ তূফাঙ্ খপ্ন পাইখ্রে ।। খরায্ থোঙ্গাল্ লান্থ্রবদ চেংলৌ শক্কোয্ হেন্বী মোম্লু নুজা ওইন শাইযোন্দুন হাওরৈ খা পাংন অয়াঙ্ খোঙ্চৎখ্রে ।।০।।

অকোংজাম্ব মান তোরবুং শাদান্বদগী মবাল্য়াইদ হল্ব্রাইরক্লবদ মসূমাঙ্ মথৌবুঙ্দ লৈরীব লোইমোম্ ফৌগী চীংদুম্ উবদ পায়্ম পীবুক্ খৈন ঙক্লবগী পলেম্ মমাদ পাউহংলবদ পলেম্ মমা থোইয়া লৈমন থৌদোক্ ব্রারী পূম্লমক্পু ব্রাতল্লে — নবেম্মা ঐদি লোইমোম্ ফৌওইবীনী ।। ইবুং অকোংজাম্ব মান হল্ব্রাইরক্লবদ নশানৌ লোইমোম্ ফৌওইবীন অহিং ইনুং নোংফাইদুন ঙাইবম্মী তম্জৌ-ও হায়্ন য়াথং পাউহায্রম্মী — হায়্নবু ব্রাতল্লবদ নহাল্ঙৈ লাইমতোন্ চীংদোন্দ ব্রাশক্ পরৈনখিব ব্রাবু পায়্ম পীবুক্ত নীংশিংলক্লে ।।

অকোংজাম্ব মান লাংগোই শগোল্ শামায় লৈথোক্লগ ৱাংলেন্ মীংকুপ অদুমক্ত হাওরৈ খা পাংন মশানৌ লোইমোম্ ফৌওইবীগী মার মখোঙ্গুল্ লীন অয়াঙ্ খোঙ্দান্নখ্রে ।।০।।

লোইমোম্ ফৌওইবী মাদি ঈথায় চিংজীল্ য়ৌরক্লবদ তুরেল্ চাউথোইব লাইজ ঈগ খুগা লাইজ ঈগ লাইজ পাক্ল চেল্লম্লবগী ঈরাল্ঙমদ্রে ।। লোইমোম্ ফৌওইবী মান য়ারৌ শজি অমবু লাইজ ঈতম্বী-ও হায়্‌ন থৌনেক্‌খি ।। য়ারৌ শজি মান লাইজ ঈতম্বদ মরৌ হৈন লাইজ অহক্‌পবু খুদোল্ কাঙ্‌ন ঈতম্‌লে ।। লাইজ অপাববু হক্‌এ হায়্‌ন খুকউ খুদক্ কৃন্ন লাইজ ঈতম্লে ।। লাইজ অপাবনি হায়্‌ন ঈতম্ব মফম্‌দ লাইজ ঈরাল্‌বদ লাইজ অহক্‌প ওইবন লাইরেম্মা মাদি লাইজ ঈরাক্লরে ।। লৌৱাই মান্‌শরিক্ নাউশেক্ল লাইজ ঈরোল্‌নুংদগী লোইমোম্ ফৌওইবী মাবু থীক্লেন্ থাদ পম্ম পুখৎলক্লে ।। খারি লৌবুক্ লৌতাংন য়াইবী মথৱায হিংব মঙাইরোয় কৌজেং, হারৌ, তেংবী, থরাইকোক্‌পী, উথুম্, উরোক্, চেক্‌লাউবী, খম্বাংচাক্ মশীংশুন লাইরেম্মা মাগী নাক্ত ৱাইথুংলরে ।। চেক্লা খাম্বাংচাক্কা মতা শান্নরে ।। লাইরেম্মা মান মঙাইরোয় তীন-কাঙ্, উচেক্-ওয়া কয়াগ পুক্‌মেন্ পাউমেন্নরিঙৈ মোইরাং অকোংজাম্ব ৱাইথুংলরে ।। লোইমোম্ ফৌওইবী মাবু অকোংজাম্ব মাগী মরাল্‌য়াইদ হল্‌ৱাইরসী হায়্‌ন কয়ারক্ তোয়্‌ন পাউথেম্লে ।। তৌইগুম্, ফৌওইবী মান হোয়্‌য়াদ্রে ।। লোইমোম্ ফৌওইবী মান মশাবী অকোংজাম্ব য়েংন হায়্‌রে — ইবুং অকোং নঙ্‌বু তাউ -ও ।। লোইমোম্ ফৌওইবী ঐগী লাংওল্ কুম্মৈ ৱাৎলি ।। ইশাবী নঙ্‌ন নশানৌ ঐবু খাম্বগী কোলোয় নমিং খম্ব-ও কৌন কেগে মোইরাংপুঙ্দ লাংওল্লম্-ও ।। ইশাবী নঙ্‌ন খাম্বদ নশানৌ ঐন থোয়্‌ন ৱাংন থোয়্‌চৎনখি হায্‌বনী থোইবী-ও কৌন নশানৌ ঐসু লাংওল্লক্লে ।। লাংওন্দুবু নীংন তেন ঙাইরম্-ও ।। লাংওন্দুদ ইশাবী-ও নঙ্গ অপাম্ নুংশি ৱাইথুংনসী ।। নশানৌ ঐদি লাংওল্ য়াম্বী লাইরেম্মানি ।। ইবুং অকোংজাম্ব নঙ্‌ন লোইমোম্ ফৌওইবী ঐবু খোঙ্‌লাক্‌হন্‌গে হায়্‌রবদি তাউজিং হৈপাল্‌দ তাউজিং হৈপান্দ্রব, লোইমোম্ ফৌন চরোং চুম্‌দ্রবদ লোইমোম্ ফৌওইবী ঐবু খুৎলাম্ তোয়্‌ন কৌরক্-ও ।। পোইনু লৌরোক্ থাদ নঙ্‌গী খারি লৌবুক্ত ফিরাল্ লৈনা য়ুং-ও ।। চুঙৌ চুরেল

য়ুং-ও ।। তাউজিং হৈরাং, শীংঙেল্ লৈরাং য়াওন লেম্লৈ ঙান হোঙ্লগ লেম্লৈ ঙান, কায়্রৈ য়েন্ন হোংলগ কায়্রৈ য়েন্ন, তেক্পী ওক্ল হোঙ্লগ তেক্পী ওক্ল তরা চাক্লৌরক্-ও ।। লোইমোম্ ফৌওইবী নঙ্দি শাবল্ লম্থোক্পীগনু ।। থাঙ্ঙ লৈকাই পল্লান্বীগনু-ও — হায়্ন লৌচি লৌয়া কোয়্ন চং-ও ।। লোইমোম্ ফৌচরোং অকেন্ব খুল্-ও ।। নরূপ্ নপাঙ্ নঙাইরোয়্শিংগ চীন্গোই ব্রাঙাঙ্নগনু-ও ।। লোইমোম্ ফৌওইবী নঙ্ন হায়্রম্ব ব্রাবু ব্রাকাউদন লৌপুরেল্ ফৌরুংব অকোংজাম্ব ঐন লাইরেম্মা নঙ্বু কৌরি-এ ।। লৌপুরেল্ ফৌরুংব ঐগী ইরাল্য়াইদ তম্ফা নঙ্গীদমক্ত কৈবী কৈরেল্ শারি-এ ।। লোইমোম্ ফৌওইবী থাংযি অহোঙ্বী নঙ্বু লাউ-ও ।। লাইরেম্মা লা-ও লা-ও — হায়্ন ফৌওইবী ঐবু কৌরক্-ও ।। খোঙ্ব্রাই মতম্দুদ নশানৌ ঐন হুমাং লোক্প লিরি হুম্ব নামিব নুংশিৎ ওইন পাম্মুব নঙ্গী নকাদ খারি নরৌচাদ নোংদোল্ লৈন খোঙ্দোইরক্লে ।। নশানৌ ঐদি য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা লৈমরেল্ শিদবী মাগী ময়াথং লুরেল্ কোক্থোংনন অহিং লাইওই নুংথিল্ মীওইন খুন্থোক্লুখিগে — হায়্রে ।। থোইয়া লৈম মপারী মোইরাং অকোংজাম্বন থোইচংনবী লোইমোম্ ফৌওইবী মাবু তুরেল্ লাইজ ঈরান্থোক্পিরে ।। লাইরেম্মা ফৌওইবী মাদি চেংলৌ মায়্থোঙ্ হাওরৈ খা ওন্ন খোঙ্দোইখ্রে ।। পাম্মু পাম্মু কায়্নরে ।। নুংশি নুংশি শেৎনরে ।। মোইরাং অকোংজাম্বদু কেগে মরৈপুঙ্ মোইরাং মরাল্য়াইদ হল্ব্রাইরক্লে ।। লোইমোম্ ফৌওইবী থাংয়ি অহোঙ্বী মাদি চীং-তম্, খা-লাই, নোংপোক্-নোংচুপ্, চুপ্চী- লাইজী থুংন খুন্থোক্লে ।। শাইয়োল্ লাংওল্লে ।। লাইরেম্ম মান খুন্থোক্লুব লম্দম্ লম্লেন্ পূন্নমক্ তাউজিং হৈরাং হৈশক্ থোক্লে ।। শীংঙেল্ লৈরাং লৈচু পাল্লে ।। লোইমোম্ ফৌগৈ ফৌমায়্ পারে ।। তরা চেঙ্গৈ চেঙ্মায়্ চোল্লে ।।০।।

য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা নোংথাঙ্লৈমগী লাইওল্ লাইচং ওইরিবী লাইরেম্মা ফৌওইবী থাংয়ি অহোঙ্বী মাগী লাইফম্ খুভম্দি থোঙাম্, তেরাউরক্, লম্লোংগৈ, কক্ব্রা সোরোক্খাইবম্ লৈকাই, ঈথায়্, ফৌগাক্চাউ, অরোং, সোরোক্খাইবম্, মোইরাং খুন্নৌদ লৈ ।। লাইরেম্মা মান কোন্ব খুঙ্গং লৈকাইশিংদ লাইরেম্মা মাবু হরাউ শক্শেম্ তম্ থৌদোক্ কুম্মৈ শান্নদুন

খূঞ্জাশিংন চাক্হোঙ্ ঙাহোঙ্নব, খুঞ্জাউ লৈচাউনবগী ঈরাৎ থৌরম্ তৌনৈ ॥ খুঙ্গং লৈকাইদুবু ঙাক্পী শেন্বীব লাইরেম্মা ওইন খুরুম্ খাজংনৈ ॥ লাইরেম্মা ফৌওইবী মাগী উমং লাইকোন্নুংদ থোইয়া লৈম মপারী মোইরাং অকোংজাম্ব মান য়েৎলম্ ফম্বাল্ ঙান্ন ফম্দেংদুন লৈ ॥০॥

লাইরেম্মা ফৌওইবী মাগী মতিক্ ময়াইদি উমংলাই ওইবতন মদোম্দে ॥ লাইরেম্মা মাদি লোইমোম্ ফৌগী লাইরেম্বী ওইবগী লোইমোম্ ফৌথোক্হন্গে হায়্ন উন্বী পীবুক্ত নীংখন্জব মচা মনাই তাইবং চাদোল্ নমু সূদোল্শিংন মৈন য়্রায়্ তাংন শম্ খারৈ লৌবুক্ত, লোইমোম্ ফৌগেদ ফৌগৌদুন ঈরাৎ থৌরম্ তৌনরক্ই ॥০॥০॥

# লাইয়িংথৌহন্ব

লাইয়িংথৌহন্ব কৌব লাই মাদি চীংঙু মতিক্ লৈব খোইয়ুম্ মঙাল্ নাইব লাইয়িংথৌনি ।। উমংলোন্গী লাইয়িংথৌ মাপল্গী মনুং লাইশীংচন্ব লাইযিংথৌনি ।। অসীনসু মদোম্দ্রি ।। লাইযিংথৌ মাদি লাই ইবুংঙো অথৌব লাইবুংথৌ মাপল্গীসু মনুংচন্ব লাইনি ।। লাইবুংথৌ অম ওইন লাইযিংথৌ মাগী পাংথক্ ওইব খুন্পাংথৌদি খৃবায়্লাক্পনি ।।০।।

লাইযিংথৌ মচি হন্ব ও হায়্নসু কোলোয়্নব লাই মাদি অকুৎপ লোক্ লাইজ ঈকোন্ পাংপু তোঙ্খৎহন্ব ঙম্ব, অব্রাংব লোইবী চীংবু তেম্থোক্প ঙম্ব ।। শমু পাঙ্গল্ কন্ব ।। শাবল্ কোংলৌ অতোঙ্ব লৈকংদ খুমু নৌযাওদন ব্রাক্য়ৈ হিহোন্ঙম্ব, তৌরাং পান্বী থক্ত ব্রাক্য়ৈ হিহোন্বদ তৌরাং পান্বী তেক্হন্দব ।। লাইজ ঈপাক্থক্ত খোঙ্জেন্বদ শমু মখোঙ্ খোঙ্য়াদ লাইজ ঈচোংহন্দব ।। শমু মহক্চাং অব্রা-পোংথাদন লম্শাং চৎঙম্ব মতিক্ ময়াইলৈব লাইযিংথৌনি ।। লাইযিংথৌ মাদি কাওরেল্ শল্লক্ চঙ্লবসু, তেক্পী ওল্লক্ চঙ্লবসু, কায়্বৈ য়েল্লক্ চঙ্লবসু মহাক্ লাক্ই খঙ্হন্দব ঙম্ব লাইনি ।। লাইযিংথৌ মাগী মতিক্ ময়াইদি অসীনসু মদোম্দ্রি ।। লাইয়িংথৌ মাদি কোঙ্য়াং ব্রা হৌদব মফম্দ কোংয়াং ব্রাহৌহন্ব, পামেল্ উ হৌদব মফম্দ পামেল্ উহৌহন্ব লাইনি ।। অদুঙৈ মৈদিংঙু লোইনাই থব্রান্ থাবন হুইয়েন্ লান্ চৎপদ লান্দ মায্পাক্কে য়েক্লববু মায্থীব পীগে হায়্ন মৈদিংঙু মান পায়্ম পীবুক্লুংদ নীংখল্লবগী চীংঙু খোইয়ুম্ কবম্ব উমংলাইবু লাইরোয়্নসীগে হায়্ন খল্লবদ লাইযিংথৌ মাবু হুইযেন্ লাল্লোয়্নখিব লাইয়িংথৌনি ।। লাইয়িংথৌ মান থৌজাল্ লন্কুবীবদগী লোইনাই থব্রাম্বাব কৌব লৈমাব মান পোইরৈ খুন্জাউন ব্রাংঙম্ লৈচাউন পার্নখিবনি ।। লাইয়িংথৌ মাবু উন্বী পূক্লীং চেৎন নীংজখিব

মৈদিংঙুদি থব্রাম্বাব মানসু মদোম্ব্রি ।। মৈদিংঙু শেন্বী খাগেম্বন কবো কিয়াং লান্নাবদ কবো কিয়াং ঙম্গে হায়বগী লাইয়িংথৌহন্‌ব কৌব লাই মাবু হুইয়েন্ লাল্লোয়্নখি ।। লাইয়িংথৌ মান থৌজাল্ লনকুবীবদগী মৈদিংঙু মান য়েক্লব মায়থী পীঙম্ন লান্‌ফা কয়া ফাঙম্খি ।। পোইরৈ ময়ুংশাং ব্রাংঙম্ মফেন্ পাক্ল পান্‌ঙম্খি ।। লাইয়িংথৌ মচি হন্‌ব মাদি ঈয়ুব্রা চীংখোঙ্ পোইরৈতোন্ কৌব কন্‌বদ মপা শাম্লব থৌবদ মপা তাম্লব খোইয়ুম্ লাইপোক্ ওইব মান লৈত্রিগৈ হয়ি চক্‌ঙৈদগী মতিক্ ময়াই লৈব অকন অথৌগী লাই ওইন নমু পোংওইব তাইবং মীওইবন নীংনরক্ ঈরাৎ থৌনিনরক্লব লাইয়িংথৌনি ।। মরম্ অসী লৈবগীবু লাইয়িংথৌ মচি হন্‌ব মাবু মচা মনাই ওইব ঐখোয়্ন — হে লাইয়িংথৌ মচি হন্‌ব ।। সনা হিহোন্‌ব, কম্বোং খারম্ পাৎপু ব্রাতেম্ব, থাংঙ লাইরেম্ পাৎপু ব্রাহম্ব, ঈরোক্ অসূপ্পবু থোন্‌কৎপ, চীংশাং নাপোম্ অব্রাংববু মনাক্ নেৎন ফোইথুব, সাবল্ কংলৈথক্ত হিহোন্‌ববু খুমু নৌশাদ তৌরাং তেক্‌শোংদ য়েন্‌পোৎ লীখাওদব ।। লিল্‌হা ঈচেল্ নাইদব লাইজ ঈপাক্‌থক্ত লম্‌জেন্‌ববু খূয়া ঈচোত্তব, শেন্‌বী লৈহেন্নববু খুদোল্ নাহেদব, ইঙেল্ নোংফাইদব ।। কায়রৈ য়েন্‌মৈ শীৎপবু য়েন্‌হৌদব, তেক্‌পী ওক্লক্ চঙ্ববু ওক্‌খংদব, কাওরেল্ শল্লক্ চঙ্ববু শল্‌হৌদব ।। কবো খারম্‌পাৎ ব্রামা থাদববু ব্রামা থাঙম্ব ।। থংঙা লাইরেমপাৎ উমা লিংদববু উমা লিংঙম্‌ব ।। সাবল্ উয়িৎ ব্রায়িৎ হৌদববু উয়িৎ ব্রায়িৎ হৌহন্‌ঙম্ব ।। পোইরৈ হিমা লামা থাদববু হিমা লামা থাঙম্ব ।। হে লাইয়িংথৌ মচি হনব ! মৈদিংঙু থৌব্রান্ থাবগ হুইয়েন্ লাল্লোয়্নব ।। পোইরৌ হিথাব, লম্‌লাং লম্‌লোক্‌পা ।। মৈদিংঙু সেন্‌বী খাগেম্বগ হুইয়েন্ লাল্লোয়্নব, কবো কিয়াং ঙম্ব ।। চীংখোঙ্ পোইরৈতোন্ন অকন্ অয়াং খিন্দ্রিগৈ অকন্ অয়াং খিন্‌হল্‌ব লাইয়িংথৌ-ও — হায়্‌ন শৈথানবনি ।।০।।

লাইয়িংথৌ মচি হন্‌ব মাগী তাল্লোয় লৈমদি লম্লাং নিংথৌ চনু পেনু তম্‌নু উশোক্ লৈম শাফবীনি ।। মরম অসীগীবু লাইয়িংথৌ মচি হন্‌ব মাবু — মরুম্বী খোইমোম্ লাইরেম্মা পেনু তম্‌নু উশোক্ লৈম, লম্লাং নিংথৌ চনু লীরী থারাম্বীগুম্বী, লোক্‌য়াই তাম্ব তোংগুম্বী, চাংখ্রং পোংখ্রং অরন্‌বদ লাইজ ঈশোক্‌পদ ঈরিৎতবীবু লুম্নব, মপারী অমুদোন্ লৈলাব লাই পাখং মঙাইরোয়্‌বু

য়াহৌব, লাইনুরা অকেৎলোইবু থৌনেক্প, শেল্লোই লৌথোংখোং থোংখোং চীংলাংমৈদ নুঙবী মনাহুৎন থৌনাব — হায্ন পোইবৈ অশৈব ব্রাংঙম্ শৈথাবন শৈশক্নবনি ।। লাইযিংথৌ মচি হন্বগ লাইবেম্মা লম্লাং নিংথৌ চনু পেনু তম্ম উশোক্ লৈমগ অনীমক্তি লৈয়ু শুংন য়ুপান্ব য়ুপান্বী ওইন লাংওল্লক্পগীবু লৈযুশুংবম্ য়ুম্নাক্ শাগৈন খুকম্ খজঙ্নরক্ই ।। মৈন ব্রায্ তাংন শম্ লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা অনীমক্কী থৌগল্ তৌবক্ই ।।০।।

**লাইয়িংথৌ হন্বগী ব্রারী অমা ঃ** চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব তেংবান্ব মপু মহাক্ল তাইবং কুম্মৈ অম যেংলগে হায্ন পায্ম নুংদ নীংখল্লবগী খোইয়ুম্ নোংপোক্ নিংথৌ য়েংন থৌশীবে — হে খোইয়ুম্ নোংপোক্ কৌব ও । খোইযুম্ নহাক্ল ইপাবী অহন্ব চীংঙু খোইযুম্ অশীব সনামহী কৌব মাগী লাইবী লাইচৎ ওইন তাইবংদ লাংওল্লু-ও ।। খোইযুম্ নহাক্ক যোইবু খোইমোম্ লাইবেম্মা নোংথাঙ্লৈমগী লাংওল্ খোইমোম্ পান্থোইবী মাগী লাংওল্ ওইবী যোম্নু নুজা অমগ তাইবং কুম্মৈ শান্নৌ-ও ।। চীংঙু খোইযুম্ শিদব মাগী যাথং থৌশীখোন্বু নাতাববগী খোইযুম্ নোংপোক্ নিংথৌ কৌব লাইযিংথৌ মান মশানৌ খোইমোম্ পান্থোইবী কৌবী লাইবেম্মা মাবু যেংন হাযবে — খোইমোম্ ইশানৌ পান্থোইবী নঙ্বু উন্বী পূক্নীং পীন নাতাউ ও ।। নশাবী ঐদি লম্লাং খুন্দ লম্লাং নহা শাফব ওইন লাংওন্দুন ইশানৌ নঙ্বু ঙাইন লৈবম্লগে ।। ইশানৌ নহাক্সূ নমু তাইবং মপোক্ত লাংওল্লক্-ও ।। লাংওল্ কুম্মৈ হৌবসী ।। অসূম্নবু মশানৌ যোইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা পান্থোইবী কৌবীদ য়াথং পাউহায্বম্লগ খোইয়ুম্ নোংপোক্ কৌব লাইয়িংথৌ মাদি লম্লাংখুন্দ লম্লাং নহা লৈযুশুংব শাফব কৌন লাংওল্খ্রে ।। লৈয়ু শুংন-শুংন চহী কুম্জা কয়া মশানৌগী লাংওল্ ঙাইদুন লৈবে ।।০।।

চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব নোংদম্ব মপু মাগী তাইবং কুম্মৈদি শোয্ব য়াদবন যোইবু খোইমোম্ লাইবেম্মা পান্থোইবী মাসু লম্লাং নিংথৌ মাগী মমোম্ লাংলেন্ ওইন লাংওল্লবে ।। তাইবং মপোক্ত পোক্লরে ।। নেংমগী কোবৌ নুমিৎ অমদি চাউব লেপ্তুম্ ফারবী চেংলৌ শক্কোয্ হেন্বী লম্লাং নিংথৌ চনু মান মতারোয্ তবেৎক লোয্নন শাবল্ লম্থোক্লক্ কোংলৌ লময়েংলক্পদ লম্লাং

নহা শাফব মাগ চেংলৌ শকউনরে ।। নুংশি মীৎচানরে ।। পায়ম খোয়্জঙ্নরে ।। তিল্লাং খোয়্দানরে ।। শাবী শানৌ অনীদু পুন্সি লৈপুল্ শেম্ তাইবং য়ুম্বাল্ তমখ্রে ।। তৌইগুম্, লন্নাং নহা শাফব মাবু মমোম্ মাগী মতিক্ মপা চাব মতিক্ মঙাল্ লৈব পলেম্ পন্থৌগী মপারী নত্তে হায়্বগীবু লন্নাং নিংথৌ লন্নাং লৈম অনীমক্ত থৌওই ব্রাওইবীদ্রে ।। তরা চাক্লেম্খাক্ অপুম্বগুম্ হন্ন য়েংবিদ্রে ।। লৈম নিংথৌ অনীমক্ত — ইমোম্ লৈজদে ।। ইমোম্ মাদি নোংমন্খ্রে — হায়রে ।। তাথী মীচৈ পীরে ।।০।।

চীংঙু খোইয়ুম্ নোংদম্ব মপু মাগী মথৌরাংন লৈম নিংথৌ অনীমক্ মমোম্মু পায়ম পীবুক্ত নীংশিংহন্দ্রে ।। লন্নাং নহা শাফবগ লন্নাং নিংথৌ চনু শাফবী মাগ অনীমক্তি পীদৎ পাদৎপগ পাংখক্লরে ।। পন্থৌ লৈন পাঁরেতব পলেম্ লৈন মাঁরেতবগুম্ লৈরে ।। মখোয়্ অনীগী শিনফম্দি লৈয়ু শুংবনি ।। শাবী শানৌ অনীমক্তি তাইবংমপোক্ত পোক্লকপ লাইগী লাংওল্ ওইবন মখোয়্ অনীন শুংব লৈয়ুন ময়াক্ কল্লী মহাউ হেল্লি ।। লৈয়ু য়োন্বগী ফংলকপ তরেৎ শেন্জান য়াইফ নুংঙাই ওইরক্লে ।। য়ূম্লিং কৈরিংলে ।। মখোয়্ অনীগী লৈয়ুগী ময়াক্ মহাউগী পাউনিংখোন্দু লন্নাং নিংথৌ লৈমাব মাগী চোয়্নৌ মনাকোং য়ৌখ্রে ।। নেংমগী কোরৌ নুমিত্ত লন্নাং লৈমাব মান মনাই পাউখোল্লোয় থাবক্লে ।। লৈয়ু শুংব শাফব শাফবী অনীমক্পু — নখোয়্ অনীন শুংব ব্রাংলৈ অয়াক্প হাউদৈ অথুম্ব লৈয়ু পুদুন লৈমাব ঐগী য়াইকোন্নুংদ খোঙ্গারক্উ — হায়্ন য়াথং পাউকৌরে ।। মখোয়্ অনীমক্ত লন্নাং নিংথৌ মাগী য়াথং পাউহায়্খোন্বু পায়ম পীবুক্ শোংকিন, ব্রাংলৈ অয়াক্পবু হেন্ন ময়াক্ লৈহল্লে ।। হাউদৈ অথুম্ববু হেন্ন মহাউ থুম্হল্লে ।। শাফবী মান লৈয়ু পুল্লাং লুরেল্ কোক্থোংনরে ।। শাফব মান লৈয়ু খরুং অনী পাবোৎ লেংথোং পুরে ।। লন্নাং নিংথৌ মাগী চোয়্নৌ মখূয়াদ লৈয়ু কৎলে ।। কৈখা নোন্ব তাওব হূইগুম্ খূরুম্ লৈপায়্রে ।। লন্নাং নিংথৌ মান লৈয়ুশুংবী শাফবী মাগী চেংলৌ শকউবদ পায়্মনুংদ লাংহৈ কুম্শীং কয়া চেংলৌ শকউখিদ্রব মমোম্ লাংলেন্ নীংশিংলক্লে ।। অকাউ পরৈ থোক্লে ।। লন্নাং নিংথৌ মান য়াব্রা খোঞ্জেল্ নেম্ন — ইমোম্ মান্বী নঙ্বু পলেম্ পন্থৌ কনাগী মমোম্মো — হংবীরে ।। লন্নাং

নিংথৌ চনু মান মথম্মোই নুংহিক্লন মীৎলু পিরাং ঈরা চেন্ন চেংলৌ মায়থোঙ লূক্ল — লল্লাং নিংথৌ লৈমাব ! হাদ ইপন্ পন্থৌ পোক্মাব-ও ! নমোম্ চীংঙু নোংদম্ থীবী কাসা লাইবক্ চাউবী ঐবু চেংলৌ শক্খঙ্বীদ্রবোই — হায়্ন পাউখুম্লে ॥ মপন্ পন্থৌ মান মমোম্ মাক্লৌরেল্ অনীমক্পু পায়্ম পীবুক্ নুংশি চান্ন ঙক্লী লুম্লাং কোন্, শল্লাং তোন্গা নান্বীরে ॥ মমোম্ মাক্লৌরেল্ অনীমক্তি ময়াক্ মহাউ লৈব লৈয়্নু শুংঙম্মী হায়্বগীবু য়ুপান্বী য়ুপান্ব কৌব ফম্ অনীমক্পু শমু খূৎশিন্নখি ।।০।।

লাইয়িংথৌ মচি হন্ব অমসুং লাইরেম্মা পেনু তম্নু উশোক্লৈম অনীমক্কী উমং লাইকোন্নুংদি খূরায় খুন্ফম্লেন্দ লৈ ॥ লাইয়িংথৌ মাবু মচা মনাই খুঞ্জাশিংন হবাউ শক্শেম্তম্ থৌদোক্ কুম্মৈ শান্নদুন তরা চাক্হোঙ্নব, লেম্লৈ ঙাহোঙ্নব, খূঞ্জাউ লৈচাউনবগীবু ঈরাৎ থৌরম্ তৌনরক্ই ॥ লাইয়িংথৌ মান মচা মনাই খুঞ্জাশিংবু অয়ুক্ ঙন্ন কোন্থোক্পী, নুমিদাং ঙন্ন কোর্ন্শিন্বী লাংবল্ কাওরেল্ শন্শেন্বগুম্ ঙাক্পী শেন্বীর ।।০।।০।।

# লাইয়িংথৌ পুরৈরোম্বা

পুরৈরোম্ব কৌব লাইয়িংথৌ মাদি — হে লাইয়িংথৌ খাক্প নিংথৌ তেল্হৈব, ব্রাংব নিংথৌ পাঞ্জুম্ব, অব্রাং পাখং য়োইরেন্ব, থংব নোংনিংথৌ কোন্খৈ অতাম্ব, সব্রাং অথাপ্প, থংব য়োইথংলেন্, শিঙ্কাপ্ লেংন থাব, সিঙ্দুম্ নিঙ্গোয় য়েক্প, মাক্মৈ লুরেন্ খন্ব, লাইবক নোংদম্ ইব, নমু ফাৎলম্ শীন্ব, তাইবং অচঙ অশি লুংব, শরুক্ লৌদম্ হুন্ব, কোরৌ ো:খোয় ফম্ব, নুংনাং য়াইবীরেল্ সিদব, য়াইবী মখোয় নেৎপ, খাক্প পুরৈরোম্ব-ও — হায়ন শৈথানব লাইয়িংথৌনি ।। অসীনসু মদোম্দ্রি ।। লাইয়িংথৌ মাবুদি চীংঙু পুল্লাং নাকাবা, খোইয়ুম্ য়াইবী য়েল্হৌঙৈগী চীংঙু থংব নোংনিংথৌ, খোইয়ুম্ পাখং য়োইরেন্ব, লাংগোই শামু অঙৌব, শায়া মরি পান্ববু লাংগোই খূনেৎনব, কোরৌ চৈখাঙ্ব, ব্রাংবল্ তেল্হৈ পাঞ্জুম্ব, খোইয়ুম্ কোরৌহন্ব, চীংঙু হৈনা চাউব, পামেল্ উচুঙ্ হক্প, হে খোইয়ুম্ লাইয়িংথৌ-ও হায়নসু তেংথানব লাইনি ।।০।।

তেংবান্বগী মপু অথোইব লাই চীংঙু খোইয়ুম্ য়াইবীরেল্ শিদব নোংদম্ব মপু মান মপারী অহন্ব চীংঙু খোইয়ুম্ অসীব লাইয়িংথৌ সনামহী য়েংন হায়্খি — হে ইপারী অহন্ব ! অমম্ লৈশা হাল্লক্প, শোইরেল্ লৈখৈ হান্ন হুন্ব কোঙয়াং ব্রাপীহল্ নঙবু তাউ-ও ।। নপন্ পম্বৌ ঐন মালেম্ তাইবংদ থৌদোক্ কুম্মৈ অমবু শান্নগে হায়্ন পায়্ম পীবুক্ত লেপ্লে ।। মরম্ অসীগীবু ইপারী খেরে নুঙ্গুম্ তগুপ্প মহীরেল্ নঙন কোরৌ নুমিৎকুম্ মশোংচাউব নিংথৌ তারিগ লোইদাম্ থাজগুম্ চেংলৌ শক্কোয় হেন্বী লৈম কাংখল্গ অনীমক্কী মপারী ওইন লাংওল্ লাইচৎ-ও ।। নমু পোংলক্ত তাইবং কুম্মৈ শান্নৌ-ও ।। চাদা নাউদা শল্-ও ।। মপন্ পম্বৌ মাগী থৌসীব্রাবু লুরেল্

কোক্থোংনন চীংঙু খোইয়ুম্ অসীব লাইয়িংথৌ সনামহীন নিংথৌ তারিগী খোয়্বুঙ্দ চঙ্ লৈম কাংখল্গী শিয়োম্নুংদ খোঙ্জঙ্খ্রে ।। লৈম কাংখল্দু নাক্লু ফিয়াল্লে ।। মকুম্ মথা শুরবগী মপারী অম নাউনৌরে ।। নাউব্বা মাগী কোলোয়্দি পুরৈরোম্ব-ও হায়্ন মিংহুল্লে ।।০।।

চীংঙু খোইয়ুম্ অসীব লাইয়িংথৌ সনামহীগী লাইওল্ লাইরী ওইরিব পুরৈরোম্ব মাদি লৈহাউ লৈব লোইবী লোক্মায়্দ হৌব পামেল্ উনিংথৌগুম্ মশেক্ মঙাল্ নাইন হম্ হম্ চাউরক্লে ।। পাখং মথোক্লক্ লাংজেং মকারক্লে ।। চাউব লেপ্তুম্ ফারক্লে ।। তাল্লোয়্ তৃথিরে ।। হাওনিংশং নুরৈশংবীগ পিথেৎ লৈমগ লিক্লাবিচা নোংদম্নুগ লৈম অহুম্মক্পু লুম্দিন্নরে ।। লৈম হাওনিংশং নুরৈশংবীগী মপারীগী কোলোয়্ মমিংথোন্দি হংগেন্ লোংন্ থাব-ও হায়্ন কৌই ।। লৈহৌ নিংথৌ চনু পিথেৎলৈমগী মপারী অহুমক্কী কোলোয়্ মিংলেন্দি খাংহন অহনব-ও, খাংহন্ য়াইম-ও অমসুং খম্নুং ইব্রাইথং-ও হায়্ন মথং মথং ওইনবু কৌই ।। লৈম লিক্লাবিচা নোংদম্নুগী মপারী অনীনি ।। মপারী অহন্ব সোইরেল্ লৈখে হান্ন হুন্ব মাগীন খোইদোম্-ও অদুগ মপারী অতোন্ব উনৌ কোন্দে কোন্ন হুন্ব মাগীন মান্দোম্-ও হায়্ন কোলোয়্ মিংহুন্ তম্খি ।।০।।

লুব্রাং নিংথৌ পুন্সিব মাগী লৈম হাওশিয়াং পুয়াংব চনুদি মপারী শাত্তে ।। মমোম্ ফৃইদে ।। মরম্ অসীগীবু য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা নোংথাঙ্লৈমগী লাইওল্ লাইচৎ ওইরিবী লিক্লাবিচা নোংদম্নু মহাক্পু অঙাং নাউব্বা ওইরিঙৈদগী মমোম্ শক্র লৈম হাওশিয়াং পুয়াংব চনু মান কন্না খঙ্হন্ উহন্দন নাউয়োক্ নাউকোল্লক্ই ।। লিক্লাবিচা নোংদম্নু চাউব লেপ্তুম্ ফারক্লে ।। চেংলৌ শক্কোয়্ হেল্লক্লে ।। লিক্লাবিচা মান লুব্রাংচীংদ লৈরিঙৈ লাইয়িংথৌ পুরৈরোম্ব মাগ অপাম্ নুংশি চেংলৌ মীৎচানখি ।। লাইয়িংথৌ মান মশানৌ লিক্লাবিচা নোংদম্নু মাবু হৈজিং খরায়্ পুদন লুহোংমীমাঙ্ থোক্তুন তাল্লোয়্শিংদ চন্শিন্খি ।। লাইয়িংথৌ পুরৈরোম্ব মান লুব্রাং নিংথৌ পুন্সিববু চহী লাংহৈ কুম্শীং চাম্ঙা পুন্সিরো হায়্ন থৌজাল্ লন্কুবীখি ।। কাসা লাইবক্ চাউবী লিক্লাবিচা মান খোইদোম্গ মান্দোম্গ মপারী অনী ফংজখি ।। মপারী অনীমক্ লুব্রাং মশাইকোন্দ নাউয়োক্লক্খি ।।০।।

খোইদোম্ মান্দোম্ অনীমক্তি মপন্ পন্থৌ মপা খঙদব মচা হায়বদু ওইরে ॥ লুব্বাংমচা পূম্নমক্ত অঙাং নাউব্বা অনীমক্পু মপন্ পন্থৌ মপা খঙদব মচা হায়দুন পাউথোক্পিরে ॥ শানৌ মচীন্ মনাউ অনীমক্ পায়ম পূক্লীং নুংশিরে ॥ তাংজ মায়থোঙ্ চরৈ ফিখুম্লে ॥ নোংমগী কোরৌ নুমিত্তি মপারী অনীমক্ত য়াব্বা খোন্দিন্নন পলেম্ মমা লিক্লাবিচা নোংদম্মুদ — হাদ পলেম্ পোক্মাবী-ও ! শানৌ ইচীন ইনাউবু পোক্প ইপন্ পন্থৌ পোক্মাব মাবু কনানো — হায়ন তাংজ মায়থোঙ্ লৈদ লূক্ত পাউহংলে ॥ পলেম্ মমা লিক্লাবিচা নোংদম্মু কৌবীন মপারী অনীমক্কী উন্বী পূক্লীং খঙলবগী — চাউব লেপ্তুম্ ফাদ্রিব ইপারী অনীমক্-ও ! ইপারী অনীমক্পু পোক্প নপন্ পন্থৌ পোক্মাবদি চীংঙু খোইয়ুম্ পুরৈরোম্বনি — হায়ন তাক্পিরে ॥ খোইদোম্ মান্দোম্ অনীমক্ত পুরৈরোম্বগী মশাইকোন্দ চৎলগ — পলেম্ ইমা লিক্লাবিচা নোংদম্মু কৌবী মান পন্থৌ মান্ব নঙ্বু খোইদোম্ মান্দোম্ ইচীন্ ইনাউ অনীমক্কী পন্থৌ ইপা পোক্মাবনি হায়ন পাউহায়বগী লাক্পনি ॥ পলেম্ ইমা মাগী চীন্গোই মব্বাহৈসীবু ব্বাচুম্বা — হায়ন চীংঙু খোইয়ুম্ পুরৈরোম্বদ পাউহংলে ॥ পুরৈরোম্ব মান মশানৌ লিক্লাবিচা নোংদম্মুবু হৈজিং খরায় পু লুহোং খোঙ্দোং তম্ পুন্সি লৈপুন্ ওইখিবমক্তি নত্তবন তাংজ মায়থোঙ্ ইকায়রবগী — পারী মান্ব অনীমক্-ও ! পুরৈরোম্ব কৌব ঐদি ইপারী মান্ব অনীমক্কী নপন্ পন্থৌ পোক্মাববু নত্তে-এ — হায়ন পাউখুম্লবদ খোইদোম্ মান্দোম্ কৌব অঙাং অনীদু পায়ম পীবুক্লুংদ ইকাই নুংশি য়ান্নন খোয়বুঙ্ থীৎন অশাউ খাম্বী মৈহৌরে ॥ পলেম্ মমা লিক্লাবিচাবু তাংজ মমায় চরৈ ফিখুম্নহন্গে শংলৌ থৌরাংবনি হায়ন পায়ম পূক্লীং চপ্ য়ুংন নীংখল্লবগী অঙাং নাউব্বা অনীমক্ত লীরী থম্মোই তিং, লকা তেন্মৈ লাক্, লীচিং নাকোং ফং তেন্দম্লগে থৌরাঙলবদ লাইয়িংথৌ পুরৈরোম্বদু য়ারৌ শঙাই ওন্দুন মালং নুংশিং অয়াঙবগুম্ অয়াঙ্ খোঙ্জেল্লে ॥ অঙাং নাউব্বা অনীমক্ত শমু মখূত্ত লীরুং তেন্ পায়ন খোঙ্দান্নরবদ লৈয়োন্ পাত্ত লূপ্তুন য়ারৌ মাদি লৈয়োন্দুন লৈরে ॥ অঙাং নাউব্বা অনীমক্ত লীরীদ তেঙ্গা থোং তেন্কাপ্লগে হায়ন তেন্দম্লবদ নৌশি পাস্ত চোন্ব লুব্বাং লাংমাইবন — হাদ নাউব্বা অনীমক্-ও ! য়ারৌ শঙাই নং খোইয়ুম্ লাইনি — হায়ন খোইদোম্ মান্দোম্ অনীমক্পু তেনখাম্নে ।

লাইয়িংথৌ পুরৈরোম্বন অঙাং নাউব্রা অপীশক্ অম ওইন চেংলৌ শকফম্ শাইয়োল্লে ।। অঙক্ অঙাও হৌরে ।। মরোল্ মরি থোক্লে ।। লুৱাং লংমাইবন লাইয়িংথৌ পুরৈরোম্ববু ফৈরা তাজীল্ থোং তাইরেল্ লোংন পায় লুৱাই কোয়রেল্থক্ত লাইজ খীক্ফেন্ চাইরে ।। হা-হুং হা-য়েং — হায়্ন তেংথাদুন পুরৈরোম্বদ নাহাইরোল্ শোল্লে ।। লাইয়িংথৌ পুরৈরোম্বদু অঙক্ অঙাও হৌব ফাখ ।।০।।

লাইয়িংথৌ পুরৈরোম্বগ লুৱাং লংমাইবগ অনীমক্ক নোংপোক্ লম্দ খুম্হোক্খি ।। অসীগী মতুংদ লাইয়িংথৌ পুরৈরোম্বন শগোল্ তৃখাইব শাদোঙ্দুন লোইজীং লান্ন খুম্হোক্খি ।। অসীগীবু লাইয়িংথৌ মাবু লোয়্য়ালাক্প খোঙ্ফেন্ থৌব, লাংগোই শগোল্ তৃখাইব তোংব-ও — হায়ন কোলোয়্নখি ।। লাইযিংথৌ মাগী মপাবী অহনব খোইদোম্ন লুৱাং ফান্তেক্ ওইখি ।। অদুগ মপারী অতোন্ব মান্দোম্ন লেবা খোংনাং ওইখি ।।০।।

লাইয়িংথৌ পুরৈবোম্বন চীংলোন্ তম্লোন্ অনীমক্কী মপু ওইগে হায়্ন পাংমনুংদ নীংখল্লে ।। তৌইগুম্, তেংবান্ব মপু মাগী নোংদম্খোন্ন কন্খিবন লাইবক্ থীব থৌদোক্ অম থোক্লে ।। তরংচীংগী খুভম্ — ঐন ঈরাৎ থৌনাৎকনি, ঐন ঈরাৎ থৌরাৎকনি — হায়্ন লাইয়িংথৌ পুরৈরোম্বগ লুৱাং লংমাইবগ অনীমক্ক মুন্নবে ।। লুৱাং লংমাইবদু পায়্ম পীবুক্ ৱারৌরে ।। লংমাইবন তরংচীংগী খুভম্ থৌদু নুঙ্জাউদু মাগী হূ চেন্ব তেন্ন শাফূ কন্ন, খোঞ্জেল্ য়াক্ক লাউদুন কাপ্খায়্রে ।। লাইয়িংথৌ পুরৈরোম্বদু অশাউ খাম্বী মৈহৌবে ।। ঙংলে ।। পায়্ম খোয়্বুঙ্ খোয়্থিংন শাউবন অঙক্ অঙাও হৌরে ।। সিকুপ্ সিকায় হৌন লৈহৌ নোংহৌ ওইরক্পগী মরী থিন য়াৱা মখোঞ্জেল্ হৌন খাক্ক লাউরে ।। মরোল্ মরি ফাইরে ।। মালেম্ লৈরোল্ ৭ কোরৌ নোংলোন্ ৭ মত্ত লৈব খোইয়ুম্ লাইয়াম্ পূন্নমক পায়্ম খৈন ঙক্লে ।। লংমাইবগী তেন্ন পাল্লবদ নূংখোঙ্ নূংনাওবীদু অঙক্ অখং খোঞ্জেল্ হৌন লাউ খোংলদুন কায়রে ।। লাইয়িংথৌ পুরৈরোম্বন অঙক্ অঙাও সিকপ্ সিকায় হৌরিবদুবু ফনবগী তম্পাক্ লৈহৌ অমাইব লংমাই লৈহৌ অমাইবীন তাইরেল্ লোংন পায় লাইয়িংথৌ পুরৈরোম্বগী লুৱাই কোইরেল্থক্ত লাইজ ঈশিং খীক্ফেন্

চাইরে ।। নাহাইরোল্ শোল্লে ।। লাইয়িংথৌ পুরৈরোম্ব মাগী মচীন্দগীসু নীংথি নুংঙাই, অরাৎ অঙম্, ঈরাৎ লাইশোন্, তিন্‌মিং লাইমিং খিবিক্ শোন্‌তেক্লক্লে ।। পুরৈরোম্বদু অঙক্ অঙাও সিকুপ্ সিকায়্ হৌব ফরে ।। লাইয়িংথৌ পুরৈরোম্ব মরোল্ থোক্লে মরি থোক্লে ।। মাগী য়াথংন খুন্থন্ নাইথন্ন খারৌ লাইরৌ কেন, নোংপোক্ নোংচুপ্, চুপ্‌চি লাইজী কেন পাল্লে ।। অসূম্ন লাইয়িংথৌ পুরৈরোম্বদি লৈপাক্কী থৌসু নিংথৌগী থৌসু থৌ অনীমক্ পুদুন লৈখি ।। লুব্রাং লংমাইব পুরেং নুমান্‌বদি লংমাইজীংদগী ফূনাল্ চীংদ খোঙ্‌চত্তুন খুন্দাখি ।। ফূনাল্ তেল্‌হৈববু মপারী ওইন ফংজখি ।।০।।

নোংমগী কোরৌ নুমিত্ত খূমন্ লৈমাবগী উচেক্ লাংমৈ মতু থেৎপ কোক্‌য়েৎ অদু ফূনাল্ তেল্‌হৈবগী তেন্ন কাপ্‌লুরে ।। মরম্ অসীগীবু খূমন্ নিংথৌন ফূনাল্ তেল্‌হৈব মাবু খূমন্ পুঙ্দ কৌরগ মমিৎ অনীমক্ কোৎথোক্‌খি অদুগ খূমন্ লৈমদ তেন্দম্মু হায়্‌ন য়াথঙ্ পাউহায়্‌খি ।। তেল্‌হৈবন পুরৈরোম্বগী অখাক্ অরাউ লীরুং তেন্ নীংশিংদুন খোইয়ুম্ লাইবু ব্রাশক্রদুন লীরীদ তেঙ্গা থোং তেন্‌কাপ্‌লে ।। খূমন্ লৈম মাগী থীক্লেন্ থারক্ত তেন্‌বাল্লে ।। লৈম মাদি মপুক্তগী মচা য়াওন নোংমল্লে ।। খূমন্ নিংথৌন ফূনাল্ তেল্‌হৈববু ফম্ন ফম্ন হিংন হিংন হিংফুম্ ফুম্‌খি ।।০।।

ফুম্‌খিব মফম্ অদুদগী ফূনাল্ তেল্‌হৈবদি পামেল্ তেরা অঙৌব পাম্বী ওইন হৌরক্লে ।। তেরা মাগী মনা, মপান্, মশিং মৈ থারুবদগী খূমন্ পূম্নমক্ অঙাও অঁফৈ ওইরে ।। মচীন মনাউ মপা মচা খঙ্‌নদ্রে ।। হাৎনরে, শুনরে হায়্‌বগী তেরা অঙৌব পাম্বীদু হাইবী শীংজঙ্ চাউথোইবন য়ান্‌থৎলে ।। তেরা পাম্বীদু কোরৌ নোদোল্ অব্রাংবদ পাইখৎখ্রে ।। লুব্রাং লংমাইবন পামেল্ তেরা অঙৌবগী মশক্ ওইখি ।। পাথংবগ পুরৈরোম্বগ অনীমক্ক লাইরেল্‌গী মশক্ ওইরদুন পামেল্ উপাম্বীদুগী মনুংদগী হোইরৌ হয়া লাউরক্‌খি ।। পামেল্ তেরা অঙৌবদুন অব্রাংব নোংদোল্‌দ পাইরক্তুন কংলৈপুঙ্‌ময়োন্দ তারক্‌খি ।। তেল্‌হৈবগী মপারী নুঙ্কাঙ্‌বগ অয়াংচাম্বগ অনীমক্তি মপা মপুগী খুভম্ খুরুম্‌জনবগীদমক্ত লাক্তুন খূরায়্ খুন্‌ফম্‌লেন্দ খুন্দাখি ।। ইতম্ খোঙ্‌বান্‌লোম্‌দ খুন্‌গুম্‌খি ।। শেল্লোই লংমাই অসীদি লুব্রাং লংমাইবগী মচা মশূগী লম্ ওইখি ।।

তৌইগুম্, অমম্ তরংচীং অদুবুদি পুরৈরোম্ব চীং-ও হায়্ন খঙ্নখি ।। চীং অসীদ লাইয়িংথৌ পুরৈরোম্ব মাবু ঈরাত্তুন থৌনিজরবদি কংলৈপুঙ্ খুন্জাউ লৈচাউব চাক্হোঙ্ ঙাহোঙ্ব ওই হায়্বগীবু পোইরৈ চাদোল্ ব্বাংঙম্ সূদোন্ন ঈরাৎ থৌরম্ তৌনরক্ই ।।০।।

**অতোপ্প ব্বারী অমা ঃ** নিংথৌ তাবিগ লৈম তানুগ অনীমক্কী মপারী অনীনি ।। মপারী অহন্গী কোলোয়্ মিংলেন্ন পুরাং-ও অদুগ মপারী অতোন্বগী মিংলেন্ন পুবৈবোম্ব-ও হায়্ন কোলোয়্নৈ ।। কুম্ অমদি ব্বাউ তরুক্ চুপ্প কোরৌ নোংদোল্থক্তগী লাইজ ঈহৈথরক্পদগী কংলৈপুঙ্মযোল্ লাইজ ঈথূম্লে ।। নমু পোংওইব পূম্নমক্ লৈঙমদ্রবগী লোইবী চীংজাউ কানখ্রে ।। লৈবাক্ নিংথৌ কাংলে ।। চীংঙু খোইয়ুম্ অশীবন লৈনুং য়াবিরোক্ পুরক্লে ।। পুরৈরোম্ব থিরুরে ।। পুরৈরোম্ব মান লৈনুং চাখা য়াবিরোক্ত কংলৈ পিবা লিংনব খোইয়ুম্ নোংদম্ য়েংউ তাক্পীবে ।। লৈনুং য়াবিরোক্ত চীংঙু খোইয়ুম্ অশীব নীংলে ।। নোংপোক্ অচিবন তাইবং শক্তম্ লৌদুন লংওল্ তৌখিব পুরৈরোম্বন চীন্গোয্ ময়ানুংদ নোংলুম্ পুদুন লাক্লে ।। লৈনুং য়াবিরোক্ত পুবৈরোম্ববু চেংলৌ শক্উরবদ — ইশাবী-ও য়াইফব নঙ্গী পাউতাক্ তুংইন্ন চীংঙু লাইবু নীংজব করিগী ইপাবী মাবু ফংদবগে — হায়্ন পাউহংলে ।। য়াবিরোক্ মাগী পাউখুম্ পীগে হায়্নবু পুরৈরোম্ব মান খল্লে ।। তৌইগুম্, চীন্গোয্ ময়ানুংদ নোংলুম্ উম্ব মরম্ব চীন্গোয়্ ময়া কাথোক্ঙমদ্রবগী পাউখুম্ পীঙমদ্রে ।। লৈরোল্ লৈফাই ওইন লৈরে ।। মাগী মতৌসী উবদ লৈনুং য়াবীরোক্ত নাহাইরোল্ শোন্দুন পুরৈরোম্ববু থেম্লে ।। পুরৈরোম্ব তেথরে ।। চীন্গোয্ ময়ানুংদগী নোংলুম্দু য়াবিরোক্ত শমু খূৎথেংনন খূৎশিন্নরে ।। অদুদগী পুরৈরোম্ব লোন্খঙ্লে ।। চীংঙু অচিব লোন্থোক্লে ।। য়াবিরোক্ত নোংলুম্দু কোন্বদ নমু তাইবং শক্ফম্ ওইঙমদ্রে ।। লাইয়িংথৌ পুরৈরোম্ব মাগী য়াথং পাউতাক্ তুংইন্ন লৈশীরেল্ লৈপুন্বীন নোংলুম্দু কোল্লে ।। লোইদাম্ ইঙেন্ থাগী থানিল্ কোরৌ নুমিৎ অমদ নোংলুম্দুন নমু তাইবং শক্তম্ ওন্দুন হন্জীং চীংমৈ ইন্ন মৈবুল্ হাইজাউ থান্দুন খুন্গুম্লক্লে ।। নাউব্বা অঙাংদুবু নোংদা লাইরেল্ পাখংব-ও হায়্ন কোলোয়্ মিংহন্ তম্খি ।।০।।

মরুওইব লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা কয়াগী খুভম্শিং কংলা মনুংদ লৈবগুম্ লাইয়িংথৌ পুরৈরোম্ব মাগীসু কংলা মনুংদ খুভম্ লৈ ।। নূংলোন্ পুয়ান হায় — য়ুম্জাউ কৌবদি ফৈদোম্ মাপল্নে ।। ময়ায় ফৈদোম্দ য়াই কৌব নুঙ্ অম লৈবনে ।। মচু ঙৌএ ।। মশক্তি লাইশক্রে ।। মমিংদি পুরৈরোম্ব-ও কৌএ ।। হামেং অঙৌবন লাৎ-ও ।। নীংব থুংএ ।। পুরৈরোম্বগী নাউফম্ নাউয়োম্ অনীমক্ তম্ফাগী চফ্দ হাপ্তুন য়াইগী কেকায় খুম্লিবনে ।। ফম্কা শঙ্গী শাইপু লাঙ্জৈদ য়াই কৌব নুঙ্ অনী লৈবনে ।। মশক্তি লাইশক্রে ।। মচুদি অমন ঙৌএ ।। অমন ঙাঙ্এ ।। মমায়দি অৱাং পাংএ ।। অমদি পুরৈরোম্ব কৌএ ।। কোলোয় লৈমগী নোংচুপ্ত অহল্লুপ্ পুঙ্ লৈবনে ।। অদুদ পুরৈরোম্বগী লাইফম্নে ।। ওক্র লাৎ-ও ।। ফৈএ ।।০।।

লাইয়িংথৌ পুরৈরোম্ব মাবু অঙোম্ পোক্প মবুধৌ ওইন অঙোম্ য়েক্ শলাইগী য়ুম্নাক্ শাগৈশিংনসু ঈরাৎ থৌরম্ তৌনৈ ।। খূরায় তাব চীন্গাংবম্, কংলা তাব চীন্গাংবম্, নাউরেম্থোং তাব চীন্গাংবম্, খাঙোন্বম্ অমসুং ৱাংখেম্নসু লাইয়িংথৌ মাগী খুভম্দ ঈরাৎ থৌরম্ তৌনৈ ।। পুরৈরোম্ব খোংনাংগী খাথংব মফম্দসু লাইয়িংথৌ মাগী লাইফম্ লৈ ।। লাইয়িংথৌ মাবু খুঙ্গং লৈকাই কোন্ব উমংলাই ওইন লম্লায়, বামোন্কম্পু, আরাপ্তি, নহারুপ্, অন্দ্রো, চন্দ্রখোং, খোংমন্ অমসুং চঙীংদ লৈব লাইয়িংথৌ মাগী উমংলাইকোন্নুংদ মচা মনাই খুঞ্জাশিংন খুঞ্জাউ লৈচাউনব, চাক্হোঙ্ ঙাহোঙ্নবগীবু হরাউ শক্শেম্তম্ থৌদোক্ কুম্মৈ শান্নদুন ঈরাৎ থৌরম্ তৌনৈ ।। লাইয়িংথৌ মাগী লাইকোন্নুংদ মশানৌ লাইরেম্মা হাওনিংশং নুরৈশংবীগ, পিথেৎ লৈমগ, লিক্লাবিচা নোংদম্নুগ অহুমক্তি লাইয়িংথৌ মাগী ওয়রম্ ফম্বাল্ ঙান্ন লৈ ।।০।।০।।

# লাইরেম্মা ঈরৈম

চীংঙু খোইয়ুম তেংবান্ব মপু নোংদম্ব মান অপাম্ নুংশি থৌদোক্ কুম্মৈ অম শান্নরগে হায়্ন পায়্মনুংদ নীংখল্লবগী মপারী চীংখোঙ্ অহন্ব চীংঙু খোইয়ুম্ অশীব লাইযিংথৌ সনামহীগ মমোম্ যোইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা নোংথাঙ্লৈমগ অনীমক্পু চেংলৌ মীৎগেংন যাথং পাউহায্বে — ইপারী অহন্ব নঙ্গী লাইওল্ লাইচৎ ওইবিব চীংঙু খোইয়ুম্ নোংপোক নিংথৌ কায্নৌ চীংশোন্বগ ইমোম্ নঙ্গী লাইওল্ লাইচৎ ওইবিবী যোইবু খোইমোম্ লাইবেম্মা পান্থোইবীগ অনীমক্পু মালেম তাইবংদ লাংওল্হল্-ও ৷৷ অপাম্ নুংশি তাইবং কুম্মৈ শান্নহল্-ও ৷৷ মপন্ পন্থৌ নোংদম্ব মপু মাগী য়াথং থৌশীখোল্বু নাতাববগী চীংঙু খোইয়ুম্ অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীন লাইযিংথৌ নোংপোক্ মাবু কংলৈ মপু মৈদিংঙু তেল্হৈবগী মপাবী তবুংব ওইন লাংওল্হল্লে ৷৷ যোইবু খোইমোম্ লাইবেম্মা নোংথাঙ্লৈমন লাইরেম্মা পান্থোইবীবু চীংদাই নিংথৌ মমোমলোয্ লুইবেলা শাফবী ওইন লাংওল্হল্লে ৷৷ লুইবেলা শাফবী মাবু লাবা লাশংনু, হাওমা লিক্লাং শাফবী, হাওবং লৈশং শাফবী, ঈবৈম-ও হায্নসু কোলোয্নৈ ৷৷০৷৷

যোইবু খোইমোম্ লাইবেম্মা পান্থোইবীগী লাংওল্ ওইবী লুইবেলা শাফবী মাদি চীংদাই নিংথৌ মাগী অমত্তা পোক্চবী মমোম্নি ৷৷ মথক্ত মচেম শাত্তে ৷৷ মখাদ মনাউ ফৃইদে ৷৷ মবুং মৌপুব্রা লৈতবী ইনুং নোংদোল্ মকোয়্দ নাইতোম্ থোক্পী মদোম্ ঙাঞ্জবী লোইদাম্ থানিল্ থাজনি ৷৷০৷৷

চীংঙু খোইয়ুম্ নোদম্ব মপু মান তবুং নহা শাফবগ লারা লাশংনু শাফবীগ অনীমক্কী অপাম্ নুংশি থৌদোক্ কুম্মৈ শান্নরগে হায়্ন পায়্ম পীবুক্ত নীংখল্লবগী মৈদিংঙু তেল্হৈবন নোঙ্গাগ্রবদ মনাউ ইবুংঙো তোনাববু পাখং

মথোক্লক্ লাংজেং মকারক্লব মৈদিংঙুচা তবুংবগী য়াইবী মথল্লায় লৌনব তেম্শিংহল্লে ।। তবুংবন পলেম্ মমা সন্নরেম্বীগ লোয়্নন ইনুং অমগী অহিং তাংলৌ লৈন থেঙ্লব নোংয়াই ইচিক্ হুন্বদ কংলৈ ফম্বাল্দ হন্ন অমুক্তং চেংলৌ মীৎয়েংলম্লগ তাক্লৌ শিদং শোন্ন চেংলৌ মায়্থোঙ্ অল্লাং পাং য়াইবী মথল্লায় হিংনবগীবু লোইবী চীংজাউ কাখি ।। চেংলৌ শক্লোৎন কৌরৌ শীংবুম্ কয়ানি খোঙ্চৎলবগীতুং অদুগুঁ মপন্ পন্থৌ মৈদিংঙু লাইরেল্ তেল্হৈবগী মঙাই অচান্ব চীংদাই নিংথৌগী মশাইগোন্দ ল্লায়্থুংখি ।। অসুম্ন ল্লায়্থুংলুরবদ চীংদাই নিংথৌ মমোম্লোয়্ চাউব লেপ্তুম্ ফারবী, থীক্লেন্ মচী ফল্লবী, চেংলৌ শক্লোয় হেন্বী, মায়্থোঙ্ মঙাল্ নাইবী লুইরেলা শাফবী মাগ চেংলৌ শক্খঙ্নখি ।। লাইরেল্ মৈদিংঙুচা মাবু চীংদাই নিংথৌ মান মপারীদ মপারীগুম্ নউয়োক্ নাউকোন্বীখি ।। তম্গী মবুং তবুংগ চীংগী মচল্ লুইরেলাগ পাম্লৌ চৎলে চৎমিন্নৈ ।। লোক্থা কুম্লে কুম্মিন্নৈ ।। লৈরাং হেক্লে চিন্মিন্নৈ ।। হৈরাং হেক্লে চামিন্নৈ ।। চেক্লা য়েংলে নোক্মিন্নৈ ।। অসুম্ন কোরৌ শীংবুম্ কয়া হৌখ্রব লোইদাম্ থাবুম্ কয়া চৎখ্রব তুং নোংমগী কোরৌ নুমিত্ত শাবী শানৌ অনীদু পুন্সি লৈপুল্ ওইমিন্নসি হায়্ন শারী ল্লাশক্লরে ।। তবুংব মান কংলৈপুঙ্ ময়োন্দ নিংথৌ ওইরগ মশানৌ লুইরেলা শাফবীবু লৈমরেল্ ফম্থোল্ কাহন্গনি ওয়্রম্ ফম্বাল্ লাংহন্গনি হায়্ন মশানৌ মাগী শমু মখৃজেং পায়্ন মবুধৌ পাখংব পন্ন শরী ল্লাশক্লে ।।০।।

লুইরেলা হাওমা লীক্লাং শাফবী মান মশাবী তবুংব মাবু মথম্মোই খৈন নুংশিবনে, কংলৈপুঙ্ময়োল্গী লৈমরেল্ ফম্থোল্ পামজবনে পায়ম্ ল্লাখল্ অনীমক্ল উন্বী মপূক্লীং মথুম্ মরাঙ্ হৌরবগী পন্থৌ মপা নিংথৌদ মৈদিংঙুচা তবুংবন কংলৈ ফম্বাল্ ফংনবগী কংলৈপুঙ্ময়োন্দ লান্দাবদ থৌরৈ তেঙ্বাঙ্বীয় হায়্ন লেম্লৈ ঙায়িন্ তক্পগুম্ তক্শিল্লে ।। লাংহৈ কুম্শীং মঙা শুরবদ মৈদিংঙুচা তবুংবন লোইবী অথৌব চীংমী অকন্বগী মতেঙ্ন কংলৈপুঙ্ময়োন্দ হুইয়েন্ লান্দারে ।। হুইয়েন্ লান্ঙমলে ।। কংলৈ ফম্বাল্ কারে ।।০।।

চীংঙু খোইয়ুম্ নোংদম্ব মপু লাই মান শান্নগে নীংখন্খ্রব থৌদোক্ কুম্মৈবু নমু তাইবংদি লায়্রি খোইয়ুম্ কনান কক্ঙম্গবনো ।। অদুগুঁ মবুধৌ

পাখংবগী কোলোয় মিংথৈ মিংলেন্ পন্ন তবুংব মান শক্খিব শরী ব্রাশক্পু পায়ম নুংদ নীংশিংহন্দ্রে ।। পলেম্ মমা সন্নরেশ্বীন মপারী মাগী নিংথৌ ফম্বাল্ চেৎনবগী খল্ অঙোম্ নিংথৌ মাগী মমোম্ লাংলেন্ নোংবাল্লোন্ লমফেল্ ঙশ্বীবু লুহোঙ্ খোঙদোং পুন্সি লৈপুল্ শেম্খ্রে ।। লৈমরেল্ ফম্থোন্ থিন্‌দোক্খ্রে ।।০।।

চীংদাই নিংথৌচনু লুইরেলা হাওরং লৈশং শাফবী মাদি কম্‌দৌবি ।। নোংমগী কোরৌ নুমিৎনি ।। চীংদাই নিংথৌ য়ারৌ শাদান্‌ব চৎলি ।। লোইবী লোক্মায় লাম্মে থাদুন য়ারৌ শাদাল্লি ।। য়ারৌ শারম্ থৎলি ।। নোংদম্ব মান ত্রম্‌খিবন শাফৃকনব মালং শাহুম্ অমন খংহুম্ হুম্ লম্মে মান চীংদাই নিংথৌ মাগী লম্থে লান্ন মৈচাক্খিদুন চীংশোঙ্ নিংথৌগী লম্থৈ লান্‌শীন্খ্রে ।। চীংশোঙ্ নিংথৌ অশাঙৈ থাম্বী মৈহৌরে ।। চীংশোঙ্ মাবু মীথানদে নিংথৌ মাবু উশীঙে হায়্‌বগী চীংদাই নিংথৌ মাবু শমু মখৃৎ হাউনা পরৈ তুংবুন্নন ফারে ।। য়াইবী মথব্রায্ হিংনিংলবদি মমোম্ লুইরেলাবু কোবৌ নুমিৎ শীংবুম্ মঙানিশুবদ চীংশোঙ্ নিংথৌ মাঙোন্দ অওঙ্ অউন্ তম্ কৎলু হায়্‌রে ।। চীংদাই নিংথৌ ব্রাঙাংদ্রে ।। মনাই অচান্‌ব অমন চেন্দুন লুইবেলা শাফবীদ পাউয়ৌখ্রে ।। মমোম্ মান মপন্ পন্থৌগী যাইবী মথব্রায়্সু কন্‌গে নুংশি ব্রাশক্লু ঙাক্কে খল্লবগী পলেম্ মমাগী য়াইফ থৌজাল্ লুদ থোং চীংশোঙ্ নিংথৌ মশাইকোন্দ খোঙ্দোয়খ্রে ।। চীংশোঙ্ নিংথৌদু পায়্ম পীবুক্ থুংলে খল্লবগী হরাউ মথোই কারে ।। লুইরেলা শাফবী মান পম্বে অম থিদুন চীংশোঙ্ মাগী মকাদগী নাম্থোক্কে খল্লী ।। পাম্‌দন অপাম্‌শা নুংশিদন নুংশিশা চীংশোঙ্ নিংথৌ য়েংন — হোয়্‌দ, ইশাবী চীংশোঙ্ নিংথৌ অকন্‌ব-ও ।। নশানৌ মোম্মু নুজা ওইবী ঐদি নুমিৎ শীংবুম্ মঙানি কোরৌ মঙাল্ উফদে ।। চাক্মাং ফিমাংলিয়ে ।। কোরৌ শীংবুম্ মঙানিগী তুং লুহোঙ্ থৌবু পাঙ্‌সে ।। পুন্সি লৈপুল্ শেম্‌সে ।। চাক্তিন্ ফিদিন্নসে — হায়্‌রে ।। চীংশোঙ্ নিংথৌদু হোয়্‌য়ারে ।। মপন্ পন্থৌবু চীংশোঙ্ মাগী মশাইকোন্দগী থাদোক্খ্রে ।। কবম্ব শংলৌ ইথৌরাংন লুইরেলা কাসা লাইবক্ চাউবী ঐবু পাম্ব কৈরেল্‌সীগী মখায়াৎনুংদগী নাম্থোক্‌সীগে — হায়ন লুইরেলান পায়্ম ব্রাখল্ তৌরে ।।০।।

কোরৌ শীংবুম্ মরিনি হৌখ্রে ।। চীংশোঙ্ নিংথৌ মাগী অকন্ অথৌশিংন শমু মখৃত্ত তিমেন্ তা পায় লুইরেলাবু ব্রাংলেন্ মীৎকুপ্ কাংদন

শঙ্‌লি ॥ নাম্বোক্‌ফম্‌ লম্বী উদে ॥ কোরৌ নুমিৎ অদুমক্তি তবুং নিংথৌ মান, পলেম্‌ মমা সন্নরেম্বীন কোরৌ নোংগাম্লব তুং, মবুধৌ পাখংবগী কোলোয়্‌ মিংলেন্‌ পন্‌ শরী ৱাশক্‌খিবদু নোংদম্ব মাগী নোংদম্‌খোন্ন খংনীং নীংশিংলক্‌ মাগী মশানৌ হাওমা লীক্লাং শাফবী লারা লাশংনুবু তাল্লোয়্‌ শীংদ চল্‌ কংলৈপুঙ্‌ময়োল্‌দ শমু খূজেং পায়্‌ন পুগে, কোরৌ নুমিৎ শীংবুম্‌ অমত্তং ওইরবসু লৈমরেল্‌ ফম্‌থোল্‌ কাহন্‌গে হায়্‌ন উন্‌বী নুংদ লেপ্লবগী লোইবী চীংদাই খুল্‌দ ৱায়্‌থুংলব নুমিৎনি ॥ মশানৌ লারা লাশংনুগী লুহোঙ্‌ খোঙ্‌দোংব নুমিত্তি মথংগী কোরৌ নোংজাদনি হায়্‌ববু নাতারবগী মশানৌবু কন্‌গে হায়্‌বগী কোরৌ নুমিৎ অদুমক্কী অহিং নোংয়াই ইচিক্‌ হুন্‌বদ তবুং নিংথৌ মান অরোন্‌ব লম্বী থি, মনাই অম অনীগ চীংশোঙ্‌ নিংথৌ মশাইগোন্দ হুইয়েন্‌ লান্দারে ॥ অদুগৈগী শরী ৱাশক্‌পু ঙাক্‌ঙম্‌দবগী মবুধৌ পাখংব শাউরে ॥ তবুং মায়্‌থীরে ॥ চীংশোঙ্‌ নিংথৌন তাংজ লুরেল্‌ কক্‌খ্রে ॥ চীংশোঙ্‌ মান লুইরেলাগী পায়্‌ম ৱাখল্‌ খঙ্‌লবগী — ঙসি ইনুং ঙান্দ্রিফাও নশাবীগী চেংলৌ মশক্‌ য়েংজৌহে — হায়্‌ন তবুং মাগী তাংজ লুরেল্‌বু লুইরেলা মাঙোন্দ লংশিল্লে ॥ চীংশোঙ্‌ নিংথৌ হরাউ মথোই কারে ॥ ৱাংলৈ অয়াক্‌প থক্লে ॥ হাউদৈ অথুম্ব চিংলে ॥ শানৈরে ॥ যুনৈরে ॥ নোক্লে ॥ খেরে ॥ ৱাংলৈ হাওদৈ ময়াক্‌ অকন্‌বন লেক্‌থরে ॥ নোংমল্লবগী মতৌগুম্‌ তুম্‌খুল্‌ হুন্‌খ্রবদ হাওমা লীক্লাং শাফবী মান হয়েং ইনুং ঙান্‌খ্রবদি মশাবী তবুং মাগী অকক্‌প তাংজ লুরেল্‌দু লুখা থাগ্রনি খঙ্‌লবগী চরৈ নুংদ থাগোন্ন তাংজ লিল্‌ অমোম্‌গী মতৌগুম্‌ ইনুং ঙাল্লম্‌দাই তাইবং ইচীক্‌ হুন্‌বদ চীংশোঙ্‌ মশাইকোন্দগী নাম্বোক্‌খি ॥০॥

চীংদাই নিংথৌ চনু লুইরেলা শাফবীন মশাবী তবুংগী অকক্‌প তাংজ লুরেল্‌দুবু হাওশম্‌দ হাপ্‌চিল্লে ॥ হাওশম্‌ তুংয়ান্‌ নম্বোনরে ॥ হাওনুবী শম্বুবী ওইরে ॥ হাওম লীক্লাং শাফবী হাওনুবী শম্বুবী মান পাম্ব কৈরেল্‌ কৈজাউন তাল্লবী য়ারৌ শজি অমোম্‌গুম্‌ মশাবী তাংজ লুরেল্‌ কক্‌পগী ঈন ঈচেল্‌ ওইরব ঈরিল্‌ তুরেল্‌ মাগী ঈচেল্‌ তুংইন্ন অয়াঙ্‌ খোঙ্‌জেল্লক্লে ॥ ঈরিল্‌ তুরেল্‌ তাব লাইজ ঈখোং অম য়ৌবদ ঈখোং মাগী মপান্দ — নশানৌ মোম্লু চীংঙু নোংদম্‌ থীবী কাসা লাইবক্‌ চাউবী ঐদি লুখ্রা শীংদ চল্লেদো — হায়্‌ন তেংথাখি ॥

ঈখোংদুবু তাইবং চাদোল্ নমু সূদোন্ন লুখ্রা খোং-ও হায়ন কোলোয়্নখি ।। অসূম্ন লাক্পন ঈবিল্ তুরেল্ তাব লাইজ ঈখোং অম অমুক্ য়ৌরবদ মশাবীগী লুরেল্দগী তারক্প ঈখেংন ইচাই চাইখি ।। মফমদুবু ঈচাই-ও হায়ন কোলোয়্নখি ।। খরবু চৎলে হায়্রগ ঈরিল্ তুরেল্ তাব লাইজ ঈখোং অমগী ঈপান্দ মশাবী তবুংগী অকক্প তাংজ লুরেল্ কোন্দুন মশাবীবু কৌদুন কপ্খি ।। ঈখোংদুবু ঈকৌ-ও হায়্ন মিংহুন্খি ।। অসূম্ন অসুম্ লাক্পন ঈরিল্ তুরেল্ তাব লাইজ ঈখোং ঈচিল্ অম য়ৌরক্পদ মশাবীগী তাংজ লুরেল্দু শম্মুংদগী চোংথখি ।। মশানৌ শাফবীন ঈরোন্নুংদ চোংথদুন তাংজ লুরেল্ মাবু মথানুংদ কোন্শিন্দুন পুখল্লক্খি ।। মরম্ অসীগীবু ঈফম্দুবু কোন্ফম্-ও হায়্ন পোইরৈ চাদোল্ ৱাংঙম্ সূদোন্ন মিংহুন্খি ।। হাওনুবী শম্নুবী মান কংলৈ য়াইকোন্নুং য়ৌব অশম্ব য়াংদৌ লম্বী চৎলক্লে ।। খরবু চৎলে হায়্রগ শম্নুবী মাগী শম্দু পৈথরক্লে হায়্বগী লম্লেন্ অমবু শম্বে-ও হায়্ন কোলোয়্নখি ।। অসূম্ন অসুম্ তাংজ মায়্থোঙ্ মখা পাংন লাক্পন লম্লেন্ অম য়ৌরবদ হাওমা লীক্লাং শাফবী মান শমু মহক্চাং চোক্থরবগী ৱাংলেন্ মীৎকুপ্ খরদং পোৎথাদুন তল্লম্মী লৈরম্মী হায়্বগী লম্লেন্দুবু পোইরৈ চাদোল্ ৱাংঙম্ সূদোন্ন হাওতল্-ও হায়্ন কোলোয়্নখি ।। অসূম্ন কংলৈপুঙ্ময়োল্ খোঙ্গারক্পন কংলা য়াইকোন্নুং চঙ্লক্লে ।। লৈমরেল্ লম্ফেল্ঙম্বীগ চেংলৌ শক্উনরবদ — লৈমরেম্বী যাইফবী-ও ! ইশাবী মাগী তাংজ লুরেল্সী চীংশোং মিংথৌ মহাক্ন লুখা থাখ্রগনি হায়্বগীবু মশানৌ ঐন কংলা য়াইকোন্নুংদ পুরক্পনি ।। মৈদিংঙুশিংগী মংলেন্দ লুবেল্ লূপুঙ্থোল্ লূচন্বীহৌরো — হায়্ন লুরেল্ খূৎশিন্নরম্লগ ৱাংলেন্ মীৎকুপ্ অমফাও পন্থবম্দন কংলা য়াইকোন্নুংদগী নোংথাঙ্ মান তৌবগুম্ অয়াঙ্ খোঙ্জেন্খি ।। শমু মমায়্ অৱাং লাইন পাংবদ ওন্ অয়াঙ্ খোঙ্জেল্লক্পন ঈরিল্ তুরেল্ তোরবান্ কোন্ফম্ ঈরেল্ ঈকোন্ য়ৌরবদ মশাবী মাগী তাংজ লুরেল্ন ঈবোন্নুংদ চোংথখিবদ্ পায়ম্ নুংদ নীংশিংলক্ শমু খোঙ্কাপ্ থাংঙম্দ্রে ।। তুরেল্ ঈকোন্ ঈপান্দ লেপ্লম্বদগী — ইশাবী ইবুংঙো তবুং কৌব-ও ! হুন্তক্পী মপোক্ লাংওন্দদি নুংশি লৈপুল্ ওইঙম্খিদ্রে ।। হয়েংমুক্পী মপোক্ লাংওল্ খুদীংদদি ইশাবী তম্গী ইবুং নঙ্গ নশানৌ চীংগী নচল্ ঐগ চেক্লাগুম্ চীন্দিন্ন পোম্বীগুম্ চীল্লোক্ন ঙাতিন্গুম্ হক্য়েৎন পুন্সি লৈপুল্ ওইমিন্নসী শরী ৱাশক্ থুংনসীকো

— হায়রল্লগ কোন্‌ফম্ ঈরেল্ ঈকোন্‌গী ঈরোন্নুংদ খোঙ্গুম্‌খি ।। কোরৌ অদু নোংদগী চীংদাই নিংথৌ চনু লুইরেলা শাফবী মাবু ঈরৈম-ও হায়্‌ন পোইরৈ চাদোল্ য়াংঙম্ সূদোন্ন কোলোয়্‌নখি ।। য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা ঈরিল্ লৈম ঈরৈম ওইখি ।।০।।

তবুং নিংথৌ মাগী মপারী লাইরেন্‌বন কংলৈপুঙ্‌ময়োল্‌দ ফম্বাল্ কাদুন কংলৈ লৈমাব ওইরবদ নোংমগী কোরৌ নুমিত্ত পলেম্ মমা লম্‌ফেল্‌ঙম্বীন — ইপারী ইবুংঙো লাইরেন্‌ব নঙ্‌বু তাউ-ও ।। নপন্ পন্থৌ মান কংলৈ ফম্বাল্ ফংজখিবদি চীংদাই নিংথৌ মমোম্‌লোয়্ লুইরেলা শাফবী ঈরৈম মাগী মপান্ননি ।। অসীনসু মদোম্‌দ্রি ।। চীংশোং নিংথৌ মান লুখা থানখ্রগদব নপন্ পন্থৌ মাগী তাংজ লুরেল্‌বু লুইরেলা শাফবী মান মথংলেন্ মপুরোইবমক্কী তাংজ লুরেল্‌নি হায়্‌ন পায়ম্ পীবুক্ত খন্ন কংলা য়াইকোন্নুংদ পুরক্‌খিবনি ।। অসূম্নবু নপন্ পন্থৌ মাগী তাংজ লুরেল্‌দু কংলা মংলেন্দ লুত্তিন্‌খিবনি — হায়্‌ন পাউদম্‌খি ।। অসূম্ন পাউদম্নবগী তুং ইনুং অমদি মৈদিংঙু লাইরেন্‌ব মাগী খোম্‌লেন্ মংলান্দ লুরেলা শাফবী ঈরৈম মান লাক্লগ হায়্‌বরে — হে পোইরৈ নিংথৌ য়াংঙম্ লৈমাব নঙ্‌বু তাউ-ও ।। ঈরৈম ঐদি য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা পান্থোইবীগী লাইওল্ লাইচৎ নে ।। য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা নোংথাঙ্‌লৈম মাগী থৌশীবাবু লুরেল্ কোক্ত থোংন তাইবং মপোক্ত পোক্‌লক্‌পনে ।। নমু অরায়্‌ব তাইবং অচম্ববু নত্তেয়ে ।। খোম্‌লেন্ মংলান্‌গী পাউহায়্‌খোন্‌বু নাতারবগী মৈদিংঙু লাইরেন্‌ব মান পোইরৈ শীন্ন য়াংঙম্ শন্ন চীংদাই নিংথৌ চনু লুইরেলা শাফবী ঈরৈম মাগী উমং লাইকোন্নুং শেম্, য়োইবু খোইমোম্ পান্থোইবীগী লাইওল্ লাইরি ওন্বী মাবু নীংশিংদুন কুম্‌জা খূদীংগী হরাউ শক্‌শেম্‌তম্ থৌদোক্ কুম্মে শান্নদুন ঈরাং থৌনি তৌ-ও — হায়্‌ন কোলোয়্ ময়াথং অহক্‌পবু লাউথোক্‌খি ।।০।।

লাইরেম্মা ঈরৈম মাগী উমং লাইকোন্নুংদি পুখাউ লাইফম্, পুখাউ খাবম্, পুখাউ নহারূপ্, নহারূপ্ তেরাপুর, পুখাউ অহল্লুপ্, শগোল্‌মাঙ্, উয়ুম্‌পোক্, হৈকক্ খোঙ্‌বাল্, শেক্তা, তরেৎখুল্, লম্বোইখুল্, কৈবী, পুংদোংবম্, নুঙ্গোয়্, হুইদ্রোম্, ইয়াম্পাল্, শওম্বুং, ফকুং, কংলা, শজেব, তোপ্, মোইরাংকম্‌পু, খেত্রি, ইরিল্‌বুঙ্, কৈরাউ, বমোন্‌কম্পু, লংদুম্,

পাঙ্গোং মখোঙ্, উরুপ্, আবাপ্তি কৌব খুল্ লৈকাইশিং অসীদ লৈ ।। খুল্ লৈকাইশিং অসীদ খুঞ্জাশিংন হবাউ শক্‌শেম্‌তম্ থৌদোক্ কুম্মৈ শান্নদুন ঈবাৎ থৌবম্ তৌনৈ ।। লাইবেম্মা মাগ লোয়্নন মশাবী লাইযিংথৌ তবুং নহা শাফব মাসু লাইবেম্মা মাগী য়েৎলম্ ফম্বাল্ লাংন লৈ ।। হবাউবোক্ অমসুং চীংখুদসু লাইয়িংথৌ তবুং নহা শাফব মাগী উমং লাইকোন্নুং লৈ ।।০।।০।।

# লাইরেম্মা ইমোইনু

য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা ইমোইনু অহোঙ্ অচাউবী মাদি তরা চাক্লীংখাক্ল চাক্শৌবী, শংলৌ এন্নীংখাক্ল এন্শৌবী, ঝাংলৈ য়ুনীংখাক্ল য়ুশৌবী, মরাল্ য়ুম্লেন্ ঙর্মাচংবী লাইরেম্মানি ।। লাইরেম্মা মাদি লৈম ৭ শাইয়োল্বীনি ।। তরেৎ শেলফ্নুংদ লল্লৈম ।। লোইমোম্ ফৌগেনুংদ ফৌওইবী ।। লেম্লৈ ঙারূকুংদ ঙারৈম ।। নোইনু থুম্খোংদ থুম্লৈম ।। মশিন্ শিন্সূফম্দ শিল্লৈম ।। লাইজ ঈরেল্পুঙ্দ ঈবৈম ।। হুইয়েন্ লান্ফম্দ লাল্লৈম ওইবী লাইরেম্বীনি ।। লাইবেম্মা মাদি অচি ততবী, অরাই কংদবী, হী-পোক্পী, য়াইপোক্পী, হী-রৈমা, য়াইরৈম, হী-কুবী, য়াইকুবী, য়াইসনা কৌন শাইয়োল্বী, নাক্থ লৈম পাউতাবী, ফূরেপ্ লৈম লূজাউবী, অয়ূক্ চরা নোংদম্বী, নুমিদাং চরা নোংখাইবী অহোঙ্ অচাউবী লাইরেম্বীনি ।।০।।

তেংবান্ব মপু অথোইব লাইগী লাই ওইব চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব মান মোম্ম নুজা মরাল্ য়ুম্লেন্ য়ুম্বুবী য়ুম্লৈম ওইবীশিংগী লম্চৎ শাজৎ মতিক্ মমল্ য়েংন থৌজাল্ লন্কুবীরগে হায়্ন পায়্ম পীবুক্লুংদ নীংখল্লবগী চীংঙু খোইয়ুম্ মহাক্কী ওয়্থংব শমু মহক্চাং তংখাইদগী লাইরেম্মা অম পুথোক্খি ।। লাইরেম্মা মাদি ইম্লেন্ লৈম ইম্পুবী অমগী মতিক্ ময়াই পুম্নমক্কী ওইব য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মানি হায়্বগীবু ইমোইনু-ও হায়্ন কোলোয়্ মিংহন্ তম্খি ।। লাইরেম্মা ইমোইনু মাবু য়ুমোইনু-ও হায়্নসু কোলোয়্নৈ ।।০।।

চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব তেংবান্ব মপু মান লাইরেম্মা ইমোইনু য়েংন — হে য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা ইমোইনু কৌবী-ও ! লাইরেম্মা নঙ্গী পায়্ম পীবুক্ল পাম্দব তাইবং য়ুম্বাল্ তল্লবী মোম্ম নুজা ওইবী য়ুম্বুবী মাগী মরম্চেৎপু হায়্-ও — হায়্ন পাউহংলবদ লাইরেম্মা ইমোইনু মান — (১) মথংলেন্ নম্দ হুন্ন

চেংলৌ মকা ফোংবী ॥ (২) ইঙা নোংলেন্ খোংগুম্ থনুং ঙংন ইশৌ লাংবী ॥ চীন্বান্ মোইকা পোম্ল খোয়্শাউনবী ॥ (৩) মোংব ময়ুমলেন্গী অফ-ফত্তবু খুল্লক্ কোয়্ন পাউতোয়্গন্বী ॥ (৪) তরা চেঙ্নীংখাক্তন শংলৌ এন্নীং খাক্তন ফূহৈবী ॥ (৫) মপারী মমোম্ নুংচান্ববু শমু খোঙ্ন কাওন ব্বারক্পী ॥ (৬) লৈকাই মচেম্ মনেম্ম কৈরোয়্ মবুং মৌপুব্বাবু য়েক্ল কল্লক্ থম্বী ॥ (৭) কোরৌ ্গংজা খূদীং লৈকাই খুল্লক্ কোয়্গন্বী অসীশিংনচিংব লাইরেম্মা মাগী পায়্ম পীবুক্ল খৈন পাম্দব মোম্নু নুজা য়ুম্পুবীগী মরম্চৎপু হায়্রে ॥ অসীগী মতুং তাবদ, চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব মপু মান — হে লাইরেম্মা-ও ! তাইবং য়ুম্বাল্লবী মোম্নু নুজা ওইবীগী ইনুং ঙান্বদগী ইনুং তাংলৌ ওইব ফাওবগী লাইরেম্মা নঙ্ন পায়্মনুংদ পাম্জব মথৌদাংবু হায়্-ও — হায়্ন অমুক্ পাউহংলে ॥ চীংঙু খোইয়ুম্ তেংবান্ব মপু মাগী পাউহংখোন্বু নাতারবদ লাইরেম্মা মান — (১) ইনুং ঙাল্লদুন খোম্লেন্ মীৎকপ্ থোক্লবদ কাংথোল্ পাবল্ থক্তগী কূম্থদ্রিঙৈ তেংবান্ব মপু হয়ি মাগী মিংখৈ শোন্বী ॥ (২) শমু খোঙ্ন মালেম্ লৈমায়্ শোক্লিঙৈ শমু মখূৎশান মালেম্ লৈমায়্ শোক্ল লাইবক্ কৎন মালেম্ লৈমবু খুরুম্জবী ॥ (৩) মাঙ্গোল্ খেঞ্জোংলাং য়ৌরগ থবী শেন্কোইরেল্ অপান্ববু খুরুম্বী (৪) ব্রাইশিং লম্শেং লোইবগ শমু মহক্চাং চীন্ফূ মায়্তারগ খোইয়ুম্ মঙাং শিদববু থাম্বী মৈরা যাওন হৈরাং লৈরাং কৎপী (৫) চীংঙু থৌরম্ লোইবগ 'মশিন্ শিন্থা পায়্বী ॥ (৬) নুমিদাং ইনুং য়াচঙ্বদ ব্রাইশিং লম্শেং 'লোইরগ খোইয়ুম্ খুমন্ শিদববু খুরুম্জবগ নুমিদাং শিন্থা পায়্বী (৭) নুমিদাং শিন্থা লোইরগ শম্বোং পুম্বায়্ লেপ্ল লাইয়িংথৌ সনামহী অমসুং লৈমরেল্ শিদবীবু খুরুম্জবী ॥ (৮) কাংথোল্ পাবল্থক্ত কারগ তেংবান্ব মপু মাগী মিংখৈ শোল্লগ খোম্লেন্ তুম্খুল্ তান্বী অসীশিংনচিংবশিংবু হায়্রে ॥ অসীগী মথং ওইবদ তেংবান্ব মপু মান লাইরেম্মা ইমোইনু য়েংন তাইবং য়ুম্বাল্ তম্লব য়ুম্বুরেল্ ওইব অমগী লাইরেম্মা মান পাম্জব মরম্চৎপু হায়্য়ু হায়্ন অমুক্ পাউহংলবদ লাইরেম্মা মান — (১) মোম্নু নুজা ওইবীশিংবু পলেম্ মমা শক্ল লম্লোইনব ॥ (২) চেংলৌ মীৎয়েং চুম্বা ॥ অউজীং হৈশক্ খঙ্ন হৈজাব ॥ লৈরাং লৈশক্ খঙ্ন লৈচিন্ব ॥ (৩) মরাল্ ইংখোল্ চাইগোইনুংদ তরা কৈথেল্ কাহনব ॥ (৪) খোইয়ুম্ শিন্থা কায়্দন মোংব ময়ুম্ য়ুমজাউলেন্গী খোইয়ুম্

লাইশক্ খঙ্‌ন ঈরাং থৌনি তৌজব ॥ (৫) উন্‌বী পূক্লীং তপ্প, ব্বারম্ অনী ঙাঙ্‌দব, তম্ব নুপা থোক্ল মিংচৎ উরোং খিন্‌ব ॥ (৬) মোম্‌নু নুজা মশানৌবু মোংব য়ুম্‌লৈম ওইন ঙাইরোয়্‌নব ॥ (৭) লোইদাম্ থাজ ১২, নুমিৎ শীংবুম্ ৩০, কোরৌ নোংজা ৭ নিবু লাংলম্ খঙ্‌ব অসীশিংনচিংববু হায়্‌রে ॥ চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব মপু মান নমু তাইবং মীওইব মাগী মরম্‌চৎপু করি ওইগদবনো হায়্‌ন অমুক্ মথং পাউহংলে ॥ লাইরেম্মা ইমোইনু মান চীংঙু মাগী ব্বাহং পাউহায়্‌খোন্‌বু নাতারবদ — (১) উন্‌বী পূক্লীং চুম্ব ॥ (২) পায়্‌ম লৌথুপ্ নাইদব ॥ (৩) য়াথং ব্বাচুম্ সূব ॥ (৪) নমু পোংওইব মাগী মরাল্‌বু নমু অতোপ্পদ পাউথৈদব ॥ (৫) পূক্লীং ব্বাখল্ চেৎপ ॥ (৬) লাইর অতোন্ তারবশিংবু থৌজাল্ লন্‌কু হৈব ॥ (৭) অতোপ্পগী মরাল্‌বু থৌজাল্ ঙাক্‌পীহৈব ॥ (৮) অতোন্ তারব নমু তাইবংশিংদ থস্মোই লৈগুম্ থোৎপ ॥ (৯) তাইবং মীহিংচা য়ারৌ শারম্‌চৎ চৎপশিংদ শারেল্ নোংশাগুম্ কন্‌হৈব ॥ (১০) অহল্ মতম্ ওইরবশিংবু পলেম্ পম্থৌ শক্ল লম্‌লোইনব ॥ অসীশিংনচিংবশিংবু হায়্‌রে ॥ অসূম্নবু লাইরেম্মা ইমোইনু মাগী অপাম্-পাম্দ নমু তাইবংমী মাগী লম্‌চৎ শাজৎপু পাউহায়্‌রে ॥ লাইরেম্মা মাগী পাউহায় পাউখুম্‌খোন্‌বু নাতারবগী তুং তেংবান্‌ব মপু চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব মান লাইরেম্মা মাবু য়েংন — হে য়োইবু খোইমোম্ ইমোইনু কৌবী-ও ! লাইরেম্মা নঙ্‌দি তাইবং য়ুম্‌থোঙ্ খূদীং চঙ্-ও ॥ য়ুম্‌লৈম ওইবী মোম্নু নুজা মাগ য়ুম্বুরেল্ ওইব তম্ব মাগ অনীমক্কী মরম্‌চৎ মশাজৎ য়েং থৌজাল্ লন্‌কুবী-ও ॥ লাইরেম্মা নঙ্‌ন পায়্‌ম খোয়্‌দাব নমু য়ুমথোঙ্ খূদীং চঙ্ তরেৎ শেন্‌গাউনুংদগী তরেৎ শেন্‌জা য়েল্-ও — হায়্‌ন থৌশীখি ॥০॥

য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা ইমোইনু মান চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব মাগী থৌশীব্বাবু লুরেল্ কোক্‌থোংনন অব্বাংব কোরৌ নোংদোল্‌দগী মালেম্ তাইবং পান্দ খোঙ্গুম্‌লক্লে ॥ লাইরেম্মা মান নমু তাইবং য়ুম্বুম্ খূদীং চঙ্‌ন মরাল্ য়ুম্‌লেন্ য়ুম্বুবী ওইরবী মোম্নু নুজা ওইবীশিংগী লম্‌চৎ শাজৎ, য়ুম্বাল্ কৈবাল্, থক্‌শী কারল্ ব্বা, খাসী লিক্‌লেং ব্বা য়েংন থৌজাল্ লন্‌কুবীরে ॥ অসূম্ন, চক্ অমদগী চক্ অম ওন্ন ওন্ন লাক্‌পন কোন্ন চক্ য়ৌরক্লে ॥ পুঙ্ অমদগী পুঙ্ অমদ লান্ন

লান্ন লাক্পন মঙাংদ য়াহৌবী, লুৱাংদ য়াহীপ্পী, খুমন্দ চাক্তাবী হায়্ন শৈথানবী লাইরেম্মা মাদি লুৱাংপুঙ্ পাংলক্লে ॥০॥

লুৱাং পুদাংকোয় খুৎকোন্বগ লুৱাং পুন্সিবগ অনীমক্সী লুৱাং পোন্বী লুৱাউবগ কৌবরোল্ নামোইনুগ অনীমক্কী মপারীনি ॥ হোঙ্নেম্ লুৱাং পুন্সিবন লুৱাংপুঙ্গী নিংথৌ ওইরবদ নিংথৌ মাবু লৈম মাপল্ন থৌগল্লী ॥ লুৱাং নিংথৌ ইম্লেন্ ফুঙ্গাগী লৈমশিংদি মবুথৌ পুরেল্ হাক্তক্তগী পুথাং পাথাং লান্ন য়ুম্বাল্ কৈব্বাল্ হৈবী মথংলেন্ মৱা মপুরোইবগী থৌগল্ মশক্ খঙ্বী, মোম্নু নুজা ওইবীগী মরম্চৎ মশাজৎ শং শং শাইয়োল্ শক্তম্নবীনি ॥ মরম্ অসী লৈবন হোঙ্নেম্ লুৱাং পুন্সিব মাগী ইম্লেন্ ফুঙ্গানাক্ত লাইরেম্মা ইমোইনু কৌবান পুবোল্ পাবোল্ লান্ন, চাবোল্ সূরোল্ শন্ন কন্নাক্ কৃদ্ধ কারবী, মীৎয়েং উয়োল্ শোয়রবী, নাপ শেন্দ্রানরবী হন্নবী অমগী শাইয়োল্ তৌ লৈবক্ই ॥ ফুঙ্গা মৈনীং ফন্বী ঈবেদ্ধৌনি হায়্ন অদুম্ খুরুম্ খাজঙ্নরক্ই ॥ লুৱাং পুঙ্ হোঙ্ন চাউন মানিল্ নাইন খুন্বান্ লৈপাল্লক্ই ॥০॥

হোঙ্নেম্ লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী লৈম মাপল্মক্ মরম্চৎ ফজে মশাজৎ নীংাথ ॥ লৈম মাপল্মক্কী মনুংদসু লৈম অতোন্বী খুমন্ চন্নু খয়োইবোল্ ঙান্নু থুম্বীন মরম্চৎ মশাজত্ত খাইমক্তগী ইহেন্ হেল্লি ॥ অদুগী'বু লুৱাং নিংথৌন লৈম মাঙোন্দ খর্বখিৎ লুন চান্ন তৌই ॥ অদুন মচেম্ লৈম নিপাল্ মক্ত মাবু খর কল্লক্ই ॥ নমু তাইবং মীগী হৌনশা পায়্ম কল্লক্ রাখল্দগী পায়্ম য়েংথি বাখল্ ওল্লে ॥ মসীন মরম্ ওইদুন খয়োইরোল্ ঙান্নু থুম্বীদু পীক্লিব মপারী সেন্ব মিমাববু চরৈ নাহোংশা নম্দ পো খুমন্ পুঙ্দ মপাম্ খোঙ্দাখি ॥০॥

লৈম ঙান্নু থুম্বীগী মপাবী সেন্ব মিমাবন্ চাউব লেপ্তুম্ ফারবদ লোইদাম্ পোইনু লৌরোক্ থান লোইবব লোইদাম্ রাক্চীং থাগী পান্খৎলক্প কোরৌ নুমিৎ অমদ য়ারৌ শাদান্ব চৎখি ॥ চীংঙু খোইয়ুম্ নোংদম্ব মাগী ফাৎলম্ কুম্মৌদি শোয়্ব য়াদবনিন, অসুম্ থোক্উ নোংদম্খিবন য়ারৌ শঙাই অতৈগ শামান্নদব শঙাই শারেল্লাব চীরেল্ তোম্পোক্প অম থেংনরে ॥ য়ারৌ শা মাবু শাদান্বদ খুমন্পুঙ্গী লম্খৈ লান্থোক্খিদুন লুৱাংপুঙ্ য়ৌশিন্খ্রে ॥ লুৱাংপুঙ্গী লম্খৈনুংদ য়ারৌ মাবু তিমেন্ তাদম্দুন শাদুরে ॥ য়ারৌ শঙাই চীরেল্

তোম্‌পোক্‌প অদুমক্তি মরাইবক্ত মখূৎসূ শংগাইন থিন্‌জদুন মদোম্ মথল্লায় নোংমন্‌জখিব লুৱাং পুদাংকোয় খূৎকোন্‌বন ওন্‌খিব শানি ।। লাংহৈ কুম্‌শীং কুইন কায়নখিবদগী মপারীগী চেংলৌ শক্ খঙ্‌ঙমখিদ্রব লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবন য়ারৌ শঙাই চীরেল্ তোম্‌পোক্‌প অদুবু শক্‌খঙ্‌লবগী — হে ইপাবী মান্‌ব-ও ! য়ারৌ শাগী শামল্ হায়য়ু লৌহৌরগে -- হায্‌ন সেন্‌ব মিমাবদ পাউথেম্‌লে ।। সেন্‌ব মিমাবন পলেম্ মমাগী মফম্‌দ চেল্লক্তুন শাগী শামল্ কযা ওইগদগে হংলখি ।। পলেম্ মমান — ইপারী-ও ! নঙ্‌ন ফাব য়ারৌ শঙাই চীরেল্ তোম্‌পোক্‌প অদুগী শামল্ মতিক্ ওইবদি নুংবান্ মাগী মরাল্‌য়াই ইম্‌লেন্ ফুঙ্গা মৈনিং ফম্ন য়াংগোইরিবী, হনু মীৎমৈ পোবোংশুম্ন লাইরেল্ হৈসুম্ শারবী, কম্লাক্ হিকৌ শান শমু খোঙ্‌থাং খঙ্‌দরবী ।। মীৎয়েং উযোল্ থীরবী, নাপ শেন্দ্রানববী যোইবু হীওইবী খোইমোম্ যাইওইবী অদুবু শারেল্ মতিক্ ওই-এ — হায্‌ন পাউমেল্লে ।। পলেম্ মমা ঙানু থুম্বীগী পাউতাক্ তুংইন্ন হল্লক্লগ হোঙ্‌নেম্ লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী মবাল্‌য়াইদগী ইমোইনুবু য়াবৌ শঙাই চীবেল্ তোম্‌পোক্‌পগী শামল্ ওইন ফংজখি ।। লোইদাম্ ৱাক্‌চীং থাগী নিন্‌মাঙ্ ১২নি পান্‌ব য়াইফ কোবৌ নোংজাদ লাইবেম্মা ইমোইনুবু সেন্‌ব মিমাবন খূমন্ নিংথৌ অদোন্ পুন্সিবগী মশাইকোন্দ পুবক্‌খি ।। লাইবেম্মা মাবু লুন চান্ন ঈরাৎ থৌগল্ তৌজখি ।। কোরৌ নুমিৎ অদুদগী খূমন্‌পুঙ মনিল্‌নাইন লাইজ ঈশিং ঈচাউবগুম্ খুন্‌জাউ লৈচাউন, চাক্‌হোঙ্ ঙাহোঙ্‌ন, লৈপাক্ মবা তপ্ন নিংথৌ মরা চেৎন পান্‌খি ।। অদু নোংগীবু খূমন্ নিংথৌ মাবু অদোন্ পুন্সি যুমোইব-ও হায্‌ন কোলোয়্‌নখি ।।০।।

খূমন্‌পুঙ্‌দ লৈরিবী মপোক্ খোইরা য়াল্লক্‌পী, পুন্সি লীহৌ নাইদবী, হৌরক্‌ফম্ শাংফম্ খঙ্‌দবী হনুবী মাবু লাইরেম্মা ইমোইনু অহোঙ্ অচাউবীগী শং শং তাইবং শাইয়োল্ শক্তম্‌নি হায়্‌বসী মৈদিংঙু চলাম্বগী পলেম্ মমা ইবেম্ম নোংবাল্লোন্ হাউচোংঙম্বীন খঙ্‌লবগী নোংমগী কোরৌ নুমিত্ত মপারী কায়্‌নৌ চলাম্ব য়েংন — ইপারী-ও নঙ্‌ন খুন্‌জাউ লৈচাউন, লৈপাক্ মবা তপ্ন, নিংথৌ ফম্বাল্ চেৎন পান্নিংলবদি খূমন্ নিংথৌ মাগী মশাইকোন্দ ইম্‌লেন্ ফুঙ্গা লাইরুনাক্ত ফম্, মনম্ থাম্বী মৈয়াইরিবী হনুবী মাবু নি-ও ।। পুরক্-ও — হায্‌ন

পাউমেল্লে ॥ মপারী চলাম্বন পলেম্ মমাগী পাউমেন্ য়াবু লুরেল্ কোক্ত থোং খুমন্ পুঙ্দ খোঙ্গুম্খি ॥ খুমন্ নিংথৌ মাগী মফম্দগী পুন্সি লীহৌ খঙ্দবী হনুবীদুবু নিরে ॥ পুরক্লে ॥ ফুঙ্গা লাইরুনাক্ত থম্লে ॥ খুরুম্ খাজঙ্লে ॥ ঈরাৎ থৌনিরে ॥ পোইরৈ চাক্হোঙ্লে য়াংঙম্ ঙাহোঙ্লে ॥ কংলৈপুঙ্ময়োল্ মনিল্ নাইরে ॥ খুঞ্জাউ লৈচাউরে ॥ অসূম্না, কংলৈপুঙ্ময়োল্দ মৈদিংঙু কায়্নৌ চলাম্বদগী নিংথৌ মথং মথং শেন্বী মুংয়াম্ব, শেন্বী খাগেম্ব কৌব মৈদিংঙুশিংন নমু তাইবং শক্তম্ শং শং শাইয়োল্বী লাইরেম্মা ইমোইনু মাবু ঈরাৎ থৌনিজরক্পন মৈদিংঙু খুঞ্জাউবগী হাক্তক্তদি মৈদিংঙু মান — পোইরৈ লৈপাক্ শীন্ন য়াঙম্ হূপ্ন লাইরেম্মা ইমোইনুবু ঈরাৎ থৌরম্ তৌ-ও — হায়্ন লাংগোই শগোল্ পাউজেল্খি ॥ লৈপাক্ শীন্ন মীয়াম্ হূপ্ন য়ুম্নুম্ খূদীংগী ফুঙ্গা লাইরু মনাক্ত লৈরিব লাইরেম্মা মাগী খুভম্দ খাম্বী মৈশেং মৈরা থাল্, লেম্লৈ শরেং কৎ থৌজাল্ লন্কুবীয়ু হায়্ন লাইরেম্মা মাবু ঈরাৎ থৌরম্ তৌখি ॥ কংলৈপুঙ্দি লোইমোম্ ফৌন ফৌগৈ চোল্, তরা চেঙ্ন চেঙ্গৈ তোঙ্, কাওরেল্ শন্ন শন্গোল্ থল্, তেক্পী ওক্ল ওক্লোল্ পা, কুরাউ ফান্ন য়াৎ নমু পোংন হেল্, তরা চাক্হোঙ্ন লেম্লৈ ঙাহোঙ্ন খুঞ্জাউ লৈচাউন পান্খি ॥ অদুগীবু মৈদিংঙু মাবু মৈদিংঙু পোইরৈ খুঞ্জাউব-ও হায়্ন কোল্লোয়্ মিংহন্নখি ॥০॥

লাইরেম্মা মাবু পোইরৈ চাদোল্ য়াংঙম্ সুদোন্ন য়ুম্নুম্ খূদীংগী ফুঙ্গা লাইরু মনাক্ত লোইদাম্ য়াক্চীং থাগী নিল্মাঙ্ তরানিথোইনি পান্ব নুমিত্ত ঈরাৎ থৌরম্ তৌব অসীতন মদোম্দ্রি ॥ লাইরেম্মা ইমোইনু অহোঙ্ অচাউবী মাবু পাথাং পুথাং লান্ন, চাদা নাউদ শন্ন, মৈন য়ায়্ তাংন শম্ লম্লেন্ য়াঙ্গোই, চেঙ্গৈচীং অমদি কৌব্রু চীংদ লৈব লাইরেম্মা মাগী লাইফম্ খুভম্দ ঈরাৎ থৌরম্ তৌদুন থৌজাল্ লন্কুবীনবগীবু খুরুম্ খাজঙ্নরক্খি ॥০॥০॥

# লাইয়িংথৌ অৱাংব

লাষ্টৌ লান্জাম্বগী তাল্লোয় লৈমদি অনীনি ।। মপারীসু অনী শাংলী ।। মাগী তাল্লোয় লৈম অহল্ হৈরেম্ কাংহৈনুন মপারী অহল্ শোইরেল্ লৈখৈ হান্ন হুন্ব য়াঙ্হন্ব পোক্ই অদুগ মাগী লৈম অতোন্বী খীং খীং কাংহৈনুন মপারী উনৌ কোন্দে কোন্ন হুন্ব য়াঙ্খুব পোক্ই ।। য়াঙ্খুব কৌব মপারী মহাক্তি চীংঙু খোইয়ুম্ অতিয়া শিদবন তাইবং কুম্মৈ শান্নগে হায়্বগীবু লৈম খীং খীং কাংহৈনুগী শিয়োম্মুংদ চঙ্দুন মাগী লাইওল্ লাইচং ওইন লাংওল্লক্পনি ।। মপারী অনীমক্পু পলেম্ পষ্টৌন লুন চান্ন তৌই ।। চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব নোংদম্ব মপু মান তাইবং কুম্মৈ য়েংলগে নীংখল্লবগী নোংমগী কোরৌ নুমিত্তদি নোংদম্ব মপু মহাক্ত — য়োইবুনাই হৈরেম্ কাংহৈনু কৌবী-ও ! নঙ্দি মালেম্ তাইবং পুন্সিগী নপারী নুংশি লাং নথংলেন্ পাম্মু লাংদ থুরবোই ।। নংগী তাইবং নথৌ লোইরে হল্ব্রাইরক্লো, — হায়্ন পাউকৌরক্লে ।। হৈরেম্ কাংহৈনু লৈমদু কোরৌ নোংগা তান্ম্রে ।। য়াঙ্হন্ব মাদি পলেম্ মমা অতোন্বী খীং খীং কাংহৈনুগী মখূত্ত তাহৌরে ।। মপারী অনীমক্পু খীং খীং কাংহৈনু মান লুন চান্ন লোয়্নরবসু মপুক্তগী তাব মচা ওইবন পায়্ম পীবুক্ত মপারী য়াঙ্খুববুন খর খজিক্ হেন্ন নুংশি ।। খর হেন্ন লূম্ন খল্লি ।। য়াঙ্খুব মানদি মচি য়াঙ্হন্ববু মচিদ মচি ওই ময়াম্বদ ময়াম্ব ওই খন্ন নুংশি ।। মপন্ পষ্টৌ মাগী পীবুক্লুংদ লেম্হৌব ঈরেম্খাক্ত য়াঙ্খুব মা পোক্লক্পনি হায়্বসী মাদি কাউদে ।। পলেম্ মমা অতোন্বীন মনাউ য়াঙ্খুববু খর খজিক্ হেন্ন নুংশি হায়্বসী য়াঙ্হন্ব মাসু খঙ্ই ।। মরম্ অসীগীবু য়াঙ্হন্বন মনাউ য়াঙ্খুববু কল্লক্ই ।। পায়্ম কল্লক্ ৱাখল্দগী য়েংথী ৱাখল্ ওল্লক্ই ।। হয়েং পষ্টৌ মপান কোরৌ নোঙ্গা তান্খ্রব তুং করিগুম্ব নোংদ মাগী মহৎ মরেংবু মনাউ য়াঙ্খুবন শিল্হন্নব থৌশিল্লকদ্র হায়্ন পায়্ম পীবুক্লুংদ পলেম্ মমাবু চিংন পঁরে থাংলক্ই ।। মরম্ অসীগীবু মনাউ য়াঙ্খুববু মাঙ্হন্নবগী পায়্ম পীবুক্ত ৱাখল্ ইবী

কোন্ব হৌরক্ই ॥ মশাবী ময়াম্ব য়াঙ্হন্বগী পায়ম্ পীবুক্তু মনাউ য়াঙ্খুবনদি খঙ্দ্রি ॥০॥

নোংমগী কোরৌ নুমিত্ত মচীন্ মনাউ অনীদু চেংলৈ উনুংতাদ পামেল্ শীংঙ্গা শীংজন্ব চৎলি ॥ উনুংদুদ হৌব ব্বাংথোই চাউথোইবব পামেল্ অমগী উতোন্দ কাক্য়েন্ মীওম্ব কৌব চেক্লা মীহিংচা মাগী মরাল্ মকোন্ শ.বি ॥ চেক্লা মাগী মরূম্ কোক্লি হায়্ব ময়াম্ব য়াঙ্হন্বদি খঙ্ঙী ॥ কাক্যেন্ মীওম্ব মাগী মতিক্ ময়াই তৌব ওম্বসু শিং শিংন খঙ্ঙী ॥ মরম্ অসীগীবু মনাউবু মাঙ্হল্লগে হায়্ন পায়ম্ পীবুক্ত নীংখল্লবগী ঙাইরোয়্নন পুরক্পনি ॥ য়াঙ্হন্বন মনাউ য়েংন — ইশানৌ য়াঙ্খুব নঙ্বু তাউ ও ॥ পামেল্ উসীগী উতোন্দ কাক্য়েন্ মীওম্বগী মরাল্ মকোন্ লৈরে ॥ চেক্লা মাগী মরুম্দি শিদয়াই নাদয়াইনি ॥ য়াইরেল্লনি ॥ পামেল্ মাবু উকোন্ন উজ্জাউসীবু উকারো ॥ চেক্লা মাগী মরূম্ লোক্লুরো ॥ মীওম্ব মান মরাল্য়াইদ হল্ব্রাইরক্লিঙৈ মাগী মরূম্ লোক্হৌরসি — হায়্রে ॥ ময়াম্বগী য়াথং থৌসী খোন্বু নাতারবগী — ব্বাংথোই চাউথোইরব নোংদোল্ তেম্শিংনব পামেল্ মাবু করম কাগদগে — - হায়্ন মশানৌ য়াঙ্খুবন পাউহংলবদ ময়াম্ব য়াঙ্হন্বন. --- পামেল্ উতোন্দগী য়ান্থরক্লিব উবীসিদ য়ান্দুন কা-ও ॥ নয়াম্ব নচি গ্রৈন কাবদি শমু ইহক্চাং লূম্বগীবু উবী মা খাঙ্ঙম্দবগী তৎকনি ॥ ইশানৌ নঙ্দি শামু নহক্চাং য়াংবন য়ানি ॥ উরী মা খাঙ্ঙম্গনি কা-ও -— হায়্রে ॥ য়াঙ্খুবদু কাপ্লে ॥ পামেল্ উতোল্ য়ৌথ্রে ॥ মনাউদু শোয়্দন নোংমল্লনি নীংখল্লবগী য়াঙ্হন্বদি মনাউ খঙ্হন্দন মরাল্য়াইদ হল্ব্রাইরক্লে ॥ পলেম্ মমান — নশানৌ য়াঙ্খুবদি কদাই — হায়্ন পাউহংলবদ যাঙ্হন্বন — মচি গ্রৈন হায়্ব ইব্বা লৌদে ॥ কাক্য়েন্ মীওম্বগী মরূম্ লোক্লনি হায়দুন পামেল্ উতোল্লোয়্ন কাখৎহৌরে ॥ হায়্ন পাউখুম্লে ॥০॥

চেংলৈ উনুংতারোম্দদি য়াঙ্খুব মাগী মতৌদু কৌব্রু লাইখাদ চাঙারিব কাক্য়েন্ মীওম্ব মান চেংলৌ শকউরে ॥ কাক্য়েন্ মাদি খোইয়ুম্ লাইনি ॥ ব্বাংলেন্ মীৎকুপ্প নঙ্দ্রিঙৈ হুং হুম্ থরক্পন হাল্লে ॥ চেক্লা মান নাউব্বা মাবু খোইয়ুম্ লাংওন্নি খঙ্লবগী নোংমল্হন্বগী মহুত্ত ময়াম্ব য়াঙ্হন্বগী পায়ম পীবুক্ ফত্তব শংলৌ মথৌরাঙ্দুম্ তাক্থোক্লে ॥ য়াঙ্খুববু পামেল্ উতোন্দগী থাংথবীরে ॥ অতেক্ অকায়্ করি য়াউদন মরাল্ য়াইদ ব্বায়্থুংলরে ॥ ময়াম্ব য়াঙ্হন্বদু হুইঙক্

য়েন্ঙক্লদুন লৈরে ।। কোরৌ নুমিৎ অদুদগী পলেম্ মমান মপারী য়াঙ্খুবদু ময়াম্বন থাক্প ফত্তব শরৌ লাংদ থুদনব নাপ চীক্ল পাউমেল্লে ।।০।।

নোংমগী কোরৌ নুমিত্ত য়াঙ্হন্বগ য়াঙ্খুবগ মচীন্ মনাউ অনীদু উঁয়াল্লোক্ত পামেল্ উঁয়ান্ব চৎলি ।। উমং য়ৌরবদ ময়াম্ব য়াঙ্হন্বন মনাউ য়েংন — পম্বৌ ঈপা অহল্ ওইরে ।। হাথু হাথু হয়েং নীংব থুংলোই ।। পম্বৌ মান খম্নুং শৰা তাল্লবদ অশি তুরেল্ লান্বদ ৰাক্যৈ হি ওইনব তোংজেং কৃশাশি হায়্রে ।। পমেল্ উজাউ অম য়ান্ তোংজেং কৃশারে ।। ময়াম্বন — ইনাউ উনৌ কেন্দে কোন্ন হুন্ব নঙ্বু-ও ।। তোংজেং কৃনুংদ চঙ্লগ শাংব য়াহীপ্ তম্মু-ও ।। হয়েং তেন্দানরগ পায়ম পূক্থুংলোই — হায়ন মনাউ য়াঙ্খুবদ হায়্রে ।। মনাউ য়াঙ্খুবন ময়াম্বগী পাউতাক্ ৰাবু নাতারবদ পলেম্ পাওমেন্ ৰাবু নীংশিংলবগী — শাবী ইয়াম্ব ৰাপীহল্-ও ! ননাউ ঐদি শমু ইহক্চাং শাংব লেপ্তুম্ ফাদ্রি ।। ইচি-ও নঙ্দি পম্বৌ শারেপ্ পাংখক্লে ।। ইচি নঙ্নদুম্ তোংজেং কৃনুংদ চঙ্বী-ও ।। শাংব য়াহীপ্ তম্বী-ও — হায়্রে ।। পায়ম পীবুক্ ফত্তব য়াঙ্হন্বদু লেঙ্ব য়াদ্রে ।। তোংজেং কৃনুংদ চঙ্খ্রে ।। শাংব য়াহীপ্ তম্খ্রে ।। ৰাংলেন্ মীৎকুপ্তুদ খোইয়ুম্ য়াথং পীরক্লে ।। য়াঙ্খুবগী পীবুক্লুংদ — কৃমায় থিংলো — হায়্রক্লে ।। মনাউ য়াঙ্খুব্ন কৃগী কৃমায় য়ৈশীন্খ্রে ।। তোংজেং কৃমায় থিংখ্রে ।। পায়ম পীবুক্ ফত্তব য়াঙ্হন্বদু মশান থাক্চব শরৌ হাইগৎ লাংদ মশা লাংথুরে ।। তাংজ লিন্ন মখুল্ চঙ্লম্দাইদ চুম্লক্লে ।। — ঐন তৌবন ঐন ফংবনি ইনাউ ।। নচি ঐন থাক্চব শরৌ লাংদ নয়াম্ব ঐ লাংথুরে ।। নয়াম্ব য়ারে ।। ইশানৌতোল্ ইনাউ নঙ্বু নশাবী নয়াম্ব ঐন পায়ম পীবুক্ ৰারৌদে ।। পায়ম পীবুক্ ফব ইনাউদি পম্বৌ মান খম্নুং শৰা তান্ অমন্ থরৈ কুম্খ্রবদ মহুৎ মরেঙ্ শিন্ন পুন্সি নুংশাংন পাল্লক্উ ।। নয়াম্বগী হায়্ববু তরা চয়োম্দুগ কোঙ্য়াং তৌদ্রিদুগ অনীদুদংদি তোংজেং কৃনুংদ হাপ্লগ লিল্হা ঈচেল্ নাইব লাইজ তুরেল্সিদ থাদরো ।। নয়াম্ব ঐদি ইদোম্ খম্নুং শৰা তানখ্রগে — হায়্রে ।। মনাউন তরা চয়োম্দুগ কোঙ্য়াং তৌদ্রিদুগ অনীমক্ তোংজেং কৃনুংদ হাপ্চিল্লে ।। মিনু লৈম মাগী কোলোয় মিংলেন্ লৌন থোন্খ্রব থোং মিনুথোং য়ৌন লুরেল্থক্ত কৃপুরে ।। তোরবান্ চাংজৌ পানিংচিং ঈপোম্ নাইন চেল্লিব তুরেল্দুগী ঈমায়্দ জম্ থাধখ্রে ।। তৌদ্রি খোংন খোংন তুরেল্ তৃখুল্ ইন্ন অসুম্ তাউথখিবন তোংজেং কৃদু লম্লেন্ ঈথায় য়ৌখ্রে ।। থৌদোক্ অদুদগী

উয়াল্লোক্পু পোইরৈ চাদোল্ ৱাংঙম্ সূদোন্ন কূয়াল্লোক্-ও হায়্‌ন কোলোয়্‌নহৌবে ।।০।।

মপন্ পল্থৌ লাম্থৌ লান্‌জাম্বন অমন্ য়াইথোঙ্ কুম্ কোরৌ নোঙ্গা তান্‌থ্রবদ মপাবী উনৌ কোন্দে কোন্ন হুন্‌ব যাঙ্‌খুবন মপন্ পল্থৌ মাগী মহুৎ মরেঙ্ শিন্ চোয়্‌নৌ ফম্বাল্ ফম্‌গাবে ।। পোইবৈ খূঞ্জাওরে ।। ৱাংঙম্ লৈচাউরে ।। কুরাউ ফান্‌শীংন ৱাৎ নমু পোংশীংন হেল্ পাল্লে ।। মতিক্ চাউ মঙাল্ নাইন মশানৌ তাল্লোয়্ লৈশংনু তুবী লৈমন ওয়্‌বম্ ফম্বাল্ লাং তুবী চীন হেল্ লাইবেল্ লূন ৱাং লাইযিংথৌ অৱাংব-ও কৌন কোলোয়্ মিংলেন্ ৱাংন লৈবে ।।০।।

গবী শেনকোয়্‌বেল্ অপান্‌ব কোবৌ নোংদোলথক্কী নুমিৎকুম্ মঙাল্ নংঙব লাইযিংথৌ অৱাংবগ ইনুং নোংদোল মকোয়্‌গী লোইদাম্ থানিল্ থাজগুম চেংলৌ শকোক্ হেনবী মায়্‌থোঙ্ মতৌ লৈবী পাযম্ লৌশিং চাউবী লাইবেম্মা লৈশংনু তুবী লৈমগ অনীমক্তি খূবায়্ খুন্‌ফম্‌লেন্দ লৈবিব মচা মনাইশিংবু অয়ুক্ মন্না কোনখোক্‌পী নুম্মিদাং ঙন্ন কোন্‌শিন্‌বী লাংবল্ কাওবেল্ শেন্‌বগুম্ শেন্‌বীব লাইযিংথৌ লাইবেম্মানে ।। লাইযিংথৌ লাইবেম্মা অনীমক্পু মচা মনাইশিংন হৃবাউ শক্‌শেম্ তম্ থৌদোক্ কুইম্মৈ শান্নদুন খূঞ্জাউ লৈচাউনব, চাক্‌হোঙ্ ঙাহোঙ্‌নবগীবু লাইযিংথৌ মাগী উমং লাইকোন্নুংদ ঈবাৎ থৌনি থৌবম্ তৌনৈ ।।০।।০।।

# লাইয়িংথৌ ঈরুম্ নিংথৌ

লাইয়িংথৌ ঈরুম্ নিংথৌ মাদি হৈরেম্ লৈঙাক্পা, খুন্জান্ লম্শেন্ব, হৈরেম্ পুঙ্মাথক্ত পুঙ্মা থোন্ব, খুন্জান্ থেন্মা থক্ত থেন্মা থেৎপবু হৈরেম্ লম্ঙাক্লক্পা খুন্জান্ লম্শেল্লক্পা, লাইয়িংথৌ তুবী চীন হেন্ব, লাইরেল্ লূন ব্রাংব হে লাইয়িংথৌ ঈরুম্ নিংথৌ-ও — হায়্ন তেংথানব লাইনি ।।০।।

ঈরুম্ নিংথৌ ঈরুম্ লৈম অনীমক্কী মমিত্ত মপারী মমোম্ উরক্তব লাংহৈ কুম্শীং য়াম্লক্লে ।। মপারী মমোম্ ফংজগে হায়্ন খোইয়ুম্ লাইনীং পরৈ চেৎলক্পবু কুম্জা কয়া হৌখ্রে ।। লৈম নিংথৌ অনীমক্কী পায়ম পীবুক্ উবীরবগী চীংঙু খোইয়ুম্ য়াইবীরেল্ শিদব কৌব অথোইব লাই মান মমোম্ নোংথাঙ্লৈম য়েংন যাথং পাউহায়্রে — ইমোম্ নোংথাঙ্লৈম কৌবী নঙ্ব্রু নাতাউ-ও ।। ইমোম্ নঙ্দি য়ুচেং কৌব লাই মাগী লাইচৎ লাইওল্ ওইরিব ঈরুম্ নিংথৌ মাগী মমোম্ ওইন তাইবংদ লাংওল্লু-ও ।। নফম্ নকাদ চঙ্জরক্লব নমু তাইবং মাবু থৌজাল্ লনকুবী-ও ।। অব্রাং পাখং য়োইরেল্ব লাইয়িংথৌ শোরারেল্ মাগী মহুইরোল্ ওই-ও ।। মপন্ পন্থৌ চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব মাগী থৌশীব্রাবু নাতারবগী মমোম্ নোংথাঙ্লৈমন মালেম্ তাইবংদ খোঙ্গুম্খ্রে ।। ঈরুম্ মাগী খোয়্বুঙ্দ চঙ্খ্রে ।। ঈরুম্ লৈম মাগী পীবুক্ শিয়োম্লুংদ খোঙ্জঙ্খ্রে ।। ঈরুম্ লৈমদু নাক্লু ফিয়াল্লে ।। মমোম্ অম নাউনৌরে ।। মমোম্ মাদি শমু ঙক্লোয়্ লীক্লাং পরেংগী চংনিংগুম্ মঙান্নাইন নিংথিজৈ হাযবগীবু পলেম্ পন্থৌ অনীমক্ক চংনিং লৈম-ও হায়্ন কোলোয়্ মিংহুন্ তম্খি ।।০।।

চংনিং মাদি পলেম্ পন্থৌ অনীমক্কী নাইতোম্ ফংজবী মমোম্নি ।। নুংথিল্গী কোরৌনি ।। নুমিদাংগী থাজনি ।। মথক্ত মবুং মচেম্ শাত্তে ।। মখাদ

মৌপুৱা মনাউ ফৃইদে ।। চেংলৌ শক্কোয় হেন্বী মায়থোঙ্ মতৌ লৈবী চংনিং লৈমদু চাউব লেপ্তুম্ ফারক্লে ।। ঈথায় কাইরেম্বগী মমোম্ লাংলেন্ কুম্জরেম্বী কৌবীদু চংনিং লৈম মাগী মতারোয়্নি ।। নোংমগী কোরৌ নুমিৎ অমদি কুম্জরেম্বী মান ইকাই শঙ্গোয় হাঙ্ চেংলৌ মায়থোঙ্ ফীরূক্ খুম্ মতারোয় ওইবী চংনিং মাগী মকাদ খোঙ্লাক্লে ।। চংনিং মাগী মরাল্য়াইদ চঙ্জফম্ পীয়ু হায়্ন পিরেল্ খক্মা তান হায়্জররে ।। চংনিং মান কুম্জরেম্বী মাগী লৈচিন্ নোংফাই থাংলব থাজ মায়থোঙ্ য়েংন — কুম্জরেম্বী কৌবী অঙাং নাউৱা ওইরিঙৈগী ইতারোয় নুংচান্বী নংবু-ও ! মরম্ করি লৈবগীবু ইতারোয় নঙ্ন তাঙ্জ মায়থোঙ্ লূক্ক মায়থোঙ্ ফীরূক্ খুম্ম চংনিং ইরাল্য়াইদ খোঙ্লাক্পগে — হায়্ন পায়্ম পীবুক্ পীন পাউহংলে ।। মতারোয়্গী পাউহংখোন্বু নাতারবদ ঈথায় কাইরেম্বগী মমোম্ চীংঙু নোংদম্ থীবি কাশা লাইবক্ চাউবী মান মাগী ইকাই চৈনা ফংলব অৱা ৱারীদু লীরে — লোইদাম্ থাবুম্ খরগী মমাঙ্ কোরৌ নুমিৎ অমগী অয়ুক্কী য়েন্দা অহান্বদ লাইজ ঈপাল্ লাংগে ঈঙৌ ময়োল্ শৎকে হায়্বগীবু তুরেল্ হিদেল্ খোঙ্গুম্লক্পদ কোঙ্য়াং তৌদ্রি খোংবগী মিরব মখোল্ অমবু নাতাখি ।। হিংঃ করিনো হায়্ন কোয়্ন কোয়্ন য়েংবদ হিদেল্গী ঈরৈদ লৈশিন্দুন লৈরিব তোংজেং কৃ অমবু শক্উখি ।। কোঙ্য়াং তৌদ্রিদুগী মখোল্দুদি তোংজেং কৃদুগী কৃনুংদগী ওইরম্লে ।। তোংজেং কৃদুবু শমু ঈখূৎসীন চীংশিল্লে ।। কোঙ্য়াং তৌদ্রি খোংলিব নঙ্বু খোইয়ুম্ লাইর নমু তাইবংল — হায়্ন পাউহংবদ — নমু তাইবং মীনি ।। য়াইবী ইথৱায় কন্বীয়ু — হায়রে ।। কৃমায় হাংলে ।। তম্ব ওইব চেংলৌ মায়থোঙ্ হেন্ব পাখঙ্ মথোক্ কারক্প অমবু ওইরম্লে ।। চেংলৌ মীৎচানরে ।। নোংদম্ব মপু মাগী মথৌরাং ওইরমাল্লে ।। পায়্ম খোয়্জঙ্নরে ।। তিল্লাং খোয়্দানরে ।। পন্থৌ কনাগী মপারীনো পাউহংলে ।। লোইদাম্ থাবুম্ খরগী মাঙ্ নতারোয় ঐবু মপারী অহন্বগী তাল্লোয় লৈম ওইনবগীবু ইপন্ পন্থৌ মাগী মকাদ হায়্জরম্ব, তৌইগুম্ ইপন্ পন্থৌ মান হোয়্য়াখিদব লান্থৌ লান্জাম্বগী মপারী অহন্ব য়াঙ্হন্ব ওইরম্লে ।। চেংলৌ শক্খঙ্নরে ।। তাইবং কনা খঙ্হন্ উহন্দন ঙাইরোয়্নন পুরক্লগ লোইমোম্ ফৌগৈদ থম্লে ।। মীৎলৎ নারৎ য়েংন হৈরাং লোন্জামিন্ন লৈরাং লোন্জিন্মিন্নবদগী তাউজিং হৈরূ পন্খ্রে ।। হৈরাং হৈমি তম্খ্রে ।। নোংমগী

কোরৌ নুমিত্তি মমোম্ ওইবী ঐবু পায়্ম খৈন চিংনরবগী ইপন্ পন্থৌ কাইরেম্বদি অশাউ খান্বী মৈহৌরে ।। ইপন্ পন্থৌ মান — ঈথায় কাইরেম্ব ঐবু মীথাদে ।। কাইরেম্ব ইতিক্ খঙ্হন্‌গে ।। আঃ লাক্‌চৈদ ! কাইরেম্ব ঐবু মীথাদব তম্ব নুপা অদুগী তাংজ লুরেল্ অদু অসূম্ম কক্কদবনি — হায়্‌ন মাগী শমু মখূৎসু কজেং থাংশাং অদুন লোইমোম্ ফৌগে কাচিন্দ খিন্দুন থম্‌লিব পয়া মপুন্দু থবৎ কক্‌পদ পয়া মপুন্‌গী মরুম্দ শাথুপ্ শারোত্তুন লৈরম্ব ইশাবী য়াঙ্হনব মাগী তাংজ লুরেল্ কক্‌খি ।। নতারোই ঐগীনি হায়ব তাইবংসিদ কনা লৈত্রবগী ইতা চংনিং নঙ্গী নরাল্‌য়াইদ তাংজ মায়্‌থোঙ্ ইকাই ফীরূক্ খুম্ন খোঙ্‌লাক্লর্বনি --- হায়্‌ন য়াব্রা মখোল্ থোক্ল হীক্ হীক্ মীকপ্ন কোলোয় পাউদম্লে ।। মীন অব্রা মায়্‌থোঙ্ শক্‌পুনরগ মান থোইন হেন্ন ব্রাজগনবী, মীন হরাউ মায়্‌থোঙ্ মকা লাল্লগ মান থোইন হেন্ন হবাউজগনবী চংনিং কৌবী মান মতারোয় কুমজরেম্বীগী চেংলৌ মশক রেংঙমদ্রবগী মপন্ পন্থৌ ঈরুম্ নিংথৌগী শমু মখোঙ্‌দ তুরে ।। মতাবোয় কুমজবেম্বীবু চঙজফম্ পীবীয়ু থৌনিজরে ।। মমোম্ লাংলেন্ চংনিংগী মফমদ্ খোকপ থৌদোক্ ওইবম্লবদি বাংলেন্ খূদক্ অদুমক্ত মমোম্‌গী য়াইবী মথৱায় মাঙ্‌লম্‌গদবনি ।। তৌইগুম্, অদুমক্তি ওইদবন মচুম্ম ঈথায় কাইরেম্বগী মমোমগ ওইবনে ঈরুম্ নিংথৌ মাগী ঙাকপী হৈব মথম্মোইন পাম্বে কবি লৈত্রবী কুমজবেম্বী মাবু ঙাকপীরে ।। চান্‌বীবে ।। নিংথৌ মাগী য়াইকোন্নুংদ চঙজফম পীবে ।। নাউয়োক্ নাউকোন্‌বীরে ।। কোবৌ নুমিৎ খরনিগী তুং কুমজবেম্বী মাগী শিয়োমনুংদগী মপাবী নাউব্রা অমা নাউনৌবে ।। মমীৎ মমায পাঙ্‌লে ।। কোরৌ নুমিৎ খরনিগী তুং মথম্মোই মচেৎ ওইরিব মপাবী নাউবাদুবু মতা চংনিংলৈমদ শমু খূৎশিন্নরম্লগ মথম্মোই মচেৎ অমগ লোয়্‌নন মপন্ পন্থৌ ঈথায় কাইরেম্বগী য়াইকোন্নুংদ হল্‌ব্রাইখ্রে ।। কোরৌ নুমিৎ খূদীংগী মীৎলুগী পিরাং কংদন চীংঙু নোংদম্ থীবী কুমজরেম্বী মাদি মপন্ পন্থৌগী যাইকোন্নুংদ পুন্সি উক্রোঙ্ চিংলি ।।০।।

ঈরুম্ নিংথৌগী মরাল্‌য়াইদ কুমজরেম্বীগী মপারী মাদি লৈহাউ ফব লোইবী লোক্‌মায়্‌দ হৌব চামলৌ লফূ লেম্লা পাম্বীগুম্ হম্ হম্ চাউরক্লে ।। পায়্ম লিংজেল্ খাব ঈথায় কাইরেম্ব মান নাউব্রা মাগী লীক্লম্ লীখুন্ খঙ্খ্রে ।।

নোংমগী কোবৌ নুমিত্ত কাইরেম্ব মান নুংশিদন নুংশিশা হায়জ নোনজ তৌদুন অঙাং নাউব্রাদুবু মচুম্ম ঈরুম্ নিংথৌ মাগী মবাল্য়াইদগী শমু মখূজেং পায়্ন পুবক্লে ॥০॥

মপুন মসূবু মাঙ্নব লম্বী থিবক্ই ॥ য়ারৌ শাদান্বদ মসূবু পুই ॥ অসূক্প উমংদ হুন্দোক্লম্মী ॥ তৌইগুম্ অদুম্ মবাল্য়াইদ মহল্লক্ই ॥ পামেল্ উয়ানবদ পুই ॥ পামেল্ উতুবদ নল্হল্লি ॥ পামেল্ উদু পুদুন মবাক্ই ॥ নোংমগী কোবৌ নুর্মিত্তি মখূৎমক্ল মসূগী যাইবী লৌবগে হায়্ন পায়্মনুংদ নীংখল্লবগী নাউব্রা মাবু মপুন লেম্লৈ ঙাফাকসি — হায়রে ॥ কুম্জবেম্বীনদি পায়্ম পাবুক্লুংদ চিংনজৈ ॥ পারী ইবুংঙো চাউদ্রিব নমিৎ ননা শিংউ — হায়্ন মপাবী চাউদ্রিবদ নাপ চাক্ল পাউমৈঞ্জে ॥ মপু কাইরেম্বন মসূ নাউব্রা মাবু লেম্লৈ ঙাচঙ্ তানবদ পুখ্রে ॥ লোইবী চীংযা কাওশীং উশা লৈব লাইজ ঈপাক্ত লেম্লৈ ঙাউপ্ ঈল্ হুল্লে ॥ লাইজ ঈবোন্নুংদ ঈলদু পল্লে ॥ মপুন মসূ যেংন হাযবে — ইপুগী ইবুংঙো চাউদ্রিব ! লাইজ ঈবোন্নুংদ লেম্লৈ ঙাউপ্ ঈলগী ঈল্খোঙ্ পল্লে ॥ লেম্লৈ ঙাজাউ ঙাউপ্লমাল্লে ॥ লাইজনুংদ কুম্লো ॥ ঈল্গী ঈলখোঙ্ শেন্নক-ও ॥ নাউব্রা ওইবিব মসন পলেম্ মমাগী পাউমেন্ ব্রাবু পায়্মনুংদ নীংশিংলক্লে ॥ নাউবা মান মপু যেংন — নসূ ঐদ নাউব্রা অঙাং ওইবন লাইজ ঈকুপ্লসু হৈজদে ॥ ঈল্গী ঈনখোঙ্ কবম্লবু শেন্ননি ॥ ইপুদি শমু পাঙ্গল্ কন্বনি ॥ ইপুন লাইজ ঈবোন্নুংদ ঈকপ্লীযু ॥ নসূ ঐন ঈল্গী ঈল্লী চিংজগে — হায়্বে ॥ মপুন্ লাইজ ঈকপ্খ্রবদ অপুনব খোইযুম্ অমন পুবগুম্ লাই অমন ইন্শিন্বগুম্ পীক্লিব নাউব্রা মান মপুগী থাংজ তরেৎন তিন্দুন শাখ্রব লোঙজীল্ তবেৎ পান্ব লোঙ্লেন্দুবু শমু মখূৎ অপিশক্তুন খূদুম্ চেৎন পায় মপু তম্ল লাইজ ঈরোন্নুংদ লংশিন্খ্রে ॥ ঈথায্ কাইবেম্বদু মশান থাক্চব শবৌ হাইগৎলাংদ থুজখি ॥ ঈনুংবুঙ্দ পাইশির্ন্খিব লোঙ্লেন্দুন কাইরেম্বগী য়াইবী মথব্রায় চুপ্খ্রে ॥ ঈঙাঙ্ পাক্তক্লবে ॥ মসূন লোঙ্ন নমদুন মপুবু নোংমন্হন্খি হায়্বগীবু পোইরৈ চাদোল্ ব্রাংঙম্ সূদোন্ন চীংদুবু পুনম্চীং-ও হায়ন কোলোয়্নখি ॥ মপুদু লাইজ ঈরোন্নুংদ পুম্দুন লৈহৌব পাৎনি হায্বগীবু পাক্তুবু পুম্লেন্-ও হায়্ন কোলোয্ মিংহুন্ তম্খি ॥০॥

লাইয়িংথৌ ঈরুম্ নিংথৌ মাগী মশাইকোল্লোম্দদি — নোংমগী কোরৌ নুমিৎ অমদ অব্রাং য়োইরেল্ পাখংব লাইয়িংথৌ সোরাবেল্গী মপারী খোয়্রীফাবন চাউব লেপ্তুম্ ফাববগী অপাম্ নুংশি ব্রাখল্ন লমজিং ওই শাবল্ লম্থোক্লক্, কোংলৌ লম্যেংলক্, থাঙ্ঙ লৈকাই কোয্বক্পদ চেংলৌ শক্লোয্ হেন্বী মায়্থোঙ মতৌ লৈবী ঈরুম্ নিংথৌ মমোম্লোয় চংনিং লৈম- ও কৌবী মাগ চেংলৌ শকউনকবে ।। চেংলৌ শত্তাক্লবে ।। চংনিং লৈমা মান মথংলেন্ ওইরগদব খোয়্বীফাব মাবু চেংলৌ শক্উববদ নহাল্নোংগী ব্রাবু পায্ম নুংদ নীংশীংলক্লবদ খোইরুম্ মোমোন্ মীনোক্খি ।। চংনিং মাগী মোমোন্ মীনোক্ লাংদ লাংজেং মথোক্ কাবক্প খোয্রীফাবদু লাংথুরে ।। শাবী শানৌ অনীদু অপাম্ নুংশি পায্ম খোয্জঙ্নখ্রে ।। তিল্লাং খোয্দানখ্রে ।। হ'উবোক চে নোংলৈম মাগী মপাবী খোয্বীফাব মান মশানৌ তথোংশী চংনিং মাবু তাল্লোন লৈম তুনুংশি ওইনবগীবু শমু মখূজেং পাল্লোইন ঙাইবোযনন পলেম্ মমাগী মশাইপোন্দ পুবক্কে ।। যোইবু খোইমোম্ লাইবেন্মা নোংথাঙ্লৈমগী লাইচৎ লাইওল্ ওইবী মশানৌ চংনি, লৈম মান -- লোইবী চীংথক্পু পায্ম খৈন খোযদাজৈএ - হায্বগীবু ফেংইজীং চীংদোন্দ লাইযিংথৌ খোয্বীফাবগ মশানৌ লাইবেন্মা চংনিং লৈমগ অনীমক্কী মবাল্ যাইকোন্নুং ওইখি ।।০।।

মায্কৈ তবাগী মনুংদ মৈরম্ চিথেক্ ঙাক্প লাইয়িংথৌ অমসু ওইরিব, যুচেং কৌব লাইগী লাইওল্ লাইচৎ ওইরিব হৈবেম্ লম্ঙাক্প, খুন্জাম্ লম্শেন্ব, চঙ্জবক্পদ কুবীহৈব লাইয়িংথৌ ঈকম্ নিংথৌ মাগী উমং লাইকোন্নুংদি লম্লেন্ কক্চীং, ঈরেংপল্, পাৎপাল্, কক্চীং খুন্নৌ, শাপ্ম, লর্মদিং, শেক্মাইজীন্, নিংঙেল্, লাইগনাই খুল্, খোইজুমান্ অর্মদি লম্লাংদোং কৌব খুল্ লৈকাইশিংদ লৈ ।। খুঙ্গং লৈকাইশিং অসীগী খুঙ্গাশিংন লাইযিংথৌ মাবু হবাউ শক্শেম্তম্ থৌদোক্ কুম্মৈ শান্নদুন খুঙ্গাউ লৈচাউনব, চাক্হোঙ্ ঙাহোঙ্নবগীবু ঈবাৎ থৌরম্ তৌনৈ ।।০।।০।।

# লাইয়িংথৌ নাউথিংখোং অমসুং লাইরেম্মা পীতঙঙা

চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব তেংবান্ব মপু মান নোংমগী কোরৌ নুমিৎ অমদ লৈমবেল্ শিদবী য়েংন -- হে ইশানৌ লৈশীবেল্ লৈপুন্বী-ও ! নশাবী ঐন নমু পোংহন্ব তাইবং সোরারেল্ লৈমাব ওইব তম্ব মাদি নুজা অপাম্ লাং তাল্লোয় নুংশি লাংদ থুফরোই হায়্‌ববু তাইবং চাদোল্ নমু সূদোন্দ পাউমেন্‌গে হায়্‌বগীবু নশাবী ঐন ইপানী উনৌ কোন্দে কোন্ন হুনব কোন্‌জিল্ তিংথোক্‌প মাবু কংলৈ নিংথৌ লৈমাব উবাকোন্‌থৌব কৌব মাগী অহুম্‌শুব মপারী ওইনবু লৈম খাববোল্ নুংজেংসূগী পীবুক্ লিন্‌কোইনুংদগী মালেম্ তাইবং ফাওহন্‌খ্রে ॥ ইশানৌ লৈশীরেল্ লৈপুন্বী নঙ্‌দি অপাম্ নুংশি লাংথাক্‌পী, লাংজেং মথোক্ কানক্‌প তম্ব ওইবগী পায়্ম পীবুক্ হুঙন্বী মোম্‌নু নুজা ওইন লাইচৎ লাইওল্লু -ও --- হায়্‌রে ॥ তেংবান্ব মপু নোংদম্ব মাগী য়াথং পাউহায়্‌খোন্‌বু নাতাববগী যোইবু খোইমোম্ লাইবেম্মা লৈমরেল্ শিদবী মান শম্‌লা লংমাই নিংথৌ ব্রাম্মৈ লান্‌থাবগী মমোম্ লাংলেন্ ওইন লাইচৎ লাইওন্‌খ্রে ॥০॥

তুবী লাইবেল্ উবা কোন্‌থৌবন নোংমগী কোবৌ নুমিত্ত নিংথৌ মাগী অহুম্‌শুব মপারী হোঙ্‌নেম্ য়োই খুন্‌জাউবু পোইঁরৈ অহৈব ব্রাংঙম্ অশীংব ওইসুনু হায়্‌বগী পাউমেল্ পাউতাক্‌পদ খর হেন্‌মন্‌খিবদগী মপারী মাদি পায়্ম পীবুক্ ব্রাবৌখ্রে ॥ পাখং মথোল্লক্ লাংজেং মকারল্লব চাউব লেপ্তুম্ ফারব পাখং ওইব মহৌশা নহা ব্রাখল্‌ন লম্‌জীংখ্রে ॥ নোংপোক্ ব্রাইরংলোম্‌দ চেংলৌ শমায় ওন্ন শেল্লোই লংমাই লম্‌দ অয়াঙ্ খোঙ্‌শান্‌খ্রে ॥ চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব নোংদম্ব কৌব লাই মান নমু চাদোল্ তাইবং সূদোন্ন খঙ্‌হৌনবগীবু থৌদোক্ কুম্মৈ শান্নগে নীংখন্‌ববু পায়ম পীবূক্ পূক্‌থুংলনি খল্লবগীবু হরাউ মথোই কারে ॥ নমু পোংহন্ব, তাইবং সোবারেল্, পোইঁরৈ লৈঙাক্‌প, কংলৈ লৈমাবগী মতিক্

ময়াই চাংয়েং থৌদোক্ কুম্মে শান্নগে হায়বগীবু য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা লৈমরেল্ শিদবী মান লাংওনখ্রবী শন্না লংমাই নিংথৌ মমোম্লোই নুজা মথোক্ কারক্পী, চেংলৌ শক্কোয় হেন্বী, মায়থোঙ্ মতৌ থুম্থোইবী নোংবান্লোন্ অচোঙ্ য়ুম্লেন্বম্ চনু পীতঙ্ঙা লীক্লু লৌথিবী নুয়াম্ শাফবী শেল্লোই চনুরা অতেংবী মাগী মরাল্য়াই তান্ন তুবী লাইরেল্চা হোঙ্নেম্ য়োই খুঞ্জাই মাবু চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব নোংদম্ব কৌব লাই মান চেংলৌ শক্উহন্দন পায়্ম খোয়্বুঙ্নুংদ চঙ্ন লম্জীংলে ॥ তুবী লাইরেল্চা হোঙ্নেম্য়োই খুঞ্জাউদু শন্না নিংথৌ চনু লংমাই পীতঙ্ঙাদ তাল্লোয় নুংয়িন্ তম্ য়াওঙ্ ইন্দুন লৈখ্রে ।। চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব নোংদম্ব লাই মাগী শংলৌ মথৌরাং তাইবং ফাংলম্ কুম্মেবু নমু পোংওইব কনান কক্ঙম্গনি ॥০॥

নোংমগী কোরৌ নুমিত্ত শেল্লোই অকন্ব লংমাই অথৌবশিং হুপ্ল কংলৈ মপু লৈমাব মাবু পাউখঙ্হল্লম্দন পোইরৈ লম্ফাওন কংলৈ লম্শম্ল হাউকপ্ চীংশাং খুন্ফম্ ঙাংজেংদ লোন্ন হুইয়েন্ লান্দাখি ॥ শেল্লোই মনিল্ নাই লংমাই মরাঙ্হৌন খোঙ্লাক্পদুবু কংলৈ মপু লাইরেল্ উরা কোন্থৌবগী মদাইরেম্ কদেম্ শোয়্শেম্বন লম্লেন্ খোমিদোক্তগী মীৎয়েং শাংখৈবদ চেংলৌ শক্উরবগী শমু মহক্চাংদ লেম্লৈ ঙা অপুম্ব তৈশিন্দুন তিঙ্ঙী কৌব মরৌচাউব উচেক্ মান তৌগুম্ নোংমল্লব শাশিন্নদুন লৈরে ॥ শেল্লোই লংমাইশিংদুন কংলৈ মপু মাগী মনাই শোয়্শেম্ববু চেংলৌ শক্খঙ্লে ॥ শমু মখোঙ্দোন্ন কাওন তান য়েংলে ॥ হোরেল্ হুইয়েন্ লান্হল্লক্পদ তাংজ লুরেল্ লৌশী ॥ অহোঙ্ লুখা থানসী হায়রন্নগ শিরবনি খল্লবগী থনন্নগ চৎখ্রে ॥ নোংবান্ কদেম্ শোয়্শেম্বন অয়াঙ্ খোঙ্চেন্খিদুন কংলৈ মপু মাঙোন্দ শেল্লোই লংমাই ব্রাবু ব্রাতম্খি ॥ কংলৈ মপু পায়্ম পীবুক্ অশাউ থাম্বী মৈহৌরে ॥ কংলা লান্বুঙ্ থীল্লে ॥ ইনুং ঙান্দ্রিথৈঙে অহিং তাংলৌ অথেঙ্বদ পোইরৈ অথৌব কংলৈ অকন্ব পূম্নমক্ কংলা কোনুংদ ব্রায়্থুংলরে ।। শেল্লোই লংমাইশিংন মদাইরেম্ কদেম্ শোয়্শেম্বদ হায়রম্ব ব্রাবু কংলৈ মপু মান পাউদম্লে ।। করোং খুৎকুম্সী হায়বগী কংলৈ মপু য়াওন নাক ভুরেল্ ঈহৌনক্ফম্ মরুদ অথৌ লীচা হেম্প থায়াঙ্ কোন্দাই লোন্ব পূম্নমক্ শেল্লোই লংমাইন হল্ব্রাইরক্পবু শান্থুপ্পুন ঙাইরগ চেক্লা

খবংগুম্ খংপ্রেক্ খংন লান্দাবে ।। শেল্লোই লংমাই শমু মীকোক্ তবা খক্‌পু নত্তন পুম্নমক্তি যাইবী মথৱায্ লৌবে ।।০।।

যাইবী মথৱায্ পুন অয়াঙ্ খোঙ্‌চেন্‌খিব তম্ব তরাদুন শেল্লোই লংমাই পুম্নমক্ত থৌদোক্ পুম্ব ৱাতম্‌লে ।। শেল্লোই চীংমায্ লংমাই চীঙ্গোল্ মীকপ্‌খোন্ন নিল্লে। অশাউ খাম্বী মৈহৌবে ।। মোম্নু নুজা শল্লাং ওইবম্ হুন্‌বী মক্তি নত্তে ।। তৌইগুম্, শেল্লোই অকন্‌ব লংমাই অথৌব কনাসু লৈত্রে ।। কবম্নবু কবোং খুৎকুমগদবনো হায়্‌নে ৱাখন্নবে ।। অচোঙ্ যুমলেন্‌বম্ চনু লংমাই পীতঙ্‌ঙা লীক্লু লৌথিবী মাগী মবালযাইদ তাল্লোয্ নুযিন্দুন লৈবিব কংলৈ নিংথৌ বাকে নথৌবগী মপাবী হোঙনেম যোই খুঞ্জাউগী যাইবী মথবায্ লৌদুন মংশক [illegible] পাবেপ্পববগী খাং-তা, কাঙ্‌দেন্ পায্‌দুন পীতঙ্‌ঙা শেল্লোই চনুবা অ[illegible]বী মাগী মযুম মবালযাইবু লাঙ্গোই চল্লে ।। তাল্লোয্ নুযিন্দুন লৈবিব মশাবা লাইলেল্লাগা কবোং খুৎকুমগে মংশক তানগে – হায্‌ন নোংবাল্লোন্ পীতঙ্‌ঙাদ হায্‌লে ।। পীতঙ্‌ঙা লীক্লু লৌথিবী নুযান শাফবীন শেল্লোই মপন্ লংমাই মা শংগ [illegible] ইশাবা হোঙনেম্ যোইদ শেল্লোই ইপন নখোযগী মাকলৌবেন্নে ।। লংমাই ইদু নখোযগী শেল্লৌবেন্নে ।। ইথংলেন্ মাদি শেল্লোই তবা চাক্ল হুইদ্র [illegible] মপোপ চাউজবনি ।। লংমাই শংলৌ এন্‌শাংন তিংগোইগুম মনা লেকচবনি ।। শেল্লোই লংমাইন খুনযম্ ঙাংজেংদ তইযেন্ লান্দাগদৌবি হায্‌ন ইশাবী মপা মপন্ পল্লৌ তুবা লাইবেল্ উবা কোনথৌব মাঙোন্দ পাউহায্‌কবসু লৈতে ।। নমোম ওইবা ঐদি ইপবি শাগব, ইমোম যইদবি ।। নমোম্ ওইবা ঐগ ইশাবা মাগবু চাম্‌লৌ লাবাক্ শেৎকুম্, কোঙ্‌যাং বাচেৎ খায্‌গুম শেৎন পাইনহনবীগনু ।। নমোম্ ওইবী ঐগী চেংলৌ য়েংন নুংশিবীযু — হায্‌ন মমিত্ত পিবং খক্‌মাতান মথম্মোই নুংহিক্লন হায্‌জবে ।। তৌইগুম্, হোয্‌যাবীদ্রে ।। শেল্লোই মপনাশিং, লংমাই মদুশিংদ পীতঙ্‌ঙা লীক্লু লৌথিবী পায্‌ম লিন্দাং শাংবী মান — ইথংলেন্ হোঙনেম্ যোই খুঞ্জাউ মাঙোন্দ নমোম্ ওইবী ঐন লৈগে হায্‌দুন লৈবসু নত্তে ।। শেল্লোই ইপন্, লংমাই ইদু নখোয্‌ন কাওজন্‌বীবগী লৈবনি ।। ইপা ইতোন্, ইবুং ইপুৱা নখোয্ পুম্নমক্ল ইথংলেন মাগী যাইবী মথৱায লৌবগে হায্‌ন পায্‌ম পীবুক্ত লেপ্লবদি ইথংলেন্ মাগ কাসা লাইবক্

চাউবী মশানৌ ঐগদি মপোক্ লাংওল্ অসীগীদি চাম্লৌ লারাক্ শেৎপগুম্ শেৎনরগনি, কোঙ্য়াং ব্রাচেৎ খায়্বগুম্ খাইনরগনি ।। পান্দূম্ অমতংবু ফূত্তুন ইথংলেন্ মাগ চেক্লাগুম্ চীন্দিন্ন পোম্বীগুম্ চীল্লোক্ল চামিন্নব ফাওবদংদি ঙাইবীয়ু — হায়্জরে ।। হোয়্য়াবীরে ।। নোংবাল্লোন্ পীতঙ্ঙা লীক্লু লৌথিবী পায়্ম লিন্দাং শাংবী মান শেল্লোই মপন্শিং লংমাই মদুশিংবু ব্রাংলৈ অয়াক্প হাউঁদে অথুম্ব পায়্ম পীবুক্ পেন্ন থন্ন পীথক্লে ।। ব্রাংলৈ ময়াক্ল হাউঁদে মহাউন ঙাউরে ।। খেরে ।। লাউরে ।। ব্রারে ।। লেক্থরে ।। লীক্লু লৌথিবী পায়্ম লিন্দাং শাংবী মানদি পান্দূম্ ফূৎপগী মহুত্ত থৌদু নুঙ্দূম্ ফূৎলে ।। মুন্ব কৌব লৈত্রে ।। পীতঙ্ঙা নুয়ান্ শাফবীন মথংলেন্ য়েংন — ইশাবী-ও ! নশানৌ নোংবাল্লোন্ ঐদি ইবুং ইপুব্রা কনা লৈজদে ।। পাৎয়াইদ মদোম্ শাৎপী লৈরাং থম্বাল্গুম্বীনি ।। ইথংলেন্ নঙুন তাইবং সোরারেল্ ওইন নিংথৌ ফম্বাল্ তোংবদ নশানৌ কাসা লাইবক্ চাউবী ঐবু ইশাবী নঙ্গী শমু ওয়্রোম্ থম্ন তোংমিন্নসি ।। ইশাবী-ও নঙ্গীদমক্ত খোইয়ুম্ লাইবু নীংন কোরৌ নোংম নোংম হৌখিববু ব্রান ঙাই, কোরৌ মশীং থীন লৈহৌরগে — হায়্ন তাংজ লৈদ লূক্ল মীৎলূ পিরাং শিন্থবে ।। মশাবী হোঙ্নেম্ য়োই খুঞ্জাউনসু মশানৌগী পূক্মেন্ পাউমেন্ ব্রাবু ব্রাকাউদনবগী ফীজীদ চরৈ কিশি কিরম্লগ মশানৌ লীক্লু লৌথিবী পায়্ম লিন্দাং শাংবীগী পাউতাক্ ব্রাবু তুংইন্ন মোংব মরাল্য়াইগী ফক্লাং শীংখোঙ্ হোগায়্রগ মপন্ পন্থৌ মশাইকোন্দ খোঙ্শান্বগী মহুত্ত হাউরৈ খা পাংববম্দ লৈব খূমন্ চাউব পুঙ্গী লৈমাব অদোন্ পুন্সি য়ুমোইবগী মশাইকোন্ য়ৌন ইনুং ঙান্দ্রিঙৈ শূক্ তরেৎ শুন মম্লব অহিং তাংলৌ অথেংবদ লোন্ন থুপ্ন তাংজ লিন্ন তৌগুম্ নান্থোক্খ্রে ।। অসাইঙৈগী থাং-তা,কাঙ্দেন্ পায়্ব হোঙ্নেম্ য়োই খুঞ্জাউ মাবু য়াইবী মথব্রায়্ লৌগে হায়্বগী ঙাইরিব শেল্লোই লংমাইশিংন --- পীতঙ্ঙা-ও ! নঙ্গী পান্দূম্দুবু ওখাক্ কুইরে মুন্দ্রিবর— হায়্ন পাউহংবদ মশাবী মাবু লম্দম্ তাম্ন চেন্খিনবগীবু — মুন্দ্রি — হায়্ন পাউখুমলে ।। শেল্লোই মপন্শিং লংমাই মদুশিংন পায়্ম পীবুক্ চিংনরবগী পৌরোল্লব থোঙ্জাউদু শমু মখোঙ্ন কাওথেক্ল য়েংবদদি পান্দূম্দি ওইরমদ্রে ।। থৌদু নুঙ্দূম্ ফুৎলম্লে ।। তুবী লাইরেল্চা মাসু ইম্মুংদ লৈরমদ্রবগী পায়্ম খোয়্বুঙ থাংন

শাউরবগী থাঙ্-তা, কাঙ্দেন্ পায়্ন তান্নবদ হোঙ্নেম্ য়োই মাবু তান্ফংদ্রবগী লাক্চৈদ হায়্ন তাক্লৌ শিদং শোন্ন মরাল্য়াইদ হল্ৱাইরক্লে ॥০॥

হোঙ্নেম্ য়োই খুঞ্জাউন খূমন্পুঙ্ য়ৌরবদ খূমন্ নিংথৌ অদোন্ পুন্সি য়ুমোইব মাঙোন্দবু থৌদোক্ ৱারী পূম্নমক্পু পাউদম্লে ॥ খূমন্ পুঙ্দ তরা চাক্তাং চরৈ ফিদাংদুন লৈরে ॥ খূমন্ নিংথৌ মান মমোম্ লাংলেন্ খয়োয়্রোল্ কৈরুহাংবীবু তুবী লাইরেল্চা হোঙ্নেম্ য়োই খুঞ্জাউ মাঙোন্দ কাওজন্বীরে ॥ মরাল্ সঙ্গাই নীংথিথোইব অমবু তোপ্ন শা নুংঙাই য়াইবী মরাং কায়্ন লৈহল্লে ॥০॥

নোংমগী কোরৌ নুমিত্ত কেগে মোইরাং পুঙ্গী লৈমাব পু-লিক্লাই সন্না লাক্খুৱানা — খুয়োন্ কোঙ্য়াং ৱাহোঙ্ কুম্মৈ য়েংলো লাউ-ও হায়্ন খূমন্ লৈমাব অদোন্ পুন্সি য়ুমোইববু য়ুকৌরক্খি ॥ খূমন্ নিংথৌ মান মোইরাং পুঙ্ খোঙ্চৎপদ তুবী লাইরেল্চা মাবুসু ঙাইরোয়্নখি ॥ মোইরাং কংলা তান্ফংলবদ পু-লিক্লাই সন্না লাক্খুৱা মান খূমন্ লৈমাবদ — পাইরৌরেল্ অদোন্ পুন্সিব-ও নঙ্গী হৈনা তুংইল্লক্লিব চেংলৌ শক্হেন্ব নহা শাফব আসিবু কনানো — হংলে ॥ অদোন্ মান মাগী শেল্লৌরেল্ পু-লিক্লাইদ মৈদিংঙুচাবু চেংলৌ শক্তাক্লে ॥ থৌদোক্ ৱারী পূম্নমক্পু ৱাতম্লে ॥ থৌদোক্ ৱারী পূম্নমক্পু উন্বী পীবুক্ পীন নাতারবগী তুং পু-লিক্লাই মান মমোম্ লাংলেন্ ইৱাংলোন্ কেগে মোইরাম্ব চনু লৈম নামন্ চাউবীবু তুবী লাইরেল্চা হোঙ্নেম্ য়োই খুঞ্জাউদ কাওজন্বীরে ॥ লুহোং খোঙ্দোংবীরে ॥ কোরৌ নুমিৎ শীংবুম্ ৬(তরদক্)নি শুরবদ চরৈ ফিয়াম্, কাওরেল্ শনয়াম্ য়াওন খূমন্পুঙ্দ থিল্ৱাইরক্লে ॥০॥

তুবী লাইরেল্চা মান খূমন্ নিংথৌ মশাইকোন্দ শাইদাংলক্প লোইদাম্ থাবুম্দগী লাংহৈ কুম্বু ওল্লক্লবদ মৈদিংঙুচা মাদি কংলৈ ফম্মোইমিৎ ফল্লগদব পোইরৈ ফলাংমৈ তোংলগদবনি খঙ্লবগী নোংমগী কোরৌ নুমিত্ত অদোন্ য়ুমোইব মান মমাক্লৌরেল্ হোঙ্নেম্ য়োই মাবু হোঙ্নেম্ লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী মকাদ পোইরৈ ৱারম্লেন্ অচেৎপ, ৱাংঙম্ চৎনলোন্ অহক্প, খম্নুং লাইরোল্ অরুববু শিন্দম্হন্গে হায়্ন্ খল্লবগী লুৱাংপুঙ্দ থারক্লে ॥০॥

হোঙ্‌নেম্ য়োই খুঞ্জাউ মান লুৱাংপুঙ্ তান্‌ফঙ্‌গে হায়্‌বগী খোঙ্‌হৌরক্‌পন লম্‌লেন্ তাক্‌য়েল্ খোঙ্‌বান্দ ৱায়্‌থুংলরে ।। মোম্নু নুজা পুক্কংবী অমদ হোঙ্‌নেম্ লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী মশাইকোন্‌বু খঙ্‌গে হায়্‌বগী পাউহংলুরে ।। মোম্‌নু নুজা পুক্কংবী মান — লৌশিং ঈরেলপুঙ্‌ওইব ইয়ু লুৱাং পুন্সিব মাগী মরাল্‌য়াইবু শমু ইখূৎথিন্ন মতাক্কে ।। চীংঙু খোইয়ুম্ কোন্‌জিল্ তিংথোক্‌প মাগী লাংওল্ ওইরিব তুবী লাইরেল্ মৈদিংঙুচা নঙ্‌নদুম্ চীংঙু নোংদম্ থীবী, কাসা লাইবক্ চাউবী মোম্‌নু নুজা ওইবী পূক্কংবী ঐবু শমু খোঙ্‌কাপ্ কান্‌জাউ কান্ন কান্‌থোক্‌পীবম্-ও ।। থৌজাল্ লন্‌কুবীরম্-ও — হায়্‌রে ।। তুবী য়োইনোংদা নেংদা লাইরেল্ পাখংবগী চাদা নাউদা ওইবিব হোঙ্‌নেম্ য়োই মান — মোম্‌নু নুজা ওইবী নঙ্‌দি নপারী ওইনদুম্ ফংজবো ।। নপাবী ওইনদুম্ ফংজবো — হায়্‌ন কোলোয্ মপাউ অনীবক্‌পু হন্ন থৌজাল্ লন্‌কুবীবে ।। শমু মহক্‌চাংবু কান্‌থোক্‌পীবে ।। মোম্‌নু নুজা মান শমু মখূৎথিন্ন তাক্কবগী হোঙ্‌নেম্ লুৱাং মবাল্‌য়াই যৌখ্রে ।। মোম্‌নু নুজা তাক্‌যেন্ পূক্কংবী মাদি চীংঙু খোইয়ুম্ কোন্‌জিল্ তিংথোক্‌প মাগী লাংওল্ ওইরিব তুবী লাইবেল্‌চা মাগী থৌজাল্ লাইজ ঈবিক্‌পু শোয়্‌ফন্দবন মপারী অনী ফংজখি ।।০।।

হোঙ্‌নেম্ লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবন হোঙ্‌নেম্ য়োই খুঞ্জাউবু পোইবৈ ৱাবম্‌লেন্ অহক্‌প, ৱাংঙম্ চৎনবোল্ ফজব, খম্নুং লাইরোল্ অরুব, কোবৌ নোংলিংৱা, মালেম্ লৈশেম্‌ৱা, খল্লাং পাৱাবী, ইবেং পুৱাবী অচেৎপবু শিন্দম্ শিন্তাক্‌পীরে'।। চহী লাংহৈ কুম্‌শীং ৫০০(চামঙা) পুন্সিব ইয়ু হোঙ্‌নেম্ লুবাং নিংথৌ পুন্সিবদি মাগী লাংওল্ কুম্মৈ লোইববগী চীংঙু খোইযুম্ যাইবীবেল্ শিদব নোংদম্ব মান হল্‌ৱাইবক্লো হায়্‌ন পাউকৌরক্কবগী শজিক্ মতুং ইন্ থব মমৈ ৱাই কোবৌ নোঙ্গা তান্‌খ্রবদ ময়ু মাগী মথৌ মঙম্‌দি মৈদিংঙু লাইবেল্‌চা মান থৌপাঙ্‌থোক্লে ।। মথৌ য়াঙ্গেল্লে ।।০।।

তাইবং চেঙ্‌জেল্ লোইরব পুন্সি খোয়্‌রেল্ য়ৌরবগী কংলৈ মপু লৈমব উরা কোন্‌থৌব কৌব মাদি অম্‌ন থরৈ কূম্, খুম্নুং শাৱা তাল্ কোবৌ নোঙ্গাখ্রবদ লৈম খাবরোল্ নুংজেংসুন পিবাং খক্‌মা তান — লাইরেল্ ইশাবীদি কোৱৌ নোঙ্গারে ।। ইপারী অহন্‌বসু চেংলৌ মঙম্ শোয্ ।। ইপাবী মথং

যাইমবসু শমু পাংশোয় নিক্ই ।। ইপারী খোম্দোল্ অতোন্বসু পায়্ম পীবুক্ কংই ।। অসীগীবু ইপারী অহুমক্তি তুবী ফম্মোইমিত্ত ফম্ফরোই ।। লাইরেল্ ফল্লাংমৈদ তোংফরোই ।। লুব্রাংপুঙ্দ চাক্তাং ফিদাংলিব ইপারী হোঙ্নেম্ য়োই খুঞ্জাউ মান তুবী ফম্মোইমিং লাইরেল্ ফল্লাংমৈ ফংগদবনে — হায়্ন পাউমেল্লে ।। তুবী লাইরেল্ মদাইরেম্ অনংফিহাইরোয়্শিং থাদুন হোঙ্নেম্ য়োই খুঞ্জাউ মাবু পাউকৌহল্লুরে ।। লম্লেন্ লুব্রাংপুঙ্দগী তুবী লাইরেল্চা মাদি পোইরৈ খুন্গারক্লে ।। লাইরেল্ লপ্য়ান্ কাদ ফম্ফম্দুন লৈম খয়োয়্রোল্ কৈরু হাংবীবু তুবী শমু ওয়্রম্ থম্ল চোইনৌ ফম্বাল্ ফম্গারে ।।০।।

শেল্লোই লংমাইরোম্দদি — নোংবাল্লোন্ অচোঙ্ য়ুম্লেন্বম্ চনু পীতঙ্ঙা লীক্লু লৌথিবী নুয়াম্ শাফবীসু মশাবী হোঙ্নেম্ য়োই খুঞ্জাউন কংলৈ ফম্বাল্ কাবনি হায়্ব পাউনিল্খোন্বু নাতারবগী নহাল্ঙৈগী থৌদূ নুঙ্দুবু শম্লংদ হাপ্ হাওশম্ নময়ান্নন মশাবীগী শমু মখূৎমক্ল কিশি কিরম্ব চরৈ কিশি য়েংন নহাল্ঙৈগী থৌদোক্ ব্রাবু নীংশিং নীংশিং চেংলৌ মপুঙ্ ফান শক্লেন্ মঙাল্ নাইন কংলৈপুঙ্ময়োল্ ইন্দাল্লক্লে ।। তৌইগুম্, কংলৈপুঙ্ময়োল্ ময়ায় শুম্দোংপান্ ব্রাইথুংদ্রিঙৈ য়াংদৌ লম্খাঙ্দ মশাবী হোঙ্নেম্ য়োই খুঞ্জাউগ মশুং মমান্নবী খয়োয়্রোল্ কৈরুহাংবীগ তুবী খাজিক্ল লাইরেল্ খম্বাংনন চোয়্নৌ ফম্বাল্ কাখ্রে হায়্ব ব্রাবু নাতারবগী পায়্ম খোয়্বুঙ্ থীৎন শাউরবগী অদুঙৈ মথংলেন্ মাগী য়াইবী কন্নবগী ফূৎখিব থৌদূ নুঙ্দূম্দু তিল্লাং হাইশিংনন কংলা পম্ভোঙ্দ হুন্দোক্লম্লগ মোংব চৎলম্ ফান্শাং ইন্ন লপ্য়ান্ কাদ ব্রাইথুংলবদ লাইরেল্ মৈদিংঙুচাদি নাউথিংখোং-ও কৌন ফম্বাল্ মিংহুন্ তম্ চোইনৌ ফম্বাল্ ফম্দোংলম্লে ।। তুবী লাইরেল্ নাউথিংখোংন মশানৌ মাবু চেংলৌ শকউরবদ পায়্ম ইফিং ফিংকৎন নুংশি ঈথক্ হৌন— ইশানৌ নোংবাল্লোন্ পীতঙ্ঙা নুংশি কাউওম্দবী, ইমিরেল্ অচেৎপী, পলেম্ পীথাংশিন্ন নাউয়োক্লক্পী, হোঙ্নেম্ য়োই খুঞ্জাউ ঐগী য়াইবী থব্রায় লাইকন্বী নঙবু লাউ-ও ।। লাইরেল্ ননেম্মচা ঐগী শমু য়েৎলম্ ফম্লো লাউ-ও ।। পোইরৈ লৈপাক্ ঙাক্মিন্নসে — হায়ন পাউকৌবক্এ ।। মশাবী মাগী মপাউখোন্বু নাতারবগী পায়্ম খোয়্বুঙ্ থীৎন শাউরে ।। পায়্ম লিন্দাং শাংবী লীক্লু লৌথিবী ঐন তুবী নঙগী য়াইবী থব্রায় কন্খিববু করম্ন কাউবনো কল্লক্এ ।। অদুক্ লুন নুংশি চান্ন লোয়্নরম্বী

নশানৌ ঐবু লাইরেল্ ননুঙ্ লেল্লগ থৌওই য়াওইদন তরা চাক্লেম্খাক্লুম্ হুন্দোক্পীরে ॥ চীংঙু নোংদম্ থীবী কাসা লাইবক্ চাউবী ঐদি নমু পোংবু ওইন পান্ওন্নরোই — হায়ন লৈমরেল্ লাংওল্ চঙ্খোন্বী মাদি মোংব লপ্য়ান্কা শারোঙ্ পুঙ্য়ান্ খাদ চঙ্ন য়োইবু খোইমোম্ য়ুম্জাউ লাইরেম্বী ওইন শমু মহক্চাংবু তিন্খি ॥ থবায় মমিরেল্দি মোংব য়ুম্য়াঙ্ খায়ন কোরৌ নোঙ্গা তান্খি ॥০॥

তাক্লৌ শিদং শোন্ন লৈহৌরব তুবী লাইরেল্ নাউথিংখোং মান — ইশানৌ পীতঙ্ঙা লীক্লু লৌথিবী মান য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা ওইখিব কোরৌ নুমিৎ অসীবু চহী খূদীং লোইদাম্ থাবু থাকাউদ লাংহৈ কুম্বু কুম্কাউদ ইশানৌ মাগী মশাইকোল্দগী চেন্থরক্প শেল্লোই লংমাই চীংজুম্ ঈ, চাঙ্গোই মরিল্ লাইজ ঈচেল্দ ঈরূপ্সী — হায়নবু পোইরৈ শীন্ন য়াংঙম্ থুংন য়াথং পাউহায়খি ॥০॥

নুজা অপাম্লাং তাল্লোয় নুংশি লাংদবু থুঙম্দ্রব তুবী লাইরেল্ নাউথিংখোং কৌব হোঙ্নেম্ য়োই খুঞ্জাউ লৈমাব মাদি পোইরৈ মনিল্নাই য়াংঙম্ মরাঙ্ হৌন খুবান্ লৈপান্খি ॥০॥

চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব কোন্জিল্ তিংথোক্পগী লাইওল্ লাইচৎ ওইরিব লাইয়িংথৌ নাউথিংখোং মহাক্কী উমং লাইকোন্দি থাংমৈবন্দ (কাংহুজম্) খোংমন্ কিতন্না পন্নুং, খোইস্নাম্, কাংহুজম্, তাউমং পাৎশোয়, উরীপোক্ অমসুং বাশিখোংদ লৈ ॥ লাইয়িংথৌ মাবু উমংলাই ওইন মাগী লাইকোন্নুংদ হরাউ শক্শেম্ তম্ থৌদোক্ কুম্মৈ শান্নদুন মচা মনাই ওইবশিংন ঈরাৎ থৌরম্ তৌনৈ ॥ লাইয়িংথৌ মাগী লাইকোন্নুংদ মশানৌ ইবেম্ম লাইরেম্মা পীতঙ্ঙান ওয়্রম্ ফম্বাল্ ঙাল্লি ॥ লাইরেম্মা পীতঙ্ঙা মাগী লাইকোন্দি থাওরোইজম্ অমসুং মোইরাং কৈথেল্ মমাংদসু লৈ ॥ তৌইগুম্, খোইস্নাম্ শাগৈন লাইয়িংথৌ নাউথিংখোং মাবু হরাউ শক্শেম্ তম্ থৌদোক্ কুম্মৈ শান্নদুন হরাউবগী থৌরম্ তৌব মতম্দদি খোইস্নাম্ পোক্পী মবেম্বৌ লাইরেম্মা খূমন্নিংথৌ চনু খয়োম্রোল্ কৈরুহাংবীগ লোয়্নন ঈরাৎ থৌরম্ তৌনৈ ॥০॥০॥

# লাইয়িংথৌ য়াংগোই নিংথৌ

নোংদম্ব মপু চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব মান য়েক্লবদ লান্থিব পায়্ম লিংজেল্ খাব তাইবং থৌদোক্ কুম্মৈ অমবু শান্নগে হায়্‌ন পায়্ম পীবুক্লুংদ নীংখল্লবগী মপারী উনৌ কোন্দে কোন্ন হুন্‌ব কোন্‌জিল্ তিংথোক্‌প পাখংববু চেংলৌ মীৎযেংন য়াথং থৌশীথি — ইপারী চীংখোঙ্ অতোন্‌ব-ও নঙ্ন য়েক্লবদ লান্থিব চঙ্জবদ কুবীব পায়্ম লিংজেল্ খাব অশাউ খাম্বী মৈবিংব তাইবং নমু পোংওইব অমবু ওইন লাইওল্ লাইচৎ-ও ।। মপন্ পন্থৌ মাগী য়াথং পাউহায্‌খোন্‌বু উন্‌বী পীন নাতাববগী চীংঙু খোইয়ুম্ কোন্‌জিল্ তিংথোক্‌প লাইয়িংথৌ পাখংব মান পন্থৌ পোকমাব ওইগদব নমু তাইবং মাগী পীবুক্লুংদ খোঙ্গুমখ্রে ।। পলেম্ পোক্‌মাবী ওইগদবী নমু তাইবং মাগী শিযোম্লুংদ খোঙ্‌জঙ্‌খ্রে ।। য়াংগোই-ও কৌন লাইওল্লে ।। লাইচৎলে ।।০।।

খোইয়ুম্ লাইওল্ লাইচৎ ওইবব লাইয়িংথৌ যাংগোই মান লৈমাব ওইন লৈঙাক্ লৈপাল্লবদ নমু তাইবং মচা মনাই ওইবশিংদি খূঞ্জাউ লৈচাওবে ।। চাক্‌হোঙ ঙাহোঙ্‌লে ।। কুরাউ ফান্ন ব্রাৎ নমু পোংন হেল্লে ।। কাওরেল্ শন্ন শঙ্গোল্ থল্লে ।। তেক্‌পী ওক্ল ওক্লোল্ পাবে ।। কায্‌বৈ যেন্ন য়েন্‌গোল্ চন্দ্রে ।। তবা চাক্‌থুংদ চবৈ ফিথুংদ পাল্লিঙৈদি চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব তেংবান্‌ব মপু মাবু নীংলম্ শোল্লম্ব নমু তাইবং পূম্নমক্ তরা চাক্‌হোঙ্ন লেম্লৈ ঙাহোঙ্ন খূঞ্জাউ লৈচাউন পাল্লবগীবু চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব তেংবান্‌ব শেম্বীব মপু মাবু পায়্ম পীবুক্লুংদ নীংশিংদ্রে ।। চীংশাং খোইরেল্‌হীগুম থুমথোইব চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব মাগী মিংলেন্‌বু শোন্নদ্রে ।। থক্‌শী কারল্ ব্রা, খাশী লীক্লেং ব্রাবু থৌওই ব্রাওইদ্রে ।। থৌশা ব্রাশাদ্রে ।। তাইবং মাগী মতৌসীবু চেংলৌ শক্‌উরবদ পায়্ম লিংজেল্ অশাউ খাম্বী মৈরিংব লাইয়িংথৌ য়াংগোই মাদি খোয়্‌বুঙ্ থীৎন শাউরে ।।

পায়ম পীবুক্লুংগী অশাউ খাম্বী মৈন চেংলৌ মায়থোঙ্ মঙাল্ নাইরে ॥ নোংমগী কোরৌ নুমিত্তি লাইমিং কোলোয়্ শোন্দব, খোইয়ুম্ লাইবু নীংদব নমু তাইবং মচা মনাইশিং য়েংন লাইয়িংথৌ মান য়াথং পাউহায়রে — কোরৌ নুমিৎ শীংবুম্ মঙানি চুপ্প চীংঙু খোইয়ুম্ য়াইবীরেল্ শিদব তাইবং শেম্ব মপু মাগী লাইমিং কোল্লোয়্ শোন্ন লৈ-ও ॥ নমু তাইবংমী মাসু, তিন্মু লাইমু শরোয়্ ঙাবোয়্ মাসু অচৎ অরেং পূম্নমক্ মকোন্ মরাল্য়াইদগী খোঙ্লেঙ্ খোঙ্চৎফরোই ॥ লাইয়িংথৌ য়াংগোই নিংথৌ মাগী অহক্প য়াথং পাউহায়্ খোল্বু নাতারবগী লোইবী চীংজাউদ লৈব য়ারৌ শা মাসু, লাইজ ঈরোম্নুংদ লৈব লেম্লৈ ঙা মাসু, নাপী শীংবীলক্ত লৈব কৌজেঙ্ হারৌ মাসু কোরৌ নুমিৎ শীংবুম্ মঙানি শুদ্রিফাও মা মাগী মশাইকোন্দগী খোঙ্লেঙ্ খোঙ্চৎনদ্রে ॥০॥

অসূম্ন লাইয়িংথৌ য়াংগোই নিংথৌ মাগী অহক্প কোলোয়্ ময়াথংবু লুরেল্ কোক্খোংনরিঙৈ ॥ মালং নুংশিৎ খম্কোন্ নোংলৈ ফাওবন য়াংগোই মাগী মশাইকোল্ নাকোয়্নন শীৎলিঙৈ, কোরৌ নুমিৎ অমগী অহিং তাংলৌ অথেঙ্বদ অৱাং পাথং য়োইবেল্ব, খাক্প নিংথৌ পাঙ্গুম্ব লাইয়িংথৌ সোবারেল্গী মপারী লাংহৈ কুম্শীং তরেত্ত মসুরিব নাউৱা খোয়্বী ফাবন পলেম্ মমা হাউয়োক্ কোম্থৌ চনু চীনফুরোল্ তম্ফা লাইরেম্বীগী মার মখোঙ্গুল্ লীগে হায়্বগী অৱাংব কোরৌ নোংদোল্ থক্তগী মালেম্ অনেম্বদ খোঙ্গুম্লক্খি ॥ পল্থৌ মপা চীংঙু খোইয়ুম্ সোরারেল্ন শমু খূৎশিন্নরক্প কাঙ্জৈ কাঙ্হু হিংজল্ হুইবেল্ হুইথাদববু শমু লেংদ থোং পলেম্ মমাগী মার মখোঙ্গুল্ লীরক্খি ॥ লোইবী চীংজাউ কা, লাইজ ঈখোং লাল্ পলেম্ মমাবু কোয়্চৎ কোয়্থিরবগী তুং অহিং তাংলৌ অথেংব নোংয়ায়্ ইচিক্ হুল্লক্পদ নাউৱা মান লাইয়িংথৌ য়াংগোই মাগী মশাইকোল্ য়ৌবক্লে ॥ খোঙ্ৱাই মতম্ অদুমক্তি লাইয়িংথৌ য়াংগোই মাদি তিন্মু লাইমু লম্কেৎপ, নমু তাইবং লম্হাইবশিংবু যাইবী মথৱায়্ লৌগে য়াংগোই চৈরাক্ শঙ্হন্গে হায়্বগীবু শমু মখূত্ত লোঙ্লেল্ লোঙ্জাউ খূদুম্ চেৎন পায়্ মীৎকুম্ নাহুম্ শেন্ন লৈব ৱাংলেন্ পুঙ্ফম্নি ॥ অথেঙ্ব অহিং তাংলৌদুদ নাউৱা মাবু চেংলৌ শক্উরবদ পায়্ম লিংজেল্ অশাউ খাম্বী মৈহৌব লাইয়িংথৌ য়াংগোই মাদি — য়াংগোই ঐবু তাংশক্তে নিংথৌ ঐবু থৌওইদে

— — খল্লবগী খোয্বুঙ থীৎন শাউরে ।। লাইয়িংথৌ মাগী কুম্জা তরেৎ চঙুন লোইদাম্ লম্তা থাংজ তরেত্ত শাগ্রব লোংশা তরেৎ পান্ব লোঙ্লেন্ লোঙ্জাউ মাবু শামু মখূদুম্ চেৎন পায্ — য়াংগোই ইয়াথং অহক্পবু থৌওই ৱাওইদ থৌশা ৱাশাদ হীত্তোক্প লম্কেৎ লম্হাইব নাউৱা নঙ্ কনানো ।। করম্ব শরোয্ ঙারোয্নো ।। য়াংগোই ইত্তিক্ খঙ্গনি— হায্ন লোঙ্লেন্ লোঙ্শীংনন অশাউ খাম্বী মৈহৌন কোরৌ খোংগুম্ খোং, ৱাংবল্ লাউগুম্ লাউ নোংদোল্ খাক্কুম্ খাক্ লাউরে ।। লাইযিংথৌ যাংগোই মাগী অশাউ খাম্বী মৈহৌব চেংলৌ শক্ফম্ উবদ নাউৱা খোয্বী ফাবদু পায্ম খৈন পাখংলে ।। কাঙ্জৈ কাঙ্হু হিংজল্ হুইরেল্ হুইথাদবদু শমু য়েৎলম্ লেংথোংনন — হা পলেম্ পোক্মাবী-ও!— হায্ন খংপ্রেক্ খংল'উবল্লগ অয়াঙ্ খোঙ্জেন্খ্রে ।। খোয্শাউবন মাঙ্জিল্ থা নাউৱা খোয্বী মাবু ত্তিন্মু লাইম্মু লম্কেৎপ, শবোয্ ঙারোয্ লম্হাইবনি খল্ যাইবী মথৱায্ হিংন ফাবগে নীংখল্লবগী কায্রৈ য়েন্নাউ তানগুম্ অয়াঙ্ খোঙ্দান্নরে ।। য়াঙ্ন শীৎপ মালং নুংশিৎকী মাঙ্থান য়াংগোই শগোল্ মান চেন্গুম্ লাইয়িংথৌ যাংগোই মান অযাঙ্ খোঙ্দাল্লে ।। চীংঙু খোইযুম্ অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীগী লাইওল্ লাইচৎ ওইরিব নাউৱা খোয্রী ফাব মাসু মালং অয়াঙ্ব শীৎকুম্, খম্কোন্ অকন্ব হুম্গুম্ শীৎন হুম্ন অয়াঙ্ খোঙ্জেল্লে ।। অসূম্ন অসুম্ অয়াঙ্ খোঙজেল্লক্পন লাইয়িংথৌ পুথিব মাগী মশাইকোল্ খূরায্ অহোঙ্-পুঙ্ শমু মাঙ্ওইনরক্লে ।। লাইযিংথৌ পুথিব মাগী য়াইকোন্নুংদ খোঙ্জঙ্খ্রবদি ফাঙল্লবোয্ নীংখল্লবগী লাইয়িংথৌ য়াংগোই মান মাগী লোঙ্শা তরেৎ পান্ব মত্তিক্ লৈব, লংখ্রবদ শোয্নাইদ্রব লোঙ্লেন্দু নাউৱা খোয্রী তম্ন শমু মপাঙ্গল্ খৈন ফূক্ল — য়াইবী মথৱায্ চূপ্লুরো— হায্ন লংখ্রে ।। লোংলেন্ মান শাফূ কন্ন খাক্ লাউন পায্শিল্লক্পদু নাউৱা মান নাতারে ।। পন্থৌ মপা লাইয়িংথৌ সোরারেল্গী পাউমেল্ ৱাবু নীংশিংলে ।। কাঙ্জৈ কাঙ্হু হুইরেল্ থাদবদুন লোঙ্লেল্ মাবু থোম্দৎখি ।। য়াইবী থৱায্ অম চূপ্তবদি য়াদবনিন লোঙ্লেল্দুন খাক্ল লাউন তেন্জৈগুম্ পাইখ্রে ।। লম্লত্তুদ চাক্তারম্বী তুবী লাইরেল্ লিন্জাউ শমু মহক্চাং ৱাইশংদবী অমগী য়াইবী মথৱায্ চূপ্লুরে ।। লাইয়িংথৌ যাংগোই মান খম্কোন্ নোংলৈগুম্ ফূজিন্খিদুন নাউৱা খোয্রী ফাবগী শমু মখূৱাঙ্ কোন্ন ফারে ।। হাওমুক্লা লেংফাইচল্ মোংব তাজীল্ খুরৌ

য়েৎনরে ।। লংনরে ।। মালেম্ উফুল হৌ পায়্ম থপেৎন থৌদ্ নুঙদূম্ নুঙ্গায়্ হুন্গুম্ শমু খৃৎতুম্ন থানরে ।। য়ৈনরে ।। নাউব্রা খোয়্রী ফাব মাদি চীংঙু খোইয়ুম্ অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীগী লাইওল্ লাইরী ওইবগীবু লাইয়িংথৌ য়াংগোই মাবু মালেম্ লৈমায়্দ ইন্থুরে ।। নাউব্রা মাগী শমু মপাঙ্গল্ খঙলবগী পায়্ম খৈন ঙক্লে'।। লাইয়িংথৌ য়াংগোই মান নাউব্রাসীবু করম্ব খোইয়ুম্ লাইগী মশাইয়োন্নো হায়্ন চেংলৌ মীৎথিৎলিঙৈ নাউব্রা খোয়্রী ফাবন কাঙ্জৈ কাঙ্হু লেংদ থোং লাইয়িংথৌ পুথিব মাগী য়াইকোন্নুং তম্ খোঙ্জেন্ব্রে ।। লাইয়িংথৌ মপুথিব পুথিব মাসু চীংঙু খোইয়ুম্ অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীগী লাইওল্ লাইরী ওইরিব অঙাং নাউব্রাগী মশক্ ওইরিব মপু মাবু কোরৌ থক্তগী নোঙ্গুম্লক্লে খঙলবগী চেংলৌ শক্থিগে হায়্বগী য়াইকোন্নুংদগী খোঙ্থোক্লক্প ব্রাংলেন্নি ।। লাইয়িংথৌ য়াংগোই মান নাউব্রা অঙাংসী তিন্মু লাইমুদি ওইররোই হায়্ন উন্বী নুংদ নীংখল্লবগী তাংজ মমিৎ অনী উইন পায়্ম হীরী কোন্ন য়েংবদ নাউব্রা মাদি চীংঙু খোইয়ুম্ অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীগী লাইওল লাইরীনি হায়্ববু চেংলৌ শক্উরে ।। অশাউ খাম্নী মৈন পায়্ম ঐগী পীবুক্লুংদ লম্জাউখোন্ন মৈচাকখিবন নাউব্রা মাবু চেংলৌ শক্খঙলুদ্রেকো — খল্ মদোম্ তাক্লৌ শিদং শোন্ নাউব্রা মাবু চেংলৌ মীৎথীৎন, মীৎয়েং শাংখৈন য়েং লাইয়িংথৌ য়াংগোই মাদি লৈহৌখি ।।০।।

লাইয়িংথৌ য়াংগোই নিংথৌ মাগী উমংলাইকোন্নুংদি লম্মাংদোং, খোইজুমান্, তৌবুল্, ঙাইখোং, ঙাক্চৌপোক্পী, বম্দিয়ার, নম্বোল্ থাঙ্তেক্ অমদি খূরায়্দ লৈ ।। খূঙ্গং লৈকাইশিং অসীদ লৈব মচা মনাই খুঙ্গাশিংন লাইয়িংথৌ মাবু হরাউ শক্শেম্তম্ থৌদোক্ কুম্মৈ শান্নদুন খুঙ্গাউ লৈচাউনব চাক্হোক্ ঙাহোঙ্নবগীবু মৈন ব্রায়্ তাংন শম্ ঈরাৎ থৌরম্ তৌনরক্ই ।।০।।০।।

# লাইয়িংথৌ চীংজেং নারল্ পাংগল্ব অমসুং মমা ইবেম্ম লাইরেম্মা পেনু লৈম

খোংজি নূংলাইব-ও হায়নসু কোলোয় মিংগৌনব থাংয়ি খোঙ্জ্রোম্ব মান পাখং মথোক্লক্ লাংজেং মকারক্পদ য়োইরুম্লোন্ য়াউরৈব চনুবু চেঙ্লুক্ লমকৌসু, হৈক্রু পোত্তম্ শেম্ মরাল্ লুহোং খোঙ্দোংদুন তাল্লোয় লুম্দিন্নখি ।। থাংযি মবাল্যাইদ লোইদাম্ থাশীং কয়া য়াংগোইববদ য়াউরৈব চনু মাগী পীবুক্ শিয়োম্মুংদ হৈরাং মচা য়ান্দুন থাবুম্ অহুম্ শুরবদ মৈদিংঙু নাউখম্বন অকন্অবিং শীং চাম্লৌ লারাক্ শেংকুম্, কোঙ্য়াং ব্রাপুম্ খায়্গুম্ য়াউরৈব চনু মাবু খোঙ্জ্রোম্ব মাগী মথানুংদগী কংলৈ মপু মান থাশেংনখ্রবদ থাংয়ি মাদি তাংজ মায্থোঙ্ লুক্. তিল্লাং মখোয় শাউ, তাক্লৌ শিদং শোন্, য়াইবী কল্হৌ নিক্ল মবোই নোংবান্ কানাক্পগ ঙাইরোয়্নন সেল্লোই চীংলাংমৈদ কামিন্নখি ।। কৈবাউ চীংপাক্পু নাতৈনন শীংজঙ্ লেংদ থোংন খোঙ্চৎমিন্নখি ।। থাংয়ি মাগী মবোই নোংবান কানাক্পন— য়াউরৈব চনু মাঙোন্দগী চেংলৌ শক্োয় হেন্বী মোম্মু নুজা ওইবী লৈএ — হায়্দুন চীংঙু নোংথৌ সোরারেল্গী মশাইকোন্দ অযাঙ্ খোঙ্জেন্খি ।। চীংঙু নোংথৌ সোরাবেল্ অব্রাং পাখং য়োইরেল্বগী মমোম্ পেনু লৈমন কোবৌ নুংনাংকোন্ ব্রাংবল্ মশাইকোন্দ তরেঙ্ খোঙ্ফাং লৈ, থাপ্লৌ মবিল্ শীং চেংলৌ মঙাল্ নাইন লৈরম্লবদ নোংবান্ কানাক্পন মালং নুংশিং খম্কোন্ নোংলৈ ওই পেনু লৈমগী শিন্ঙাইলূক্পু পুবক্লবদ পেনু লৈমন -— হিঃ কৰি মতৌনো — হায়্ন নীংখল্লবগী অয়াঙ্ খোঙ্দান্নবর্ক্খি ।। অসূম্নবু, থাংয়ি খোঙ্জ্রোম্বগী মনাক্ত পেনু লৈমদু ব্রায়্থুংলখি ।। পেনু লৈমদু য়াইবী কল্হৌ নীক্ল তিল্লাং মখোয় শাউরে ।। মপন্ পন্থৌ নোংথৌ সোরারেল্ন অশাউ খান্বী মৈহৌরগনি হায়্ন তিল্লাং হাইশীংনরে ।। তৌইগুম্, থাংয়ি

খোঙ্জ্রোম্বন পেনু লৈম মাবু খূজেং হংজি লাক্, ফৈবা তাজীল্ থোং, খজাই লেংলোই চূপ্, শল্লাং তোন্গা নান্ন পাউমেন্খি — হে য়োইবু নোংলৈম-ও! খোঙ্জ্রোম্ব ঐদি তাল্লোয় তূনুংশি য়াউরৈব চনুবু কংলৈ লৈমাবনা তাল্লোয় তূবক্ খায়্ন পুখরবগী ইদোম্ পাহাঙ্লে ॥ ইদোম্ কোরৌ থোইন য়েং, মালেম্ লৈবু হোৎন নোংথোইরিএ ॥ খোঙ্জ্রোম্ব মাগী অৱা চেংলৌ মায়্থোঙ্ উবদ মথম্মোই নুংঙোল্লবগী নোংলৈমন চেংলৈ পাহাঙ্ব মাগ য়াংগোইমিন্নগে হায়্ন হোয়্য়াখি ॥ মমোম্বু মাগ মতিক্ মপা চানদব থাংয়ি খোঙ্জ্রোম্বদ থেম্থোক্খি হায়্বগীবু নোংথৌ সোরারেল্ মান নোংবান্ কানাক্পদ পায়্ম খৈন শাউখি ॥০॥

থাংয়ি খোঙ্জ্রোম্বগ পেনু লৈমগ অনীমক্তি লোইদাম্ থাশীং কয়া অসূক্প লোইবী লোক্লুংদ নোংফাইরে ॥ মমোম খোংজি নূংলাইবম্ চনু ফূইরে ॥ শেল্লোই মচীংলেন্ লংমাই যাইকোন্নুংদ খোঙ্গাবক্লে ॥ তেম্থোং মযুং কুই লম্থোং মফৈ পাক্ল পানমিন্নবে ॥০॥

চীংঙু খোইযুম্ অথোইব লাই নোংদম্ব কৌব মান তাইবং কুম্মৈ যেংগে নীংখল্লবগী মালেম্ লাইযুম্দ মাগী পো শীল্লক্লে ॥ পেনু লৈম কৌবীদু তাউজীং হৈক্ক পন্হল্লে ॥ পাক্ল ফিযাল্লে ॥ চৈবে ফিদোল্ কাঙ্লে ॥ তৌইগুম্, — লাংতৈ কুম্শীং তরা শুরব ফাওব মপাবী নাউনৌদে মমোম্ ফূইদে — হায়্ন পল্লেম্ পন্থৌ অনীমক্ল ৱারী ৱাশানববু নাতাববদ –– পলেম্ পন্থৌ অনীমক্ নাতাবী ও ॥ নপারী ঐদি নমু পোংওইব মীবু নত্তেএ ॥ চীংঙু হৈনা চাউব খোইয়ুম্ লাইওইবনে ॥ পলেম্ ইমা নঙ্বু পামেল্ উ-তুগুম্ খাক্তেক্লহল্লোই, লোইমোম্ ফৌগংগুম্ পোম্গংনহল্লোই ॥ ইনোং নোংশীং শুদবি, ইথা থাশীং ফাদবি, ইকুম্ কুম্শীং শুববু ঙাইখো-ও ॥ পলেম্ নঙ্বু শোংকিগনো — হায়্ন পীবুক্লুংগী নাউৱান্দুন কোলোয়্ মপাউ লাউরক্খি ॥ পীবুক্লুংগী নাউবাদুগী মপাউখোন্বু নাতারবদ খোঙ্জ্রোম্বন মাগী তাল্লোয়্ কোরৌ নোংলৈমবু ঙক্লী লুল্লাং কোন্ শল্লাং তোন্গা নান্ন পাউথেম্খি — যোইবুনাই ইশানৌ পেনু ও ! খোইয়ুম্ লাইন নোংদম্ববু পূম্মক্ লম্জায়্নফরোইএ ॥০॥

মথং লোইদাম্ থানি ॥ লোইদাম্ থাবুম্ অহুম্ চূপ্প কংলৈপুঙ্ ঈথূল্লবগী লৈবাক্ অৱাব ত্তবে ॥ কংলৈ খুঞ্জা পূন্ন পোইরৈ নাইচা হৌন কৌব ঈ মকন্দ

চীংবন্ পন্শাব চৎখ্রে ।। থাংয়ি খোঙ্‌ভ্রোম্ব মাসু কৌব ঈ মরুদ চীংবন্ পন্শাগে হায়্বগী মথৌ থৌচৎখ্রে ।। থাংয়ি মান খোঙ্‌চৎখিব কোরৌ শীংবুম্ মঙানি শুবদ পেনু লৈমদি মপাবী অম নাউনৌবে ।। পীবুক্ শিয়োম্নুংদগী মালেম্দ হেক্ খোঙ্দারক্পদ ঙায়্রিব নাউব্বা মান খোয়্রী লিন্শাং খাউওন্নরগ খোঙ্কাপ্ নাউরে থাংন পলেম্ মমাদ — হে পলেম্ ইমা পোক্মাবী ! হৈরাং ঐবু ইচা য়ান্বীব, তাউজিং ইরূ পন্বীব, খোয়্জি খাদ নমু মিতম্বীব-ও ! পম্বৌ ইপা শাংমাবদি কদাইনো — হায়্ন পাউহংখি ।। মপাবীগী মতৌ উবদ পায়্ম পীবুক্ খৈন ঙক্লে ।। মপারী নাউব্বা য়েংন — ইপারী নুংঙোল্ খোয়্দাব, পায়্ম খোয়্জঙ্‌ব নঙ্‌বু-ও ! কোলোয্ সোরিব য়াথং নত্তববু হায়্গনু-ও ।। পলেম নমা ঐগী ফৈরা তাজীন্থক্ত ফম্ফল্লখো ।। থীক্লেন্ ইথানুংগী লাংবল্ চীংশাং খোইরেল্ হীগুম্ন থুম্খোইববু লৈএ ।। পলেম্ নমা ঐগী থীক্লেন্ মায়োক্নখিসি ।। খোন্নাং চীন্চুপ্লখো-ও — হায়্রে ।। তৌইগুম্, নাউব্বা মান — ইপন্ পম্বৌ শাংমাববু হান্ন চেংলৌ শক্খঙ্‌নখিগে ।। তেংবান্ব মপু মাগী লাইমিং মিংখে অথোইববু তাক্পিদ্রি ।। পম্বৌ ইপা মাবু কৈদ লৈগ্রব ।। পম্বৌ ইপা মাগী মার মখোঙ্গুল্ লীরুখিগে হায়্রে ।। পলেম্ মমা পেনু লৈমন — নপন্ পম্বৌ থাংয়ি খোঙ্‌ভ্রোম্ব কৌব মাদি কংলৈপুঙ্ ঈথুন্নবগী পোইরৈ পূন্ন ব্বাংঙম্ হূপ্ন অব্বাং লাইন পাংব লম্ কৌব ঈ মরুদ চীংবন্ পন্শাব খোঙ্‌চৎখিএ — হায়্ন পিরেল্ খক্মা তান থৌখাম্ববু মপারী মান হোয্য়াদ্রে ।। নাউব্বা ঐগী তাংজ ইখোঙ্গুল্ থনম্গে— হায়্দুন মালেম্ লৈহোম্ পাত্ত নেঙ্গপগুম্ থৌদ্ নূংপাক্ত নেৎলম্লগ মপন্ পম্বৌ মাবু চেংলৌ শক্খঙ্‌নবগী খোয়্রীন্ খাউওল্ ওই মার মখোঙ্গুল্ লীখি ।। মপন্ পম্বৌ মাগী চেংলৌ শক্খঙ্‌নবগীবু মপন্ পম্বৌ মাগী লাব লূকোই শলাই ফিবু পলেম্ মমান নাউব্বা মাগী শমু মখূজেঙ্‌দ কিশিন্বীখি ।। কংলৈ পুঙ্‌ময়োন্দগী কৌব ঈ মরু য়ৌন ফন্ চোংখি ।। নাউব্বা মান কৌব ঈ মরু যৌববদ পোইরৈ খুঞ্জা ব্বাংঙম্ নাইচাশিংদ — ইপন্ পম্বৌ থাংয়ি খোঙ্‌ভ্রোম্ব কৌব মাবু কদাইনো — হায়্ন পাউহংখি ।। নমু মীয়াম্দুন — নাউব্বা অপিশা অসিবু কনানো ।। খোইয়ুম্ লাইরা নমু তাইবংলা — হায়্ন য়েংনরিঙৈদ নাউব্বা মাবু থাংয়ি খোঙভ্রোম্বন শমু মখূজেং লাক্, চরৈ কিশি থোক্, ফৈরা তাজীন্

থোং, ঙক্কী লুম্লাং কোন্, খজাই লেংলোই চূপ্, শন্নাং তোন্গা নান্বীখি ।। মপারীগী শমু মনাকোঙ্দ তেংবান্ব মপু অথোইব লাই মাগী লাইমিং মিংখৈ মিংলেন্ তাক্পীখি ।। লাইমিং মিংখৈ মিংলেন্ ফংলবদ নাউবা মান — ইপন্ পন্থৌ নঙ্গী মালেম্ লৈঙম্ কদাইনো — হায়্ন হংখি ।। মপন্ পন্থৌ খোঙ্জ্রোম্বন — নপন্ পন্থৌ ঐন থৌনাব মালেম্ লৈঙম্দি অসীনে — হায়্ন তাক্লবদ চীংঙু হৈনা চাউব খোইয়ুম্ নাউবা খোয়্রী খাউওন্নব মান খোঙ্চৎ মঙারক্ত চীংবন্ পন্শাববু লোইবী চীংজাউগুম্ থোন্কৎখি ।। কংলৈ মীয়াম্ পূম্নমক্কী মালেম্ লৈরেপ্ ব্রাৎপসু থৌরৈ তেঙ্বাংবীখি ।। অসূম্ন, চীংবন্ পন্শাবদ নাউবা পাংগল্ব মপা তাম্ব মাবু নমু পোংওইব মীয়াম্ন খোইয়ুম্ লাইওইব মীনে হায়্ন থব্রায়্ মিরেল্ পাইন শোংকিনখি ।। কোরৌ অদু নোংদগী খোয়্রীন খাউওন্নব নাউবা মাবু চীংজেং লম্দ হুপ্প নারল্ কোয়্ন শামু পাঙ্গল্ লৈন চীংবন্ পন্শান লাইজ ঈথিংখি হায্বগীবু চীংজেং নারল্ পাংগল্ব-ও হায়্ন কোলোয়্ মিংহুন্ তম্খি ।।০।।

লাইজ ঈথিংববু লোইরবদ চীংঙু হৈনা চাউব চীংজেং নারল্ পাংগল্ব মান তুরেল্ লাইজ ঈনাক্ত হৌব ব্রাংথোই চাউথোইব লম্শীং তরামাথোই শাংব পামেল্ উজাউ অমবু পামেল্ উতোল্ লাক্ল কোঙ্য়াং ব্রাতোন্ কোন্গুম্ কোল্লগ তুরেল্ ফৈন থিং ঈরু শাদেংখি ।। পোইরৈ মীয়াম্ ব্রাংঙম্ পূম্নমক্সু পামেল্ মথক্তুদ খরা ওই ঈরু শাদেংনখি ।। ঈরু শাদেংব লোইরবদ পাংগল্ব মান — পোইরৈ খুঞ্জা ব্রাংঙম্ নাইচা পূম্নমক্-ও ! নাউবা ঐহাক্ পামেল্ উফৈ থক্তগী লৈরাই মুংবীথক্ত চোংখৎলগে, নখোয়্ পূম্নমক্ লৈরাই মুংবীথক্ত চোংখৎলো — হায়্রবদ অঙাং নাউবা অপিশা মান হায়্বনি নীংখল্লবগী তাইবং কনানসু থৌওই ব্রাওই তাবীদ্রে ।। তৌইগুম্, নাউবা পাংগল্ব মান লৈরাই মুংবীথক্ত হেক্ চোংখৎখিবগ পামেল্ উতোন্ অদুন কোরৌ নোংদ লাংলেন্ কোঙ্য়াং ব্রাখোই চৈন হাইবগুম্ মথন্নত হাইগৎখিবদ নমু মীয়াম্ পূম্নমক্তি তাংজ লুরেল্ কায়্ন নোংমন্খি ।। কৌব ঈ মরুদ চীংবন্ পন্শাব লাইজ ঈথিংববু লোইরবগী থাংয়ি খোঙ্জ্রোম্বদি পোইরৈ পূম্নমক্ক ঙাইরোয়্নন মরাল্ খোঙ্দোয়্রক্খি ।।০।।

লাইজ ঈথিংব চীংবন্ পন্শাববু লোইরবগী নোংমগী কোবৌ নুমিত্ত খোইয়ুম্ লাই নমু তাইবং পূম্নমক্ল খূন্দিল্লোক্ত তিল্লিঙৈ চীংজেং নাবল্ পাংগল্ব

মান মুক্লা য়েন্দম্লসি হায়খি ।। চীংগু খোইয়ুম্ নোংপোক্ অচিবন — নাউৱা নঙ্গী নতিক্ নপা ওইবাদি কংলৈ মপু পিবা মাগ ওইগনি ।। পিবা মাগ মুক্লা য়েন্দম্নৌ-ও — হায়ন্ পাউখুম্খি ।। অদুগীবু পাংগল্ব মান কংলৈ লৈমাব মাগ মুক্লা য়েন্দম্লগে পলেম্ মমাগী খোল্লাংসু মায়োক্নরক্ত্রি হায়দুন লম্লেন্ খুন্দিল্লোক্তগী ফন্ চোংখিবদ পলেম্ মমাগী মরাল্য়াই লম্লেন্ নোংমাই ৱারোক্ত ৱাইথুংখি ।। পলেম্ মমাগী খোল্লাং ফাউব থক্তন খুন্দিল্লোক্ত হায়নখিব ৱাবু ৱাকাউদ পাংগল্ব মান নোংমাই ৱারোক্ চীংগোন্দগী কংলৈ কংলা য়ৌন ফন্ চোংলক্লে ।। কংলাগী থৌদু নূংপাক্থক্ত খেক্ল লাউন লেপ্লে ।। নাউৱা পাংগল্ব মান কংলৈ পিব য়েংন মৱাহৈ মখোল্ চাউন কোলোয় মপাউ লাউরে —— কংলৈ পিব লৈমাব নঙ্বু তাউ-ও ।। খোয়্ৱী খাউওন্নব নাউৱা ঐগী মিংলেন্দি চীংজেং নারল্ পাংগল্ব-ও হায়ন কোলোয়নৈ ।। নাউৱা ঐদি পলেম্ খোল্লাং থক্ত্রি ।। কংলৈ পিবা নঙগ য়েন্দম্ মুক্লা লেংফাই চল্লগ চায়ন পন্বু ঙম্লে খঙলগ কংলৈ ফম্বাল্ থক্তুদ পলেম্ পম্পৌ থাঙ্গৎকে ।। পলেম্ মাগী ফৈরা তাজীল্ ফম্দুন পলেম্ খোল্লাং থৌবুম্ থন্ন থক্কে ।। চীংজেং নারল্ পাংগল্ব মাগী মপাউখোল্ নাতারবদ কংলৈ পিবা মান নাউৱা য়েংন — খোয়্ৱী লিন্শাংন খাউওন্নরিব হে নাউৱা নঙ্বু তাউ-ও ।। নাউৱা নঙন লেপ্লিব থৌদূ নূংপাথক্তুদ নাউৱা নঙ্বু শমু নথবাক্ লোংন থম্দুন কংলৈ পিব ঐন মায়্থীব পীঙম্দ্রব ঐগী কংলৈ ফম্বাল্সী নাউৱা নঙ্গী শমু নখূত্ত শিন্নগে ।। তৌইগুম্, কংলৈ পিবা ঐন নাউৱা নঙ্বু ঙন্লব নাউৱা নঙন ৱাহৈ কাম্জাউ হুন্ পোইরৈ চৎলম্ লৃতিন্বু থুগাইবগী নরাল্ নপোৎ কোক্লবগীবু লাংহৈ কুম্জা খরদং নরাল্ য়াইদ লৈফরোই — হায়ন কোলোয় মপাউ লাউরে ।। চীংজেং নারল্ মাগ কংলৈ পিবা মাগ হাওমুক্ল লেংফাই চল্ তাজীল্ খুরৌ য়েৎনরে ।। খূদোং পুখৎনরে ।। নীংগোং হুন্নরে ।। অসূম্ন অমন ঙম্ন ঙম্দ অমন তুব্র তুদ কোরৌ নুমিৎ শীংবুম্ মাপল্নি চূপ্ন শামু লম্শা অঙাওব অনীন কৌব্রু চীংগী লোক্থেল্ মতা ফব্দ য়াথিন্নবগুম্ মূক্দুন লৈরে ।। নোংমগী কোরৌ নুমিৎ অমদি কংলৈ লৈমাব মান খোইয়ুম্ সনামহীবেল্ মাবু পায়্ম নুংদ থাগোন্ন লাইয়িংথৌ মাগী মিংখৈ শোল্ চীংজেং নারল্ কৌব নাউৱা মাবু খূদোং ৱাংন পুখৎলে ।। নোংথৌ

তম্ম থাঙ্গৎলে ।। নাউব্রা মান লেপ্লিব থৌদ্ নূপাক্থক্তুদ কংলৈ পিবা মান চীংজেং নারল্ মাবু খূদোং শেৎথরে ।। অসূম্ন চীংজেং মাবু মায়্থীব পীরব তুং কংলৈ পিবা মাদি চরৈ মফি হোংদুন ফম্বাল্থক্ত ফম্দেংলগ নাউব্রা য়েংন য়াথং পাউহায়্রক্লে — অঙাং নাউব্রা নহাক্ল কংলৈ নিংথৌ ইফম্দ থক্শী কারল্ চল্, চৎলম্ লূতিন্ য়োন্বগী নরাল্ কোক্লবগীবু কংলৈপুঙ্গী নোংচুপ্লম্ খুল্লিংফম্লু থিরুরো ।। কংলৈ পিবা ঐগী পায়্মনুংদ নাউব্রা নঙ্বু নীংশিংলক্প কোরৌ নোংদুদ চীংজেং নঙ্বু কৌরক্লে ।। কোরৌ অদু নোংদগী নাউব্রা নঙন কংলৈপুঙ্ময়োন্দ হল্ব্রাইরক্তুন য়ুম্লিং খুল্লিংব ফংজৌ-ও ।। হায়্নখিব ৱাবু শরী ৱাশক্ ওইন থন্ব চীংজেং নারল্ পাংগল্ব মান কংলৈ লৈমাব য়েংন — কংলৈ পিবা য়াইফব-ও ! পিবা নঙন থৌজান্বীব কোরৌ অদু নোংদুদ কংলৈপুঙ্দ লাক্তুন পলেম্ খোম্লাং চুপ্লগে — য়াব্রা অসী হায়্রগ মিৎলু পিরাং ঈরা চেন্ন মাগী পোক্লফম্ খোয়্রী নাউফম্ তাফম্ ওইরিব কংলৈপুঙ্ময়োন্দ অমুক্তং হন্ন য়েংলম্লগ হাওরৈ নোংচুপ্ পাংব লমদ নাউব্রা মান তাংজ মায়্থোং লৈন য়েংদুন ফন্ চোংখরে ।। ঙারা চীংজেংদ তাখরে ।। অমুক্ হন্ন চোংবদ ঙাপ্রুম্ চীংজেং য়ৌখি ।। মথং অমুক্ চোংবদ জীরি উমংদ তারুরে ।। লম্লেন্ জীরি উমংদ থোংনাং পামেল্ উয়ান্বশিংন পামেল্ উজাউ উরেল্ অমবু চিংদুন লৈরম্ব চেংলৌ শক্থেংনরুরে।। চীংজেং নারল্ পাংগল্ব মান থোংনাং উয়ান্বশিংদ — কংলৈপুঙ্গী লম্দদি পামেল্ উয়ান্ফদে — হায়্রে ।। কনাগী লম্নো হায়্বদুগী খোইযুম্ লাইগী ওইব খূদম্ চাংদম্ খঙনবগীবু থোংনাং মীয়াম্ন পামেল্ উচীন্ অম পায়্ চীংজেং নারল্ মান পামেল্ উচীন্ অম পায়্ পামেল্ উচীংনরে ।। পাংগল্বন ঙম্লে ।। চীংজেং নারল্ মান পামেল্ উজাউদুবু জীরী জীরী চিংলে ।। কোরৌ অদু নোংদগী লম্লেন্দুবু পোইরৈ চাদোল্ ৱাংঙম্ সূদোন্ন জীরি-ও হায়্ন কোলোয়্নখ্রে ।। চীংজেং নারল্ মান লম্লেন্ জীরিগী মপু ওইরে ।। ফৈত্রি মাগী মমোম্লোয়্ খোংনাং চনু লৈরি লৈশংখোম্বীবু মশানৌ নুংচান্বী তাল্লোয়্ তূনুংশি ওইন য়াংগোইমিন্নদুন খুন্বান্ লৈপাল্লে ।। খুন্জাউ লৈচাউরে ।। চাদা নাউদাদে ।।০।।

কংলৈপুঙময়োল্লোম্দদি নোংদম্ব মাগী নোংদম্ন থাংয়ি খোঙজ্রোম্লগ নোংলৈম পেনু লৈমগ অনীমক্তি মপাৱী অহন্ব শোইরেল্ লৈখৈ হান্ন হুর্নাখল

চীংজেং নারল্ পাংগল্বগী মথংদ মপারী অম ফংজখি ।। মপারী মাবু থাংয়ি তাউবুং খোংদৌব-ও হায়্ন কোলোয়্ মিংহন্ তম্খি ।। মপারী মাঙোন্দ তাম্বোং লৈবাক্ ঙাক্ লেম্খোঙ্ মপু ওইন লেপ্হৌ-ও হায়্ন শমু খূৎশিন্নরম্লগ পলেম্ পম্বৌ অনীমক্তি লংমাইজীংগী কৈরাউ চীংলাইবক্ত শমু খূৎশম্নন খোইয়ুম্ লাই ওইখি ।।০।।

কংলৈ মপু মাগী পুন্সি চেংজেল্ লোইরক্লব নোংমগী কোরৌ নুমিত্ত নোংদম্ব লাই মান অদুঙৈগী নোংমাই নাউব্রা পাংগল্ব মাবু পায়্মনুংদ নীংশিংহল্লে ।। লৈমাব মান পাংগলব মাবু কংলৈপুঙ্মেয়োন্দ হল্ব্রাইরক্লো হায়্ন পাউথেম্লুনবগীবু মদাইরেম্শিং থাখ্রে ।। চীংজেং নারল্ মান কংলৈ পিবা মাগী মদাইবেম্ অঙম্বশিং যেংন — নিংথৌ মনাই অঙম্বশিং-ও ! কুম্জা অসুক্ কুইবসী কংলৈ পিবা মান চীংজেং ঐবু কবিগী কাউখিব ।। চীংজেং ঐন অঙাং নাউব্রা ওইরিঙৈ পলেম্গী খোম্লাং অমুক্তং থক্চগে পায়্ম নুংদ খন্খিববু খোঙ্ব্রাই মতম্ হেন্খরে ।। চীংজেং নারল্ ঐদি কংলৈপুঙ্মেয়োন্দ অমুক্ হল্ব্রাইরক্লরোই ।। তৌইগুম্, খোইবী লিন্শাং অসীদি পলেম্ কংলৈ ইমা মাগীনি ।। কংলৈপুঙ্মেয়োন্দি চীংজেং নারল্ ঐগী খোয়্রী নাওফম্ তাফম্নি ।। কংলৈ পিবা মাগী মনাই অঙম্বশিং-ও ! চীংজেং নারল্ ঐগী ইহুৎ শিন্ খোয়্রী লিন্শাং অসী নখোয়্ন কংলৈপুঙ্মেয়োন্দ পুখ্রো — হায়্ন শমু খূৎশিন্নরে ।। মপারী অনীমক্পুসু কংলৈলম্দ লৈরু-ও — হায়্ন য়াথং পাউহায়্রে ।। পাংগল্ব মাগী মপারী অনীমক্ল মপন্ পম্বৌগী খোয়্রী লিন্শাংদুবু চরৈ নাহোং শা শমু নম্দ পো তাংজ মায়্থোঙ্ নোংপোক্ পাং অয়াঙ্ খোঙ্লাক্লে ।। লম্বী লম্শাং ওইবন থবী মতাং তেন্খিবন য়াংদৌ লম্খাংদ অহিং অদু য়ায়্রেক্খি।। চীংজেং মাগী মপারী অনীমক্ল কংলৈ পিবাগী মনাই অঙম্বশিং য়াওন তূম্খুল্ হুন্ন তূম্লিঙৈ খোয়্বী লিন্শাংদুন তাংজ লিল্গুম্ চৎখিদুন কংলৈপুঙ্গী ময়োন্দ চংবদি তাংজ মায়্থোঙ্ ইকাইরবগী য়াংদৌ লম্বী ময়াদ পামেল্ খোংনাং পাম্বী ওইন হৌখি ।। ইনুং ঙাল্লবদ খোয়্রী লিন্শাং মতৎ অমদি ইনুং ঙান্খিবন হান্খিবদগী পামেল্ মাগী মরা ওইসি ওইঙম্দ মউ ওইসি ওইঙম্দ খোয়্রী ওইন লৈরম্লে ।। পম্বৌ মপান লম্লেন্দুদ লৈতাদুন লৈনিংলমাল্লে নীংখল্লবগী

মপারী অনীমক্ক মপন্ পন্থৌ মাগী খোয়্রীন শাইয়োল্ তৌ পামেল্ খোংনাং ওইরব মপোত্তুবু শঙ্দুন লম্লেন্দুদ খুন্দ লৈতাদুন লৈখি ॥ মরম্ অসীগীবু খোংনাংদুবু পোৎশঙ্বম্ খোংনাং-ও হায়ন পোইরৈ চাদোল্ ব্রাংঙম্ সূদোন্ন কোলোয়্নহৌখি ॥ পোৎশংবম্ খোংনাং মান হৌব লম্লেন্দুবু পোৎশংবম্-ও হাযন্ কোলোয়্ মিংহুন্ তম্খি ॥০॥

উমংলাই অম ওইরিব লাইয়িংথৌ চীংজেং নারল্ পাংগল্ব মাগী লাইকোন্নুংদি কৈশাম্থোং এলাংবম্ লৈকাই, শীংজমৈ থোংঙাম্ লৈকাই, হিয়াংলম্, এলাংখাংপোক্পী, খুন্দ্রাক্পম্, বামোন্কম্পু, কাঁকৈথেল্ মোইবাং পুরেল্, পোৎশঙ্বম্ নাচৌ, খা পোৎশঙ্বম্, আগর্তালা, উভাইনগর্ কৌব খুঙ্গং লৈকাইশিংদ লৈ ॥ লাইয়িংথৌ মাবু মচা মনাই খুঞ্জাশিংন চাক্হোঙ্ ঙাহোঙ্নবগী, খুন্জাউ লৈচাউনবগীবু হরাউ শক্শেম্তম্ থৌদোক্ কুম্মৈ শান্নদুন ঈরাৎ থৌরম্ তৌনৈ ॥ লাইয়িংথৌ মাগী উমং লাইকোন্নুংশিংদ মমা ইবেম্ম পেনু লৈমসু লৈব য়াওই ॥ লাইয়িংথৌ মান মচা মনাই খুঞ্জাশিংবু অযুক্ ঙন্ন কোন্থোক্পী নুমিদাং ঙন্ন কোন্শিন্বী লাংবল্ কাওরেল্ শন্শেন্বীবগুম্ ঙাক্পী শেন্বীদুন লৈ ॥০॥০॥

## লাইয়িংথৌ চীংখৈ নিংথৌ, মমোম্ লাংলেন্ লাইরেম্মা পুরিবী অমসুং মপারী ইবুংঙো লাইয়িংথৌ পুরাব

তেংবান্ব মপু চীংঙু খোইয়ুম্ শিদবন মপারী অতিয়া শিদব য়েংন য়াথং পাউহায়্খি — ইপারী চীংখোঙ্ য়াইমব অতিয়া শিদব কৌব-ও ! ইপারী নঙ্গী লাইওল্ লাইচত্ত চীংঙু খোইয়ুম্ অমগ য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা অমগবু নমু তাইবং মীওইপোক্ত লাংওল্হল্-ও ।। পলেম্ মমা পোক্তবীন নাউয়োক্ নাউকোন্বগী অৱা মৈচাক্ ফংহল্-ও ।। লৈত-লাইর খঙ্হল্-ও ।। পম্ভৌ মপা শেংনব পলেম্ মমা কায়্নব চাক্থুং ফিথুংদ্রব নমু তাইবং কনান খোইয়ুম্ খোইমোম্ অনীবু ঈরাৎ থৌনি তৌজরগ থৌজাল্ লন্‌কুবীসুনু ।। মপল্ পম্ভৌ চীংঙু খোইয়ুম্ শিদবগী য়াথং পাউহায়্খোন্বু নাতারবগী অতিয়া শিদব মাসু হোয়্য়াখি ।। চীংঙু খোইয়ুম্ অতিয়া শিদব মাগী লাইওল্ লাইচৎ ওইরিব করম্ব লাইয়িংথৌ মাগী মপারী মমোম্ ওইন লাংওল্হন্‌সিগে হায়্ন পায়্ম পীবুক্লুংদ মওল্ মওল্ নীংখল্লবগী তুং লাইয়িংথৌ চীংখৈ নিংথৌ মাগী মপারী মমোম্ ওইনবু লাংওল্হল্লগে হায়্ন পায়্ম পীবুক্ লেপ্‌খি ।।০।।

চীংঙু খোইয়ুম্ অতিয়া শিদবগী লাইওল্ লাইচৎ ওইরিব লাইয়িংথৌ চীংখৈ নিংথৌদু চীংঙু খোইয়ুম্ অতিয়া শিদবগী থৌজাল্ নোংদম্ ফংলে ।। লাইয়িংথৌ মাগী লৈম অহল্ নাক্লু ফিয়াল্লে ।। মকুম্ মথা শুরবদ মমোম্ অম ফংজরে ।। পারী পুরী চেংলৌ শক্মাল্লি হায়্বগী মমোম্ চৈরেহল্ মাবু পুরিবী-ও হায়্ন কোলোয়্ মিংহুন্ তম্লে ।। খোইয়ুম্ মাগী নোংদম্‌দি শোয়্‌ফদবন লৈম অহল্দু মপারী অমসু নাউপোক্লে ।। মপারী মাসু মপা মপু চেংলৌ শক্মাল্লি হায়্বগী পুরাব-ও হায়্ন কোলোয়্ মিংহুল্লে ।। ০।।

লৈম অতোন্বী মাদি চীংঙু নোংদম্খোন্ন কন্বন মপারী শাত্তে ॥ মমোম্ ফূইদে ॥ অঙাং নাউৱা অনীগী চেংলৌ শক্উরগ পায়্ম পীবুক্ত কল্লক্ই ॥ পায়্ম কল্লক্ ৱাখল্ন পায়্ম য়েংথি ৱাখল্ ওল্লক্ই ॥ চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব নোংদম্ব কৌব লাই মান তাইবং কুম্মে য়েংলগে হায়্ন পায়্ম পীবুক্কুংদ নীংখল্লে ॥ নোংদম্ব লাই মান লৈম অহল্ মাগী মকাদ নোংদম্ পাউ লাক্লে — ইদাইরেম্ চীংখৈ নিংথৌগী লৈম অহল্বী-ও ॥ নঙগী তাইবং শিন্থা খৈরে ॥ তাইবং চেঙ্জেল্ লোইরে ॥ নথংলেন্ পাম্মু লাং, নপারী নমোম্ নুংশিলাংদ থুরবোই ॥ কোরৌ নোঙ্গারক্লো ॥ খোঙ্লৈ মতম্ ওইরে — হায়্রক্লে ॥ নোংমগী কোরৌ নুমিত্ত চীংখৈ লৈমদু মথংলেন্ পাম্মুব, অঙাং নাউৱা ওইরিব মপারী মমোম্ নুংশিব অনীমক্পু থনল্লগ কোরৌ নোঙ্গা তান্থি ॥০॥

অঙাং নাউৱা ওইরিব মচেম্-মৌপুৱা অনীদু পায়্ম পীবুক্ ফত্তবী কল্লক্ য়েংথি মৈন মৈরী থোক্ল চাল্লবী মমা অতোন্বীগী শমু মখূত্ত তারে ॥ মচেম মৌপুৱা অনীবু ওৎপী নৈবীরে ॥ মচেম্-মৌপুৱা অনীদুনদি মমা অতোন্বী মাবু মখোয়্বু পোক্পী পলেম্ মমা অশেংবী পোক্মাবীনি হায়্ন পায়্ম পীবক্ত নীংখঞ্জে ॥ মচেম্-মৌপুৱা অনীদু পায়্ম পূক্তিন্নজে ॥ তাউজীং হৈরাং অম ফংবদ তংখায়্ তংখায়্ চামিন্নে ॥ শীংঙেল্ লৈরাং অম লৈবদ শিন্ন শিন্ন চিন্মিন্নে ॥০॥

নোংদম্ব মাগী থৌশীন্ন নোংমগী কোরৌ নুমিত্তি চীংখৈ লৈম অতোন্বীদু হামৈ কৈথেল্ খোঙ্গানীংলে ॥ মথম্মোই মরাঙ্ হৌন হামৈ য়োন্নিংলে ॥ হামৈ য়োন্ব চৎখ্রে ॥ হামৈ লৈব লাক্প নহা মতম্ ওইরিব পাখ্রা অমগ অপাম্ নুংশি চেংলৌ মীৎচানরুরে ॥ চেংলৌ শক্হেন্ব তম্বদুদ--- ঐসু লুখ্রাবীনি ॥ ইপারী ইমোম্ লৈজদে — হায়্রে ॥ চীংখৈ লৈম অতোন্বী পায়্ম পূক্ফত্তবীদু পাখ্রা নহা শক্হেন্বদুগী মরাল্য়াইদ হামৈ কৈথেল্দগী খোঙ্গুম্মিন্নখ্রে ॥ চীংখৈ নিংথৌ মশাইকোন্দদি পুরিবী পুরাবা মচেম্-মৌপুৱা অনীন পলেম্ মমান হল্ৱাইরক্পবু ঙাইরি ॥ কাওরেল্ সল্গা মতম্ খোঙ্ৱায়্শিল্লক্লে ॥ ইনুংব তাংলৌ চঙ্লক্লে ॥ পলেম্ মমান হল্ৱাইরক্লবদ মচেম্-মৌপুৱা অনীন পলেম্ মমাবু ওক্লুগে হায়্বগী ইম্কোন্ কোন্থোঙ্ ৱাংম

লান্ন চেংলৌ মমায় হামৈ কৈথেল্ পাংন খোঙ্গারক্কে ।। য়াংদৌ লম্বীদ চেংলৌ শক্উনব কৈথেল্ খোঙ্গুম্লক্পীশিংদ পলেম্ মমাবু চেংলৌ শক্উনরম্ম পাউহংজৈ।। হায়ঙম্ তৌওম্বী মোম্মু নুজা ওইবী কনাগুম্বীন — পলেম্ নমা চেংলৌ শক্কোয় হেন্বীদো হামৈ য়োল্হৌরি — হায়্ন পাউহায়্বীরে ।। মচেম্-মৌপুব্রা অনীন হামৈ কৈথেল্ য়ৌরবদ — পলেম্ নমাদি তম্ব নহা শক্হেন্ব অমগ ঙাইবোয়্নন য়াংদৌ লম্বী অসোম্দ খোঙ্গুম্মিন্নখ্রে — হায়্ন পাউহায়্বীবে ।। মচেম্-মৌপুব্রান শমু খৃৎশম্নন পলেম্ মমান খোঙ্গুম্খিব মায়্কৈবোমদ চেংলৌ মায়্থোঙ্ ওন্ অযাঙ্ খোঙ্জেন্খ্রে ।। খোম্লেন্ তুম্খুল্ তান্ব ইনুং খোঙ্লৈ ওইরক্লে ।। য়াংদৌ লম্বী লম্জাওদ চেংলৌ শক্থেংনব মমা মন্দোল্ মান্বীশিংদ পলেম্ মমাগী চেংলৌ শক্ফম্ হায়্ন পাউহংলবদ — খোঙ্গাল্ কোন্থোঙ্সিদ খোঙ্জঙ্খিবনি — হায়্ন পাউহায়্বীরে ।। পুবিবী পুবাব মচেম্ মৌপুব্রা অনীন খবায় থোঙ্গাল্দুদ লেপ্ল — হাদ পলেম্ অপোক্পী ! পলেম্ নঙ্বু কদাইলম্দ লৈবগে ।। নপারী নমোম্ অনীন পলেম্ নঙ্বু কৌবীযে ।। নপারী নমোম্ অনীবু কদৌনোংগী তবা চাক্নম্থীগুম্ হুন্দোক্পীবম্বগে —- হায়্ন য়াব্রা খোঞ্জেল্ হৌন কপ্ল লাউন তেংথারে ।। খবায় থোঙ্গাল্দ অঙাং নাউব্রা অনীগী মীকপ্খোন্বু নাতারবগী পলেম্ মমা অতোন্বীদু থোক্লক্লে ।। — ইনুং অথেংব অসিদ খোইয়ুম্ লাইরা নমু তাইবংলা ।। ইপাবী ইমোম্ লৈজদে ।। কদাইলম্দগী লম্জা শারা মচানো ।। চৎখ্রো চৎলো — হায়্ন তাউব হূইতান্ব কায়্রৈ য়েন্দান্বগুম্ তান্বীরে ।। পাখ্রাদুন — হাদ মোম্মু নুজা ওইবী নঙ্বু ঙসাইঙৈদি নপারী নমোম্ লৈতে হায়্ন চীন্গোয় পাউদর্মখিবদাই —- হায়্ন তাথী ব্রান মীচৈ থীন চৈথাংবীরে ।। চীংখৈ লৈম হামৈ য়োন্বীন — ইপারী ইমোম্ নত্তে ।। তাল্লোয় তূরোন্নবীগী মপারী মমোম্নি — হায়্রে ।। তৌইগুম্, মচেম্-মৌপুব্রা অনীদুনদি মখোয়্বু পোক্পী অশেংবী পলেম্ পোক্মাবীনি হায়্রে ।। পাখ্রাদুন তরা ফৌশু শূক্ অম পুথোক্লক্লে ।। — অঙাং নাউব্রা নখোয় অনীমক্রা মোম্মু হামৈ য়োন্বীসীবু পলেম্ নমা পোক্মাবীনি হায়্ন চীন্গোয় পাউহায়রবনিন তরা ফৌশু শূক অসীবু শমু • খূৎন পায়্রগ ইম্য়াঙ্ লান্ন হুল্লো ।। হুন্ঙল্লবদি মপারী মমোম্নি হায়্ন শানখঙ্লগে ।। তৌইগুম্, হুন্ঙম্দ্রবদি মপারী মমোম্ ওইফরোইএ — হায়্ন

য়াথং পাউহায়রে ।। মচেম্ পুরিবীদি শমু পাংগল্ খরখিৎ চাউরবনিন ইময়াঙ্ লান্ন তরা ফৌশু সূক্তু হুন্ঙল্লে ।। তৌইগুম্, মৌপব্রা পুরাবদি অঙাং নাউব্রা অপীখক্ ওইবন ইময়াঙ্ লান্ন তরা ফৌসু সূক্তু হুন্ঙমদ্রে ।। হাঁমে য়োন্বী পলেম্ মমা অতোন্বীন পুরাব মাবুদি শমু খোঙ্গাওন খরায় থোঙ্গাল্ ব্রাংম লান্ন তান্থোক্পীরে ।। মচেম্ পুরিবীন মৌপব্রাগী শমু নাক্ত চঙ্শিল্লগ চেংলৌ নাপচিক্র — ইম্কোন্ খোংবান্নুংদ লাংহৈগুম্ শাথুপ্তুন লৈয়ু ।। হয়েং ইনুং ঙাল্লগ মীৎলৎ নারৎ য়েংলগ তরা চয়োম্ পুথোক্লক্কে — হায়ন পাউথেম্লে ।।

চীংখৈ নিংথৌ মরাল্য়াইরোম্দদি চীংখৈ নিংথৌ মান চেংলৌ মমীৎ অনী উইশিন্ন চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব লাইয়িংথৌ মাবু নীংজদুন মপারী মমোম্ অনীমক্ কদাইলম্দ লৈবগে য়েংলক্লবদ মপারী মমোম্ অনীমক্কী থৌদোক্ পুন্নমক্ চেংলৌ শক্উরে ।। মপারী মমোম্ অনীমক্তি চীংঙু খোইয়ুম্ অতিয়া শিদবগী মতিক্ ময়াই ওইব চীংঙু খোইয়ুম লাইয়িংথৌ য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা অনীমক্ত নমু তাইবং মীওইপোক্ত লাংওল্লক্পনি হায়্ববু পায়্ম পীবুক্ত শান্খঙ্লে ।। অদু নোংগীবু মপারী মমোম্ অনীমক্পু মার মখোঙ্গুল্ লীরক্ত্রে ।।০।।

নাউব্রা পুরাবদু কোঙ্য়াং ব্রাপল্ মরুম্দ ইম্কোন্ খোংবান্নুংদ ইনুংদুম য়ায়্রেক্লে ।। ইনুং ঙাল্লবদ মচেম্ পুরিবীন মীৎলৎ নারৎ য়েংদুন তরা চয়োম্ পুথোক্লক্পদু চারে ।। মতৌ অসূম্নবু কোরৌ শীংবুম্ কয়ানি খোঙ্হৌখ্রে ।। পলেম্ মমা পোক্তবিন পুরিবীবু পায়্ম নুংদ চিংন পঁরে কিশি কিখ্রে ।। তারা চাক্লেম্ চাক্শেন্নরে ।। তরা চক্লেম্বদু লুখাক্কোম্দ হুন্তোক্লে ।। পুরাবীন তরা চাক্কী মহুত্ত মীৎলৎ নারৎ য়েংদুন তরা চেঙ্ওইন মৌপুব্রা পুরাবদ শমু খুৎশিন্নরে ।। কদায় লমদনো চারুরো পলেম্ ইমা পূক্ফত্তবীন নচেম্ ঐবু পায়্ম চিংন পঁরে কিশি কিখ্রে — হায়ন নাউব্রা মৌপুব্রাদ পাউমেল্লে ।। নাউব্রা অপিখক্ পুরাবন তরা চেঙ্ পুদুন খোঙ্দোয়্রক্পদ কোঙ্য়াং ব্রারুকাক্ত শমু খোঙ্নেৎনরুব্বদগী তরা চেঙ্দু হৈদোক্লে ।। ব্রাব কৌব চেক্লান তরা চেঙ্দু খুন্দুন চাথোক্খ্রে ।। তন্ন হল্ব্রায়্রক্তুন মীৎলৎ নারৎ য়েংদুন মচেম্ পুরিবীদ পাউদম্লে ।। মচেম্ পুরিবীন চেক্লা ব্রাব ফানব তরা চেঙ্গ লোয়্নন শল্লাং অম পীরক্লে ।।০।।

পুরাবন চেক্লা ৱাব ফানবগীবু শল্লাং কোঙ্গোই লাংথাক্লে ॥ তরা চেঙ্ঙৌ চাইথোক্লে ॥ চেক্লা ৱাবদু তরা চেঙ্খুল্লরে ॥ কোঙ্গোই লাংদ লাংথুরে ॥ পুরাবন ৱাব উচেক্ মাবু য়াইবী মথৱায় লৌরগে তৌরবদ চেক্লা মান তাইবং মীরোল্ থোক্ল হায়রে — পারী নাউৱা চাউদ্রিব নচেম্ পুরিবী কৌরু-ও ॥ নাউৱা নঙ্ন হল্ৱায়রক্লিফাও ঙাইরম্গে — হায়ন শরী ৱাশক্লে ॥ নাউৱা পুরাবন মচেম্ পুরিবীগ ঙাইরোয়্নন হল্ৱায়রক্লবদ ৱাব কৌব চেক্লা মান মচেম্-মৌপুৱা য়েংন পাউহায়রে — চেক্লা ঐদি অচম্ব ৱাব উচেক্ নত্তেয়ে ॥ চীংঙু খোইয়ুম্ অতিয়া শিদব মান থৌশীরক্পনি ॥ ইপারী ইমোম্ অনীগী অৱাবগী মতম্ লোইরে পাউহায়গে হায়বগী ৱাব কৌব উচেক্ ঐন খোঙ্লাক্পনি ॥ নপন্ পন্থৌ চীংখৈ নিংথৌবু নীংশিংলো ॥ চীংঙু খোইয়ুম্ অতিয়া শিদব মান তাইবং কুম্মৈ শান্নবগী নপন্ পন্থৌ পোক্মাব মাবু পায়্ম পীবুক্লুংদ অকাউ পরৈনহন্বনি ॥ তাইবংগী অৱা অনা নথম্মোইদ ভেন্বান্হন্গে হায়বগী চীংঙু খোইয়ুম্ অতিয়া শিদব মান তাইবং কুম্মৈ শান্নবনি ॥ ৱাব চেক্লা ঐগী শমু ইতুং খোঙ্ইল্লক্-ও — হায়ন মচেম্ মৌপুৱা অনীবু পুদুন চীংখৈ মরাল্ লম্দ খোঙ্গারক্লে ॥ চীংখৈ নিংথৌ মাগী খরায় থোঙ্গাল্ ৱায়থুংলবদ চেক্লা ৱাব মাদি অৱাব মতম্ লোইরবগী মদোম্ চীক্মাঙ্নখি ॥০॥

চীংখৈ মীৎলম্ চিথেক্ মায়কৈ ঙাক্প লাই অমসু ওইরিব লাইয়িংথৌ চীংখৈ নিংথৌ মাগী মশাইকোন্দি চীংখৈ চীংদনি ॥ **চীংলোন্ লাইহুই** পুয়ান্ হায় — চীংখৈ সনচীংগী মতোন্দ সনাগী শঙ্গায় অনী লৈবনে ॥ মনাক্ত লাইজ ঈকোম্ অম লৈবনে ॥ মনাক্ত নূং অহুম্ লৈবনে ॥ অমদি চীংখৈ কুরুনে ॥ মমিংদি মিরুহিংপুরৈচি কৌএ ॥ অমদি চেংঙা নিংথৌবনে ॥ মমিংদি ফোন্রুচি কৌএ ॥ অমদি নোংপোক্ অচিবনে ॥ অসূম্ন লাইয়িংথৌ চীংখৈ নিংথৌ মাদি অদুঙৈ চীংঙু খোইয়ুম্ অশীবন মালেম্ লৈশেম্ঙৈদ মীৎলম্ চিথেক্ লৈঙাক্হখিব চেংঙা কৌব লাইনে চীংঙু খোইয়ুম্ নোংপোক্ অচিব কৌব লাইনে লাইয়িংথৌ অনীমক্ অসীগ পূন্ন লৈমিন্নৈ ॥ চীংঙু খোইয়ুম্ অতিয়াশিদবগী লাইওল্ লাইচৎ ওইরিব লাইয়িংথৌ চীংখৈ নিংথৌ মাদি মীৎলম্ চিথেক্ মায়কৈ ঙাক্প লাই ওইবন মোইরাংগী লাইরেম্মা অয়াংলৈম কবোক্ চাইবগী থৌরম্দ লাইয়িংথৌ

মাবু — হে চীংখৈদ লৈব চীংখৈ নিংথৌ নহাক্তি তিন্মিৎ লাইমিৎ তিন্শং লাইশং পূন্নমক্কী মপু ওইব ॥ হে পাংগল্ব ইবুংঙো নহাক্কী নফম্দ থৌদোক্ কুম্মৈ শান্নব অসীগী অকায় অতোয় য়াওদনব হায়্দুন চীংঙু সনা নফম্লেন্দ খয়োম্ লৈনা কৎচরিয়ে — হায়্ন লাইশোল্ শোন্দুন খয়োম্ লাক্নৈ ॥০॥

লাইয়িংথৌ চীংখৈ নিংথৌ মাবু লম্লেন্ ফক্কুং, কংলা সিফাই, মোইরাংকম্পু, শজেব্, শংশাবী, খরাশোল্, শল্লাক্খুন্, ইয়াম্পাল্ কৌব খুঙ্গং লৈকাইশিংদ মচা মনাই খুঞ্জাশিংন উমংলাই ওইন খুন্জাউ লৈচাউনবগী, চাক্হোঙ্ ঙাহোঙ্নবগীবু হরাউ শক্শেম্তম্ থৌদোক্ কুম্মৈ শান্নদুন ঈরাৎ থৌরম্ তৌনৈ ॥ লম্লেন্ শজেব্, চীংখৈ, কোংপাল্ নিংথৌবুঙ্দসু মপারী পুবাবগা মমোম্ পুরিবীগ অনীমক্কী লাইকোন্নুং লাইফম্ লৈ ॥ মমাঙ্ঙৈগী মতম্দদি পুরিবী পুরাব লাইরেম্ম লাইয়িংথৌ অনীসী মচেম্ মৌপুব্রা ওইবন উমংলাই ওইবগীবু হরাউ শক্শেম্তম্ থৌদোক্ কুম্মৈ শান্নব লাই হরাউবগী মহুত্ত কুম্ অমগী ওইন হৈকৎ লৈকৎ তম্নগ তোক্করম্এ ॥ তৌইগুম্, হৌজিক্তৈঙদি মতম্ মাগী খোঙ্লৈ থিংঙম্দবন হরাউ শক্শেম্তম্ থৌদোক্ কুম্মৈ শান্নরে ॥ হরাউনরে ॥ লাই অনীসী মচেম্ মৌপুব্রা ওইবগীবু তাংবল্দ ফম্দেংবদদি মচেম্ পুরিবীন য়েৎলম্দ অদুগ মৌপুব্রা পুরাবন ওয়্রম্ ফম্ন ফম্দেংনৈ ॥০॥০॥

# লাইয়িংথৌ চোথে থাঙ্‌ব্রাই পাখংব অমসুং লাইরেম্মা খল্লাংতাউবী

যোইবু খোয়্‌মোম্‌ লাইরেম্মাগী লাংওল্‌ ওইরিবী খল্লাং তাউবী কৌবী মাদি চোথে খুল্লাক্‌প খুল্লাক্‌পী অনীমক্কী অমত্ত পোক্‌পী মমোম্‌নি ।। চেংলৌ শক্কোয়্‌ হেন্‌বী খল্লাং তাউবীদু চাউব লেপ্তুম্‌ ফাবক্লে ।। মপারী যাওদবগী হৌনশা খুল্লাক্‌প খুল্লাক্‌পী অনীন লৌরোক্‌ পান্‌থা লাক্লবদ অমত্ত পোক্‌চবী মমোম্নু লোইমোম্‌ ফৌ ঙাক্লবগী কোবৌ নুমিৎ খূদীংগী খাবৈ লৌবুক্‌ চৎহল্লি ।। মপন্‌ পন্থৌ খুল্লাক্‌পন শাব লৌঙাক্‌ শগাই পাবল্‌থক্ত ইনুং ঙান্‌বদগী কোরৌন নোংচুপ্‌ চীংয়া থাংদ্রিফাও হো-য়া হো হায়্‌ন ব্রা কবোক্‌ মখূত্ত পায়্‌ উরিৎ শঙ্গু, লম্‌খুনু মপৈ তাল্লি ।। তরা চাক্‌ লাম্লক্লবদ পলেম্‌ মমান যোম্‌লক্‌প তরা চয়োম্‌ থোক্তুন চায়্‌ ।। পলেম্‌ মমান হাল্লক্‌প তুম্বা লাইজ ঈথক্‌ই ।।০।।

নোংমগী কোরৌ নুমিৎ অমদি তুবী লাইরেল্‌ তাউরোইনাই পাখংব মান মশক্‌ মতৌ শক্‌হেল্লব মতিক্‌ মঙাল্‌ লৈরব পাখং অমগী শাইয়োল্‌ লৌ খল্লাংতাউবী মাগী খাৱৈ লৌবুক্‌ লোইমোম্‌ লৌঙাক্‌ফম্‌দ খোঙ্‌দোইরক্লে ।। শাবী শানৌ অনীদু চেংলৌ মীৎচানরে ।। তিল্লাং খোয়্‌দানরে ।। পায়্‌ম নুংজংনবে ।। তাউরোইনাই পাখংব মাদি কোরৌ নুমিৎ খূদীংগী খাৱৈ লৌঙাক্‌ফম্‌দ খোঙ্‌দোইবক্লে ।। শাবী শানৌ অনীদু চয়োম্‌ থোক্ল তরা চামিন্নরম্ব, তুম্ব হাংন লাইজ ঈথক্‌মিন্নরম্বদগী হৈরাং লোন্‌জানরক্লে, লৈরাং লোন্‌জিন্নরক্লে ।। খোইজি মিহুল্‌ লাংখিব তাউজিং হৈরূ পন্‌খ্রে ।। চোথে খুল্লাক্‌পগী মমোম্‌দু নাক্‌লু ফিয়াল্লে ।। চরৈ ফিদোল্‌ কাঙ্‌লে ।। নোংমগী কোবৌ নুমিত্তি তুবী লাইরেল্‌ তাউরোইনাই মান খল্লাংতাউবী য়েংন — ইশানৌ নঙ্‌বু তাউ-ও ।। হয়েং কোরৌ নোংদগীদি নশাবী ঐদি ইশানৌ নাক্ত লাক্‌ঙল্লরোই

— হায়্রে ।। মশানৌ খল্লাংতাউবীন — করম্বা কোরৌ অফব, লোইদাম্ অশেংব নুমিত্ত খোঙ্দোইবীরক্কদগে — হায়্ন পাউহংজবদ — ঈশানৌ নংগী পীবুক্ লিন্কোয়্নুংদ শান্থুপ্লিব নাউব্রা মান তাইবং মালেম্ ফাওরক্লবদ নপন্ পন্থৌ মাগী কায়্রৈ য়েন্কোন্নুংদগী চুখেন্নব য়েন্খোংতল্লব কায়্রৈ য়েন্বা ৭ খক্পু পুদুন নমায় হাওরৈ খারম্ পাংন খোঙ্গুন্লক্-ও ।। কায়্রৈ য়েন্বা ৭ মক্ত পুন্ন শাগল্ তূফাঙ্ খপ্ন অমত্ত ওইন কে ক্রেক্ ক্রেক্ হায়্ন য়েন্খোংলক্প লম্লেন্দুদ নশাবী ঐবু লৈরে হায়্ব খঙ্-ও ।। ঈশানৌ নঙন নশাবী ঐবু কোলোয়্ হৌন পাউকৌরক্-ও ।। কোরৌ অদু নোংদুদ নথংলেন্ ঐন নাউব্রা মাবু ঙক্লী লুম্লাং কোন্, খজাই লেংওল্ চূপ্কে ।। নশাবী ঐগী ইরাল্য়াইদ নাউব্রা মাবু নাউয়োক্ নাউকোন্গে — হায়্ন পাউমেল্লে ।। অসূম্নবু পাউমেল্লগ লাইবেল্ তাউরোইনাই মাদি লাব খোঙ্কাপ্ কাম্জাউ হুন্খ্রে ।। চীংঙু নোংদম্থীবী, কাসা লাইবক্চাউবী খল্লাংতাউবী মাদি মশাবী চৎখিব মায়্কৈরোম্দ মীৎযেং শাংখৈন মায়্থোঙ্ থাজ তরুবী নোংহৌ লৈচিন্ন খুম্ লৈহৌরে ।।০।।

খল্লাংতাউবী মাদি মকুম্ মথা শুরবগী মপারী অম নাউনৌরে ।। চোথে খুল্লাক্পন খুল্লাক্পীদ মমোম্বু লম্কেৎ লম্হাইহল্লি হায়্বগী মীচৈ থীরে ।। পলেম্ মমা খুল্লাক্পীন মমোম্দ — তাউজিং হৈরাং লোন্জানরিব, শিংঙেল্ লৈরাং লোন্জিন্নরিব তম্বদু কনানো— হায়্ন পাউহংবদ মমোম্ মান শাগৈ শলাই অসীনী হায্বদু শক্তাক্ঙম্দ্রে ।। পন্থৌ মপা খুল্লাক্প অশাউ খান্বী মৈহৌরে ।। ঈকাই তাংজ মমায়্ ফীরুক্ খুম্লে ।। মসূ মনোংয়ায়্ নাউব্রা অপীশক্পু মাঙ্হল্লগে হায়্ন শংলৌ থৌরাংলে ।। নোংমগী কোরৌ নুমিত্ত মমোম্ খল্লাংতাউবীন লম্লাংদোঙ্ কৈথেল্ কাম্প্রিঙৈ মনোংয়ায়্ অপীশক্ হৈনা খোঙ্দম্লক্লিববু চোথে নুঙ্শুক্চীংদ পামেল্ উয়াল্লুসি হায়্ন শমু মখূজেং পায়্ন পুজেম্লে ।। লোইবী লোক্চপ্ চীংমায়্ য়ৌরবদ পামেল্ উজাউ ব্রাংথোই চাউথোইব অমবু য়াল্লে ।। উজাউ উরেল্ মান তুরক্কদব মায়্কৈদ মসূ অপীশক্তুবু লেপ্হল্লে ।। উজাউ উরেলদুন মসূ নাউব্রাদুবু নল্লে ।। মদোম্ নোংমল্লসুনু খল্লবগী থনম্লে ।। খুল্লাক্পদু মদোম্ মরাল্য়াইদ হল্ব্রাইরক্লে ।। মমোম্ মান পায়্ম পীবুক্ খোয়্রাঙন মপারীবু হংজবদ — নপারী ইনোংয়ায়্ অপীশক্ মাদি লোইবী চীংজাউ কাঙম্লোই হায়্বগী লোইবী চীংখোঙ্দগী হল্ব্রাইখ্রবনি —

হায়ন পাউখুম্লে ।। ইনুং খোঙ্ব্রাইশিল্লক্লে ।। খন্নাংতাউবী মাদি খোম্লেন্ তুম্খূল্ তান্ঙম্দ্রে ।।০।।

তুবী লাইরেল্ তাউরোইনাই চোথে থাঙ্ব্রাই পাখংবদি মপারী নাউব্রা অপীশক্কী অব্রাব মতৌ য়েংঙম্দ্রবগী লোইবী লোক্চপ্ চীংমায়দ ফোং ফাওবক্লে।। চাউরেল্ চাউব পামেলদুবু লৌথোক্পিরগ পীক্লিব অঙাং নাউব্রাদুবু চিংখৎপিবে ।। অঙাং নাউব্রা ওইরিব-ও ! ঐসী নঙ্বু পোক্প পন্থৌনি — হায্বীরে ।। নাউব্রা মান — ঐবু পোক্প পন্থৌ ওইরবদি নঙ্গী কোলোয় নমিং শাগৈ শলাই তাক্পীরো— হায়রে ।। — নঙ্বু পোক্পী পলেম্ নমাদ হল্ব্রাইদুন পাউহংলু-ও— হায়ন পাউমেন্বীরে।। নাউব্রা মাগী মতিক্ মঙল্ খঙ্হল্লগে হায্বগী তুবী লাইবেল্ তাউরোইনাই মানা খোইয়ুম্ মতিক্ হাপ্পিদুন নাউব্রা অঙাং মাগী শমু মরেংবান্দ পামেল্ উজাউদু থোন্কৎপীবে ।। নাউব্রা মান পামেল্ উজাউ লেংদ থোং চোথে খুল্লাক্পগী মরাল্য়াইদ হল্ব্রাইখ্রে ।।০।।

অঙাং নাউব্রা মান মপু চোথে খুল্লাক্পগী সূমাঙ্ মথৌবুঙ্দ মশা মবেং যাউব পামেল্ উজাউদু বোম্ থাধবে ।। অরূম্ব মখোল্দু তাবদ হিঃ করিনো খল্লবগী পলেম্ মমা খন্নাংতাউবীন থোঙ্জি নাতৈ কাঙ্ন থোক্লক্পদ খোইয়ুম্ লাইরা হায্ন হুইঙক্ য়েন্ঙক্ চারে ।। তৌইগুম্, মপাবী চাউদ্রিবন — পলেম্ ইমা নপারী ঐনে — হায়ন পাউখুম্লক্লে ।। পলেম্ মমাদ পন্থৌ মপাগ চেংলৌ শক্উনরক্পগী ব্রাবু ব্রাকাউদন ব্রাতম্লে ।। মপারীন ব্রাংলেন্ মীৎকুপ্ অদুমক্ত পন্থৌ মাগী মার মখোঙ্গুল্ লীসী হায়রে ।। খন্নাংতাউবীন পন্থৌ মপাগী কায়রৈ য়েন্গোন্দগী কায়রৈ য়েনচু খেন্নব য়েন্বা ৭ শম্মুংদ হাপ্চিল্লে ।। মপারী নাউব্রা চাউদ্রিববু শমু মখূজেং পায়ন মমায্ হাউরৈ মখা ওন্ন অহিং তাংলৌ অথেংব শূক্ তরেৎ শুন মন্নবদ মশাবীগী মার মখোঙ্গুল্ লীব খোঙ্গুম্লক্লে ।।০।।

চোথে খুল্লাক্প চনু খন্নাংতাউবী মান মপারী শমু খূৎশম্ন খোঙ্গুম্লক্পন কেগে মোইরাং কংলা য়ৌরক্পদদি লুতুং নময়াল্লিব শম্মুংদগী কায়রৈ য়েনচু খেন্নব য়েন্বা ৭ অদুন শাগল্ তূফাঙ্ খপ্ন খোন্মান্নন পূন্ন —কে ক্রেক্ ক্রেক্— হায়ন হৌন লাউন শেংন য়েন্খোংলক্লে ।। নহাল্ঙৈগী পাউমেল্ ব্রাবু ব্রাকাউদন খন্নাংতাউবী মান — ইশাবী ইবুংঙো নঙ্বু তাদ্রবরা ।। চীংঙু নোংদম্ , কাসা লাইবক্ চাউবী নশানৌ ঐন নপারী নাউব্রা অপীশক্ অসীবু শমু

খুৎশম্নন ইথংলেন্ নঙ্গী মার নখোঙ্গুল্ লীরক্লে — হায়ন নুংহিক্লব খোঞ্জেল্‌ন কোলোয়্ হৌন তেংথারে ।। ইনুং ঙাল্লমদাই তাংলৌদুদ মশানৌগী তেংথা খোঞ্জেল্‌বু নাতারবগী তুবী লাইরেল্ তাউরোইনাই পাখংব মান চীরেল্ নারেল্ য়াওন তাংজ লিন্‌জাউ ওইন চোংথোক্লক্লে ।। মপারী নাউব্রা মাদি চীরেল্ নারেল্ য়াউব তাংজ লিন্‌জাউদু উবদ পায়্‌ম হক্ল শোংকিরে ।। মশানৌ খল্লাংতাউবীন মথংলেন্‌বু নমু তাইবং শক্‌ফল্লাংদ শাইয়োন্‌বীয়ু— হায়্‌জরে ।। তুবী লাইরেল্ মান মতিক্ মঙাল্ নাইব চেংলৌ শক্‌হেল্লব চোথে থাঙ্‌ব্রাই পাখংব ওইন চেংলৌ শাফোঙ্‌লে ।। চোথে থাঙ্‌ব্রাই মান মপারী নাউব্রাবু ফৈরা তাজীল্ থোং, ঙক্‌লী লুল্লাং কোন্, খজাই লেংওল্ চূপ্, শল্লাং তোন্‌গা নান্‌বীরে ।। মপারী নাউব্রা চাউদ্রিববু নুংশি থোইন মরান্‌যাইদ নাউয়োক্ নাউকোন্‌বীখি ।।০।।

মপারী নুংচান্‌বন কেগে মোইবাং মপুঙ্‌য়ায়্‌দ পু-লিক্লাই ওইন্ কেগে মনিল্ নাই মোইরাং মরাঙ্‌হৌ পান্‌হৌববদ তুবী লাইরেল্ তাউবোইনাই চোথে থাঙ্‌ব্রাই পাখংব মাদি খোইবু চীংগী চীংমায়্‌দ পামেল্ উজাউ ওইন লাংওন্দুন হৌখ্রে ।।০।।

কেগে মোইরাংপুঙ্‌দ পু-লিক্লাই নিংথৌরোল্ কয়া চংখ্রে ।। চহী লাংহৈ কয়া হৌখ্রে ।। নোংমগী কোরৌ নুমিত্ত মেন্দে নিংথৌ সারাবন ময়ুম্ শঙ্গাইবেল্ অচৌব অমবু শাগে হায়্‌বগী পামেল্ উজাউ মনাম্ তাব অমবু খাঙ্‌ঙবু লেংনম্ ওইগে হায়্‌বগী লোইবী চীংজাউ কান লোক্‌চপ্ লান্ন কোয়্‌ন থিবে ।। ফংদ্রে ।। নোংমগী কোরৌ নুমিৎ অমদি মেন্দে নিংথৌ সারাব মাগী খোম্‌লেন্ মঙ্‌লান্দ তুবী য়েক্‌মাব চীংঙু অঙন্‌বন মনাই সারাববু থৌজাল্ লনকুবীববগী মোইবাংগী লৈমাবা চোথে থাঙ্‌ব্রাই পাখংবন লাংওন্‌খিব পামেল্ উজাউ মাগী হৌফম্ তাক্‌পীরে ।। চীংঙু নোংদম্‌খোল্ ফংলবগী নিংথৌ সারাবনা মেন্দে খুঞ্জা অথৌ লীচা হেপ্প থয়াঙ্ কোন্দাই লোন্‌বশিং অমাই অনপ্ য়াওন খোইবু চীংজাউ কারে ।। লোইবী লোক্‌চপ্ত হৌরিব পামেল্ উজাউদু য়াল্লে ।। খোংজি নাবেং হুক্ল উচিংবদ পামেল্ মচি লেঙ্‌দ্রে ।। অমাইবন চাক্‌থা লাথা হৈকৎ লৈকৎ উয়াল্লোন্ তেংথা লাইশোন্ শক্ল উচিংবদদি হরাউ হরাউ পামেল্ উরেংলে ।।০।।

পামেল্ উজাউদু মেন্দে নিংথৌ সারাব মাগী ময়ুম্ শঙ্গাইবেল্‌গী খাঙ্‌ঙবু লেংনম্ ওইরে ।। লেংনম্ ওইরিব উ মাদি অহিং ইনুং তাংলৌ থেঙ্‌লগ

মীচিক্ মীরাউখোল্ তারক্তুবদ তুবী ময়েক্ থোক্ লাইরেল্ ময়েক্ লান ইরং লংন কোরৌ নুমিৎ মঙাল্ অরাবগুম্ মেন্দে খুঙ্গং থুংন পুম্ঙাল্ ঙাল্লে ॥ খারম্ খুঞ্জাওরে ॥ মেন্দে লৈচাউরে ॥ মরাঙ্ হৌ মনিল্ নাই খুন্বাল্ লৈপাল্লে ॥০॥

নোংমগী কোরৌ নুমিত্ত কেগে মোইরাং পু-লিক্লাই সন্নাহোঙ্বন মহৌশাগী মহৌশা কুম্জা খূদীং করাংথেল্ কাদুন পুন্সি চেঙ্জেল্ নিরুবগী ৱাক্‌য়ৈ হি তোংদুন হল্ৱাইরক্পদ অহিং তাংলৌ অথেঙ্বদ মেন্দে নিংথৌ মশঙ্গাইদ ঙাল্লিব মঙাল্দুবু মীৎয়েং শাংখৈরুরে ॥ হিঃ কবিনো — হায়্ন নুংখল্লবগী মরালয়াইদ হেক্ ৱাইথুংলবগ হৈরাং পোৎতম্ থেন্বী হৈরোইনাই শাফবীদ মরম্ পূম্ব পাউহংলে ॥ হৈরোইনাই শাফবী মান মেন্দে নিংথৌ শঙ্গাইবেল্গী খাঙ্ঙবু লেংনম্ ওইরিব পামেল্ উ মাগী থোক্খিব ৱারী ৱাখুল্ পূম্ব ৱাতম্লে ॥ মোইবাং পু-লিক্লাই মান মাগী শঙ্গাইরেল্গী খাঙ্ঙবু লেংনম্ ওইগে হায়্বগীবু মেন্দে নিংথৌদ মাগী শঙ্গাইরেল্গী খাঙ্ঙবু লেংনম্ ওইরিব উদুবু পুবক্-ও হায়্ন পাউথারে ॥ নিংথৌ সারাবন— অমন্ব খাঙ্ঙবু লেংনম্ অসীবু কবি তৌনগবনো ॥ অতোপ্প তরেঙ্য়োৎকুম্ চুম্দ্রিং চুম্ব পামেল্ উজাউ অম যাল্লগ পুরক্কে— হায়্ন পাউহল্লক্কে ॥ পু-লিক্লাই মান য়াদ্রে ॥ তৌনিংঙাই পাম্বৈ করি লৈত্রবদ মেন্দে নিংথৌ সারাবন ময়ুম্ শঙ্গাইরেল্গী অমন্ব খাঙ্ঙবু লেংনম্দুবু পু-লিক্লাই মাঙোন্দ লৌবীরো হায়্রে ॥ তৌইগুম্, কোরৌ নুমিৎ হুর্মানৈ চূপ্ন লেংনম্ উ মাবু কেগে মোইরাং খুঞ্জা হুপ্প উচিংবদ খাঙ্ঙবু মচি লেঙ্ঙম্দ্রে ॥ অথৌ লীচা হেপ্প থয়াঙ্ কোন্দাই লোন্ব অকন্ অথৌ হুপ্প হোই লাউন উচিংবদ খোংজি নারেং তৎ ইরং লং ইঙান্ ঙান্ পামেল্ উতোল্, কোঙ্য়াং ৱাতোল্ লান্ন খাঙ্ঙবু মান পাইখিদুন লমূলেন্ লৈমতাক্ত পাইথম্রে ॥০॥

পামেল্ উ ওইন লাংওল্লুরব তুবী লাইরেল্ তাইরোইনাই মান মেন্দে নিংথৌ সারাবগী ফৌশুকোন্দ মেন্ মখুল্ অমবু হুৎন ফাওদোক্লুরে ॥ তুবী লাইরেল্ মান কোবৌ নুমিৎ খূদীংগী মেন্ মখুল্ অদুদগী থোক্লক্তুন ফৌশুকোন্গী চেঙ্কুপ্ ৱাইকুপ্ চাররে ॥ মেন্দে নিংথৌ মাদি তুবী লাইরেল্ তাউরোইনাই মাবু অচম্ব তাংজ লিন্জাউনি হায়্ন খল্লবগী থৌরী কোঙ্গোই লাংথাক্লবদ তুবী লাইরেল্ মাগী মঙক্ত কোঙ্গোই লাংথুরে ॥ তৌইগুম্, তুবী লাইরেল্ মাগী মকোক্তি মেন্ লৈখুল্ চঙ্খ্রে ॥ মেন্দে খুঞ্জা হৌন খারম্ মীয়াম্

পুন্ন মেন্ মখুল্ মপান্দ লৈহৌব তুবী লাইরেল্ মাগী মশাদু চিংথোক্ চিংথোক্ মতুপ্ মতুপ্ কক্লগ খুঞ্জা য়ুম্থোঙ্ পূম্নমক্ য়েন্নবদ লোইঙম্দ্রে ।। ককপগী লোইবা নাইদ্রে ।। তুবী লাইরেল্ মাগী মকক্ য়েন্বদ মেন্দে খুন্মৈদ লৈবী লুখ্রাবী অমদি মাগী শরুক্ লৌহৌদে ।। মেন্ লৈখুন্দ লৈহৌব তুবী লাইরেল্ মতুপ্ অদুন মালেম্ লৈখানুংদ মখুল্ হুৎন চঙ্খ্রে ।। লাইরেল্ তাউরোইনাই· মহাক্ল মাগী মতিক্ ময়াই উৎলে ।। কোরৌ নুমিৎ অদুগী অহিং তাংলৌদ মেন্দে খুঙ্গং লৈনিংখাইখি ।। খুন্তাক্ লৈতাক্খি ।। তৌইগুম্, মাগী শরুক্ লৌহৌদবী মেন্দে খুন্দোন্দ লৈবী লুখ্রাবী মাগী মোংব মরাল্য়াই অদুতদি লোইবী চীং লৈকিনথবদ য়াওখিদে ।। চোথে থাঙ্ব্রাই পাখংবগী লাংওল্ তুবী লাইরেল্ তাউরোইনাই মহাক্ল কেগে মোইরাংপুঙ্দসু মপা মতোন্ মচীন্ মনাউ খৎনহল্লগে হায়্ন নীংখল্লবগী কোবৌ নুমিৎ অর্মদি খুয়োল্ থাং খরুংবগী লেম্লৈ ঙাফানব থুম্ব চাউবেল্ চাউব সোরালূগী লূনীং লূশৎ মনুংদ কদেং থাঙ্শাং য়াইওইব ওইন শাইয়োল্ তৌ চঙ্দুন লৈরে ।। কেগে মোইরাংপুঙ্ মপা মতোন্ খঙ্নদ্রে ।। মচীন্ মনাউ উনদ্রে ।। কেগে মোইরাংপুঙ্ য়েংথী সোইনাই খৎন চৈনবন লৈপাক্ কাংখোং চাইখি ।।৩।।

**অতোপ্প ব্রারী অমঃ** চোথে থাঙ্ব্রাই পাখংব মহাক্তি কেগে মোইরাং পু-লিক্লাই থাঙ্ব্রাই কোদিং অহন্বগ চাখা খোংমরিংব চনু ঙানুরোল্ লৈম থম্মোইলেন্বীগ অনীমক্কী মপারীনি ।। পলেম্ মমা লৈম থম্মোইলেন্বীন চোথে থাঙ্ব্রাই পাখংব মাবু পীবুক্কুংদ নাউপুরিঙৈ লোইদাম্ থাবুম্ অহুম্ শুবদ নাউব্রা মাদি মালং ফেন্চি ওই খম্কোন্ নোংলৈ ওইন খোইয়ুম্ লাই ওইখ্রে ।। লৈম মান — মোম্নু ঐদি চীংঙু নোংদম্থীবী কাসা লাইবক্ চাওবী করম্নবু ওইবনো — হায়্ন চীংঙু নোংথৌ সোরারেল্ অব্রাং পাখং য়োইরেন্ববু নীংন থম্মোই থৌংন মীকপ্খি ।। চীংঙু নোংথৌ সোরারেল্ন লৈম মাগী পায়্ম পীবুক্ খঙ্লবগী চোথে থাঙ্ব্রাই মাবু পলেম্ মাগী পীবুক্ লিন্কোয়্নুংদ অমুক্ হল্ব্রাইহল্লে ।। তৌইগুম্, চীংঙু সোরারেল্ মান চোথে থাঙ্ব্রাই য়েংন — হে অঙাং নাউব্রা নঙ্দি চাউব লেপ্তুম্ ফা, তাল্লোয় ওইরম্ থম্দরিঙৈ নীংন

তেন্ নদোম্ অৱাং কোরৌ নোঙ্গারক্-ও — হায়ন পাউমেন্খি ।। লোইদাম্ থাবুম্ তরা শুরবদ লৈম থম্মোইলেন্বীন মপারী অমবু নাউনৌরে ।। কোরৌ নুমিৎ মঙানি শুরবদ অঙাং নাউৱা মাবু চোথে থাঙ্ৱাই পাখংব-ও হায়ন কোলোয় মিংহুন্ তম্লে ।।০।।

চোথে থাঙ্ৱাই মান চাউব লেপ্তুম্ ফারবদ নোংমগী কোরৌ নুমিৎ অমদ খোংনাং লোইহাইবগ কেগে লৈম নোংবাল্লোন্ অঙান্বীগ অনীমক্কী মমোম্লাংলেন্ লৈম সুনুলেম্বীবু চেংলৌ মিতারুবে ।। তিল্লাং খোয়্দারুরে ।। পলেম্ মমা থাদুন হৈরাং লূক্থোং পু সুনুলেম্বী মাবু হায়্হল্লুরে ।। সুনুলেম্বী মাগী পলেম্ পন্থৌ অনীমক্ক — হোয়্দ, ইমোম্গী চীংঙু মরায়্বক্ক তল্লক্লবনি — হায়ন হোয়্য়ারবদ কেগে থাঙ্ৱাই কোদিং অহন্বন মহুইরোল্ সুনুলেম্বীগীদমক্ত তবা চেংলুক্, লেম্লৈ ঙারুক্, হৈক্রু পোংতম্ শেম্, কাউরেল্ শন্ফাং হোই লুহোং খোঙ্দোংলে ।। তাল্লোয় খাচিক্ক লুম্লেন্ খম্ৱাংন পান্মিন্নরক্প লোইদাম্ থাবুম্ অম ফাবক্লবদ কোরৌ নোংমগী খোম্লেন্ মঙ্লান্দ চোথে থাঙ্ৱাই নহা শাফব মাবু চীংঙু নোংথৌ সোরারেল্ন— কোরৌ নুমিৎ শীংবুম্ মঙানি শুবদ অৱাং কোরৌ নোঙ্গারক্-ও — হায়ন নহাল্তৈগী ৱাবু নীংশিংন পাউকৌরক্লে ।। কোরৌ নুমিৎ মঙানি শুরবদ চৱৈ ফিঙৌ শেং তরা চাক্মাং চাদ ৱাংলৈ য়ুমাং থক্তন চোথে থাঙ্ৱাই মাদি অৱাং কোরৌ নোংগারে ।। তাল্লোয় মাগী তূনুংশি লৈম সুনুলেম্বীসু মথংলেন্ মাগী হৈনা তুংইল্লে ।। কোরৌ নোংদোল্ কারসু খম্নুং শাৱা তাল্লসু মথংলেন্ মাবু কদৌনোংদ থাররোই ।। তুংইন্নি হায়রে ।।০।।

কোরৌ মখল্ অম ৱাংবল্ মরোল্ অম য়ৌরবদ লাইজ ঈপাক্ ঈচাউ অম লৈরম্লে ।। লৈম সুনুলেম্বী মাবুদি কোরৌ নোঙ্গাফরোই হায়ন চীংঙু নোংথৌ সোরারেল্গী মদাইরেম্শিংন থিংলে ।। তৌইগুম্, চোথে থাঙ্ৱাই মান লৈম মাগী খূজেং হংজি লাক্ল থোংলেন্ পাম্বে পায়ন লাইজ ঈপাক্ লান্খ্রে ।। কোরৌ নোঙ্গামীন্নখ্রে ।। নোংথৌ সোরারেল্ন তাংজ লিল্, তেক্পী ওক্লাব, পাম্ব কৈরেল্লাবশিংবু থৌশীদুন লৈম মাবু থিংহন্বসু থিংঙমদে ।। লাইজ ঈরেল্ পুঙ্, খাম্বী মৈত্রেং অরাব, কাক্য়েন্ নমু পোংচেন্বদ থৌশীখিবসু লৈম মান

শোংকিব্বীদে ।। থৌশীরক্প মখোয়দুম্ নীংন তেন হল্ব্রাইখি ।। চীংঙু নোংথৌ সোরারেল্ খোইয়ুম্ কোন্খৈ অতাম্বন থিংনিংঙাই করি পাম্বৈ লৈত্রবগী লৈম সুনুলেম্বী মাগী পায়ম পীবুক্ খঙ্লবগী চোথে থাঙ্ব্রাই পাখং মাঙোন্দ — নঙগী তাল্লোয় লৈম সুনুলেম্বীগ খূজেং পাল্লোইনন কেগে মোইরাং নপন্ লম্দ ওন্দেমিন্নখরো — হায়্ন য়াথং পাউহায়্রে ।। নোংথৌ সোরারেল্ মাগী য়াথং পাউহায়্খোন্বু নাতারবগী চোথে থাঙ্ব্রাই পাখংব মাদি মোম্নু তাল্লোয় লৈম সুনুলেম্বীগ কোরৌ নুংথিল্ পোবোপ্ত কেগে ঙাংখ ময়ায় খায়্ন কোরৌ নোংলোন্থক্তগী চাউনা শাংন থিংগ্রি নাচাউব-ও কৌন নোংগুম্লক্খি ।।০।।

লৈম সুনুলেম্বী মান ওয়্রম্ ফম্বাল্ ঙান্ন চোথে থাঙ্ব্রাই পাখংব মাদি কেগে পোংলেন্ হন্ব মোইরাং পু-লিক্লাই ওই কেগে মরাঙ্হৌ মোইরাং মনিল্ নাই মচা মনাইশিংবু নাওয়োক্ নাওকোন্দুন খুন্বান্ লৈপান্খি ।।০।।

লাইয়িংথৌ চোথে থাঙ্ব্রাই পাখংবগ লাইরেম্মা খম্নাংতাউবীগ অনীমক্কী লাইফম্ লাইকোন্দী চোথে নুঙ্শুক্চীংদ লৈ ।।০।।০।।

# লাইয়িংথৌ নোংশাবা

লাইয়িংথৌ নোংশাব কৌব লাই মাদি চীংঙু খোইয়ুম্ অতিয়া শিদবগী লাইওল্ লাইচৎ লাইনি ।। লাইয়িংথৌ মাদি অৱাং কৌব্রু অসূপ্পন নম্‌থাং ওইব, থাংজীং কোয়্‌রেল্ লাইন নম্‌ঙা ওইব, অৱাং থাঙ্‌ৱাই মাবহন্‌বন চোয়্‌নৌ তাংবল্ ওইব, ৱাংনু লৈম খোংজোম্‌ফাবীচাগী মপারী ৱাংবরেল্‌ন খোঙ্‌নেৎ ওইব, নোংপোক্ মালং হুম্মোইবন মিয়েংশেল্ ওইব, চীংঙু নোংথৌ সোবারেল্‌ন চোয়্‌নৌ থাক্কল্ ওইব, সনা শেন্‌কোইরেল্ অপান্‌ব কোরৌ নুমিৎন পে ওইব, লোইদাম্ থাজন চুংওইব, মালেম্ লৈরোল্ তরেৎমক্ল তাংবল্ লেংজাউ ওইব, ইমোইনু অহোংবীন তবা লূক্‌মায়্ হৌ কোরৌ নুমিৎ খূদীংগী য়েল্লম্ মথেল্ শেম্ব, কোবৌ নোংজ তরেৎমক্ত হীপোক্‌পী, য়াইপোক্‌পী, হীরৈম, য়াইরৈম, হীকুবী, য়াইকুবী অমসুং য়াইসনা কৌবী লাইরেম্মা তরেৎমক্ল হয়িং পেংলোই হুমাই হুম্ থৌগল্লিব লাইয়িংথৌ-ও হায়্‌ন পোইরৈ শৈশক্‌প ৱাংঙম্ শৈথাবন তেংথানব লাইয়িংথৌনি ।।০।।

লাইয়িংথৌ নোংশাব মাগী মরাল্‌য়াইদ অহিং নুংথিল্ অনীমক্ত খাম্বী মৈত্রেং অঙান্‌ব লাইন পল্লোল্ অম্, লাইজ ঈশিং নিংথৌন পল্লোল্ অম, মালং নুংশিৎ শিদবন পল্লোল্ অম, পল্লোল্ অহুম্ থোক্লবু কোয়্‌ন লৈব লাইয়িংথৌনি ।। থবী মহুম্‌নে, চুম্‌থাঙ্‌নে, নোংথাঙ্‌নে অহুম্মক্ল চীংঙু খোইয়ুম্ লাইয়িংথৌ মাবু নাউয়োম্ ওইন য়োম্‌দুন লৈ ।। অসূম্নবু লাইয়িংথৌ মাদি লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা কয়ান থৌগল্ তৌব মতিক্ মঙাল্ লৈব অথোইব লাইনি ।।০।।

তেংবান্‌বগী মপু লাইগী লাইওইব চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব মান মাগী চোয়্‌নৌ মফম্বাল্লাংবু খূশিন্নরম্লগে হায়্‌ন পায়্‌ম নুংদ নীংখল্লবগী মপারী চীংখোঙ্

অহন্ব অশীবনে চীংখোঙ্ য়ায়্মব অতিয়া শিদবনে চীংখোঙ্ অতোন্ব কোন্জিল্ তিংথোক্পনে অহুম্মক্পু য়েংন — ইপারী অহুম্মক্ মালেম্ লৈখোঙ্ কোরৌ নোংখোঙ্ কোয়রু-ও ।। হান্ন ৱায়্থুংলব ইপারী মাঙোন্দ নপন্ পন্থৌ ঐগী চোয়নৌ ফম্বাল্লাংবু খূৎশিন্নগে — হায়ন য়াথং পাউহায়খি ।। মপারী অশীবগ অতিয়া শিদবগ অনীমক্তি লৈখোঙ্ নোংখোঙ্ কোয়রগে হায়্বগী অয়াঙ্ খোঙচৎখি ।। মপারী চীংখোঙ্ অতোন্বদি পলেম্ মমাগী থৌইন্শিন্দগী চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব মাগী ফম্বাল্ ফান্খোঙ্বু তরেৎলক্ হন্ন কোয়রগ মপন্ পন্থৌগী চোয়নৌ খূয়া খাদ খুরুম্ লৈপায়্খি ।। মপন্ পন্থৌন — ইপারী চীংখোঙ্ অতোন্ব নঙ্দি নপন্ পন্থৌ ঐগী লাইজ ঈরেল্পুঙ্গুম্ব ইতিক্ অরুববু করম্ খঙ্বনো হায়ন মপারী অতোন্বদ চোয়নৌ ফম্বাল্ খূৎশিন্নখি ।। মপারী অনীমক্ত ৱায়্থুংলরবদ মনাউ অতোন্ব কোঞ্জিল্ তিংথোক্পন চোয়নৌ ফম্বাল্ থক্ত ফম্দেংদুন লৈরম্বদু চেংলৌ শকউরবদ মপারী চীংখোঙ্ অহন্বদি পায়্ম খোয়্বুঙ্ থীৎন অশাউ খাম্বী মৈহৌখি ।। মপন্ পন্থৌ মান — ইপারী মালেম্ লৈশেম্ব-ও ! নঙ্বু থোইব লাই অম লৈতেএ ।। ইপারী নঙ্দি তাইবং য়ুম্থোঙ্ খূদীংন খুরুম্ খাজঙ্নব খোইয়ুম্ লাইগী নিংথৌ লাইনিংথৌ ওই-ও ।। ইপারী য়ায়্মব নহাক্তি নপন্ পন্থৌ ঐগ তেথোক্ তেশিন্ন লৈমিন্নসি — হায়ন পাউহায়খি ।।০।।

চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব তেংবানব মপুগ তেথোক্ তেশিন্ন লৈখ্রব চীংঙু খোইয়ুম্ অতিয়া শিদবগী লাইওল্ লাইচৎ ওইরিব লাইয়িংথৌ নোংশাব মাবু চীংলেন্ নোংদাই নিংথৌ, থোংনাং লোইচা খোম্ব, শীংঙেল্ লৈচা হেক্প, উরেল্ উথা নিংথৌ, উথা লাংমৈরেম্বা, নোংচুপ্ কোঙ্য়াংঙম্ব হায়্নসু কোলোয়নৈ ।। লাইয়িংথৌ মাগী মশানৌ তাল্লোয় লৈমগী কোলোয় মিংলেন্দি য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা থোংনাং লোইচা খোম্বী, শীংঙেল্ লৈচা হেক্পী, নোংচুপ্ কোঙ্য়াং ঙম্বী হায়্ন শৈথানৈ ।। লাইয়িংথৌ মাগী মঙান্ন অরাপ্পদ লৈব নুমিৎ, থা, থৱাল্মিচাক্, খোংচোম্নুবী পূম্নমক্পু ঙাল্হল্লি হায়্বগীবু লাইয়িংথৌ মাবু নোংশাব-ও হায়্ন কৌই ।। লাইয়িংথৌ নোংশাব মাদি চক্ চক্ খূদীংমক্ত শাইয়োল্ লাংওল্ য়াম্ব লাইয়িংথৌনি ।।০।।

লাইয়িংথৌ চীংঙু খোইয়ুম্ অতিয়া শিদব মান মাগী লাইওল্ লাইচৎ কুম্মৈ শান্নরগে হায়্‌ন পায়্‌ম পীবুক্‌নুংদ নীংখল্লে ।। অদু নোংগীবু লাইয়িংথৌ নোংশাব ওইন লাইওল্ লাইচৎলে ।। মান্তক্ থয়াইপোক্ খম্বগী মশাইকোন্দ ফোং ফাওররে ।। লাইয়িংথৌ মাবু ঈরাৎ থৌনিজবদগী নুংঙাই য়াইফরে ।। মান্তক্ খুল্ মাসু চাক্‌হোঙ্ ঙাহোঙ্‌লে ।। খুন্‌জাউ লৈচাউরে ।। লাইয়িংথৌ মান থৌজাল্ লন্‌কুবীবদগী মান্তক্ খুল্ খুন্‌জাউ লৈচাউবগী পাউনিল্‌খোন্ন কেগে মোইরাংপুঙ্ শাৎলে ।। নমু মীপূম্ খূদীংন মান্তক্ খুল্‌দ ওইজ ওইথক্ অহোঙ্ অচাউ থিব খোঙ্গানরে ।। লাইয়িংথৌ মাগী মতিক্ মঙান্ন মান্তক্ চীংখুল্‌ন নুংঙাই য়াইফবনি হায়্‌ব ৱাবু নাতারবদ কেগে মোইরাংপুঙ্‌গী খোয়্‌রী ইয়াইন মান্তক্ খুল্‌দ খোঙ্গাগে হায়্‌ন পায়্‌ম পীবুক্ লেপ্লে ।। নোংমগী কোরৌ নুমিত্ত মোইরাং খোয়্‌রী ইয়াইন লোইবী মপাতাউ মান্তক্ খম্বগী মরাল্‌য়াইদ ৱায়্‌থুংলুরে ।। লাংহৈ কুম্‌জা কয়া চেংলৌ শক্‌উনরক্রব মঙাই ঙাইরাংচান মোইরাং মপাতাউ অচেৎপ খোয়্‌রী ইয়াইবু চেংলৌ শক্‌উবদ মান্তক্ খম্বদু পায়্‌ম পীবুক্ খৈন মরাঙ্ হৌরে ।। ৱাংলৈ অয়াক্‌প হাউদৈ অথুম্ব য়ুথক্‌মিন্নরে ।। তরা চাক্‌চামিন্নরে ।। শংলৌ য়েল্লম্ য়েন্দংমিন্নরে ।। মোইরাং খোয়্‌রী ইয়াইদু মপাতাউ অচেৎপ মান্তক্ খম্বগী মরাল্‌য়াইদ ইনুংদু য়ায়্‌রেক্লে ।। মপাতাউ খম্বগী ইমুংন খোম্‌লেন্ তুম্‌খুল্ তান্‌খ্রব মীচিক্ মীরাউখোল্ তাদ্রব নোংয়ায়্ ইচিক্ হুল্লবদ ইমুংগী লপ্‌লেন্ কাদ খাম্বী মৈরাগুম্ মঙাল্‌নাইন লৈরিব লাইয়িংথৌ নোংশাব মাবু খোয়্‌রী ইয়াইন চেংলৌ শক্‌উববদ নমু কনা তাহল্‌দন থোঙ্‌ঙাক্ পৌরোল্ শৎ থোঙ্‌জি নাতৈ কাঙ্‌ন খোয়্‌রী ইয়াই মান লাইয়িংথৌ মাবু চরৈ নাহোং শান শমু মনম্‌দ পোদুন কেগে মোইরাং লম্‌দ অয়াঙ্ খোঙ্গুম্ খোঙ্‌জেল্লক্লে ।। য়াংদৌ লম্‌খাঙ্‌দ মপাতাউ মোইরাং পুখ্রম্বগ চেংলৌ শক্‌থেংনরে ।। মোইরাং পুখ্রম্বন — পাথৌ খোয়্‌রী ইয়াই-ও ! চরৈ নাহোংশান শমু নম্বোরিবদুবু করিনো — হায়্‌ন পাউহংলবদ, খোয়্‌বী ইয়াইন — হে পাথৌ পুখ্রম্ব-ও ! মান্তক্ চীংখুল্‌দগী য়াইনে — হায়্‌ন পাউখুম্নবদ, মপাতাউ পুখ্রম্বন — পাথৌ খোয়্‌রী-ও ! নপাতাউ ঐগী ইরাল্ য়াইদদুম্ লাৎসী — হায়্‌ন লাই মাবু পুখ্রে ।। ঈরাৎ থৌরম্ তৌন খুরুম্ থৌনিখ্রে ।। ফম্‌দৌ পুখ্রম্বগ মোইরাং খোয়্‌রী ইয়াইগ অনীমক্তি লাই মান থৌজাল্ লন্‌কুবীবদগী নুংঙাই য়াইবী মরাঙ্ কায়্‌ন পান্‌খি ।। তৌইগুম্, মোইরাং

পুথ্রম্বন মীথোই মীহেল্লক্লবদ ঐন ময়াই কারক্পদগী লাইয়িংথৌ নোংশাব মাঙোন্দ থক্শী খাসী খঙ্লক্ত, পায়্ম পীবুক্ নুংদ মীনুংশি থৌজাল্ লাইজ ঈকংলবদ লাইয়িংথৌ মান ব্রাংঙু (ব্রাংনু) লম্দ খোঙ্শাল্লগে হায়্ন পায়্মনুংদ নীংখল্লবগী ব্রাংঙু খুল্দ ফোং অমুক্ ফাউরুরে ।। ব্রাংঙু খুল্পুক্লেন্ মরাঙ্ হৌরে, য়িম্লেন্ মনিল্ নাইরে ।। লাইয়িংথৌ নোংশাব মাগী মতিক্ মঙাল্বু নুরা পাখঙ্ লৌকুম্ লৌকান অব্রায়্ অখুম্ শৈশক্লরে ।। কুরাউ ফালন ব্রাৎ নমু পোংন হেল্লে ।। কাওরেল্ শল্ন শঙ্গোল্ থল্লে ।। তেক্পী ওক্ল ওক্লোল্ পারে ।। কায়্রৈ য়েন্ন য়েন্গোল্ চন্দ্রে ।।০।।

ব্রাংঙু খুল্দ লৈরিব লাইয়িংথৌ নোংশাবন লাই মাগী মতিক্ ময়াইবু চীংবুরোই শন্ন খঙ্হল্লগে হায়্ন পায়্ম পীবুক্ত নীংখল্লবগী চোথে খুল্দ অমুক্ ফোং ফাওরুরে ।। চোথে খুল্ মনিল্ নাইরে ।। লাইয়িংথৌ মাগী মতিক্ ময়াইবু নাতারবদ ঈব্রাং পু-লিক্লাই লাইয়ি লাম্থাবগী মসৃ ইবুংঙো মোইরাং শাথীন কেগে মোইরাংপুঙ্দ থল্লগ ঈরাৎ থৌনিগে হায়্ন নীংখল্লে ।। চোথে খুল্দ খোঙ্গাখ্রে ।। ইনুংদুগী অহিং নোংয়াই অথেংবদ লোইবী চীংজাউ কারক্পদ খাম্বী মৈবুল্ থাল্গুম্ ঙাল্লিব লাইয়িংথৌ মাবু চেংলৌ শক্উরে ।। লাইয়িংথৌ মাবু চবৈ নাহোং শান মনম্দ পোন ময়ুম্ মোইরাংপুঙ্দ পুদুন খোঙ্গুম্লক্লে ।। অহল্ নহা নুপী অঙাং খাক্তন লাইয়িংথৌ মাগী লাইমিং মহক্পবু শোন্ন থৌনিজবদগী ময়ুম্ কেগে মোইরাংপুঙ্ চাক্হোঙ্ ঙাহোঙ্খি ।। কেগে মরাঙ্ হৌ, মোইরাং মনিল্ নাইন পান্খি ।।০।।

লাইয়িংথৌ নোংশাব মাগী মতিক্ মঙান্ন পোইরৈ য়ৌন শাৎখ্রে ।। ব্রাংঙম্ থুংন শিন্খ্রে ।। মুংয়াং ঙাইরাংবগ য়ুম্লাম্ তোম্বগ অনীমক্ল কেগে মোইরাংপুঙ্দ লেম্লৈ ঙারৌব লাক্পদ ইনুং য়ায়্রেক্লিঙৈদ মোইরাং শাথীগী লপ্লেন্ কাদ খাম্বী মৈরাগুম্ ঙান্দুন লৈরিব লাইয়িংথৌ মাবু চেংলৌ শক্উরে ।। চরৈ য়ুখল্ হাইদোক্তুন লাইয়িংথৌ মাবু তাইবং কনা খঙ্হন্দন চরৈ নাহোং শাদুন নম্দ পোরগ ব্রাক্ৎয়ৈ হি তোংল্গ লোক্তাক্ লাইজ ঈয়ায়্ শম্ন লাক্লগ লাইয়িংথৌ মাবু মৈদিংঙু শেম্বী খাগেম্বদ কৎলরে ।। লাইয়িংথৌ নোংশাব মাগী মতিক্ ময়াই খঙ্লব মৈদিংঙু খাগেম্বন লাইয়িংথৌ মাবু চেংলৈ লম্হল্ কংলাদ

লাইয়িম্ মথোল্ মঙাগী শাদুন লাৎখি ।। লাইয়িংথৌ মাবু মৈদিংঙুন ঈরাৎ থৌনিজবদগী পোইরে মরাঙ্ হৌ, ৱাংঙম্ মনিল্ নাইন খুন্বাল্ লৈপাল্খি ।। কুম্জা তেক্হৌন থাজ নৌহৌন শজীবু চৈরাউব কোরৌ নুমিৎ খূদীংগী সনাকোনুংদ লাইয়িংথৌ নোংশাব মাগী লাইয়িম্ থোঙ্হাংদুন থৌনিনৈ ।। ফীরোয় ফীঙাম্ হোংএ ।। তাউজীং হৈকৎ লৈরাং লৈকৎ তম্এ ।। লৈহুল্ কায়্দন হুল্লি ।। লাইফংবম্ শাগেন লাইয়িংথৌ মাগী লূক্ হৌরগ কোরৌ য়ুম্শকৈশ নুমিৎ খূদীংগী চয়োল্গী লূক্ কায়্দন কৎলি ।। লাইয়িংথৌ মাগী ঈরাৎ থৌরম্গী অমাইবীদি ফূরা অমাইবীন ওইএ ।। অসূম্নবু লাইয়িংথৌ মাগী ঈরাৎ থৌনিবু মৈদিংঙু নিংথৌরেল্ খূদীংগী কায়্দন মৈন ৱায়্ তাংন শম্ চৎথখি ।।০।।

চীংঙু খোইয়ুম্ অতিয়া শিদবগী লাইরী লাইওল্ ওইরিব লাইয়িংথৌ নোংশাবগী লাইফম্ খুভম্দি সনা কোনুং, য়াইস্কুল্, ওইনাম্, মোইরাং লাইশংবম্, কারাম্, মান্তক্, থাঙ্গ ওইনাম্ লৈকাই, উচিৱা, কুৱাকৈথেল্ কৌব খুঙ্গং লৈকাইশিংদ লৈ ।। লাইয়িংথৌ মাগী উমং লাইকোন্শিংদ লাইয়িংথৌ মাবু হরাউ শক্শেম্ তম্ থৌদোক্ কুম্মৈ শান্নদুন মচা মনাই খুঞ্জাশিংন খুন্জাউ লৈচাউনব চাক্হোঙ্ ঙাহোঙ্নবগীবু ঈরাৎ থৌনি থৌরম্ তৌনৈ ।। মচা মনাইশিংবু লাইয়িংথৌ মান অয়ুক্ ঙন্ন কোন্থোক্পী নুমিদাং ঙন্ন কোন্শিন্বী লাংবল্ কাউরেল্ শন্শেন্গুম্ শেন্বীরি ।।০।।০।।

# লাইয়িংথৌ খল্লাংব

উমংলোন্গী লাইয়িংথৌ মাপল্গী মনুংদ অম ওইরিব লাইয়িংথৌ খল্লাংব কৌব লাই মাদি থৌদ্ নুংবু থুম্ তূপ্পগুম্ তূপ্প, তেংনৌ য়োংপু তরা চগেম্ শায়্বগুম্ শায়্ব, য়োংপোক্প য়োংনিংথৌ, তেংনৌ শাগোল্লব, উরীপোক্ খুন্দা হান্ব, মশানৌ ইবেম্ম মঙাং নিংথৌ চনু শম্ভোং হুইমু লৈমবু লুম্লব, অমুদোল্ লৈরাববু পারীনব, মশানৌ ইবেম্ম খুল্লৈম থোংনাং চনু, মোইবুং পোংতম্লোয়্, লিক্কোল্ খাউজাউরোয়্, পসোৎ ফিরাক্লোয়্, কুৱা য়াচুরোয়্বু ঙাইরোয়্নব লাইয়িংথৌ-ও হায়্ন শৈথানব লাইনি ।। লাইয়িংথৌ মাদি মৈদিংঙু কিয়াম্বনসু অদুগ মৈদিংঙু শেন্বী খাগেম্বনসু হুইয়েন্ লান্চৎপদ হুইয়েন্ লান্মায়্ পাক্কে হায়্বগীবু লাল্লোয়্নব লাইয়িংথৌনি ।।০।।

চেংঙান মাগী মশানৌ চেংলৈম পান্নদুন মপারী কুরুম্ব ফংজখি ।। কুরুম্বন মশানৌ তাল্লোয়্ ফদিবী লৈম পান্নরে ।। কুরুম্বগ ফদিবীগ অনীমক্তি চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব তাইবং মপুবু চেংন নীংজব মদাইরেম্নি ।। মপু মাবু নীংজবগী থৌজাল্ নোংদম্ লাক্কে ।। ফদিবী লৈমদু নাক্লু ফিয়াল্লে ।। মকুম্ মথা শুরবদ মপারী নাউব্রা অম নাউনৌরে ।। মপারী মাবু পলেম্ পম্থৌ অনীমক্ত খল্লাংব-ও হায়্ন কোলোয়্ মিংহুন্ তল্লে ।। খল্লাংব মাদি লৈহাউ লৈব লোইবী লোক্কুংদ হৌব চাম্লৌ লফ্ লেম্লাগুম্ হম্ হম্ চাউরক্লে ।। পাখং মথোক্লক্, লাংজেং মকারক্ চাউব লেপ্তুম্ ফারক্লে ।।০।।

লাইয়িংথৌ খল্লাংব মান চেংলৌ শকোয়্ হেন্বী, মায়্থোঙ্ মতৌ লৈবী, মঙাং নিংথৌ চনু শম্ভোং হুইমু লৈমবু তাল্লোয়্ লৈম ওই, পুন্সি লৈপুল্ শেম্, তাইবং য়ুম্বাল্ তল্লে ।। লম্লেন্ উরীপোক্ত মরাল্ য়াইকোল্লুং শেম্

খুন্দারে ।। খূনবান্ লৈপাল্লে ।। মপাবী অম ফংজরে ।। মপাবী মাবু অমুদোল্ লৈরাব-ও হায়্ন কোলোয় মিংহুন্ তল্লে ।। কুম্জা কযা মপাবী নাউব্রা চাউদ্রিবগী চেংলৌ মশক্ য়েং লম্লেন্ উরীপোক্ত খুন্দা লৈতাদুন লৈরিঙৈ নোংমগী কোরৌ নুমিত্ত চীংঙু খোইযুম্ শিদব মাগী নোংদম্ পাউ লাক্লে — ইপারী চীংখোঙ্ অতোনব কোন্জিল্ তিংথোক্পগী লাইওল্ লাইচং ওইরিব খল্লাংব কৌব-ও ।। ইদাইরেম্ নঙ্দি তাল্লোয্ লৈম মিহৌ লাং, পারী নচা নুংশি লাংদ থুরবোই ।। খোইযুম্ লাংওন্নি হায্ব ইদাইবেম্ নঙ্দি কাউববোই ।। ইদাইবেম্ নঙ্গী তাইবং কুম্মে ব্রাংলিএ ।। যোইবু খোইমোম্ লাইবেম্মাগী লাংওল্ ওইবী খুল্লেম মান কংলৈপুঙ্গী নোংচুপ্লমদ তাইবং কুম্মে য়েংলুগে হায্বগী থোংনাং চনু ওইন লাংওন্খিবদি হল্‌ব্রাইবক্প খোঙ্লৈ মতম্ ওইরে ।। যোইবু খোইমোম্ লাইরেম্মাগী লাংওল্ ওইবী মাবু পাউথেম্ পাউনৌদুন কংলৈপুঙ্‌মযোন্দ ঙাইবোয়্নন খোঙ্গাবক্-ও ।। থোংনাং মায্কৈ খুন্থোক্-ও ।। নঙ্গী শাইয়োল্ কুম্মে হৌবো ।। চীংঙু খোইযুম্ শিদব মাগী য়াথং থৌশীখোনবু উন্বী নুংদ পাউফংলবগী লাইথিংথৌ খল্লাংব মান নোংমগী কোবৌ নুমিত্ত লৈনুং মোবী য়োংশূব, খুন্নুং তেক তেক্ থাঙ্শাব যোর্থনিংথৌগী শক্তম্ লৌ মশানৌ তাল্লোয্ শম্থোং হুইবু লৈমগ মপাবী নাউব্রা চাউদ্রিব অমুদোল্ লৈবাবগ অনীমক্পু তুংওইনবম্লগ লাইথিংথৌ মান ব্রায্ব শাথিগে, হুইয়েন্ লান্থিগে, তেংনৌ যোংথিগে হায্ন পাউমেল্লম্লগ কংলৈপুঙময়োল্ নম্দ হুন্ন থোংনাংলম্দ খোঙ্গুম্খি ।।০।।

লাইথিংথৌ খল্লাংব মান থোংনাং লম্দ খুন্থোক্লক্পদ নোংমগী কোরৌ নুমিত্ত যোইময়াই মান শান্থুপ্লম্ চোয়্নৌ চীংদোল্পোক্কী লম্লেন্ হৈযাই লোক্ত থোংনাং চনু খুল্লেম-ও কৌবী মায্থোঙ্ মঙাল্ নাইবী মোমু নুজা মাবু লম্ওক্লবে ।। মোইবুং পোংতম্লোয্, লিক্লোন্ খাউজাউবোয্, পশোং ফিরাক্লোয্, কুব্রা যাচুরোয্ ওইবী থোংনাং চনু খুল্লেম মাগ অপাম্ নুংশি চেংলৌ মীংচানরে ।। পায্ম খোয্জঙ্নবে ।। তিল্লাং খোয়্দানরে ।। থম্মোই থম্মোই লুম্দিন্নরে ।। খুল্লেম কৌবী যোইবু খোইমোম্ লাইবেম্মাগী লাইওল্ লাইচং ওইবী মীংয়েং নাকোয্ চংঙম্দবী মান খল্লাংব য়েংন — ইশাবী নহা

শাফব-ও নঙবু তাল্লোয় লুম্‌দিন্ পুন্সি লৈপুল্ খয়োম্ শেন্নব্রা ।। নশানৌ ওইবী ঐদি নিংঙোল্ ফিশা শিন্‌ঙাই লূক্কুম্ ইপা হাঙলিবীনে — হায়্‌রে ।। খল্লাংব কৌব মাদি মোয়্নু নুজা শক্কোয়্ হেন্‌বীদুগী চীন্‌গোয়্ পাউখুম্ পীঙম্‌দ্রে ।। তৌইগুম্, চীংঙু খোইয়ুম্ কোন্‌জিল্ তিংথোক্‌প মান তাইবং কুম্মে শোয়্‌দনবগীবু লাইয়িংথৌ খল্লাংব মাগী খোয়্‌বুঙ্দ চঙখ্রে ।। লাইয়িংথৌ খল্লাংবগী চীন্‌গোয়্‌নুংদগী কোলোয়্ মপাউখোল্ পীরক্‌খি ।। ইশানৌ পায়্ম ঐগী নুংজংবী-ও ।। নশাবী ঐদি তাল্লোয়্ কনা লুম্‌দিন্নদ্রি ।। তেক্‌পী লম্‌ওক্ ওক্লাব তোম্‌চৎকুম্ ইদোম্ তোম্‌চৎনরিবনি — হায়্‌ন পাউখুন্নক্লে ।। অসূম্ন শাবী শানৌ অনীদু চেংলৌ শক্‌খঙনরবগী তুং পুন্সি লৈপুল্ শেম্ য়ুম্বাল্ কৈবাল্লে ।। য়ুম্‌লিং খুল্লিংলে ।।০।।

পোইরৈ মরৈপুঙ্ ব্রাংঙম্ মরাল্‌য়াইলোম্‌দ্দি মশানৌ শম্থোং হুইমু লৈমগ মপারী নাউব্রা চাউদ্রিব অমুদোল্ লৈরাবগ অনীমক্তি পায়্ম পূক্লীং খৈন ব্রারে ।। খল্লাংববু লম্‌দম্ কৈদ লৈবগে মার মখোঙ্গুল্ লীরগে হায়্‌ন পায়্মনুংদ নীংখল্লবগী মপারী চাউদ্রিবগী শমু মখূজেং পায়্‌ন শম্থোং হুইমু লৈমন হাওরৈ নোংচুপ্ লম্দ চেংলৌ মায়্‌থোঙ্ ওন্ন খোঙচৎলে ।। খোংনাংলম্ খোঙ্গুম্‌লে ।।০।।

শম্থোং হুইমু লৈমগ মপারী অমুদোল্ লৈরাবগ অনীমক্ত খোংনাং লম্দ ব্রাইথুংলবদ য়াংদৌ লম্‌খাঙদ লাইযিংথৌ খল্লাংবগ লম্‌ওক্লরে ।। লৈম পারী অনীমক্ খল্লাংব মাগী চেংলৌ শক্‌উবদ পায়্ম পীবুক্ খৈন হরাউবে ।। তৌইগুম্, লাইয়িংথৌ খল্লাংব মাদি পায়্ম নুংবঙলে ।। লাইযিংথৌ খল্লাংব মাগী মতৌ খঙলবগী চাংঙু খোইয়ুম্ কোর্ন্‌জিল্ তিংথোক্‌পন নোংদম্ব মপু মাগী তাইবং কুম্মে কায়্‌দনবগীবু খল্লাংবগী খোয়্‌বুঙ্দ চঙলগ — ইশানৌ হুইমু লৈম নঙসু ইপারী অমুদোল্ লৈরাব নঙসু তাউ-ও ।। নশাবী খল্লাংব নপন্ পন্‌থৌ য়োৎনিংথৌ ঐদি য়ারৌ শাফাদ্রি, হুইয়েন্ লান্‌ফাদ্রি, তেৎনৌ য়োৎফংদ্রি ।। য়ারৌ শাফারক্‌খিগে, হুইয়েন্ লান্‌থিরক্‌খিগে, তেৎনৌ য়োৎথিরক্‌খিগে ।। কোরৌ শীংবুম্ খরনিগী তুং কংলৈপুঙমুয়োল্ ইম্‌দাল্লক্কে — হায়্‌ন চীন্‌গোয়্ পাউথেল্লে ।। মশানৌগ মপারীগ অনীমক্ত খল্লাংব মাগী পাউথেম্‌ব্রাবু অচুম্ ব্রানি নীংখল্লবগী পোইরৈ মরৈপুঙ্ ব্রাংঙম্ মরাল্‌য়াইদ হল্‌ব্রাইরক্‌খি ।।০।।

লাইয়িংথৌ খল্লাংবন নেংমগী কোরৌ নুমিত্ত মাগী তাল্লোয় মশানৌ খুল্লৈমবু য়েংন — ইশানৌ নঙ্বু তাউ-ও ।। নশাবী ঐন পোইরৈ ইরৈপুঙ্ ৱাংঙম্ ইরাল্‌য়াই তুংওইনরম্ববু লোইদাম্ থাবুম্ য়াম্লক্লে ।। ইশানৌ নঙ্সু নশাবী ঐগ ঙাইবোয়্নন কংলৈপুঙ্‌ময়োল্‌দ খোঙ্গারসি — হায়্‌রে ।। মশানৌ খুল্লৈমন হোয্‌য়ারবগী লাইয়িংথৌ খল্লাংবন মশানৌ মাগী শমু মখূজেং য়েৎলম্ পায় চীং, পাৎ, তুরেল্, তৃ-খোং কয়া লান্ন খোঙ্গাবক্লে ।। কংলৈপুঙ্‌ময়োল্‌দ ৱায়্‌থুংলরে ।। তেক তেক্ থাংশাব, কদেং য়োৎয়ৈব, তেৎনৌ য়োৎসূব যোৎনিংথৌ কৌব খল্লাংবন মশানৌ খুল্লৈমগ ঙাইরোয়্নন খা-লাই, নোংপোক্-নোংচুপ্, চুপ্‌চী-লাইঙী কোয়্‌ন খোঙ্‌চত্তুন খুম্থোক্লে ।। তেৎনৌ য়োৎথিবদগী লম্‌লেন্ কক্‌চীং য়ৌখ্রে ।। লম্‌লেন্ কক্‌চীংদ খুন্‌বাল্ লৈপান্দুন লৈবে ।। কক্‌চীং খুঞ্জাও লৈচাউবে ।। চাকহোঙ্ ঙাহোঙ্‌লে ।।০।।

নোংমগী কোরৌ নুমিত্ত লাইয়িংথৌ খল্লাংবন মাগী মশানৌ তাল্লোয্ অহন্‌বী শম্থোং হুইমু লৈমবু উন্‌বী পীবুক্কুংদ নীংশিংলক্লে ।। মপারী অমুদোল্ নহা লৈবাববু চেংলৌ শক্‌উনীংলে ।। মশানৌ খুল্লৈমবু খঙ্‌হল্ উহল্লম্‌দন মশানৌ হুইমু লৈমগী মবাল্‌য়াইদ খোঙ্‌চৎখ্রে ।। পাউনিংখোল্ ফংলবগী মশানৌ খুল্লৈমন মাব মখোঙ্গুল্ লীরক্‌পদ মশাবীবু হুইমু লৈমগী মকাইফম্‌দ চেংলৌ শক্‌থেংনরে ।। খুল্লৈমদু পায়্‌ম খোয়্‌বুঙ্ থীৎন অশাউ খাম্বী মৈহৌরে ।। ময়ুম্ মাগী মরাল্‌য়াই লম্‌লেন্ কক্‌চীং য়ৌন অশাউ খোঙ্‌চৎখ্রে ।। চরৈ মফি য়োম্ মপাম্ থোংনাংলম্ খোঙ্‌দারগে হায়্‌বগী খোঙ্‌শান্‌থোরক্লে ।। লাইয়িংথৌ খল্লাংবন পাউথেম্‌দুন থৌখাম্‌ববু হোয়্‌য়াদ্রে ।। যোম্মু নুজা ওইবী তাল্লোয় লৈম মান মপাম্ খোঙ্‌দাবদ মথংলেন্ মপুরোইব ওইব মান তাল্লোয় তুংইন্‌ফদবগীবু খল্লাংব মান মদাইবেম্‌শিংবু মশানৌ মাগী তুংইন্‌হল্‌খি ।। চীংঙু খোইয়ুম্ নোংদম্ব মপু মান খুল্লৈম মাগী পীবুক্কুংদ চঙ্ থৌখাম্‌লে ।। য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মাগী লাইওল্ লাইচৎ ওইবী নঙ্বু থোংনাংলম্‌দগী পাউকৌবনি ।। থোংনাংলম্ব অমুক্ খোঙ্‌দাফরোইএ — হায়্‌ন থৌখাম্লে ।। খুল্লৈম মান নোংদম্ব মপু মাগী নোংদম্‌খোল্ ফংলবগী পায়্‌ম পীবুক্ ওল্লে ।। হিঃ করিনো হায়্‌ন পায়্‌ম নুংদ নীংখল্লবগী লম্‌লেন্ অমদ তেন ৱান খাঙ্‌খি ।। লম্‌লেন্দুবু পোইরৈ চাদোল্ ৱাংঙম্ সূদোন্ন ৱাইরি-ও হায়্‌ন কোলোয়্‌নখি ।। লাইরেম্মা খুল্লৈম মাদি য়োইবু

খোইমোম্ মপোক্ খঙ্ন লম্লেন্ ৱাইরিদ উমং য়াইকোন্নুং ওই মচা মনাই খুঞ্জাশিংবু লাংবল্ কাওরেল্ শন্শেন্গুম্ শেন্বীদুন লৈখি ।।০।।

লাইয়িংথৌ খন্নাংব মাগী লাইকোন্শিংদি লম্লেন্ উরীপোক্, শগোল্বন্, কক্চীং খুল্লেন্, কক্চীং ৱাইরি, নোংপোক্ কমেং, অখাম্, ময়ায় কোয়্বী, থৌবাল্ খেত্রি লৈকাই কৌব খুঙ্গং লৈকাইশিংদ লৈ ॥ লাইরেম্মা লৈম অহল্বী মঙাং নিংথৌ চনু শন্থোং হুইমু লৈম মান লাইয়িংথৌ মাগী ওয়্রম্ ফম্বাল্ ঙাল্লি ॥ লাইরেম্মা খুঁল্লৈম মাগী লাইফম্দি ৱাংখৈ নিংথেম্ পুখ্রী মপাল্, কৈনৌ, তাংখম্, লফূপাৎ, থোংঙাম্, হংগুন্, খুন্দ্রাক্পম্, ৱাবগাই, কক্চীং ৱাইরি অমসুং লাইয়িংথৌ খন্নাংবগী লাইকোন্নুংদ লৈ ॥ মপারী ইবুংঙো লাইয়িংথৌ অমুদোল্ লৈরাব মাসু লাংথবাল্, কক্চীং খুল্লেন্, কক্চীং ৱাইরি, উরীপোক্, শগোল্বন্ অমসুং লাইয়িংথৌ খন্নাংবগী লাইকোন্নুংশিংদ লৈ ॥ লাইয়িংথৌ লাইরেম্মাশিং অসীবু উমং লাইকোন্নুংশিংদ খুঙ্গং লৈকাইশিং অদুগী মচা মনাই খুঞ্জাশিংন হরাউ শক্শেম্ তম্ থৌদোক্ কুম্মৈ শান্নদুন চাক্হোঙ্ ঙাহোঙ্নব, খুঞ্জাও লৈচাউনবগীবু ঈরাৎ থৌনি থৌরম্ তৌনরক্ই ।।০।।০।।

# লাইয়িংথৌ কৌবরেল্ অমসুং লাইরেম্মা থৌদৃ নুংনাংলৈম

কৌব লোইবী চীংজাউগী মপু ওইব লাইয়িংথৌ কৌবরেল্ মহাক্তি মতিক্ লৈব মঙাল্ নাইব লাইয়িংথৌনি ॥ লাইয়িংথৌ মাদি কৌব মচীংলেন্ চীংলোন্ মথোল্ তরেত্ত তেক্পী ওক্খুলোয়্ন থেংঙম্দব, কাওরেল্ শল্কুলোয়্ন কাঙমদব, সবি লাইতোংবন তান্ঙম্দব, মালং খক্সেক্পন কাঙ্মদব, খম্গোন্ মথি নাইব নুংশিৎ ঙাউঙৌবন তান্ঙম্দব চীংদ ঝাঙ্নব ॥ চরীক্ মপান্ থাব, নোংথ্রে মউ লিংলিব, তুরেল্ লুখাইব, লাইজ ঈথাব, ঈমু খাওন্নব, ঈঙৌ চাচিংব, উন্ তরুক্ ঈরীব, ঝাউ তকুক্ ঈথাব লাইয়িংথৌ-ও হায়্ন শৈথানব লাইয়িংথৌনি ॥ লাইয়িংথৌ মাগী ওয়্রম্ ফম্বাল্ ঙাল্লিবী মশানৌ ইবেম্মগী কোলোয়্ মিংলেন্দি থৌদৃ নুংনাং লৈম-ও হায়্ন কৌই ॥ থীক্লেন্ থান পান্বী থৌদৃ নুংনাং লৈম মাদি মপন্ লাইরেল্ হুম্জাউবগ পলেম্ চীংনুং খারো লাইহাৎপীগ অনীমক্কী মযোম্ লাংলেন্ চেংলৌ শকোয়্ হেন্বী শাফবীনি ॥০॥

লাইয়িংথৌ কৌবরেল্ মাবু কৌব অঙাংঙা-ও হায়্নসু কোলোয়্নৈ ॥ লাইয়িংথৌ কৌব অঙাংঙা কৌবরেল্ মাদি চীংঙু নোংথৌ সোরারেল্ন কোরৌ নোংদোল্ থক্তগী নোংজুথহন্ববু নোংখামঙম্ব লাইয়িংথৌনি ॥ অদুঙৈ নহাল্নোং কংলৈ পুঙ্মযোল্দ ফম্বাল্ ফম্দেংব লাইরেল্ য়োইমোংবন ওইদবন অৱোইশা মচল্ মিনু লৈত্ববু লৈ হায়্ন চীংঙু নোংথৌ সোরারেল্দ লুহোঙ্ খোঙ্দোংগে পাউহায়্খি ॥ লাইয়িংথৌ সোরারেল্ন মিনু শাফবীবু তাল্লোয়্ লৈম ওইগে হায়্ন পায়্মনুংদ নীংখল্লবগী খোঙ্গুম্লক্লে ॥ লাইরেল্ য়োইমোংবন মচল্ মিনু শারে ॥ শল্লাং নীংদু য়ৈববু লুরেল্ কোক্থোংন, উচেক্ লাংমৈ মতু শল্লাং

কোক্থেৎন লাইয়িংথৌ সোরারেল্গ লুহোং খোঙ্দোংখি ।। লাইয়িংথৌ সোরারেল্ মান মরাল্য়াইদ হল্ব্রাইনবগীবু মিনু শাশিন্নববু ঙাইরোয়্নন শমু খোঙ্লেঙ্লক্পদ তুরেল্ লাইজথক্ত অকংব থীক্লোয়্ন শাব থোং, পোইরৈ চাদোল্ ৱাংঙম্ সূদোন্ন মিনুথোং-ও হায়্ন কোলোয়্নহৌরগদব থোং মাবু লান্বদ মচল্ মিনু লৈম শাশিন্নব লাইরেল্ য়োইমোংবন শমু মখূৎপায়্ পান্থে নাম্হোক্প শান তুরেল্ লাইজনুংদ চোংথখি ।। লাইজনুংদগী উচেক্ লাংমৈ মতুদু শম্লাং অশেম্ অশাবগ তাউখৎমিন্নরক্পবু চেংলৌ মীৎথিৎলবদ চীংঙু নোংথৌ সোরারেল্ন লাইরেল্ য়োইমোংব মাগী শংলৌ মথৌৱাংবু খঙ্লবগী পায়্ম খাম্বী মৈহৌন শাউখি ।। লাইয়িংথৌ সোরারেল্ ঐগী খোইয়ুম্ ইতিক্ অহক্পবু খঙ্হল্লগে — হায়্ন নীংখল্লবগী লাংহৈ কুমশীং মঙাদ চুগদব নোংলেন্ নোংবু কোরৌ শীংবুম্ মঙানিদ নোংখাক্ নোংলাউন কোরৌ নোংদোল্থক্তগী লাইজ ঈহৈথখি ।। থবী শেন্কোইরেল্ অপান্ব মাসু চেংলৌ শক্উখিদে ।। লাইরেল্ য়োইমোংব মাদি লাইজ ঈথুম্বন লৈঙম্দ্রবগী লাইয়িংথৌ কৌবরেল্গী মশাইকোল্ অৱাং মোংবী চীংলোম্দ খোঙ্গারক্খি ।। লাইরেল্ মান মচল্ মিনু লৈতববু লৈ পাউহায়্রুবগী চীন্থী ৱাবু পায়্ম পীবুক্শেংন লাইয়িংথৌ কৌবরেল্দ ৱাতম্খি ।। লাইয়িংথৌ মান লাইরেল্ মাগী অৱা শক্ফম্লাংবু চেংলৌ শক্উবদ মিনুংশিরবগী কোরৌ নোংদোল্দগী লাইজ ঈহৈথরক্পবু ঈখাম্গে হায়্ন পায়্মনুংদ নীংখল্লে ।। লাইয়িংথৌ কৌব মপু অঙাংঙা মান পমেল্ ৱাং পাম্বীদ মীথী, য়োংথী, সন্থী, কৈথী, ওক্থী, হুইথী, য়েন্থী থীরম্ তরেৎ হাপ্ন খাম্বী মৈথাদুন কাঙ্মৈ খুহন্খি ।। খাম্বী মৈগী মৈখুন লাইয়িংথৌ সোরারেল্ মাগী চেংলৌ মীৎথুপ্লবদ লাইজ ঈহৈথববু ঈরেপ্খি ।। নোংজু নোংলেপ্খি ।। থবী শেন্কোইরেল্ অপান্ব কোরৌহন্ব নুমিৎ মাসু মশেক্ মঙাল্ চাউন নেংদোল্থক্ত শাফোঙ্লক্খি ।। অদু নোংগীবু লাইয়িংথৌ কৌবরেল্ মাবু নোংখাম্ নিংথৌ-ও হায়্ন কোলোয়্ মিংহুন্ তম্খি ।। পায়্ম পীবুক্ শাউরব চীংঙু সোরারেল্বু খাম্ব লাইয়িংথৌনি হায়্বগী লাইয়িংথৌ ঙাংলেন্ ঙাংচাউব-ও হায়্নসু কোলোয়্নখি ।। লাইয়িংথৌ কৌবরেল্ মান লাইরেল্ নুমিৎপুঙ্ কৌব মফম্দ থবী শেন্কোইরেল্ অপান্ব মাবু য়ুকৌরম্লগ কৌব্রু চীং মশাইকোন্দ হল্ব্রাইখি ।।০।।

লাইয়িংথৌ কৌবরেল্গ মশানৌ ইবেম্ম লাইরেম্মা থৌদূ নুংনাং লৈম লাইবোক্লেম্বীগ অনীমক্তি লৈখোক্ অমত্তদ শাৎপ শীংঙেল্ লৈরাংগুম্, হৈখোক্ অমত্তদ পান্মিন্নব তাউজিং হৈরাংগুম্, চেক্লা লম্খুনু মতৈ মনাউগুম পায্ম পীবুক্ তিন্নন কৌব চীংদ পান্খি ।। লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা অনীমক্ল খোইনাই অহন্বনে, খোইনাই ইম্থংবনে, ইকোক্থোং য়াইমবনে, ইরু লৌথিবনে, নাউরুম্তোন্ অতোন্বনে মপারী মঙামক্পু মথং মথং ওইন ফংজখি ।। মপারী মঙামক্ চাউব লেপ্তুম্ ফারক্লে ।। নোংমগী কোরৌ নুমিত্ত লিৱাই ঈবিল্ তুরেল্ লাইজ মরুদ পামেল্ উজাউ উয়ান্ব চৎপদ তুবী লাইরেল্ লিল্জাউ অমবু চেংলৌ শক্থেংনরে ।। মরিশুব মপারী ইরু লৌথিবন তুবী লাইবেল্ মাবু শমু মখূত্ত পায্ব কদেং থাঙ্জাউন মতুপ্ মতুপ্ কক্লে ।। মনাউ অতোন্ব নাউরুম্তোন্ অতোন্বদ — তরা চাক্থোংবদ শংলৌ মথেল্ ওইন থাঙ্জি শান থোংলো — হায়্ন চীন্সু পাউসুরম্লগ পামেল্ উথিব চৎখ্রে ।। তরা চাক্থোংবগী তাংলৌ মতম্ ঙনম্লি হায়্ন ঙাইরিঙৈদ তুবী লাইরেল্ মাগী মশানৌ তাল্লোয়্ তূনুংশিন শিদ-নাদ উপাল্গী উকুবু চীন্গোয়্ ময়ানুংদ উম্দুন পুবক্লগ মতূপ্ মতূপ্ থোক্ল কক্থৎলব মথংলেন্গী শমু মহক্চাংদ তৈবদগী তুবী লাইরেল্দু য়াইবী মথৱায়্ হিংন জ্ জ্ চৎখ্রে ।। নাউরুম্তোন্ অতোন্বন তরা চাক্থোংলগে শংলৌ য়েন্শাং মথেল্ শেন্নগে হায়্বগী য়েংলুবদদি তুবী লাইরেল্ মাগী মতূপ্তি লৈরমদ্রবদ পায্ম পীবুক্ নুংবংলে ।। ময়াম্ব মরীমক্ল পামেল্ উথিবদগী হল্ৱাইরক্লবদ — লাইরেল্ লিল্জাউ অমগী শংলৌ মথেল্ অমবু নদোম্ করিগী চাথোক্পনো ।। ইনাউ নাইরুম্তোন্ অতোন্ব নঙ্দি পায্ম পীবুক্ ফত্তবনি — হায়্ন ময়াম্ব মরিমক্ল মনাউবু ফূদেক্লে ।। য়াইবী মথৱায়্ মাঙ্লবনি নোংমল্লবনি নীংখল্লবগী ময়াম্ব মবীমক্তি মরাল্ ইম্দান্খি ।। নাউরুম্তোন্ অতোন্বন মদোম্ পায্ম ৱাখল্ লাক্লবদ তুবী লাইরেল্ অমোম্ন তৌখিগুম্ তাংজ লিল্গুম্ শীৎন শীৎন চৎখিদুন শিদ-নাদ য়াই পামেল্ উপাল্দুগী উকু ময়ান ফক্লগ শমু মহক্চাংদ মহী তৈবদগী শমু মশা কল্লে ।। শিদ-নাদ য়েন্বু শমু নমদ পোন মরাল্য়াইরোম্দ হল্ৱাইরক্খি ।। কোরৌ তম্থলাং ৱাংবল্ সিফালাং নোংদোল্ নোংমৈ শীংজঙন তেন্বান্বদগী নোংমল্লবী ঙানুরোল্ থোংঙাইব চনু নুবা লাংচেং মতম্লক্পী অমবু মাগী শিদ-নাদ য়েন্ন মহক্চাংদ তৈরগ থৱায়্

মিকৌদুন হিংহল্লগ লুহোঙ্ খোঙ্দোঙ্দুন তাল্লোয় তূনুংশি ওইন ঙাইরোয়্নন ময়ুম্ মরাল্য়াইদ ৱাইথুংলখি ।।০।।

লাইয়িংথৌ কৌবরেল্ মান মশানৌ থৌদ্ নুংনাং লৈম লাইরোক্লেম্বীগ মপারী মঙা মহুইরোল্ মঙাগ ঙাইরোয়্নন লম্লেন্ কৌব্রু চীংগী মোংবী চীংলোম্দ নুংঙাই য়াইবী মরাং কায়্ন খুন্জাও লৈচাউন খুন্বান্ লৈপান্খি ।।০।।

কেগে মোইরাংপুঙ্দ পু-লিক্লাই চোথে থাঙ্ৱাই পাখংবন মশানৌ ইবেম্ম লৈম সুনুলেম্বীগ কোরৌ নোঙ্গাখ্রবদ কেগে মোইরাংপুঙ্দি পৌরা লীজাউ তৎলব লেম্লৈ ঙাফা ইল্গুম্ মপু পান্দ্রে ।। অদু নোংগীবু কেগে মপাচা মোইরাং ময়েল্লু শিংন লাইয়িংথৌ কৌবরেল্বু— ঙাঙোই ইনিংথৌ মোইরাং পু-লিক্লাই ওইবীযু — হায়্ন পাউথেম্লরে ।। লাইয়িংথৌ মানসু হোয়্য়ারে ।। লাইয়িংথৌ মান —– ইপারী মঙামক্-ও কেগে ইপা লম্ মোইরাং ইপুলম্বু ইম্দান্সে —- হায়্ন কৌব মচীংলেন্দগী মৈবুল্ হাইজাউ থান্ন খুন্কুল্লক্লে ।। লাইয়িংথৌ মাবু কেগে খুঞ্জা হৌন মোইরাং নাইচা তিন্ন তরা চাক্লূক্, লেম্লৈ ঙারূক্, তাউজিং হৈরূক্, শীংঙেল্ লৈরূক্ থেন্ন ওক্লম্লে ।। তৌইগুম্, পু- লিক্লাই চোথে থাঙ্ৱাই পাখঙ্ব মাদি মশানৌ লৈম সুনুলেম্বীগ ঙাইরোয়্নন কোরৌ লাইরৈপাক্তগী চাউন শাংন থিংগ্রি নাচাউব-ও কৌন খোঙ্গুল্লক্পগী ৱাবু নাতারবগী লাইয়িংথৌ কৌব অঙাংঙাদি মপারী খোইনাই ইম্থংবনে, ইরু লৌথিবনে অনীমক্পু কেগে মোইরাংপুঙ্দ থনম্লগ কৌব চীংলেন্ লোম্দ শমু মমায়্ অৱাং পাংন হল্ৱাইরক্খি ।। থিংগ্রি নাচাউবগ লাইয়িংথৌ কৌবরেল্গী মপারী অনীমক্ক পূন্ন কেগে মোইরাংপুঙ্দ তুরেল্ লাইজ ৱাংম ৱাংম লৈঙাক্মিন্নখি ।। থিংগ্রি নাচাউবন মোইরাং তুরেল্গী মনিঙ্থংব কেগেগী লম্দ অদুগ কৌব অঙাংঙাগী মচান মোইরাং তুরেল্গী মমাঙ্থংব ঙাংঙোইগী লম্দ নিংথৌওইদুন কেগে মরাঙ্ হৌ ঙাংঙোই মনিল্ নাইন খুন্বাল্ লৈপান্মিন্নখি ।।

লাইয়িংথৌ কৌবরেল্গ লাইরেম্মা থৌদ্ নুংনাং লৈমগ অনীমক্কী লাইফম্দি কৌব্রু চীংদ লৈ ।। থোক্চোম্ ৱাংথেম্ (মোইরাং ইন্ব), লাইশংবম্, হিদম্, খোইনাইজম্, লৈমজম্,ঙাংঙোম্ (মোইরাং ইন্ব), শোইবম্,

লাইফ্রাক্পম্ হায়্বিব যুম্নাক্ শাগৈশিং অসীগী মোইরাং ইন্ব মখৈন নোংখাম্ নিংথৌ লাইযিংথৌ কৌব অঙাংঙা কৌববেলগ মশানৌ লাইরেম্মা থৌদূ নুংনাং লৈম লাইবোক্লেম্বীগ মনীমক্পু ঈবাৎ থৌনি থৌরম্ তৌনৈ ॥০॥০॥

# লাইয়িংথৌ শামুরৌলাক্পা

থবী লৈম চনু হুইমু লৈম শাফবী কোরৌ নোংবু খোন্বী মালেম্ লৈবু লূম্বী খুন্বী সলাই হন্বীগী পীবুক্ লিন্কোইগী মপারী অম হান্ন শাৎপদি লোইমোম্ ফৌগুম্ হাম্গংনখ্রে ।। মথং শাৎপ মপারী য়োইময়াই তাউদন্বদি কায়্রৈ য়েন্ মরূম্গুম্ পোম্গংনখ্রে ।। মপারী কায়্তেঙন্ব কৌবসু সোরা লূদ নোংমন্খ্রে ।। তাউহুইরেং অহন্বগ থবী শেন্কোইরেল্ অপান্ব মালেম্ লাংজখৈ য়োইময়াই নুমিৎ সনা খোমদোন্ অতোন্বগ অনীমক্তি নৌশিখিদে ।। মখোয়্ অনীমক্তি নুমিৎ অনী চৈওন্ন থোক্পগুম্ থবী অনী লেংশিন্নবগুম্ নিংথৌ ওইদুন পান্খি ।।০।।

নিংথৌ মনাই ওইরিব খাবা শলাইগী খুৱাই নোংচেংবম্ পিবা য়েক্ম হাউতংলা নমু পোংব নাইচা কতন্বদি নিংথৌ অনীমক্কী থৌগল্ থৌপাঙনব হোৎনবদ কোরৌ নোংমদ তরা চাক্ অনীরক্ফাও চাঙমদ্রে ।। খোম্লেন্ তুম্খুল্ তান্ঙমদ্রে ।। মপারী হাউতংখূ মমোম্ হাউতংহল্ অনীমক্পু নাউযোক্ নাউকোন্বীব ঙমদ্রে ।। মাগী তাল্লোয়্ হাউনু চাখানু শাফবীবুসু নুংশি লাংগোল্বীব ঙমদ্রে ।। মরম্ অসীগীবু তাউহুইরেং অহন্বনে নুমিৎ সনা খোমদোন্নে অনীমক্পু তাক্লৌ শিদং শোন্ন উন্বী কল্হৌ নিক্ল ৱারৌরে ।। নিংথৌ মচীন্ মনাউ অনীগী মরক্ত অমদি লোন্ন য়াইবী মথৱায়্ লৌরগে হায়্নন পায়্মনুংদ চপ্ য়ুংন নীংখল্লবগী লীরুং তেন্ শানব মাগী মোম্লু তাল্লোয়্ হাউনু চাখানু শাফবীবু মপাম্ শেল্লোই লাংমাইদ থাদুন কোঙ্য়াং ৱানিহল্লুববু ৱাপীরক্ত্রে ।। তৌইগুম্, অমুক্ হন্ন মপাম্ চক্প থোংখোঙ্ কারল্ নিংথৌ শোক্পান্বগী মশাইকোন্দ হৌব কোঙ্য়াং ৱানিহল্লুবদি লাংলেন্ কোঙযাং ৱাতংখায়্ অম পীরক্লে ।।০।।

চক্‌প থোংখোঙ্ কারল্ নিংথৌ শোক্‌পান্‌বগী মশাইকোন্দগী পুরক্‌প কোঙ্‌য়াং ব্রাতংখায়্ অদুন লীশা তেন্‌শারে ।। লীফৌ তেন্‌ফৌরে ।। লীশেম্ তেন্‌শেম্‌লে ।। লীসু তেন্‌শূরে ।। লীরী থম্মোই তিং লকা তেন্‌মৈ চপ্‌ন চেক্লা অপীশক্ সেন্দাং খন্নাং তোংববু তেন্‌দম্বদ পাচূরে ।। মথংগী কোরৌ নুমিৎ অমদ চেক্লা লম্‌খুনুদ পান্দম্বদসু পাচূরে ।। মথংগী কোরৌ নুমিৎ অমদসু মাগী মোম্নু তাল্লোয়্‌ন লাইজ পুল্লাং লুরোই থোংন লৈবায়্ হুইসোন্ লাংন কারক্‌পদ তাল্লোয়্ মনাদ য়াল্লিবী চোল্লাংদ পান্দম্বদসু পাচূরে ।। তেন্‌বাল্লে ।। মথংগী কোরৌ নুমিত্ত তাল্লোয়্ চাখানুগী লুথোংনন থম্ব পান্দূম্‌দ তেন্দম্বদসু তেন্‌বাল্লে ।। কোরৌ নুমিৎ তরানি সুরবদ মোম্নু তাল্লোয্ মাগী শমু মখোঙ্‌দ তিংলিব তূনুং লংলা লংপূম্‌দ থম্মোই লীবী তিং লকা তেন্‌মৈ চপ্ তেন্দম্বদ তূনুং লংশুং কাপ্‌থৎলে ।।০।।

কোরৌ নুমিৎ তমামাথোইনি শুব নুমিত্ত খুব্রাই নোংচেংবম্ পিবান অহিং নোংযাই ইচিক্ হুন্‌বদ— ইশানৌ য়োইবুনাই তাল্লোয়্ হাউনু চাখানু শাফবী-ও ! হয়েং কোরৌ নুমিৎকি তরা চয়োম্ য়োম্-ও ।। ব্রাংলৈ খোম্‌হাল্-ও ।। নথংলেন্ ঐদি লাইরেল্ লাব লৌতাব ওক্লেন্ লাব লৌচঙ্‌ববু য়ারৌ শারম্ খোঙ্গুল্ লীরুগে ।। মোংব ইবাল্‌য়াই থাফদে ।। লৈকাই য়ুম্‌থোং লান্ন খাম্বী মৈবৌফদে ।। লৈকাই খুন্‌পোইগনু-ও ।। কংলৈ য়াথোক্কনু-ও — হায়্‌ন পাউমেল্লে ।।০।।

খুব্রাই নোংচেংবম্ পিবা য়েক্‌ম হাউতংলান ইনুং ঙান্দ্রিবৈঙদ শেল্লোই লংমাইচীংগী নাপোম্ অমদ য়ারৌ শাগুম্ শাথুপ্ তাংজ লিল্‌গুম্ নারোত্তুন লৈরগ তাউহুইবেং অহন্‌ব মান লাংগোই শগোল্ তোংন কাথৎলক্‌পদ থম্মোই লীবী তিং লকা তেন্‌মৈ লাক্ল তেন্‌কাপ্‌লে ।। লাব কল্‌হৌ নীক্ল তেন্থারে ।। তাউহুইরেং অহন্‌ব মাগী লাংগোই মখূনেত্ত তেন্‌বান্দুন শগোল্ মাদি মবিং খুন্‌বী লোক্তা লূতুরে ।। অসূম্ন মাগী লাংগোই শগোল্‌দ তেন্‌বাল্লবগী অয়াঙ্ খোঙ্‌জেন্‌খিদুন তাইহুইরেং অহন্‌ব মাদি লংমাইদ লৈখি ।। শেল্লোই লাংমাইদ খুন্দা লৈতাখি ।।০।।

তেন্‌কাপ্ থৌদোক্ অসীদগী পায়্‌ম খৈন্ শোংকিরবগী নুমিৎ সনা খোমদোন্ মাদি কেগে মোইরাংপুঙ্‌দ খোঙ্‌জেন্‌খি ।। লোইরেল্ খুন্‌বীলোক্ত

চেন্ তুবী মকোন্নুংদ শানথুপখি ।। কংলৈপুঙ্গী ফম্বাল্দি খাব ফান্দোংবগী মখৃত্ত তাখি ।। খাব শলাইন কংলাদ লৈখি ।।০।।

লৈপাক্ নিংথৌ কায্‌ববগীবু পোইবৈ লৌতাঙমদ্রে ।। ৱাংঙম্ লৌকুমঙমদ্রে ।। ৱাবদ পনখৈ লোম্লবগীবু নিংথৌ পোংব তবামক্ল সনা খোমদোন্ মাগী মাব মখোঙ্গুল্ লীবদ লৌকুম্ লৌতাবীশিংন— লোইবেল লোক্ত খান্বী মৈবাগুম্ ঙাল্লির্বাসবু কবিবু ওইবনো — হায্‌ন বাবী ৱাশানবদগী পাউখঙলবগী লৈম তবামকপু থাদুন চক্‌প লল্লাং মাইবীবু পাউকৌহল্লে ।। লল্লাং মাইবী মান মঙ্পোৎ চাদং লুদ থোংন সনা খোমদোন্ মাবু পাউথেম্লবদ খুবাই নোংচেংবম্ পিবাগী ৱাযব মতেন্‌বু শোংকিযে মদোম্ থোকঙমলোইযে -- হায্‌ন পাউখুমলকলে ।। খোঙ্গাবক্‌উ যাদ্রে ।।০।।

নিংথৌ পোংব তবামক্ল অমুবক হন্ন ৱাতানবে ।। লৈম তবামবপু অমুবক তুবী ঙাকযেক্ চনু তমফা পাম্ব ফাবীগী মফল্লাংদ চৎ সনা খোমদোন লাইবেল্ তাউবোইনাইবু পাউথেমহল্লুনবগী থৌনেক্লে ।। তুবী ঙাংযেক চনু মান পোংচঙ্ চৈজঙ্ শুন পু লাইবেল্ মকোন্নুংদ ৱায্‌থুংলে ।। লোইবেল্ লোক্ত লৈব তুবী মকোন্নুংদগী খোঙ্গাবসি -- হায্‌ন পাউথেম্বদ হোয্‌যাবে ।। তৌইগুম্ নুমিৎ সনা খোমদোন্ মান খীং খীং খোঙ্গাবক্‌পদি নুমিৎ মমায্ মক্‌এ ।। থবী মমায্ কাইএ ।। নুমিৎ মমায্ লূনব থবী মমায লানব পোইবৈ অমাইব কোন্দে নাক্‌থংমাইন শবেল্ যেৎলম্ ফম্, কেগে অমাইব থিঙ্গোন্ মবি ফৌবীযাচা অমাই কাইচাবনা শমু ওইবম্ ফম্ল পুকম্ তুইগী ঈ, লাংবুম্ চীংজাউ ঈ, চাংশাং কোয্‌বেল্ ঈ, থাংজীং শাদেং ঈ, কেগে লোক্লৌ ঈ, মোইবাং ফম্লৌ ঈ, কোবেক্ অনী শোক্তোক ঈ, থবাও লম্‌শঙ্ ঈ, শোইপোক লম্‌খম ঈ, মমায অৱাং লাইন পাংন চেন্‌ব ঈন চিংন লাইজ ঈবিক্ ঈশেং ঈন শিদ নাদ, এন্‌বং ফাইবং, নাপু নাশেন্, নাপী শীংবী, লৌদ্রৈ চাদ্রৈ, তাইবেল্ পোংফাই, উখোক ৱাখোক, নাতং নাখাই যাওন ঈক শাদেংবীদুন মচুপ শাবীববদ সনা খোমদোন্ তাংজ মমায্ লূবক্লে ।। তুবী লাইবেল্ তাংজ মায্‌থোঙ্ পাল্লক্লে ।। শেংলক্লে ।। তুবী মশোং চাউ লাইবেল্ মঙাল্ নাইন খোঙ্গাবক্লে ।। লফূগী পোঙ অম শ বগ নহাব মোইবেংঙাম্বন লম্‌যিন পেনা খোংলগ থাংজীংন খুং খোঙ্দুন [illegible]

মাপল্ লাইনুরা তরেৎন জগোই খুৎথেক্ শাদুন থেম্নৌদুন সনা খোমদোন্ মাবু লাইজ ঈচেল্ হঙ্গৎন পুরক্লে ।। য়াংগোই কারোঙ্ য়ৌবদ মোইরেংজাম্ব মাগী পেনা তেংখল্ তুখ্রে ।। মোইরেংজাম্ব মান লফূদ য়ৈশিন্ য়ৈশিন্দুন পেনা চৈজীং শেম্লিঙৈদ লাইরেল্ তাউরোইনাই থবী শেন্কোইরেল্ অপান্ব সনা খোমদোন্ অতোন্বদি শামুরৌ য়ৌরে ।। থৌদোক্ অসীবু পোইরৈ চাদোল্ ৱাংঙম্ সূদোন্ন — পেনা শেম্লীঙৈদ শামুরৌ যৌব — হায়্ন ৱারীনহৌখি ।। লম্লেন্ শামুবৌদ নুমিৎ সনা খোমদোন্ অতোন্ব মাবু লাইয়িংথৌ শামুরৌ লাক্পও হায়্ন কোলোয়্ মিংহুন্ তম্খি ।।০।।

থবী শেন্কোইরেল্ অপান্ব সনা খোমদোন্ অতোন্বন অসুম্ন অসুম্ খোঙ্গানক্পন কংলৈপুঙ্মযোল্ কংলা য়ৌরক্লে ।। মোইরাং চাউব মৈলৈবন খাব ফান্দোংববু কাপথ্নবে ।। কংলা পায়্বে ।। নোংহুম্শঙ্গী শাবোং লপ্লেন্ কাদ সনা খোমদোন্ অতোন্বন চোয্নৌ ফম্বাল্ অমুক্ তোংলে ।। থৌগল্ লাংগল্ মশীং শুন থৌগল্ লাংগল্খি ।। পোইবৈ লৌকুম্নম্দব, ৱাংঙম্ লৌতারম্দবসু লৌকুম্ লৌতানখি ।। তুবী লাইরেল্ তাউরোইনাই হরাউরে ।। পোইরৈ মথোই কারে ।। ৱাংঙম্ মরাঙ্ হৌরে ।। লৈপাক্ মরা তপ্না নিংথৌ ফম্বাল্ মরা চেৎন পান্খি ।।০।।

উমংলাই অম ওইরিব লাইয়িংথৌ শামুরৌ লাক্প মাগী উমংলাইকোন্নুংদি লম্লেন্ শামুরৌদ লৈ ।। উমংলাইকোন্নুং অসীদ লাইয়িংথৌ মাবু মচা মনাই খুঞ্জাশিংন চাক্হোং ঙাহোংনব, খুঞ্জাউ লৈচাউনবগীবু হরাউ শক্শেম্তম্ থৌদোক্ কুম্মৈ শান্নদুন ঈরাৎ থৌরম্ তৌনৈ ।। লাইয়িংথৌ মান মচা মনাই খুঞ্জাশিংবু অযুক্ ঙন্ন কোন্থোক্পী নুমিদাং ঙন্ন কোন্শিন্বী লাংবল্ কাওবেল্ শন্শেন্গুম্ শেন্বীরি ।।০।।০।।

# লাইয়িংথৌ খম্লুং থোঙ্ঙারেল্ অমসুং লাইরেম্মা লাইখুরেম্বী

লাইযিংথৌ খম্লুং থোঙ্ঙাবেল্ মাদি — হে শিদব মপু লৈনুং থোঙ্ঙাবেল্ অহন্‌ব-ও ।। অশিব চাম নোংদম্ব ।। অচঙ্‌ব চাম নোংখায্‌ব ।। থৌদা শিন্থোং হৈব ।। অচঙ্‌ব চাম থোঙ্‌থিংব ।। অশিব চাম থোঙ্‌হাংব ।। অমন্ শিকুম লাল্লম্ শীনব ।। খম্লুং যাইথোঙ্ শিন্‌সূব লাইযিংথৌ-ও হায্‌নে শৈথানব চাংঙু থোইযুম্ লাইযিংথৌনি ।।৩।।

লৈনুং থোঙ্ঙাবেল্ ও হায্‌নসু কোলোযনব চীংঙু থোইযুম্ খম্লুং থোঙ্ঙাবেল্ লাইযিংথৌ মাদি খম্লুং অশি লৈবাক্কী লৈমাবনি ।। খম্লুং নিংথৌনি ।। লাইযিংথৌ মাগী মনাউ যাইমগী কোলোয্ মিংলেন্ন থোঙ্ঙাক্ লাকাব-ও অদুগ মনাউ অতোন্‌বগী কোলোয্ মিংলেন্ন পোইবৈতোন্ ও হায্‌নে কৌই ।। মথাম্ব মচি অহন্‌ব লাইযিংথৌ থোঙ্ঙাবেল্‌ন মশানৌ অতোন্‌ব উনৌ কোন্দে কোন্ন হুন্‌ব পোইবৈতোন্‌বু মালেম্ শলাই তবেৎমক্কী চৎন-লোন্‌চৎ শেম্‌লু ও হায্‌বগী মতৈম অতোন্‌বী লৈম লাইনাউ তাবীগ ঙাইবোয়্‌নন পোইবৈ খুদ্থোক্লব থাবক্লে ।। মালেম্ তাইবংপান্দ খোঙ্গাবক্লে ।। তৌইগুম্, যাংদৌ লম্‌খাঙ্‌দ লম্মাংনদুন লাইযিংথৌ পোইবৈতোন্‌গ লাইরেম্মা লাইনাউতাবীগ অনীমক্তি কায্‌নখি ।। লম্বী লম্‌ফাঙ্ চৎনখি ।। মযাম্বা লাইযিংথৌ থোঙ্ঙাবেল্‌গী থৌশী ব্রাবু থৌপাঙ্‌ঙমদ্রব চীংখোঙ পোইবৈতোন্ মাদি নীংব কায্‌ববগী খম্লুং লৈপাক্ত অমুক্ হল্‌ব্রাইখি ।। তৌইগুম্, লৈম লাইনাউ তাবী মাদি লম্মুক্‌নবিগে লাইযিংথৌ কৌব্রুগ চেংলৌ শকথেংনখি ।। চেংলৌ শক্কোয্ হেন্‌বী মমোম্ মতম্‌গুন্বী লৈম মাবু লাইযিংথৌ কৌব্রুন — নপন্ পন্থৌ ঐগীদি ইমোম ৎনা

লৈজদে — হায়দুন মযোম্ শক্ক নাউকোন্খি ।। লাইনাউতাবী মাবু কৌবরোল নামোইনু-ও হায়ন কোলোয় মিংহুন্ তম্খি ।।০।।

নোংমগী কোরৌ নুমিত্ত লুৱাংনিংথৌ পামিংনবগ লৈম হুইমু লৈমগ অনীমক্কী মপারী নুংবান্ পোন্বী লুৱাউবন নহা মথোক্ কারক্পগী অপাম্ নুংশি ৱাখল্ন লম্জীংদুন শাবল্ লম্থোক্লক্প কোংলৌ লময়েংলক্পদ লাইয়িংথৌ কৌব্রুগ চেংলৌ শক্উনখি ।। মতিক্ লৈব মঙাল্ নাইব লুৱাং পামিংনবগী মপারীনী খঙলবগী লাইয়িংথৌ কৌব্রু মান লুৱাং পোন্বী লুৱাউববু মরাল্য়াইদ তবা চাক্কৌখি ।। কোরৌ নুমিৎ অদুদগী নুংবান্ পোন্বীগ কৌবরোল্ নামোইনুগ নুরা পাখং অনীমক্ চেংলৌ শক্খঙনখি ।। পায়ম খোয়্জঙনখি ।। তিল্লাং খোয়্দানখি ।।০।।

নুংবান্ পোন্বী লুৱাউব মান লুৱাং মরাল্য়াইদ হল্ৱাইথ্রবদ মাগী পলেম্ পম্থৌ অনীমক্ত লাইয়িংথৌ কৌব্রুগী মযোম্ কৌবরোল্ নামোইনুবু মাগী তাল্লোয় তুনুংশি ওইনবগী শংলৌ থৌরাংবীয়ু হায়রে ।। পলেম্ মমা হুইমু লৈমন তাউজিং হৈরাং নীংথিব শিংঙেল্ লৈরাং ফজব পুদুন কৌব মপুদ হায়্জদুন নামোইনু মাবু মহুইরোল্ ওইন ফংজখি ।। কৌবরোল্ নামোইনুদু নুংবান্ মরাল্য়াইদ য়াংগোইদুন লৈরে ।।০।।

খম্নুং লৈপাক্তদি লাইয়িংথৌ খম্নুং খোঙ্ঙারেল্ন মীৎয়েং শাংখৈরক্পদ লৈম লাইনাউতাবী মাদি নুংবান্ মরাল্য়াইদ য়াংগোইদুন লৈবদু চেংলৌ শক্উরে ।। লাইয়িংথৌ থোঙ্ঙারেল্ খোয়্বুঙ্ থীৎন শাউরে ।। পায়ম পীবুক্ অশাউ খাম্বী মৈহৌরে ।। খম্নুং লৌনম্বী শৱা মীথেম্বী খম্নুং কিকোই লৌওন্বী নুরা পাউথেম্ হৈবী থারক্তুন কৌবরোল্ নামোইনু মান খোম্লেন্ তুম্খুল্ তাল্লিঙৈ তাল্লোয় তৃকাউ হৈ, থংলেন্ ৱাকাউহৈ, পলেম্ মাকাউহৈ, পম্থৌ পাকাউহৈ পীজরে ।। নামোইনু কৌবীদু হেদো নাহেরে ।। মবুং লৈশং খেক্ৱায়্ব কৌদুন অনা লাইয়েংহল্লে ।। লাইনা লাইকোক্ঙম্দ্রে।। নামোইনু নোংমল্লে ।। মাগী য়াইবী মথৱায়্দু খম্নুং নিংথৌ থোঙ্ঙারেল্গী মশাইকোন্দ ৱাইথুংলরে ।। মাগী তাল্লোয় লৈমবু অমুক্ হন্ন চেংলৌ শক্ফংজবদ লাইয়িংথৌ খম্নুং থোঙ্ঙারেল্ মথম্মোই মনিল্ নাই পায়ম মরাঙ্ হৌরে ।।০।।

নুংবান্ মরাল্য়াইরোম্দদি নুংবান্ পোন্বী লুৱাউবন মশানৌ নামোইনুগী য়াইবী থৱায় য়াওদ্রব শমু মহক্চাংবু থাদোক্উ য়াদ্রে ॥ থাগোন্দুন লৈরে ॥ নুংবান পোন্বী মান শবি নোংদা চিন্খল্য়াংবু লাইয়িংথৌ খম্নুং থোঙ্ঙারেল্গী মশাইকোন্দ পাউশীরে ॥ নুংবান্ পোন্বী ঐগী ইশানৌ নামোইনু মাগী য়াইবী মথৱায় হন্বীরক্উ ॥ লাইয়িংথৌ মান নামোইনু মাগী য়াইবী মথৱায়দুবু হন্বীরক্উ ময়াদ্রবদি নুংবান্ ঐন খম্নুং নিংথৌ মাগ হুইয়েন্ লান্থেংনগনি হায়দুন চূং-তা পায়দুন ঙাইহৌরি — হায়ন শবি নোংদাবু খম্নুং থোঙ্ঙারেল্দ পাউদম্হল্লুরে ॥ মীগী তাল্লোয় হুরান্ব নুংবান্ মা খম্নুং নিংথৌ ঐগী ইতিক্ অহক্পবু খঙ্হন্গে — হায়ন চীংঙু খোইয়ুম্ থোঙ্ঙারেল্দু পায়ম অশাউ খাম্বী মৈহৌরে ॥ মনাউ পোইরৈতোন্বু নুংবান্ মাগী কংলৈ মসূমাঙ্দ থারক্নে ॥ পোইরৈতোন্গ নুংবান্ পোন্বীগ অনীমক্কু হাওমুক্ক লেংফাইচল্ মোংব তাজীল্ খুবৌ যেৎনরে ॥ অমন অমুক্ মথক্ থং অমন অমুক্ মথক্ থং কোবৌ নুমিৎ শীংবুম হুর্মনি নম্নরে ॥ চায়নরে ॥ পোইরৈতোন্ মায়থীরে ॥ পোইরৈতোন্দু মখুৎ তুংবুন লীফারগা নুংবান্ মাগী কংলৈ মসূমাঙ্দ থৌদ্ নুঙ্পাক্ক নন্দুনা থম্লে ॥ নুংবান্ পোনবী লুৱাউব মান শবি নোংদা চিন্খল্য়াংবু থাদুন — ইশানৌ কৌবরোল্ নামোইনুগী য়াইবী মথৱায়দু হন্বীরক্উ — হায়ন অমুক্ খম্নুংদ পাউহায়্হল্লুরে ॥ অচাক্প খাম্বী মৈদা ফোইদিং চরোৎ মনা অকংব হাপ্চিন্বগুম্ খম্নুং নিংথৌ থোঙ্ঙারেল্দু অমুক্ হেন্ন মৈজাউ মৈরি থোক্ক খোয়্বুঙ্ থীৎন শাউরে ॥ মীগী তাল্লোয় হুরান্ব মা খম্নুং ইতিক্ অহক্পবু খঙ্হন্গে — হায়দুন মনাউ য়ায়ম থোঙ্ঙাক্ লাকাববু অমুক নুংবান মাগ চায়নরুনবগী থারক্নে ॥ নুংবান্ পোনবীগ হাউমুক্ক লেংফাইচল্ মোংবা তাজীল্ খুবৌ যেৎনবে ॥ নুংবান্ন নমলে ॥ লাকাব মাসু মনাউ পোইরৈতোন্গুম্ থৌদ্ নুঙ্পাক্ক নন্দুন থমলে ॥ মচীন্ মনাও অনীমক্ ইশানৌ তাল্লোয় তন্নংশী মাগী হাওশি মংথিনব, ৱাংলেন্ পুংজাউ হৌবদ হাপকে — হায়দুন থমলে ॥ খম্নুং মচীন্ মনাউ অনীন মখোযগী য়াইবী মথৱায় কন্বীবনবগীবু শবি নোংদা চিন্খল্য়াং থাদুন ময়াম্ব খম্নুং থোঙ্ঙারেল্দ পাউদমহল্লুরে ॥ খম্নুং থোঙঙাবেল্ পায়ম খোয়্বুঙ্ থীৎন শাউরে ॥ হুইয়েন্ লান্ লাক্নে ॥ নুংবান্ পোন্বী মাগী কংলৈ মসূমাঙ্দ ফোং ফাওবরে ॥ চীংঙু খোইয়ুম্ লাইয়িংথৌ খম্নুং নিংথৌ মাবু

চেংলৌ শকউবদ নোংবান্ পোন্বী মান — খম্নুং নিংথৌ লাইযিংথৌ নঙ্ন নুংবান্ পোন্বী লুৱাউব কৌব ঐবু থৌজাল্ লন্কুবীরো ॥ শাইযোল্ য়াম্বা নহাক্লি ॥ মালেম্ লৈশেম্ব, কোবৌ নোংলিংব চীংঙু নঙ্গী নখোঙ্খাবু চেংলৌ শকউব ফংজবে ॥ হে খোইয়ুম্ লাইযিংথৌ-ও ! নদাইবেম্ মোম্নু তাল্লোয্ ইরুম্বীবু লাংলেন্ ৱাপুম্ খায্গুম্ কবম্ খাইনৌ হায্বনো ॥ চাম্লৌ লাবাক্ শেৎকুম্ কবম্ শেৎনৌ হায্বনো ॥ নমু শিদ হৈ তাইবং নাদ হৈবু লন্কুবীবম্-ও ॥ নুংবান্ খুল্লিংববু চীংঙু নথৌজাল্দগী তান্ফংজগে ॥ পাহাং নোংজেং ওইববদি খুল্লিংব ঙম্লোই-এ ॥ চীংঙু খোইয়ুম্ লাইযিংথৌ-ও ! — হায়্দুন খম্নুং নিংথৌ মাগী মতিক্ মযাই মঙাল্ খঙ্ন মশাগী মবাল্ যাজন লাইযিংথৌ থোঙ্ঙাবেল্ মাগী শমু মখোঙ্ শোক্ল তুবে ॥ চঙ্জনক্লব মচা মনাইবু থৌজাল্ লনকুবীবাদ লাইযিংথৌ মাগী মবম্চৎ ওইবন মনাই নুংবানদু চান্বীবে ॥ কৌববোল্ নামোইনুগী মথবায মমি হন্বীবে ॥ নুংবান্ পোন্বীগ কৌববোল্ নামোইনুগ অনীমক্পু- চহী লাংতৈ কুম্শীং ১০০ (চাম) পুর্ন্সিবো ॥ লুবাং শলাই চাদা নাউদা শন্ন নুংবান্ হোঙ্ন চাউন লুৱাং মনিল নাইন নিংথৌ মঙাবক্ ওইববু তান্ফংজৌ-ও — হায্ন থৌজাল্ লন্কুবীবম্লগ লাইযিংথৌ থোঙ্ঙাবেল্ মাদি মনাউ থোঙ্ঙাক্ লাকাবগ পোইবৈতোন্গ অনীমক্পু ঙাইবোযনন খম্নুং লৈপাক্ত হল্ৱাইখি ॥০॥

**খর থেন্নব ৱাবী অমঃ** চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব তেংবান্ব মপু নোংদম্ব কৌব লাই মান মাগী অনৌব তাইবং থৌদোক্ কুম্মৈ অম লাংব চক্ত শান্নবগে হায্ন পায্মনুংদ মদোম্ নীংখল্লবগী কোবৌ নোংদোল্থক্তগী লাইজ ঈহৈথবক্পন কংলৈপুঙ্ লাইজ ঈথুম্লে ॥ নমু তাইবং পুম্নমক্ খাবৌ লাইবৌ চেন্নবে ॥ লোইবী চীংজাউ কানখ্রে ॥ নমু তাইবং খবদি মীরৈপুঙ্দ খুন্জেন্নবে ॥ কংলৈপুঙ খুন্তাক্ লৈতাক্রে ॥ নিংথৌ পান্দ্রে ॥ পৌবা লীজাউ তৎলব লেম্লৈ ঙাক্না ইন্গুম্ লৈপাক্ মপু পান্দ্রে ॥ অসুম্ন চহী কুম্জা কথা লৈবক্লবদ চীংঙু খোইয়ুম্ অথোইব লাইগী লাইওইব অদুন নহাল্লঁগে কোবৌ নোংখোঙ কোয্লঁগী ৱাবু নীংশিংলে ॥ মপাবী অতোন্ব উনৌ কোন্দে কোন্ন হুনব কোন্জিল্ তিংথোক্প পাখংববু যেংন যাথং পাউহায়্বে — ইপাবী চীংখোঙ্

অতোন্‌ব-ও ! ইপারী নঙ্‌দি হয়িচক্ত পাখং য়োইরেল্ তোম্‌পোক্‌প ওইন, হয়াচক্ত তাংজ লিল্‌হা পাখংব ওইন, খুন্নুংচক্ত সেন্ত্রেং লোলাং পাখংব ওইন লাংওল্লে ।। লাংব চক্ অসিদদি ইপারী নঙ্‌দি তুবী য়োইনোংদা নোংদা লাইরেল্ পাখংব ওইনবু লাংওল্-ও ।। খুন্‌বাল্ লৈপাল্-ও ।। মপন্ পন্থৌ মাগী য়াথং পাউহায়্‌খোন্‌বু নাতারবগী মপারী কোন্‌জিল্ তিংথোক্‌প মাসু হোয়্‌য়ারে ।। তেংবান্‌ব মপু মান মপারী অহন্‌ব চীংঙু খোইয়ুম্ অশীব সনামহী য়েংন অমুক্ হায়্‌রে — ইপারী চীংখোঙ্ অহন্‌ব-ও ! নঙ্‌সু নঙ্‌গী সাইয়োল্ কুম্মে হৌরো ।। খুন্‌শেম্ লৈশেম্‌লো ।। চীংঙু খোইয়ুম্ অশীব ওংথী লাইজ ঈপোক্‌প সনামহীন করম্মবু খুন্‌শেম্ লৈশেম্‌গবনো হায়্‌ন নীংখল্লবগী কংলৈপুঙ্ লাইজ ঈথুম্‌লিববু ঈকংহল্লগে নীংখল্লবগী লাইজ ঈপাক্‌থক্ত খোইয়ুম্ মাগী মীৎয়েং শাংখৈবদ লাইজ ঈরীববু ঈকংলে ।। চীংঙু খোইয়ুম্ অশীবন নমু তাইবং শাইয়োল্ লৌরে ।। লৈনুং চাখা য়াবীরোক্‌পু কংলৈপুঙ্‌ময়োন্দ পুরক্লে ।। লৈম তানু মাগী মপারী পুরৈরোম্ববুসু থিরুরে ।। লাইয়িংথৌ মান পুরৈরোম্বগী খোয়্‌বুঙ্‌দ চঙ্‌খ্রে ।। পুরৈরোম্বন লৈনুং চাখা য়াবীরোক্ য়েংন — ইশানৌ য়াবীরোক্ কৌবী-ও ।। নঙ্‌ন কংলৈপুঙ্ লৈঙাক্লব নপারী ফংগে নীংখল্লবদি চীংঙু খোইয়ুম্ অশীব সনামহীবু লাইনীং পরৈ চেৎ-ও — হায়্‌ন য়াথং পাউমেল্লে ।। মশাবী পুরৈরোম্বগী য়াথং পাউমেন্‌খোন্‌বু নাতারবগী লৈনুং য়াবীরোক্ মান খোইয়ুম্ অশীব সনামহীবু লাইমিং মিংখৈ শোন্ন লাইনীং পরৈ চেৎলে ।। লাইয়িংথৌ নোংপোক্কী লাইওল্ লাইচৎ ওইরিব পুরৈরোম্ব কৌব মহাক্ল চীংঙু খোইযুম্ কোন্‌জিল্ তিংথোক্‌প পাখংবগী লাংওল্ মরূ ওইরিব নোংলুম্বু উম্‌দুন পুরক্লগ য়োইবু খোইমোম্ মশানৌদ শমু খুৎশিন্নরে ।। নোংলুম্ মাবু কোরৌ শীংবুম্ কয়ানি নাউকোল্লে ।। তৌইগুম্, নোংলুমদু তাইবং শক্তম্দি ওইঙম্‌দ্রবদ লৈশীরেল্ লৈপুন্‌বীন কোরৌ নোংজা খরদং নাউকোন্‌বদ নমু তাইবং শক্তম্ ওইঙম্‌লে ।। নাউব্রা মাবু তুবী য়োইনোংদা নোংদা লাইরেল্ পাখংব-ও হায়্‌ন মিংহুল্লে ।।তুবী য়োইনোংদা নোংদা লাইরেল্ পাখংব মাদি হন্‌জীং চীংমৈ ইন্ন মৈরা হাইজাউ থান্দুন কংলৈপুঙ্‌মযোন্দ খুন্‌গুম্‌লক্‌লে ।।০।।

চীংঙু খোইয়ুম্ অশীব সনামহীসু মপন্ পন্থৌ চীংঙু খোইয়ুম্ শিদব মপুগী থৌশীব্বাবু ব্রাকাউদন মাগী শাইয়োল্ কুম্মে হৌরগে হায়্‌ন নীংখল্লবগী

পোইনাউতা শিদব-ও কৌন শাইয়োল্লে ।। নোংমগী কোরৌ নুমিত্ত পোইনাউতা শিদবন নোংদা লাইরেল্ পাখংবগী মফম্দ পাউমেল্লে — চীংঙু খোইয়ুম্ কোন্জিল্ তিংথোক্পগী লাংওল্ ওইরিব তুবী য়োইনোংদা নোংদা লাইরেল্ পাখংব-ও ! কংলৈপুঙ্ লৈরিং খুল্লিং মপুঙ্ ফাহন্সী ।। পোইনাউতা ঐন থৌরৈ তেংবাংগে — অসী ৱাবু হায়্দুন চীংঙু খোইয়ুম্ পোইনাউতা মান লোইবী চীংজাউ কাদুন নহাল্ লাইজ ঈথুম্ঙৈদ লোইবী চীংজাউ খোঙ্গাখিব নমু তাইবং পূম্নমক্ত য়াথং পাউথেম্লে — নমু তাইবং পূম্নমক্ উন্বী পূক্রীং পীন্ নাতাউ-ও ! লাইয়িংথৌ তুবী য়োইনোংদা নোংদা লাইরেল্ পাখংবন মালেম্ কংলৈ পুঙ্দদি লৈমাব ওইন লৈঙাক্ লৈপাল্লে ।। নয়ুম্ কংলৈপুঙ্দ হল্ৱাইরো ।। চীংঙু মাগী য়াথং পাউমেন্খোন্বু খোইয়ুম্ লাই নমু তাইবং অনীমক্ত খোল্লেল্ মঙলান্দ নাতাবে ।। চীংঙু খোইয়ুম্ অশীব সনামহীগী মপাউখোন্নি হায়্ব খঙলবগী খোইয়ুম্ লাই নমু তাইবং অনীমক্ কংলৈ মরৈপুঙদ হল্ৱাইনরক্লে ।। চীংঙু খোইয়ুম্ অশীব মান, লোইবী চীংজাউ লান্ন হাউবৈ নোংপোক্ পাংন খুন্জায়্থ্রব পোইরৈতোন্গী খোঙ্লুপ্পু ৱাথেম্লগে হায়্ন নীংখল্লবগী খম্চিংকোন্গী খোযবুঙ্দ চঙ্খ্রে ।।০।।

খম্চিংকোন্ মান ইয়ুৱা চীংখোঙ্ পোইরৈতোন্গী খোঙ্লুপ্ত –– কংলৈ পুঙ্দ হল্ৱায়্রসী — হায়্ন পাউহায়্রুরে ।। পোইরৈতোন্গী ময়াম্ব খোঙ্ঙারেল্দি কংলৈপুঙ্দ হল্ৱায়্সী হোয়্য়াদ্রে ।। মশানৌ মনাও চীংখোঙ্ পোইরৈতোন্দি হোয়্য়ারে ।। তৌইগুম্, মদোম্ করম্ হল্ৱায়্গদবনো হায়্ব পায়্ম পীবুক্ নুংশি ৱাহৈ তারবগী ময়াম্ব খোঙ্ঙারেল্ন মাগী লৈম অতোন্বী লৈম লৈনাউতাবীবু মনাউদ মাগী তাল্লোয়্ লৈম ওইজরো হায়্ন শমু খুৎশিন্নরে ।। পোইরৈতোন্গ লৈনাউতাবীগ অনীমক্তি মখোয়্গী খোঙ্লুপ্ পুরগ কংলৈপুঙ্লোম্দ শমু খোঙ্শাল্লক্লে ।। মনাউনুপা পোইরৈতোন্ন শমু খোঙ্শান্খ্রব মতুং ময়াম্ব খোঙ্ঙারেল্সু মাগী লৈম লাইখুরেম্বীগ মচল্ লাইসনাগ ঙাইরোয়্নন কংলৈপুঙ্দ হল্ৱাইরক্লে ।। অশম্ব য়াংদৌ লম্বীদ খোঙ্দোয়্রক্লবগী মনাউ পোইরৈতোন্দগী হান্ন কংলৈ ৱাইথুংলরে ।। নোংদা লাইরেল্ পাখংবগ চেংলৌ শক্উনরে ।। অহিং মীওইব নুংথিল্ লাইওইব নোংদা লাইরেল্ পাখংবদ মচল্

ইবেন্ম লাইসনাবু চাম্লৌ লাতোন্দ লৈহাপ্ল লৈরোং লাইদ কংপগুম্ কংশিল্লে ।। য়াংদৌ লম্বী অকোইবদ হল্ৱাইরক্লিব মনাউ পোইরৈতোন্বু হুইয়েল্ লান্ লাক্হৌরে — হায়্ন থোঙ্ঙারেল্ন ওইদবন অওইশা নোংদা লাইরেল্ পাখংবদ ৱাতম্শিল্লে ।। নোংদা লাইরেল্ পাখংবন ইয়ুৱা চীংখোঙ্ পোইরৈতোন্বু শমু মখূৎ তুংবুন্ লীফারে ।। তৌইগুম্, খম্চিংকোন্ন অচুম্ ৱাবু ৱারীবদগী খঙ্লবদ নোংদা লাইরেল্ পায়্ম অশাউ খাম্বী মৈহৌরে ।। থোঙ্ঙারেল্বু নোংপোক্ লৈহৈ চীংয়াদ খুন্দাহল্লে ।। চীংখোঙ্ পোইরৈতোন্বুদি পায়্ম পূক্লীংন খোয়্দাব মফম্দ খুন্থোক্লু-ও হায়্ন কোলোয়্ য়াথং পাউহায়্রে ।।০।।

ইয়ুৱা চীংখোঙ্ পোইরৈতোন্গ লৈম লাইনাউতাবীগ অনীমক্ল শিরোই নারোইদৌব মফম্ব লম্লেন্ কদাইদবু লৈরম্গবনো হায়্ন খুথোক্লকপদ চহী কুম্জা তরেৎকী মতুংদ লম্লেন্ লম্দেং-ও হায়্ন কৌব মফম্দ খুন্বাল্ লৈপান্দুন লৈখ্রে ।। মতৈ মনাউ অনীমক্ল শিরোই নারোইদৌব মফম্ থিরিঙৈ মপারী মমোম্ কয়া নোমনখ্রে ।। ইয়ুৱা চীংখোঙ্ পোইরৈতোন্ মান লম্লেন্ লম্দেং কৌব মফম্দ পোইরৈ খুন্নিংথৌ ওইন খুন্বাল্ লৈপাল্লিঙৈ শিংতাপুঙ্-ও হায়্ন কৌব মপারী অম ফংজখি ।। শিংতাপুঙ্ন শম্হোং পুনেম্ব চন্নু পান্নদুন পামিংগ অবোংগ মপারী অনী ফংজখি ।। পামিংদি লুৱাং ওইখি ।। অরোংন খূমন্ ওইখি ।। পামিংন হুইমু লৈম পান্নদুন মপারী নুবান্ পোন্বী লুৱাউব ফংজখি ।। নুংবান্ পোন্বী মান কৌৱুগী নিংথৌ কৌব অঙাংঙাগ লৈম লাইরোক্লেম্বীগ অনীমক্কী মমোম্ কৌবরোল্ নামোইনু পান্নদুন লুৱাং পুদাংকোই খূৎকোন্বগ হোঙ্নেম্ লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগ মপারী অনী ফংজখি ।।০।।

কংলা মনুংদ মরুওইব লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা কয়াগী লাইফম্ খুভম্ লৈবগুম্ লাইয়িংথৌ খম্নুং থোঙ্ঙারেল্, লাইরেম্মা লাইখুবেম্বী অমসং লাইযিংথৌ পোইরৈতোন্গী লাইফম্ লৈ ।। নূংলোন্ পুয়ান হায়্ — মালংচীং অদুগী নোংপোক্লম্ খূদূপ্ অমগী মতম্দ য়াইকৌব নুঙ্ অম, হী কৌব নুঙ অম লৈ ।। অনীমক্তো মশক্তি মীগী মশক্লে ।। মচু ঙাঙ্এ ।। অমন লাইশক্লে ।। মমিং য়ুংয়াংনৈএ ।। মখায়াং লৈখা তাইএ ।। মখোম্দি থীক্লেন্ খোম্হুক্ হাঙ্এ ।। মচুদি চা মাল্এ ।। অনীমাগী মমিংদি থোঙ্ঙারেল্, লাইখুরেম্বী কৌএ ।।

অদুবু খম্নুং কৌএ ।। লাইশং কল্লবদি মাঙোন্দা শন্দংন লাং-ও ।। শিরোই-এ ।। শম্বোংগী নোংচুপ্‌লম্ খূদূপ্ চনীগী মতম্‌দ চীংনুংহুৎ লৈবনে ।। মদুবু থরৈ লেম্‌লৈ কৌএ ।। মদুগী অব্বাংলম্ খূদূপ্ অনীগী মতম্‌দ পোইরৈতোন্ন মমিং ফৈদা হাঞ্জব কৌন থোঙ্‌ঙাক্লিএ ।। মমিংদি থৌদূ নুঙ্‌শঙ্‌ব থৌদূ নুঙ্‌পাক্থক্ত লীচৈ তোরান্ সূন অশিব চাম নোংখাইব অচঙ্‌ব চাম নোংদম্বনে ।।০।।

চীংঙু খোইয়ুম্ অতিয়া শিদবগী লাইওল্ লাইরীসু ওইরিব লাইয়িংথৌ খম্নুং থোঙ্‌ঙারেল্ মাদি মায়্‌কৈ তরাগী মনুংদ মালেম্ লৈখা মায়্‌কৈ ঙাক্‌প লাইনি ।। লাইয়িংথৌ মাগী লাইফম্ খুভমদি লাংগোল্ (মকোইচীং), লম্‌দেং, কৌব্রুচীং অমসুং লাইরেম্মা লাইখুরেম্বীগী উমং লাইকোন্নুংশিংদ লৈ ।। লাইরেম্মা লাইখুরেম্বীগী লাইকোন্নুংদি উরীপোক্, খূরায় অমসুং লম্‌দেংদ লৈ ।। চীংঙু খোইয়ুম্ অতিয়া শিদবগী লাইরী লাইচৎ ওইরিব লাইয়িংথৌ পোইরৈতোন্ মাগী খুভম্ লাইফম্‌দি পোইরৈ, পোইরৈ খোংজিল্, শগোল্‌বন্, লম্‌দেং অমসুং নারেন্ কোন্‌জিন্দ লৈ ।। মশানৌ ইবেম্ম লাইরেম্মা লৈম লাইনাউতাবীগী লাইফম্ খুভম্‌সু লম্‌দেংদ লৈ ।। উমংলাইকোন্নুংশিং লৈব খুঙ্গং, লৈকাইশিংদ লাইয়িংথৌ লাইরেম্মাশিংবু হরাউ শক্‌শেম্‌তম্ থৌদোক্ কুম্মৈ শান্নদুন মচা মনাই ওইব খুঞ্জাশিংন খুঞ্জাউ লৈচাউনব চাক্‌হোঙ্ ঙাহোঙ্‌নবগীবু ঈরাৎ থৌরম্ তৌনৈ ।। কুম্ অমগী শর্জীবু চৈরাউব নুমিত্ত লাইয়িংথৌ পোইরৈতোন্ মাবু সনাকোনুংগী পেনা লোয়্‌শঙ্‌ন অদুগ লাইরেম্মা লাইখুরেম্বীগী লাইরী লাইচৎ ওইবী লাইরেম্মা লাইনাউতাবীবুন মাইবী লোয়্‌শঙ্‌ন কৎফম্ থোক্‌প হৈরম্ লৈরম্, পোৎচঙ্ চৈজঙ্ কত্তুন ঈরাৎ থৌনি থৌরম্ তৌনৈ ।।০।।০।।

# অপোক্ অশিগ মরী লৈনব লাইয়িংথৌ লাইরেম্মাশিং

মালেম্ তাইবংপান্দ লৈরিব য়াইবী থব্রায় পূম্নমক্কী হৌরক্ফম্ মরু লেম্ফু ওইব অথোইব শিনাইদ্রব য়াইবীনি হায়্বগীবু চীংঙু খোইয়ুম্ তেংবান্ব মপু মাগী কোলোয্ মিংলেন্ অমদি চীংঙু খোইয়ুম্ য়াইবীরেল্ শিদব-ও হায়্ন কৌই ।। য়াইবী থব্রায় পূম্নমক্তগী লেল্ ওইরব চীংঙু খোইয়ুম্ য়াইবীরেল্ শিদব মান, পলেম্ মমাগী শিয়োম্নুংদগী মালেম্দ খুন্থোক্লগদবা অঙাং নাউব্রাগী য়াইবী থব্রায্ মাবু থবী শেল্কোয়রেল্ অপান্বা কোরৌ নুমিত্ত শমু খুৎশিন্নরকখি ।। কোরৌ নুমিৎ মান য়াইবী থব্রায় মাবু লোইদাম্ থাজদ খুৎশিন্নে ।। লোইদাম্ থাজ মান অমুক্ শজীক্ত, শজীক্তগী থাবাদ, থাবাদগী থায়ায়্দ, থাযায়্দগী থাদোন্দ, থাদোন্দগী ওক্পুরোইদ, ওক্পুরোইদগী তাউহুইরেংদ মথং মথং খুৎশিন্নরক্ই ।। অসুম্ন, অসুম্ লাক্পন য়াইবী থব্রায্ মাবু তাউহুইরেংন অঙাং নাউব্রা মাগী মপন্ পন্থৌ মপাগী পীবুক্লুংদ খোঙ্গুম্হন্খি ।। মপন্ পন্থৌ মাগী পীবুক্লুংদ লোইদাম্ থাবুম্ অনী লৈরম্লগ মপন্ পন্থৌ মাগী ফম্বী লিক্লাদ শাদোং ওই য়াইবী থব্রায্ মান পলেম্ মমাগী শিয়োম্নুংদ খোঙ্গুম্খি ।। পন্থৌ মপাগী ফম্বী লিক্লাগ পলেম্ মমাগী লৈবাং লৈরিক্ক অনীমক্ত শাদোং ওই পলেম্ মমাগী শিয়োম্নুংদ য়াইবী থব্রায্ মান লোইদাম্ থাবুম্ তরা লৈখি ।।০।।

পলেম্ মমাগী লিন্কোই সিয়োম্নুংদ অঙাং নাউব্রা মাগী শমু হক্চাংন ঈফা ফা ঈচাই চাই ঈপাক্ ওইন লৈ ।। মশক্ অসীনদি হক্চাং পোলাং ওইঙন্নরোই হায়্ন চীংঙু খোইয়ুম্ য়াইবীরেল্ শিদব মান পায়্ম পীবুক্লুংদ নীংখল্লবগী মপারী অহন্ব চীংঙু খোইয়ুম্ অশীব শোইরেল্ লৈখৈ হান্ন হুন্ব লাইয়িংথৌ সনামহী য়েংন হায়্রে — ইপাবী অহন্ব সনামহী মহীরেল্ নঙ্বু

তাউ-ও ।। পলেম্ মমাগী শিয়োম্মুংদ ঈফা ফা ঈচাই চাই লৈরিব য়াইবী থৱায় মাগী শাদোং অসীবু শমু হক্চাং কায়াৎ পান্ব নমু লাংপুম্ ওইনবু শান্শেম্-ও ।। মপন্ পন্থৌ মাগী থৌশীখোন্বু নাতারবগী চীংঙু খোইয়ুম্ অশেম্ অশাব লাইয়িংথৌ সনামহীন লোইদাম্ থাবুম্ অনী শুরক্পদ ইফা ফান লৈরিব য়াইবী থৱায় মাগী শাদোংদুবু খোম্জীল্লগা কায়্নীং কায়্নীং তৌব শমু হক্চাং লাংপুম্ অম শান্শেম্খি ।। লোইদাম্ থাবুম্ অহুম্ শুরক্পদদি হকচাং লাংপুম্ মাগী কায়্নীং কায়্নীং তৌব মশক্তুবু মতূম্ ওইন তাশীল্লে ।। লোইদাম্ থাবুম্ মরি শুরক্পদদি লাইয়িংথৌ সনামহীন মতূম্দুবু মপাক্ ওইন য়েথোক্লে ।। কায়াৎ মশীং শুন য়াৎ হক্চাং লাংপুম্ মাগী থোঙ্লেন্ মশীং শুন শান্শেম্লে ।। লোইদাম্ থাবুম্ মঙা শুবদ য়াইবী থৱায় মাদি হক্চাং লাংপুম্নুংদ ইঙন তপ্ন লৈরে ।। লোইদাম্ থাবুম্ তরুক্ হায়্রবদ হক্চাং লাংপুম্দু লেঙ্ ওৎলে ।। থাবুম্ তরেৎ শুবদ য়াইবী থৱায়্দু পূক্নীং ৱাখল্ খল্লে ।। লোইদাম্ থাবুম্ নিপাল্ শুবদ অচা অথক্ অহোঙ্ অচাউ খুন্থোক্লে ।। লোইদাম্ থাবুম্ মাপল্ শুরবদ চীংঙু খোইয়ুম্ অশীব লাইয়িংথৌ সনামহী মান অঙাং নাউৱা মাবু মালেম্ তাইবংদ খুন্থোক্লো হায়্রে ।। লাইয়িংথৌ মাগী থৌশী ৱাবু নাতারবদ অঙাং নাউৱা মান — মালেম্ তাইবংপান্দি ৱারম্গনি ।। অৱা অনা লাংফম্ লৈরম্গনি ।। পায়ম্ খৈন শোংকিজৈ খুন্থোক্চরোই — হায়্রে ।। চীংঙু খোইয়ুম্ অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীন অঙাং নাউৱা মাঙোন্দ তাইবং লাংফম্ কোক্লবগী অদুগ অঙাং নাউৱা মান তাইবং পুন্সি লোইদুন চীংঙু খোইয়ুম্ য়াইবীরেল্ শিদব মাগী মশাইকোন্দ হল্ৱাইরক্পদ লম্জীংবীনবগীবু শমু মখূৎ য়েত্ত 'হয়ি' মিংখৈ শমু মখূৎ ওইদ 'হয়া' মিংখৈ পীরে ।। 'হয়ি' 'হয়া' মিংখৈরোল্ অনীমক্পু অঙাং নাউৱা মান খূদুম্ চেৎন পায়্শিন্খি ।। অঙাং নাউৱা মাগী পায়্ম কিথি কিরুম্ব চেংলৌ শক্উরবগী চীংঙু খোইয়ুম্ য়াইবীরেল্ শিদব তেংবান্ব মপু মান নাউৱা মাবু লম্জীংদুন অঙাং নাউৱা মান মালেম্ তাইবংপান্দ খুন্থোক্লুগে হায়্বগীবু খোঙ্গুম্লক্লে ।। অঙাং নাউৱা মান মালেম্থক্ত খোঙ্দারক্প ৱাংলেন্ মীৎকুপ্ অদুমক্ত তেংবান্ব মপু মাদি চীক্মাঙ্নখ্রে ।। অঙাং নাউৱা মাগী লাইয়ুম্ লাইপক্ নীংথিবদ শান্থুপ্তুন লৈখ্রে ।। মালেম্ তাইবং খোঙ্গুল্লক্পদ লম্জীংবীরক্প চীংঙু

খোইয়ুম্ তেংবান্ব মপু মাবু চেংলৌ শক্উরক্রবদ অঙাং নাউব্রা মান 'হুং-আ হুং-আ' হায়্ন তাইবং মপু মাগী মিংথৈবু শোন্দুন মীকপ্খি ॥০॥

নমু তাইবংমী মাগী হক্চাং লাংপুম্দ য়াইবী থব্রায় মঙা মিগ থারগ তরুক্ লৈ ॥ কংলৈপুঙ্মযোল্গী ময়ায় শুম্তোংপাল্ কংলাদ লাইয়িংথৌ অপান্বন লৈরগ মৈরম্দ লাইয়িংথৌ ব্রাংবরেল্, নোংলম্দ লাইয়িংথৌ থাংজীং, মীৎলম্দ লাইযিংথৌ মারজীং অমসুং নুংশিৎলম্দ লাইয়িংথৌ কৌব্রু লৈবগুম্ তাইবং হক্চাং লাংপুম্গী খোয়্দৌদ অপান্ব কৌব থব্রায়, ঈশিং থোঙ্দ ব্রাংবরেল্ কৌব থব্রায়, পীবাইদ থাংজীং কৌব থব্রায়, থবাক্ত মারজীং কৌব থব্রায় অদুগ লুব্রাই লেম্ফুদ কৌব্রু কৌব থব্রায়্ন লৈ ॥ তাইবংমী মাগী পুন্সিদি চীংঙু খোইয়ুম্ য়াইবীবেল্ শিদব মান চহী লাংহৈ কুম্শীং চাম থৌজাল্ লন্কুবী ॥ তৌইগুম্, তাইবংমী মা মান তৌজব শংলৌ মথৌরাংগী মহৈনে লাংফম্নে অনী পূল্লগ চহী লাংহৈ কুম্শীং চাম য়ৌদন অয়াম্বন মহাদ তোন্তেক্নৈএ ॥

নমু তাইবং মাগী পুন্সি লোইরক্লবদ হক্চাং লাংপুম্গী খা থংব শরুক্তগী লাইজ ঈথুম্লক্লবদ মিহুল্ থাহুল্ পূম্নমক্ল 'ইমা ইমা' লাউন ব্রাংববেল্ কৌব যাইবী থব্রায্ন লৈবিব মফম্ যৌন অয়াঙ্ খোঙ্জেল্খৎলক্ই ॥ মফম্দুদ পন্থব য়াদ্রবগী ব্রাংববেল্ কৌব য়াইবী থব্রায্ন লুচিংদুন মিহুল থাহুল্ পূম্নমক্ থাংজীংন লৈব মফম্দ খোঙ্গাবক্ই ॥ মদুদসু পন্থব য়াদ্রবগী অপান্ব কৌব য়াইবী থব্রায়্ন লৈরিব খোয়্দৌ ফাওব খোঙ্গারক্ই ॥ অদুগৈ অঙাং নাউব্রা মাবু পলেম্ মমান তরা চাক্উম্ চাক্ইল্ তম্বদ তরা চখোম্ অহান্বদি তাইবং মপু খঙ্ন চাক্নি ॥ অনীশুব চখোম্দি ইমা লৈমরেল্ খঙ্ন চাক্নি ॥ তরা চখোম্ অহুম্শুবদি যাইবী থব্রায় মঙা ফান চাক্নি ॥ মরিশুব তরা চখোম্দি পলেম্ পম্থৌ খঙ্ন চাক্নি ॥ তরা চখোম্ মঙাশুবদি তাইবং লৌশিং মৈরা চাক্নি ॥ ইপারী ইমোম্ নঙবু চারোদা 'মম্ মম্ কুক্ কুক্' হায়্ন তরা চাক্ইল্ তম্বীখিব লাইজ ঈশিং পীথক্খিব অদু নমু তাইবং মান নীংশিংলক্ই ॥ লাইজ ঈশিং খৌরাংলক্লে ॥ মিতা খম্দা চাক্ চারক্লে ॥ অদুগৈ চীংঙু খোইয়ুম্ অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীন শমু খুৎশিন্নখিব 'হয়ি হয়া' মিংথৈবু 'হৈ হা' হায়্ন পায়্মনুংদ নীংশিংলবগী শোল্লক্লে ॥ অপান্ব কৌব য়াইবী থব্রায় মান লৈরিব

খোয়্দৌদসু অমুক্ পন্থব য়াদ্রবগী য়াইবী থৱায় অহুম্মক্ত লুচিংদুন মিহুল্ থাহুল্ পূম্নমক্ মারজীং কৌব থৱায় মান লৈরিব থবাক্ য়ৌন খোঙ্গারক্লে ॥ মদুদসু পন্থব য়াদ্রবগী মারজীং কৌব থৱায় মান লম্জীংদুন কৌবু কৌব থৱায় মান লৈরিব লুৱাই লেম্ফু য়ৌন খোঙ্দোইরক্ই ॥ লুৱাই লেম্ফু য়ৌরবদ কৌবু কৌব য়াইবী থৱায় মান লুচিংদুন য়াইবী থৱায় মঙা মিগ থারগ তরুক্মক্ত অদুঙৈ নমু তাইবংমী মান পলেম্ মমাগী শিয়োম্মুংদগী তাইবং মালেম্থক্ত খোঙ্দারক্পদ চীক্মাঙ্নখিদুন নাউৱা মাগী লাইপক্ লাইয়ুম্দ শান্থুপ্লুন লৈখিব চীংঙু খোইয়ুম্ য়াইবীরেল্ শিদব মাবু তান্ফংজগে হায়্বগী চেংলৌ শক্থিরক্ই ॥০॥

খম্মুং কৈকোই লৌওন্বী নুরা পাউথেম্হৈবী মান পলেম্ পন্থৌ নত্তন পলেম্ পন্থৌ শা, মপাবী মমোম্ নত্তন মপাবী মমোম্ শা, তাল্লোয় তূনুংশি, মথংলেন্ মমান্ মচা পাম্মুব শা, শাবী শানৌ লেংমান্নব লেংমান্নবী মরূপ্ মপিজা শা, হৈরাং নীংথিব চামিন্নসী লৈবাং ফজব চিন্মিন্নসী হায়্ন হৈরাং নীংথিব লৈবাং ফজব পায়্দুন তাইবং থৱায় মাবু থেম্নৌদুন কৌথোক্খি ॥ য়াইবী থৱায় মান শিকূম লম্বী চৎলক্ই ॥ লল্হাম্পুঙ্ মতোল্ কামিন্নরক্ই ॥ খোয়্রী কৈথেল্ কামিন্নে ॥ ৱান্দেং খোইবী মতোল্ শিংজু চামিন্নে ॥ অসীগী মতুং তাবদ, খম্মুং কৈকোই লৌওন্বী নুরা পাউথেম্হৈবী মান তাইবং থৱায় য়েংন — হে থৱায় মঙামক্ মিগ থারগ তরুক্মক্-ও ! নঙাইরোয় ওইব ঐদি পলেম্ নমাসু নত্তেএ ॥ পন্থৌ নপাসু নত্তেএ ॥ নপাবী নমোম্সু নত্তেএ ॥ তাল্লোয় তূনুংশি নথংলেল্ নমান্মচা পাম্মুবসু নত্তেএ ॥ নসুং নমান্নব নমান্নবী নরূপ্ নপিজাসু নত্তেএ ॥ নঙাইরোয় ওইব ঐদি খম্মুং কৈকোই লৌওন্বী নুরা পাউথেম্হৈবীনি ॥ খম্মুং খোঙ্ঙারেল্ মান তাইবং থৱায় নঙ্বু থেম্দুন নৌদুন পুরক্উ হায়্বগী থৌশীরক্পনি — হায়্রম্লগ চেংলৌ চীক্মাঙ্নখ্রে ॥ অচঙ্থোঙ্ থিংখ্রে ॥ অশিথোঙ্ হাংলে ॥ য়াইবী থৱায় মান খম্মুং শৱা তাল্লক্ই ॥ অমন্ য়াইথোঙ্ কূম্লক্ই ॥ খম্মুং লম্বী চৎলক্ই ॥ তরুং লাইরেম্বী য়েৎওইনৈ ॥ খরবু চৎলে হায়্রগ, লাঙ্গোল্ নিংথৌ তানফংই ॥ লাঙ্গোল্ নিংথৌ য়েৎওইনৈ ॥ খরবু চৎলে হায়্রগ, থোঙ্ঙাক্ লাইবেম্বী মাগী কংলৈ মসূমাঙ্দ ৱায়্থুংলৈ ॥ অশিব পূম্নমক্কী য়াইবী থৱায়ন থৈল্লে হায়্বগীবু থোঙ্ঙাক্ অশিথেল্-ও হায়্ন

কৌই ।। থোঙ্ঙাক্ লাইরেম্বী মান — ইপারী ইমোম্শা ! খুম্নুং কৈকোই লৌওন্বী নুরা পাউথেম্ হৈবীন তাউজীং হৈরাং ফজব শিংঙ্‌েল লৈরাং নীংথিব উত্তুন থেম্ববু করিগী হোয়্য়ারুবগে ।। হৌজিক্তি উপ্ন থিংব অচঙ্থোঙ্ থিংম্লে ।। লোংন থিংব অশিথোঙ্ হাংলে ।। য়াংদৌ লম্বী লম্শাং লাক্পদ লাইজ ঈশিং ঈখৌলাংলম্লগনি লাইজ থন্ন য়াওব খরুংদগী লাইজ ঈথক্উ — হায়্দুন তুম্বা কোরেক্ পী ।। অহল্ ওইবশিংন শমু মখূৎন তুম্বা কোরেক্ পায়্দুন ঈমায় চোন্‌ব খরুংদগী লাইজ কন্দুন থক্ই ।। অঙাং নাউব্রা ওইবশিংন তুম্বা কোরেক্ল লাইজ ঈশিং লাম্ব ফংদ্রবদ অহল্ ওইবশিংন মপারী মমোম্ নীংশিংলবগী লাইজ ঈশিং কন্দুন অঙাং নাউব্রাশিংবু লাইজ পেন্ন পীথক্ই ।। অসীগী মতুং তাবদ, য়াইবী থব্রায়্‌ন শিকূম্ লম্দাং শীৎন লাক্পন তুরেল্ তূখাই লাল্লক্ই ।। খোঙ্হাম্পাৎপু য়ৌববদ শমু মখোঙ্ মখূৎ হাম্লে ।। ঈরু শাদেংলে ।। চেংঈ উতী লুজরে ।। ফিশু লোক্ত চরৈ ফিশু ফীজাম্লে ।। চরৈ ফীঙৌ ফৌরে ।। ব্রাবন ফেরে লাউবচীং খুনুন মীৎসনা তাম্বচীং মকোই নুংঙোল্চীং কারক্লে ।। হৈরুলোক্ত হৈব্ব লৌথোক্কুন চায় ।। চয়োম্ লোক্ত তবা চয়োম্ থোক্কুন তরা চাক্ চায় ।। তাইবংপান্গী লম্দাংবু হন্ন য়েংলুবদ মংফম্দ তাইবং মহক্চাংবু লৈতাই নোংদাইখিব উরুবদগী নুংঙোল্লে হায়্বগী নুংঙোল্চীং ও হায়্‌ন কৌই ।। অসীগী মতুং তাবদ, য়াইবী থব্রায় মান খম্নুং লম্বী খোঙ্গুম্লক্ই ।। শম্লাং অমন থোং ওই, শম্লাং অমন পাম্বে ওই অশি-তুরেল্ লাল্লক্ই ।। খম্নুং থোঙ্ঙাবেল্ মাগী মশাইকোন্ তান্ফংখি ।। লাইয়িংথৌ মাগী ফান্খোঙ্ পায়্জখি ।। চীংঙু খোইয়ুম্ খম্নুং থোঙ্ঙারেল্ লাইয়িংথৌ ব্রাচুম্সূব মান ব্রাচূম্ সূই ।। মী মীদুন তৌজরক্প মহৈবু মী মীদুবু ফংজহল্লি ।। মালেম্ তাইবংপান্দ লৈরিঙৈ 'হ্যয় হয়া' মিংলেন্‌বু থাগোন্নরক্প চীংঙু খোইয়ুম্ লাইয়িংথৌ কৌরৌ নোংলিংব, মালেম্ লৈশেম্ব, নমু পোংশেম্ব লাইয়িংথৌ সনামহী মাঙোন্দবু চঙ্জরক্প য়াইবী থব্রায় মাদি নহাল্ঙৈ তেংবান্‌ব মপু চীংঙু খোইয়ুম্ য়াইবীরেল্ শিদব মান হায়্খিব ব্রাং ব্রাকাউদন অয়োল্ অরাল্ ঙাক্পীখি ।। কোরৌ নোঙ্গা তম্হল্লর্কখ ।।০।।

খম্নুং শব্রা তাল্লক্লিব য়াইবী থব্রায় মাগী পলেম্ পম্থৌন মালেম তাইবংপান্দ লৈরবদি মপারী মমোম্ ওইবগী য়াইবী থব্রায়্দুবু কোবৌ নো

তম্হন্খিনবগীবু থৌনিবী ।। তৌইগুম্, পলেম্ পম্থৌ নোঙ্গাথ্রব য়াইবী থব্রায় মাগীদি নহাল্নোং চীংঙু খোইয়ুম্ য়াইবীরেল্ শিদব মাগী মফম্দগী য়াইবী থব্রায় মান পলেম্ মমাগী শিয়োম্মুং য়ৌন খোঙ্গুম্লক্পগী য়াংদৌ লম্বীদুদ হল্রাইখি ।। অদুগীবু য়াইবী থব্রায় মান পলেম্ মমাদ, অদুদগী পম্থৌ মপাদ, অদুদগী তাউহুইবেং, ওক্পুরোই, থাদোল্, থায়ায়্, থাবা, শঙ্গীক্, লোইদাম্ থাজ, কোবৌ নুমিৎ মথং শীৎন খোঙ্গারক্ই ।। ইরোই লোইবদ, কৌরৌ নুমিৎ মান শেংদোক্পীরগ চীংঙু খোইয়ুম্ য়াইবীবেল্ শিদবগী মফম্দ যাইবী থব্রায় মান লাইজ ঈবেল্পুঙ্দ ঈথক্র ঈতিন্বগুম্ তিন্খি ।। মবম্ অসীগীবু য়াইবী থব্রায় মান কোরৌ নোঙ্গাববু পাথাঙ্ পুথাঙ্কোক্র 'শঙ্গীক্ মতুং ইন্থ্রব থাবা মমৈ ব্রায়্থ্রব' হায়ন শম্ম শৈথানবনি ।। চীংঙু খোইয়ুম্ যাইবীবেল্ শিদব মাঙোন্দ, লঙ্জব খিবিক্ ঙাক্পীদুন খোঙলৌ পল্লৌদন য়াইবী থব্রায় মান তিন্খিনবগীবু তাইবংদ লৈহৌব মপাবী মমোম্, পলেম্ পম্থৌশিংন অমাই অশোল্ য়াওন অশৈ খোঙ্ফাং লেংন তিন্, তবেৎ শেন্ফাঙ্ যৈ, ব্রাংলেন্ পুঙ্খৎ তোয়্, লাইমিং কোলোয়্ শক্ই ।। অসূম্ তৌবগ তেংবান্ব মপু চীংঙু খোইয়ুম্ যাইবীবেল্ শিদব মান উন্বী পূক্লীং পেন্বী ।। কোবৌ নোঙ্গা লম্বী পাক্ই ।। য়াইবী থব্রায় মাবু থৌজাল্ লনকুবী ।। অবান্ খুভম্ ফংজৈ ।।০।।০।।

-※ লোইবব ※—





(1)

## লাইরিক্ অসী ইবদ মচাক্ তান্‌ফম্ ওইখিব লাইরিক্ অমসুং চেফোঙ্‌শিংঃ

১, *লাইহরাওবা* (১৯৮৯)ঃ অয়িব— ময়াঙ্গ্লম্বম্ লুখোই
২) *লাংওল* (১৯৭৭)ঃ অযিব - থোক্‌চোম্ রাজো (মাইবী)
৩) *লাংদাই* (১৯৮০)ঃ অয়িব - মথক্কী
৪) *মৈতৈ লাইহরাউবা* (১৯৬৩)ঃ অয়িব - ঙাবিয়ান্‌বম্ কুলচন্দ্র
৫) *ফৌওইবী খুকশ্না* (১৯৮০)ঃ অয়িব - মথক্কী
৬) *উমংলাইগী খুভম্‌শিং* (১৯৯৬)ঃ খোম্‌জিন্‌ব - মথক্কী
৭) *নিংথৌ চহী*(১৯—)ঃ শিন্দোক্‌পা -মথক্কী
৮) *শাকোক্ থিবেল্* (মথং মথং শিন্দোক্‌বক্কুন খুৎইদ লৈব)ঃথম্নীবম্ন - লাইনিংহল্ নাউবিয়া ফুলো
৯) *শীংথা চৈথাবোল্* (থৌবম্ লাইবিক-১৯৭৪) ঃ থম্নীবম্ন-লাইনিংহল্ নাউবিয়া ফুলো (পুথোক্‌প নোংথোম্বম্ নবাল্)
১০) *সনামহী মিংখৈ চামা হুম্‌ফুনিপাল্* (১৯৯৪)ঃঅয়িব-এন্‌জী. কাঙ্‌জাযা
১১) *সনামহী লাইনীংগী শজিফু চৈবাউবা* (১৯৮২)ঃ অয়িব মথক্কী
১২) *থৌবম্ পবেং অশুবা*(১৯৬০)ঃ অফোঙ্‌ব - থোক্‌চোম্ থৌকাচান্‌বা
১৩) *লৈথক্ লৈখাবোল্* (১৯৬৭)ঃ ইথোক্‌পা - য়েংখোম্ ভাগ্য
১৪) *পোইরৈতোন্ খুম্ভোক্‌পা*(১৯৭১)ঃ ইথোক্‌পা- খুমল্লম্বম্ য়াইমা
১৫) *মৈতৈ জগোই* (অনোইবোল্) অহান্‌বা শরুক্(১৯৭০)ঃ অয়িব - মথক্কী
১৬) *কংলা লাযাৎ* (১৯৮৭)ঃ অয়িব - মথক্কী
১৭) *মৈহৌবোল্ পুকোক্* (১৯৭২)ঃ অযিব - মথক্কী
১৮) *অবিব শিম্নোং* (১৯৮৮)ঃ অযিব - মথক্কী
১৯) *নূংলোন্* (১৯—)ঃ শিন্দোক্‌প - ইবোম অমুবী
২০) *শজিফু চৈবাউবা* (১৯৮০)ঃ অযিব - মথক্কী
২১) *লৈহৌ নাউফম্‌লোন্* (১৯৮০)ঃ শিন্দোক্‌প - মথক্কী
২২) *ইমোইনু অহোঙ্‌বীগী রাখুল্ পোমিৎ* (১৯৯৩)ঃ অয়িব - যুম্নাম্‌চা বুদ্ধিচন্দ্র
২৩) *ইমোইনু অহোঙ্‌বীগী তুংনফম্* (১৯— )ঃ ইথোক্‌প - মথক্কী
২৪) *উমংলাই-উমংলাই লাইকোল্* (১৯৯১) ঃ অয়িব - সৌগাইজম্ কহিনীকুমাব
২৫) *কুমহৌবা* (১৯৮৬) ঃ অয়িব - মঙাংচা কৈসাম্ ইবোম্‌চা
২৬) *কোম্বৌজম্ লাইবেম্বী* (১৯৭১) ঃ অয়িব - কোন্‌সবা ইবোচৌ
২৭) *ঈবাং থৌনিবোল্* (১৯৮৮)ঃ অয়িব - মোইবাংথেম্ ইবুংঙোতোম্বী

(ii)

২৮) *নাউথিংখোং ফম্বাল্কাবা* (১৯৬৭) ঃ ইথোক্প - নিংথৌখোংজম্ খেলচন্দ্র
২৯) *চোথে থাঙ্বায় পাখংবা অমসুং নুংপান্ পোন্‌পী লুরাউপা* (১৯৮০)ঃ শিন্দোক্প - মথক্কী
৩০) *চীঙ্গোইবোল্* (১৯৮২) ঃ শিন্দোক্প - মথক্কী
৩১) *খুমন্ কংলৈরোল্* (১৯৮০) ঃ ইথোক্প - মথক্কী
৩২) *অরিব মণিপুরী লোন্‌গৈ* (১৯৭৮)ঃ খোম্জিন্‌ব- মথক্কী
৩৩) *অবিব মণিপুরী সাহিত্য ইতিহাস* (১৯৬৯) ঃ অযিব- মথক্কী
৩৪) *ফম্লোন্* (১৯৮৭) ঃ ইথোক্প - মথক্কী
৩৫) *নিংথৌরোল্ শৈরেং* (১৯৬৭)ঃ অয়িব - ওইনাম্ ভোগেশ্বব্
৩৬) *সনামহী লাইকন্* (১৯৭২)ঃ ইথোক্প -মথক্কী
৩৭) *নুমিৎ কাপ্‌পা* (১৯৭৭) ঃ ইথোক্প মথক্কী
৩৮) *নিংথৌবোল্ লম্বুবা* (১৯৬৭) ঃ ইথোক্প - মথক্কী
৩৯) *মোইবাং নিংথৌবোল্ লম্বুবা অহান্‌ব শকক্* (১৯৮২)ঃইথোক্প - মথক্কী
৪০) *মোইরাং নিংথৌবোল্ লম্বুবা অনিশুব শকক্* (১৯৮৮)ঃইথোক্প - মথক্কী
৪১) *থিবেল্ লায়াৎ* (১৯৮১) ঃ ইথোক্প - এন্. ইবোচৌবা
৪২) *থিরেল্ মৈবম্ লিবা* (১৯৮২)ঃ ইথোক্প - মথক্কী
৪৩) *শাগৈ শালাইবোল্* (১৯৯৪) ঃ খোম্জিন্‌ব-অমুবী, খেলচন্দ্র, ভোগেশ্বব অমসুং ইবোচৌবা
৪৪) *খুনুং লীচৎ শাজৎ* (১৯৭০) ঃ অযিব- থোঙাম্ মাধব অমসুং খেলচন্দ্র
৪৫) *পাম্বোইবী নাহেবোল্ অমসুং অমন্ শিকুম্লোন্* (১৯৭৭)ঃ পুথোক্প- নাউবেম্ অমুয়াইমা
৪৬) *পাম্বোইবী খোঙ্কুল্* (১৯৭২)ঃ শিন্দোক্প - মোইরাংথেম্ চন্দ্রসিং
৪৭) *পোইবিতোন্ খুম্বোক্প* (১৯৯৫)ঃ শিন্দোক্প - মথক্কী
৪৮) *নোংপোক্ পাম্বোইবী* (১৯৬৫)ঃ অযিব-মথক্কী
৪৯) *সনামহী লাইহুই* (১৯—) ঃ শিন্দোক্প- ময়াংলম্বম্ গৌবচন্দ্র
৫০) *চেংলৈবোন্* (১৯৭৯) ঃ শিন্দোক্প- নোংমাইথেম্ মনাওয়াইমা
৫১) *ঈরাৎ লাইশোল্* (১৯৮৪) ঃ অয়িব- খুলেম্ চন্দ্রশেখব্
৫২) *লোয়্য়ম্বা শিন্‌য়েন্* (১৯৭৫)ঃ শিন্দোক্প- মথক্কী
৫৩) *ইনাৎকী হরাউকুম্মৈ* (১৯৯৪)ঃঅয়িব-মথক্কী
৫৪) *লাইহরাউব লাইসোল্* (১৯৮২)ঃ অয়িব-মথক্কী
৫৫) ঙাঙ্গোয় পবেং (১৯৪৯) ঃ অয়িব- অশাংবম্ মীনকেতন্





৫৬) *পোন্‌বী লাং* (১৯৬৭) ঃ ইথোক্‌প নিংথৌজম্ মনি...
৫৭) *সন্দ্রেম্বী চৈশ্রা* (১৯৭৭)ঃ অয়িব-মথক্কী
৫৮) *কৌবরোল্ নামোইনু অমসুং লংমাই পেতংঙা লিক্লু লৌথিবী* (১৯৬৮)ঃ অয়িবী কুমবী নুংশিতোম্বী
৫৯) *হাউবোক্ কোন্‌থৌ লাইলেন্‌গী* (১৯৭৯)ঃ শিন্দোক্‌প- চনম্ হেমচন্দ্র খাবা
৬০) *মপুথিব* (১৯৮৭)ঃ শিন্দোক্‌প মথক্কী
৬১) *খুমন্ নিংথৌবোল্ লম্বুবা* (১৯৮৯)ঃ ইথোক্‌প - মথক্কী
৬২) *মৈহৌবোন্ শল্লাই খাইবা* (১৯৮৪)ঃ শিন্দোকপা - মথক্কী
৬৩) *কৌবরেল্ খুনগুম্* (১৯৯৬)ঃ ইথোক্‌প মোইরাংথেম্ নবেন্দ্র
৬৪) *নোংশাব খুন্‌গোইবোল্* (১৯৯৩)ঃ হথোকপ- অসেম্ ইবোম্চা (অশৈব)
৬৫) *সনামহী পুযা* (১৯৮৯)ঃ খোম্‌জিন্‌ব - বিঃ কুল্লচন্দ্র শর্মা
৬৬) *ঈবৈমা* (১৯৮২)ঃ অয়িব অবাম্বম নিপামচা
৬৭) *মৈতৈ ঈনাৎকী ঈশৈ* (১৯৬৯)ঃ লোইতোংবম্ কালাচান্দ
৬৮) *মৈতৈগী লাইনীং লাইশোল্* (১৯৯৩)ঃ অযিব সবাংথেম্ বব্‌মনি
৬৯) *মণিপুরী জগোই সেমিনারগী নৈনখিব মশক্* (১৯৭১)ঃ লেংশন্‌ব এলাংবম্ নীলকান্ত (মণিপুর স্তেৎ কলা একাদেমী)
৭০) *কংলৈ হবাউবা* (সেমিনার্‌গী চেফোঙ্ ১৯৮৫)ঃ সঙ্গিত্ কলা সঙ্গম্, লম্‌লোঙ্ কৈথেল্
৭১) *কক্‌চীং হবাউবা* (সেমিনার্‌গী চেফোঙ্ ১৯৮৬)ঃ সঙ্গিত্ কলা সঙ্গম্, লম্‌লোঙ্ কৈথেল
৭২) *মোইরাং হবাউবা* (সেমিনার্‌গী চেফোঙ্ - ১৯৯০)ঃ সঙ্গিত্ কলা সঙ্গম্, লম্‌লোঙ্ কৈথেল্
৭৩) *চক্‌পা হবাউবা*(সেমিনার্‌গী চেফোঙ্ ১৯৯২)ঃ সঙ্গিত্ কলা সঙ্গম্, লম্‌লোঙ্ কৈথেল্
৭৪) *মতম্‌গী খোঙ্‌থাং* (৪৩ শুব মশীং জনুৱারী ১৯৮৪)ঃ অবেংব সাইরেম্ নীলবীব্
৭৫) *উমংলাই খুন্দা* (২১/২২ শুব মশীং - সেপঃ/দিসেঃ ১৯৮৬)ঃ অবেংব- খুলেম্ চন্দ্রশেখব্
৭৬) *উমংলাই খুন্দা* (৩৩/৩৪ শুব মশীং - সেপঃ/দিসেঃ ১৯৮৮)ঃ অবেংব মথক্কী
৭৭) *উমংলাই খুন্দা* (৩৭/৩৮ শুব মশীং দিসেঃ/মার্চঃ১৯৯১)ঃ অবেংব- মথক্কী

